# ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো



থাইদেম প্রমোদিনী

কোওজবা—কে, পি, ষ্টুডিও ( রেকোর্ডিং )
কাকৈথেল, ইম্ফাল

অহানবা কোওবা—ফাইরেনগী মঙানি পানবা ১৯৯০
লাইরিক মশীং—১০০০

নম্ফম—আর বি প্রিন্টিং হাউস,
নাগা মপাল, ইম্ফাল

মমল—লুপা ৩৫.০০

# "নোংগাংহৈগী মহাও"

খোয়ওজাপ্রমোদিনিগী বারীমচাতরানিথোইগীশিংবুনলাইরিক "ইমা-খুল্লাকপীগীনোংগাংহৈদো" থবাইতানাপাকই। অহানবপবদা ইচমচম্মী খনখিকরিস্নয়াওদে। অদুবুমাইওনতৈনরম্মে, মীয়েংঅনোকমচুলাল্লমে। ওজাইখুংইদিমতামনি-ইনৎনত্তবমদিইমানমাম্নদবারাখল্লোন্দশাগৎপা ওম্মোক্ল-মমুৎ চাবামচুমমানফবা খুয়েকলাইরিকওইরম্মে। চাংয়েংগীডমথৈলৈতে খোয়ন-ঙ্মমম্নুংগীঅপেনবাফাওজে। হায়রীইরিবদিঙমমক অইবীগীপুন্সিদাহাকথেং-নগ্রবঙাকনি। বাকৎনত্তে, মোন্দ্রংলৈবাক্নী মচুমমেনগীলাইফদিবীগীসত্রং-শান্নবস্নুনত্তে। ফৈজোমতোমালশেৎলগা মীয়ামলক্কাচীংতমপুনসিলাওব-ঙ্গনত্তে। মতুনাইমাখুল্লাকপীগীনোংগাংহৈগীমহাওখংবঙম্নোই। ওজাইলাই-রিকসিদা ভক্তকবিকয়ানাথওইবীরমত্রবা খোর্জেইখুংথাপীরমত্রবা চাথুংফিথুং-ত্রবা মহৈমশিংমঙালফংহৌত্রবা পঙচাচা—পঙহিংহিং শোয়নাইপুন্সিকয়াই-শক্তমমখোইরাখল্লোনপুন্সিরোল নিশিংথওইবীত্রবামখোইপুন্সিবারী মরেক-মাহাওয়াওত্রবা শক্তমকয়াগীখুয়েক য়েকলিথম্মোয়শেংনা মীৎকীগীশিম্ম-শিম্মনা। কপলমনীখল্লি—ইনাইনা পাক্লবদতাজেমীকপখোল।

অচম্ববাহংকয়াসিনিখুমদৌরিবদি ঐনখনদৌরিবদি—

মপুরোইবগীশেগাদাওইনজহিংজরিবীমৈতৈচমুকনানা মোরেললো-নবীওইনিংগদগে, কলাবজাবীওই হোলমমাংদলেপ থানাগীচৈফুফং হুম্বমী-নোকতা, থাওয়েনফমদাপারেংলেপ চিনিয়েনকমদাকেরপচৎ, কায়োনফমদা-খোয়রুমমোমোনতৌ য়ুমদনায়ুথকপমপুরোইবগীচৈফু হায়ইন্দ্রবামচাকয়াগী লাওরমথয়াৎকয়া য়েংনিংতানিংত্রবাকারনতুরনথৌদোকমপৈ—করিদৈথো-কপনো? কনানাথোকহনবনো? চৈশিরা? নোকশিরা? কপশিরা? সিমথক্তনিসিথক্ত। লাইরমচানামখুৎশাংলকপা ইংজতপচবীনালাইহোরী তুহংমীয়েংনা পুন্সিনাপুন্সিমবু কবোকওইহমবা শাওশিরা? তুহংশিরা? খনবীশিরা স্বাইসিথক্তনি সিথক্ত।

সাহিত্যদি মপান্নাইদবা অশেংবগী ইপাকইমেলপুংগুমবনি—শেংদোকপনি— অচুম্বনি— অবাংবথাকীওইবনি—মকমসিদা অশেংবথবাইগী-মীম্নুংশিগীফিদা চাওনা কল্লি।-অনত্তাওইসিহায়রদি চাথুংফিথুংত্রবাপুন্সি-কয়াসিমু থন্দোকলমবায়াদে। অচম্বাবাহৈঙাকনিশিজিন্নরিবা— অচম্বাপুন্সি-ঙাকনিয়েকলিবা অচুম্বাথৌদোকঙাকনিহাকথেংনখিবা— অশেংবা পেনজ-দবঙাকনি ফোংদোকলিবা মসিনাঐবু—ঙকহল্লে, পুন্সিগী পারাখরদি-ফাহৌরে।

নিংঙনলক্তি্বাঐহাকসু খোংকমঅমদিশেমলগে থল্লকইতুংলমচংকীদমক্তা।

বারেপ্পা নব
হাওবম মরক থৌ.ভেল
মঙানি পানবা ফাইরেনথা ১৯৯০

## য়াওরিবা য়ারী অমসুং লীলাগী মমিং অমসুং লামাই

| মমিং | | | | লামাই |
|---|---|---|---|---|
| ১। ইমা থুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো | — | — | — | ১ |
| ২। ইক্রিসাটকি কুলী মুপী | — | — | — | ১০ |
| ৩। নিংঙোল চাক্কৌবা | — | — | — | ২১ |
| ৪। ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা | — | — | — | ৩১ |
| ৫। ইমাগী মশক্তো | — | — | — | ৬১ |
| ৬। লোইয়া লনগী মলয়া | — | — | — | ৮৮ |
| ৭। ঐবু চৎলু হায়মুকো | — | — | — | ১১৯ |
| ৮। তাদ দোলাই পাবা | — | — | — | ১৫৩ |
| ৯। ঐ নহোয় চংঙরোইয়ে ইমানা য়াদে | | — | — | ১৬২ |
| ১০। তেংবাংশো | — | — | — | ১৬৯ |
| ১১। ইংখোল মচেৎ অমতংগী | — | — | — | ১৭৫ |
| ১২। লাঈর মচা লাইহোরী | — | — | — | ১৮৮ |

# ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো

নোংচুপ চীংশাং চংপা অহানবা খোঙচংনি পুন্সীগী। পুক্লীং তয়াং তশোই। অবা ঙংঙাই য়াম্লৈ ব্রাস্থ ব্রাই করিগীনো খঙদে। নাল্লবা কোলাস লম্বীদা চেল্লি জিরি জিরি ঐখোয়না তোংলিবা জীব গাড়ীদো। থেক্লা খোয়না ঙং ঙংহনা কাখংলি জীবতুনা। অঙম্বা কাবগী শোর মপী হোল্লিমাল্লে জীবতুনা ঙংলিবদো।

লেপ্পা লৈতা সুম থৌরকপনা ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্লে। চীংশাং পরেংশিংত্থ উবদা নীংশিংলকই অহল লমনগী পাউবৌ। পুক্লীং হুনা নীংথিজরবা তুমিন তুমিন লেপ্লিবা চীংজাও পরেং কয়াদা মোং হাল্লিবা লেঙ খোৎপসু তৌদে লেমগ্রে। মসি উবদগী প্রমান তৌনরম্বা ওইবা তায়—চীং লেমগ্রেদা বজগ্রেদা তপ্লীদা হায়দসে। চংলি ঐখোয়গী গাড়ী থৌরি লেপ্পা লৈতা। উবকখি ঈশিং চাইবী মচা কযা ইরং ইরং লং চীংমায়দা চেম্ববা। তারকখি উচেক মচা কযানা হুংশিনা খোংবা।

অসুম লাকপনা হুংথিলগী পুং ২ রোম তাশিল্লক্লে। ঐখোয়না ইম্ফালদগী যাত্রা তৌরকপদি অয়ুক্কী পুং ৭½ দনি। মতমদো তমেংলোংগী লম্বী কংত্রি হৌজিকুম। ঙহাক পোংথাসি হায়হুনা গাড়ী খাম্মগা পোংথাই খোং ১গী মপান্দা।

ঐবু তমেংলোংদা টুর চংলুসি থবক য়েংঙুসি হায়হুনা পুরিবা অবুংবনা হায়—মফমসি তমেংলোংগা থারোনগা অনীগী লমথায়নি। অরাংথংবা তোর্ব্বান্দা চংগ্রিবা লম্বীসিনা থারোন তাবা লম্বীনি। মাইল ৫ রোম চংলগা থারোন শুরুং লৈ। মথারোমগী লম্বী খরা পাকপসিনা তমেংলোং য়ৌবা লম্বীনি। শুরুং পল্লকপা অত্থদা ঐনা খঙনীংখি করম্বা মখলগী শুরুং ওইরমগদগে? ফুঙ্গারারীগী ভাবনা শাবা শুরুং অত্থগুম্বা

ওইরিদরা? নত্রগা মমাংদৈ চেরাপুঞ্জিদা চঙলুবা শুরুং অতুগুম্বা ওইরিদরা? ঐনা হংঙি—অবুংবা নঙনা থারোন্দা শুরুং লৈ হাথরিসিবু কয়াম চাউবনোনে? মী চঙবা চনবা জাংলা নত্রগা লমহুই মথুলগুম্বরা?

অবুংবনা খুমলকখি—ৎঝানি হাইষেৎ চাউমাল্লে। ঐমক্তি চঙলুদ্রি। মীনা হায়বদগী ভাবনি শুরুংতুদা নুং মমল য়াম্নবাসু ফংমাল্লে। য়াম্না শাংনা চঙভিসু হায়। অদুগা শেকপী অঙৌবসু য়াম্না লৈ তায়নৈ।

অসুম্না ৱারী শানা শানা চংলি তমেংলোং পাংলি। থারোন লম-খাইদগী মাইল ৩। ৪ চঙশিল্লগদি লগীহ্ য়াম্না খুই মপানতুসু অঙকপা ফংনা ঙম্মী। ঐগা চংমিন্নরিবা পিয়ন অমুনা গাড়ী মনুংদগী মখাদা লোকখাদা হেংংৎরমাল্লে—ইস হায়রগা নমিৎ মমায় খুমজিনখরে। কনিগী মমায় খুমজিল্লিবনো হংবদা মানা খুমলকখি—উদ্রবদি খবা কৈ। ভনগ্রে ফক্লাংগা চপ মান্নে মসিদা। শ্লেপবদি শরু ডারু পুম্নমক বেশন। অতুনা উদনবা মাব মিৎ খুমজিল্লিসিনি।

অবুংবনা হায়—মসিগী লোকমায় অসিদনি লম্বী ককপদা চীং নীংখায়রক্লনা মী ৭ পুম্নপ নন্দুনা লোকখাদা শিখি তাযরদো। অতুদগী মফমসে ৭ লোক কৌখিবনি। মতু ভাবদা অমুনা অবুংবগী মচিন মেল্লি হায়—তম্মমু কিবনা হকচাংসে চেঙ খৈগুম নীক্লে। তম্মনুকো ভা অবুং।

অসুম্না লাকপনা মুমিদাংৱাই মমলি মমলিবা অতুৱাইদা ঐখোয় তমেংলোং য়ৌরে। অবুংবনা হংভি—ঙঝানি কদাইদা থুংশিগে? বিডিও সাহেবনবুদি আইবিদা লৈনবা শোয়দনা শীল্লমগনি। অতুদা ঐদি ঐখোয়দা থুংহন্নীংগ্রেদা। ঐনা খুম্মী—ঐসু নঙগীদা লৈবা পাম্মী। বিডিওদা পাউ হোদোক্লম্মসি অতুগা নখোয়দা লৈরুরসি। অসুম্না ঐখোয় অবুংবগী ময়ুমদা থুংলে।

নীংথম থানি। মুংশিৎ মরক্তা লমশাং লাকপগী ঈংবনা ঐখোয় পুম্নমক মৈ তীকনীংলম্মী। অবুংবনা ইমুং চঙলসি হায়তুনা চঙলে। য়ুমদো

চাউই শাংণ্ডি। চাউর চাউরবা য়ুংলিবা য়ুম্বী মথোঙশিংদু উবদা ইমুংদো হাইকেং লিংবা মাল্লি। য়ুমদুগী মনীং ইথং থংবদা মৈজাও অমা হৌরম্মী ওরং ওরং চাক মৈতাল অচাকপশিংদো ইম্ফালগী মৈক্ ১০ রোম হাপ্পা ওক্কেনি। তারিবা ভাংশং ভাওবা অচাকপা মৈতাল ময়ামদো। মৈনাক্কুদা কমলক্ষ্মী হন্নুরবী অহল অমা ফাল ১ দা। লাক্লিবা ঐখোয় পুম্মনক্কাস্থ মৈনাক্কা থাই ফাল অমমম ঐখোয়বু ফম্মু হায়দুনা। অবুংবনা কোইলাং লাংডি। মথম্মতা লাঙবদা ইনীল নিল্লি চাউথ্রণা য়ুমজাংদো। ঐখোয়গী চানা থরুবা থোং থারুবা ভুম হীপ্পবা শীল্লি লাওলি। হাম্না লৈরমলিবা মীশিংদু মথৌ অমমন পীদুনা চাক থোংনবা শীন্নমলগা মাস্থ ঐখোয় ময়ানদুগী মনাক্কা যাল অম থাদুনা ফম্মী।

অবুংবনা অহল অত্তুদা মখোংগী মপোলনা কদিনো খনা হায়খি। অহল অতুনস্থ খুনলকখি। মপোল খড়দবনিনা ঐখোয় ভুনিন্না লেংদুনা লৈ। অতুদগী অবুংবনা হায—ঝোনি ঐখোয়গী অবোক্লা ওজানিবু মাই মনাক্কা যম্মো হায়বিবনে। ঐস্থ হৌগংদুনা কালহু পায়বগা অহলদুগী মনাক্কা চঙদুনা ফম্মী। অহলদুনা মচিন্দা করি করিনো খঙদে মুরুম মুরুম শোল্লি ঐগী কোকতস্থ নানবী। অবুংবনা হায়রকই—ওজানি অবোক্লা হায়বিসে অবোক্লা পোকপা মচান্নুপী ঐখোযগী ইনে অমা শিগ্রে কুইবে। ইনেদুগী মশক্কা ওজানিগা চপ মান্নে অবোক্লা ওজানিবু উবদা শিগ্রবা অবোক্কী মগান্নুপীদু হন্নক্রুবনি হায়না খল্লে য়াম্না হুংশি ইনশাং হাওনা থোংদুনা পীক্কৌ হায়রিবনে আবোক্লা।

অম্নুম্মা ব্রাগী শানা শানা মৈ তিকলি ইকোয কোয়না ফম। অহল অদুনা ঐগী খুং শা পায়দুনা য়েংডি শিংপী নানবী। অহল অদুগী মতৌ উরগা মাগী খুইরবা মায়থোঙদু য়েংলগা ঐগী লৈখিদ্রবী ইমাদু নীংশিংলকই। মমা অমনা মচাদা হুংশিবগী প্রেমদুনি ঐনা হুমিংদুদা অহল অদুদগী ফংজখিবদো। অহানবদদি থঙলমদে ইমুংদো খুল্লাকপগী

ইমুংনি। অহলত্থনা লৈখিত্রবা খুল্লাকপগী মুপীনি। অবুংবনা মশূ নীপা। খুল্লাকপীদো ফনা লৈশিল্লে চহী ৯০ ডকয়া ওইরম্বা য়াই। মশূ মুপানদি মবোক্কী চহী তাংদাংবা খঙদে।

চাক থোংবা লোইরে শীল্লে। লীকান ২। ৩ দা চাক ইনশাং থেল্লে। চাক চারসি হায়ত্থনা ঐখোয় ফাল অমনম থারগা লীকান মনাক্তা ফম্লে। অবুংবগা ঐগা থংননা ফম্মী। মানা হায় ওজানি ঐখোয়গীসিদি চীংলমনিনা লম্বীথোং ফত্তেদো অহাওবা করিমতা কংদেনে। চাববু য়াগদরা খঙদে।

ঐনা হংডি—অবোকহো যদি ?

মখোয়দি ভসাইনা মুনিং তাড্রিডৈদা চারম্মনি। হৌজিক্কি অবোক ফমুং চঙগ্রবনি।

পিয়ন অমুনা হায় হঙ্গাম চমফুৎ উবদা—ইস চমফুৎসিদি পাম্বীনিনা।

ঐনা খুম্মী—হঙ্গামদি অত্থম হায়না চাগদ্নি। মত্থনা চীপ্পাক্কী মগুন মাঙহন্দনা চাবগী অচুম্বা নিয়মনি। ঐখোয় তমগী মৈতৈশিংনা কূপ্পা শোয়ত্থনা কূপ্পা মন্দুনা চামথোক্লগা থোং থার্কলিবসে মীতৌ তম্বদগী শোয়রবনি লাম্রবনি ভিটামিন লোইনা মাঙহনগ্রগা চাববা চাবগী কাম্লবা লৈত্রবনি। খঙডেদনা অমু। অবুংবা হাকুম অমা ঐ হায়ত্রাবাদতা ট্রেইনীং চৎলুইদনা চাবা থকপা থোং থাকপগী শিন্দম লৌবা। অত্থবু মত্থদা তমলকপদো ঐখোয়গীদি ইপা ইপুনা অহল লমল্লা থাইনদগী শীজিন্নরম্বা চৎনরমলবা ডাক ওইরম্মে অনৌবা অমতা ওইরমত্রে।

নোং ঙাল্লে। ঐখোয়না হৌগৎলকপদা চাক লোইরমলে। চাক চারে। তোক্লগা খুনত্থগী মীয়াম উনরে। বারী বাতাই শানরে। অবাৎ অপা সমস্যা কয়া থম্ল নৈনবা লোইরবা মত্থংদা লম য়েংলুসি কোয়-খোকলুসি হায়ত্থনা ঐখোয় চৎলি।

তমেংলোং খুনজাওভুগী নোংচুপ পাংবদনি ঐখোয়না চৎপদো। অবুংবনা ঐখোয়বু লমজীংঙি। খবা চংলগা চীংমায় অমদা হাইথবে। ফজখরেদা লমদমদো পামেল উপালশিংভুনা তুমিন তুমিন লেভবা খোংপা হাই হুম্বা তৌদনা নোল্লুরা তরাম তরান্না ঐখোয়বু ওক্লিবোই খল্লুই হৌরিবা পামেলশিংভু উবদা। কুমথকম থাক ফজনা লৈ লোকমাইভুদা। অদুবু কনানদি যৌওইবিদ্রবা মাল্লি মফমদো। শেখ্বা হৌগৎলকপা মতমদা উপালশিংভুনা নৌরিডৈ মুংপাকশিংভুনা হল্লিডৈ ফজরমগদবদো কযাদা ফজরমগবা? ফজরি হৌজিকস্ত মল্লস্থ মম্না লিরবস্ত লিনা। লোকমাযদো হাইফেৎ ভম্মী, চাউই, পাকই। লোকমায়ভু থম্না হৌরি নোংগাংহৈ পাম্বী ভাক্তা। অতৈ অতোপ্পা উপালদি হৌদে। লাংতক্করবা পুক্নীংনা খভনীংলবা থম্মোযনা হংজখ অস্তক য়াম্বা নোংগাংহৈ পাম্বী ভাক্তা কনানা করম তৌনা থারমনীবা? লোকমায়দো তামথগ্রি আ মখা য়ৌনা বরাক খোভবান য়ৌনা।

অবুবনা হায়—থাযনা মমাংডৈদা ঐখোযগী পাখং নৈশা মযাম হৌনভুনা বরাক তুরেলদা ঈকবা চংনবম্মা। হৌজিক্লা মখাদোকানগী, লমফেলগী সিনেমা হোল মমাঙদা চংনবে। যুগ অমা ওইরেনে ওজানি। নুংপাক অশাংবা লম ২ রোম শাংবা খুভুপ ১½ রোম পাকপা নুংপাক ১গী মথক্তা খিল্লি নুংগী চফ্তুন্থা ১ মংংদো চাইতেন্সোৎ মংং মাল্লি। চিদাই অমদনা মুংপাক্কুগী মখুল অরাওবা অমস্ত হুৎলি। মদো বরাক্তা ঈরুবা চংকদৌরিবা পাখং নৈশা ময়ামগী চীংহী লুফম্লি হায। অদুগা ঈরুবা লোইভুনা কাখৎলক্লগা পোৎথাকম্লি হায়ভুনা চাং মান্নগ্রবা নুংপাক পরেং কোয়না থারি। ময়ায়ভুদি হাংডি শুমাংমুক পাক্লা। মতাই ওইবপ্পা নোংগাংহৈ পাম্বী অচৌবা ১গী মখোঙদা নুংপাক ১ স্ত থারি সিংহাসন মাল্লা। মভুনা কয়াদি ফজগ্রে। বিচার তৌফম মিটিং তৌফমকা মাল্লি। মফমদো সভাপতিগী ফমফমকাস্থ মাল্লি। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী বিশ্বভারতী শান্তিনিকেতন্না ফজবা হেনবগী রাফম লৈতে। ময়ায়

হাংলিবত্নুা হন্নাও কুমহৈ থৌফম ভগোয় শাফম্নি হায়। অদুগা বরাক খোঙমুংদা কুমদুনা ঈরুজরুবদগী কাখৎলক্লগা অরাবা পোৎথাফম্লিস্নু হায়।

নোংগাং হৈকোলদো ওম্বোক্লা ফজগ্রে। মচৌশাতগী ওইবা ফজবতনা লৈতেংবা লমদাম্নি। মহৌশাগী ফিজেৎ লৈতেং থোক্লিবি মহৌশাগী নমোম নোংগাং হৈকোলনে। খুঙংগী মুংভাইবা পুন্সী চৌংমুংগী ফজবা দৃশ্য কল্লক্কবা ভনখিদে। মহৌশাগী অশেংবা ফজবা উজবা অহান্নবনি পুন্সীদা। অরোইবস্নু ওইরবা য়াই খম্লুবদা মুংশাশোর মপী ১ দি হোনখি।

অবুংবনা হায়রকই ঙহাক পোৎথাদিঙৈদুদা— হৈপাম্বা ওইরবদি নোংগাংহৈ পেন্না চাগদবনিদো খজানি। মতম মত্তবনিনা চাদ্রেদো হায়রগা পাম্বীশিং অদুদা হম্নৎনা থেংডি বোয়য়েং থেংডি উপালশিংদুদা। ঙহাক য়েংলগা হৈপাল অমদা তাপ তাপ কোন্দুনা কাখৎখ অদুগা হেনলকই পাল্লম্বা হৈরোল ৩ খক মনা মখেল্কা লোযননা। ৩ দুগী মরক্তা ১দি কয়াগী মতৌক ফজে ভাংশং ভাং অশংবা মনা ৩। ৪ না য়োম। অবুংবনা হায়— খজানি হৈরোলনিনা মশক থীরবস্নু হাওদনি যাম্মা থুম্মননি মহাও য়েংঙুনে চাংনে। হৈদো ঐনক্তি চানীংদবনি য়েংননবা য়ুমদা পুনীংবনি। অদুবু অবুংবনা চাও মহাও য়েংঙু হায়মনবদুদা ২ দি চাথোক্লে। থুাইদগী ফজবা তডাংবা অদুনদি ঐগী থেগতা উনা অশংবা অপাবপা অমনা য়োম্মগা হাপচিল্লে। ঙহাক পোৎথাবে অদুদগী ঐখোয় হল্লক্লে।

ঐখোয়গী থুংকম থৌরে। ইমা খুল্লাকপীদো যমদুনা ঐখোয়বু ভাইদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা প্লেট অঙৌবা অনা লৈ মখুৎতা থাঙ মচা ১ মু পায়। অরাথবী অমুনবা ৪। ৫ মু ইকোয় কোয়না মনাদুদা লৈবা উই। ঐখোয় হেক হল্লকপা উংদগী খুল্লাকপী ইনাদো অরাথবী খোকপা হৌই। অরাথবীদু খোক্লনদাইদা মখুং ২ দো হৌরিবা মৈজাংদুদা খল্লা খন্না মুন্না য়াই। প্লেট অদুগা থাঙ অদুগস্নু নৈদুদা মখুং য়াইবগুম য়াই। অদুদগী

অরাথবী অমুনবত্থু খোকই ককই। খাইদগী চাউবা খাইদগী হেন্না মুনবা ফজবা অরাথবী ১দি শোক্তে থম্মী। ঐনা খল্লি খুল্লাকপী ইনানা ফজবসিনা থাকলিবসি করিগীনো। অখোকপা অরাথবীশিংদো অবুংবনা ঐখোয় ময়ামদা য়েল্লি চাই। যেন্না য়েন্না অবুংবনা হায়—ঙজানি ঐখোয় অবোক্লা চৎখোক্তনা চৎপনিনা বারম্মনি, পীজনীং ভৌবনি। ঐখোয় চীংমীগীদি অথুন অহাও লৈজদে সিগুম্বনি নত্তনা হায়রিবনি।

হুমিদাংগী চাক তোক্লবা মতুংদা অবুংবনা জগোয় য়েংঙুসি, খুলনা ঙজানিগীদমক জগোয় ১ শীল্লি হায়দুনা ঐখোয় লমহাং অমদা চৎলি। মত্থুদা তিল্লম্বা মীথানহুদি অঙকপনি। ঐখোয়না হুম উবদদি উ রা চীং ঙাক্না উই। কদায়দগী মীয়ামনো ঙকখি। থাউমৈ থাম্দে মৈজাও অমা হৌখিবত্থুঙনি লম্পাক অত্থুগী ময়াখদা। মফমদো মৈজাওত্থুগী মঙালনা ভুংথীলগা চপ মায়ে। জগোয হৌরে ঐখোয়না মফমত্থুদা হেক থুংবগা। মখোয় ঐখোয়বু ঙাইহুনা লৈরম্বনি। মুপা মুপী পুন্না ৭৮ নি জগোয় শাদৌখিত্থু। মখোয়না মৈজাওত্থুগী অকোয়বদা পরেং লেংঙি। পাকপ্রবা লম্পাক্তো পূমথল থল্লি। ঐখোয়গী মুরাইদা ষ্টেজদা মী ৫। ১০ না শাবা জগোয় অত্থুগদি খেন্নত্রে। ফিজেৎনা লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তা শেৎলি। জগোয়দো কয়াদি ফজত্রে জুন জুন জম জম পুমথল থল খনখি—মশিনিদনা চীংগী ফজবা খুজংগী শুনহৎনীংঙাই ওইবা পুম্মী হায়বদো। অত্থুক ফজবা পুম্নীসিদা অমুক উগানি হায়বা থাজত্রে। স্বর্গদগীমু হেল্লম্বা তায়।

মথংগী নোংঙানবা অয়ুক্তা ঐখোয় ইম্ফাল থোক্লগনি হায়দুনা ফম্মুং যাম্নুংনচিংবা য়োম্বা লোইরে। মরত্থুদা খুল্লাকপী ইমানা চাউরবা দাবু অমা চিংবোই থাংবোই ভৌত্থুনা পুখোরকই। দাবুত্থুদা য়াওরম্বা ফি মথৈ অমনতা ওইনা চিংখোত্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। ইমা খুল্লাকপীগী লুহোংবদা মখোয়গী অহল লমম্না খুদোল তমলকপনি মচাইদমক। হুংশিত্থুনা উল্লকপনি নীংশিং খুদম ওইনা ইমা খুল্লাকপীনা থমজিল্লিবনি হায়।

লশিং অঙাংবনা শাবা ফি ঙাক্তনি। হৌজিক্তি লশিং অঙাংবা কংদত্না কনামতনা অতুগুম্বা ফি শানদ্রেস্ন হাগ্র। ফি ময়ামতুগী মরক্তগী অমা লৌথোরকই। শাবা কয়া কুইদ্রিবা ফিদা মাল্লি য়াম্না হল্লি। ইমা খুল্লাকপীনা ফিত্থু তিংথোক্লগা ঐগী নংগন্দা কুপ্পী। ঐঙোন্দা পীরিবা ওইরমাল্লে খন্দুনা ফিত্থু ঐনা মওং তানা ইনশিল্লে। ইমা খুল্লাকপীনা মোমোন নোক্লনা চেপথা চেপথা ঐঙোন্দা য়েংঙি। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই ইমানা হায়রিবশিংদো। লৈখিদ্রবী অবোক্কী মচামুপীদো ঐনা ফিত্থু ইল্লগনা অমুক্কা হেন্না মাল্লে হায়রিবনি হায়না। ফিত্থু ঐঙোন্দা পীরকখি।

খুল্লাকপী ইমাদো ইমুংদা চঙগ্রে অতুগা য়োংচাক চরোং অমা মখুৎ নামনা পায় মখুৎ নামনা ঙরাংগী খোবখিদবা অরাথবী অমুনবা অচৌবদো কোল্লি। অতুগা য়োংচাক্তুগা অরাথবী অতুগা ঐঙোন্দা পী। ঐনা কোকসে খরা নোনথরপ তৌরগা লোই যোংচাক্কা অরাথবীগত্থু খুল্লাকপী ইমাগী মখুৎতগী। ঐগী কোক্তা নানবী মুংশিনা। মচা অমনা মমাদগী ষংবা মুংশিবত্নি ঐনা মুমিৎ অতুদা ষংঙখিবা মুংশিবদো। ঐগী খুৎতা পায়রিবা বেগ অত্থু ইমা খুল্লাকপীনা হাংদোকউ হায়বগী ঈংগীৎ তৌবা মাল্লি। ঐস্থু ঐগী বেগ হাংদোকই। মানা ঐগী লুনা হাপলিবা নোংগাংহৈ মযোম অত্থু হাংদোক্লগা নোংগাং হৈত্থু লৌথোকই। লৌথোক্লগা ঐগী নাপদা থেৎপী। শংত্রিক য়েংলগা মচীন্দা করি করিনো খরা শোনবগুমস্থু তৌই। অবুংবনা অর্থ হন্দোকই—নোংগাং হৈত্থনা লৈরিমখৈ ইমা খুল্লাকপী হিংলি। লৈত্রবদি ইমা খুল্লাকপী শিগ্রে। তাইবংপান্দা ইমা খুল্লাকপী লৈত্রে হায়না লৌকো হাযরিবনি।

ঐগী মিৎ ঈরা চেল্লি খুল্লাকপী ইমাগীস্থু অত্থমঙাই। পি তৈথোকই ঐস্থু খুল্লাকপী ইমাস্থু। লেপত্থনা লৈহৌরে খুল্লাকপী ইমাদো মপি তৈথোক তৈথোক ঐবু য়েংত্থনা ঐনা চংখিবদো য়েংত্থনা। ঐস্থু য়েংনা য়েংনা পি তৈথোকই জীব গাড়ী মমুংদা।

অসুম্না থাদোক্লমলে তমেংলোং, লৈহৌরে নোংগাং হৈকোল, লৈহৌরে খুল্লাকপী ইমা। নোংগাং হৈকোলদগী লুনা চেংনা য়োমহুনা পুক্করকপা নোংগাংহৈদো এনা ঐগী ফমফম কাগী যক্লাংদা যোংপী অনা খরা বাংলপ অঙাংমুবীনা শোক্তনবা য়ৈরে। অহুগা নোংগাংহৈদো য়াম্দুনা থমলে নীংশিং খুদম ওইনা—তমেংলোং চংলুবগী নীংশিং খুদম ওইনা। চহী কয়া হৌগ্রে কুমজা কয়া ওনখরে নোংমতা নীংশিংলুদ্রে নোংগাংহৈ লৈরিবরা নত্রগা লৈত্রবরা হায়বদো। নোংমা খুল্লাকপী ইমাদো মঙদা উরম্মী। য়োংচাক চরোং অমা পায় মখুৎ নামনা অরাথবীহু কোন্দুনা ঐগী ইমাঙদা লেপ্লদো ইমাগা ঐগা কায়নরমদাই মতমহুদা ইমানা লেপ্লদো। খুল্লাকপী ইমাগী মুমিংতুগী শক্তমদো খুল্লাকপী ইমানা হুংবগুম তাথি নঙগী নোংগাংহৈদি। মিকপ খংথোক থোকই হৌগৎতুনা য়েংঙি ফমফম কাগী ফক্লাংদা। লৈরমদ্রে নোংগাংহৈদো। ঐগী তমেংলোং খোঙচংকী নোংগাংহৈকোলগী নীংশিং খুদমদো। ইমা খুল্লাকপীগী থরায়দো ঐগী নাপ্পদা ইমা খুল্লাকপীনা থেংপীবদো।

ইমুংহুদা লৈরিবা মীপুম খুদিংদা হংঙি ঐগী নোংগাংহৈহু উবরা হায়হুনা। কনামতা উই হায়দ্রে। খঙদে উদেঙাক্তা হায়রে। অমনদি শোনথাংননা হায়রকথি চৈরাওবগী কা শেংদোকপদা অঙাংশিংনা শুম চারে, তিল্লাইথোম্বী ইল্লনি মিরাং থুরনি কান্নদে লংথোকগ্রসি হায়নথিবনি।

মহু তাবদগী ঐ মপাল থোক্লে অমোং অকাই হুন্দোকফমদা তাবরা হায়হুনা চৈতেক অমা পায় হোং হোংতুনা কয়া য়েংঙি। থিবা ফংদ্রে। ঐগী নোংগাংহৈ নোংগাং হৈকোলদগী ঐনা পামজনা মুংশিজনা পুরকপা ইমা খুল্লাকপীগী থরায় ইমানা ঐগী নাপ্পদা থেংপীরকপা নোংগাংহৈদো থিবা ফংখিদ্রে। অহুম ফংখিদ্রে।

১০।১।৮০

# ইক্রিসাটকি কুলী মুপী

১৯৭৭ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৪ ইম্ফালগী তুলিহল এয়ারপোর্ট। যাত্রা তৌরবনি নিযামশিংগী হায়দ্রাবাদ চৎননবা। চোকশিনবা, থবক হৈবা ঐগী মরুপনা হায়দ্রাবাদ ফাওবগী টিকেট লৌবিরে। মাল বুক তৌবিরে হায়দ্রাবাদ ফাওবগী। চৎলি য়াম্না কোমনা। চিংননীংঙাই লৈতনা। পুং ৯ তাবদা প্লেন ভোংখৎলি ইম্ফালদগী। পুং ১১½ তাবদা কলিকাতা য়ৌই। য়ৌবগা মিনিট ১০ মুক্কী মনুংদা কলিকাতা এয়ার-পোর্টকি মাইকতা লাউথোরকই হায়দ্রাবাদ, মদ্রাজ, বাঙ্গালোরগী যাত্রিক সিকু্যরিটি এনক্লোসারদা চংবা য়ারগনি। অরেপ্পা অশেংবা খুঙনীংদুনা কাউণ্টরদা চঙলুই। তগা তহা ঐগী হাযদ্রাবাদকী মাল হায়দুনা মালগী স্লিপ উংলুই। কাউণ্টরদগী খুমলকই—"ডোণ্ট ৱোরী, লকগেজ অলরেডী বুকদ" হরাওনা হন্দোরকই ঐ। সিকু্যরিটি এনক্লোজরদা চঙলে। মুমিং য়ুংবা মতমদা কাখৎলি হায়দ্রাবাদকী প্লেন। মুংথিল পুং ২ তাবদা থুংলে হায়দ্রাবাদ। নিযামশিংগী হাযদ্রাবাদ। থায়না মমাঙঙৈদো অঙাং ওইরিঙৈদো ইতিহাসতা থেংনখিবা, ক্লাসতা চিনকা পুখিবা নিযামশিংনা পাল্লম্বা হায়দ্রাবাদ। নিযামশিংগী কোন্নুং হায়দ্রাবাদ। চিন্দা পক্লি কাউবা লৈত্রি হৌজিকসু নিযামশিংগী হায়দ্রাবাদ।

থুংলে। থামখায় অমা চুপ্পা লৈগদৌরিবা হোষ্টেলদা। নেসনেল ইনষ্টিটিউট ওফ ন্যুত্রিশন—শম্না এন-আই-এন। ঐগী মরুপ রাজ্যগী এ-এন পি কোওর্দিনেটার অতৈদি য়ৌরক্লমত্রি। হোষ্টেলদুদা ছাত্র পাখং অমা লৈরম্মী। ঐনা হংগে হায়দুনা য়া কাখৎলুই "ইবুংঙো। নঙবু চুরাচান্দপুরদগীরা টেংনৌপালদগীরা?" চিন থোক্না হংবমক্তি হংখিদে।

খঞ্জুবতনি। কোন্না খণ্ডলকই পাখং মচাদো ইন্দোনেসিয়াদগীনি। ইন্দোনেশিয়াগী পাখংনি। এস. এ. সি ( এ এন-পি ) তমলিবনি। ইন্টর-নেসনেল হোষ্টেল অদো সাউথ ইষ্ট এসিয়াগী লমগীদমক্তা লিংবা হোষ্টেলনি। অচুপা এন-আই-এনম্মি।

মথংগী ছুমিংতা ঐগী মরুপ পুম্নমক থুংলরে। তাং ১৬ তগী ক্লাস হৌরে। নিউট্রিসনগী মিয়ুজিয়মদা চংলুই। লৈরম্মী শক্ত পোল্লাং অমা লেপ্পুনা। থেংলম্মী অনম্বা অয়েকপা লাই কয়া। চাবা বাংপদগী পোক্লকপা মখল কয়াগী লাইনা পাক্লবা মীওইশিংগী কিনগাই ওইরবা অঙকপা শক্তম ঙাক্তা। হেনজিন্না চাবদগী মহাওলী শক্তক হেন্না চাবদগী কামখংলবা পুকনোইবা কয়াগী শককমম্ন য়াওই মরক্তুদা। খুদংগী চাকথুং ফিথুংদবা মীওইগী শক্তুম্না অয়াম্বনি। লাইরবা, অবংবা, চিঞ্জাক লৈননবা অমদি থোকহল্লবা শেল অমদি উপায়, খুদোংচাবা লৈজদবা ফংদবা মীওইনিংগীদমক্তা "কনজম মোর ভেজিটেবলস, মোর গ্রিন লিফি ভেজিটেবলস" মসিমতনি ঐগী মিংনা উত্থনতা লৈরিবা, নীংশিংহুনতা লৈরিবা। ঐনা খনখি ঐখোয়গী মণিপুরগী খুঙ্গংগী মীনা মশা ফরিবসি হুজাম খায়া চাবা, মনা মশীং অশং অমান, মরাঙ কায়না চাবা। কোবী মপাল শাংপী লৈগী শক্তক্তি য়োক্লনবা, মনা মখোক অশংবনা থান্বিবা মীওইশিংগী। কোবী থমজেংকী মখোক্তা পাল্লিবা অশংবা মনানা থমজেংকী শক্তকগী চিঞ্জাকী মগুন লৈবা হেন্নি। খঙনা চাবা নত্তে খঙদনা চাবনি। লৈতবদগী লাইরবদগী চাজবনি। মত্তুনা খঙদনা হুকচাং ফহনবনি। খল্লি ঈশ্বরনা শীনবা পুম্নমক অকবা ঙাক্তা ওইরে।

অহানবা নোংমা নিনিদি ঐখোয়গী ট্রেইনীং অদো লেকচর ঙাক্তনা নন্না পীরম্মী। মসৈথংদদি ফিলদ ভিজিটনা অপ্পাম্বা ওইরক্রে। ওসমানিয়া হোসপিতালগী পেড্রিয়াত্তিক সেন্টার, নিলোফুর হোসপিতাল কোর উইম্যান এণ্ড চিলড্রেন অসিনচিংবা য়েংবা লৈনবা চৎপনা ফিলদ ভিজিটকী অয়ৌরনি।

অঙক অঙকপা মওংগী অঙাং, অঙাং মশম হৌদবা পোকপদগী মশম হৌরক্লবা, হৌরম্বদগী লোইনা কেনখিবা, শমজাবীনা চাবদি নত্তবা, চুগচাক মশমদোনা মশম চন্না চন্না ঙাংলি ঙাংলি অমমম অনীতা হৌবা, মমিং অদো ঙৌদোং পকপদোনা ভৌবা, মিংকী অঙৌবা শরুক, অমুবা শরুক মকম খঙদবা, মিং উরম্বদগী উরক্লবা, উরমদবদগী চিঙ্গাক্লা লাইয়েংহুনা উরকপা, মশা লেঙবা খোংপা ঙমদবা অঙাং, কমুংদা অঙুম তাদ্নতা লৈরবা অঙাং অসিনচিংবা। মখল কয়াগী শকওংগী অঙাং। করিদগী করম্না অস্নুক শাথিবা শকওং শক্তম।

থবক কা হেন্না শুবা নোম্বা, চাবদি ৱাংপা, শেস্থোক ৱাংপনা মরম ওইহুনা চিঙ্গাক লৈহুনা চাবা ঙমদবা। অঙাং নাওরোল খুমন্দুনা মমাদা ঈ ৱাংলকপা। মহুগী কললা অমদি মশা কত্রবা ঈ ৱাংলবা মমানা পোকলকপা অঙাং শোইনাইরকপা মশানা তাজববা ৱাফম্লি। শোই-নাইরবা অঙাং মম্নামহু উরুরগা য়েংবা লাকলিবা মযামদো ৱাগী মচেং অনতা ঙ'ঙনদে। নামা শোযরবা মওং চাত্রবা অঙাংশিংহুনা হৌজিক কাওবা করম্না হীংলিবা? করিগীদমক ঈশ্বরনা মখোয়শিংহুবু শেম্বী-রমলিবা? ৱাহং কয়া কয়া য়েংবা লাকলিবশিংহুগী ৱাখলনা পুন্নীংদা হংথি। অঙাংশিং অহুবু লাঈয়েংলগা করকখিগদরা? অকবা চিঙ্গাক পীজরগা মশাদ্ করকখিগদরা? অকবা চিঙ্গাক পীজরগা মশাদ্ কল্লকখিগদরা করকখিগদরা? তাইবংমী অমা হায়বদ্ ওইরকখিগদরা চিংনদবা ঙমখিদে।

মথংদা চংলি চাবা ৱাংলবা, ৱাংনা চাবদগী, দরকার ওইবা ওইদবা থিদনা অকং অকংবা চাশিনবদগী তমথীরবা মখল কয়াগী লাঈনাগী শাদোং ওইহুনা লৈরবা মীওই লাল্লুপ চাত্রবা অনাবা কয়ানা লৈরিবা কা। থোঙজিন হেক কানশিনবদা থেংনৈ সাইন বোর্ড **"PROTEIN CALORIE MALNUTRITION"** অয়াম্বনা মথয়াং অনীমক থীনা চাকংলি। মরৈ চাকংলি চাক নীংথিনা শায়বা য়ারমলোই।

ইনশাং চাবা য়াবমলোই মরু ওইনা ইরোনবগুম্বদি চাবা শুপয়া য়ারমলোই। মখোযশিংত্বু ডাক্তরনা মরৈ ত্থিংখোকহল্লি। শাথীনা চাকংলি ভাংশং ভাঙনা। মাল্লি শা ভা অশেঙ্গা। উবদা অকিবা পোকই।

চাবা রাৎপদগী পোক্লকপা লাইনা। লাইনা ময়াম অত্নুদগী কল্লনবা থৌরাং। স্পেসিয়েল নিউট্রিসন প্রোগ্রাম শম্না এন এন-পিগী থৌরাং থৌরমদা শীজিন্নবা চিঞ্জাক পুথোকলিবা মফম। কেয়ার ( CARE ) অমদি ইউনিসেফ ( UNICEF ) কি তেংবাংগা লোয়ননা চালাইরিবা প্রোজেক্ট মোদর্ন বেকারী, ইনটিগ্রেতেদ মিল্ক প্রোজেক্ট, ফুড প্রোসেস প্রোজেক্ট অসিনচিংবা মথং মথং য়েংলুই। প্রোজেক্টশিং অত্নুদা পুথোকলিবা চিঞ্জাক মযামত্নু উরুপগা থনখি—মীওইবগী চিঞ্জাক রাংনীংভাই লৈতেনা অম্যুয়া। চাউর চাউবা প্রোজেক্টশিং অত্নুগী বেঙ্গাল হেক লানশিনবদা বিসক্যুইট, কেকনচিংবগী মুংশি মুংশিরবা মনম যাওরকই। তিন চুংলকই। ঐখোযগী ইবক্কা থ্বাইদগী অহল ওইরবা মিঃ চট্টারজী, পেনসন ফংগদবা পংকুই কুইরমলগোই। যাম্নবদা চহী অমা অনীতা মন্তায়রমলগনি। চাকুরী তৌকুবদগী লাক্কবা যাদত্নুনা ট্রেইনীং অত্নু য়াওবা লাকপা ওইরমগনি। অহলনি হায়ত্নুনা ঐখোয় থ্বাইনা মাবু গুরুজী হায়না কৌই। মহাক্না অচাপোৎকি মুংশিবা মনমশিংত্নু হেক ফংবদা ময়ামদা হায়রকই—“ঐদি চাক য়াম লামলেবো। করি করিনো থবা লৈ চাখি-সিবা।” অমা অনী চঙত্নুনা হংলুই লৈগে হায়ত্নুনা। খুমলকখি—“মফমসিদা চাবা, লৈবা, য়োনবা য়াদে। চৎনদে। অচাপোৎ ময়ামসি ক্লিডিং সেন্টারদা থাখিগদবা ভাকনি।” ঐখোয়গী ইমাঙমক্তদা অচৌ-অচৌবা ত্রক মথোঙ তরুক পানবী নিপান পানবী হরাগাড়ীদা পুথিবা ঐখোয়না উই।

গুরুজীনা হায়খি—“ঐদি নখোয় ময়াম চানবা লৈবিগে হায় ত্তৌবনি। য়াম্রবনিনা তোক্লেদনা।”

মথংদা চৎলি কোন্দাপুর খুঙ্গং। মফমত্নুদা, ভারতকী খুঙ্গংদা

শীজিন্নরিবা পুখম তেঙ্গোংনা হায়বদি পাত্রশিং অহু শীজিন্নহুনা করম্না ডায়েটারী সর্ভে তৌগনি হায়বহু ওজাশিংনা তাকপী ঐখোয়দা। হায়দ্রাবাদ সহরদা লৈরিবৈদা খল্লি নিজামশিংগী লৈবাক হায়দ্রাবাদ মুংঙাই চাউখৎলি। খুঙ্গং যৌরবা মতমদদি কয়াদা থীনা খেন্নরমগ্রবা। লৈপাক্কা লৈরং তাখৎলগা কোনা মনানা মথক কুপ্পা য়ুম। টাইলনা কুপ্পা য়ুম। চ্যেক্কা মখোঙ হৌরগা টাইলনা কুপ্পদি য়ুম অমা অনীখক্তনি মরক্তা থেংলিবা। খেন্নগ্রেদকো ভারতকী খুঙ্গংগা সহরগী লমদনগা। চৎলুবা ট্রেইনীং অদো অরা মুংঙাই অনীগী মরক্তা লৈরুবনি তমলুবনি খঙলকপনি উরকপনি।

মথংদা তেলাঙ্গনাগী ঘাটকেশার হাযবা খুঙ্গং অমদা চংলি। মফমতুদা লমদম অহুগী শানরিবা য়ুমশা মংেদা শাবা য়ুম অমদা লৈরম্মী ডাঃ সত্যনারায়ন। মহাক ঐখোয়গী এন-আই-এনগী ওজা অমনি। মহাক্কা নহা পাখং অহুম মরিগা লোয়নহুনা খুঙ্গংহুদা লৈহুনা নিউট্রিনগী মরমদা রিসার্চ তৌরিবনি। মশা নউ কৈ চাউ শাংই নীপা থোকই। মহাক্কা য়ুম অহুদা লৈরমগনি হায়বসি থাজরুদে। অহুবু হায় মহাক্কা মাগী থবক চৎথরিবহু চহী ২। ৩ শুরে নফম অহুদা। মফমহুদা মহাক্কা পাঙথোকলিবা থবকশিং অদো নৌনা এম-বি-বি-এস পাস তৌরকপা ডাঃ মচা অমদা পাঙথোকউ লৈয় হায়বা য়ারোই। ডাঃ অহুগী উৎসাহ ময়াম্না থাগংনৈ। ঐখোয়সু থাগংলি।

মথং মুমিং অমদনা চংলি ইন্দো ডটচ প্রোজেক্ট ফোর চাইলদ বে'য়েলফেয়ার। ডাইরেক্টর অহুনা ব্লেক বোর্ড অমদা ইহুনা তাকই ভিজুয়েল এইদ কয়া শীজিন্নহুনা। করম্না আই-ডি-পি সি-দবলিউ হৌরকপা। নেদরলেণ্ডগী মহারাণীগী উৎসাহ অমদি মহারাণীনা থরায় য়াওবিবদগী প্রোজেক্ট অদো পাঙথোকপা হৌখিবনি। অভাংগী য়াইফ-নবগীদমক্তা অপুনবা থৌরম অসে ভারত সরকার, অন্ধ্রপ্রদেশ সরকার অমসুং নেদরলেণ্ড ফাওন্দেশনগা য়ানবগী মতুং ইন্না প্রোজেক্ট অসি

হৌখিবনি। প্রোজেক্ত অসিগী মথাদা মলটিপর্পস হেলট স্কিম, মহিলা মণ্ডলগী মেম্বরশিংনা শিন অমা ওইনা পায়রগা অঙাংগী অচাপোৎ শেম্বা, চাবোকপী অমসুং অঙাংয়োকপগী শিন্দম, ইমুংগী য়াইফ থৌরাং, বালবাডী, মমা অমসুং ওজাগী শিন্দম, নিউট্রিশনগী থৌরম কয়া চংথরিবা পুম্নমক মথং মথং ওইনা থেংহল্লি।

হল্লকপদা হায়দ্রাবাদ শকতাকপদা য়াওরিবা চারমিনার অমদি গোলকোন্দা লানবন লৈবা মায়কৈরোমদা লাকই। মতম অমদা মণিপুরদগী অহানবা লমথোকপদা দিল্লীদা সাউথ এভেনিউদা উখিবা চারমিনার য়েকপা চুরুটকী উপু কয়া। উখি এম পি শিংনা পামজনা থকপা। মতম অহুদনা চুরুট উপুগী চেদা, উপু মমায়দা অয়েকপা ওইনা উখিবা চারমিনারবনি। মুমিৎতুর্দাদি উরে অশেংবা চারমিনার। চাউরবা বাংলবা চারমিনার।

হায়দ্রাবাদকি কলাকার থাগৎতবা ঙমদে। ইং কুমজা কয়াগী মমাঙদা শাখিবা য়ুম্বীনি। চাউরবা বাংলবা য়ুম্বী মরি। লেঙদনা লৈরি হৌজিকসু ফজবা কলাকারশিংগী হৈশিংবা। অকোইবদা লাই লাইশঙ কয়া হিন্দুগীসু মুসলিমগীসু।

ঐগী মরূপ নুপীনখেদি গাড়ীদগী ঙম্মা চোংথখরে। সাড়ী, খুজি চারমিনারগী খুজি লৈবা। গুরুজিগা ঐখোয় অমা অনীদি চারমিনার য়ুম্বী লৈরিবা অদুগী মনাক্তা চাউথ্রবা মসজিদ অমা লৈ। মহু য়েংলুসি হায়দুনা চংলে। য়েংলে কোয়না চৎতুনা। মাইক পান্দুন লাই শোল্লি কাঙবু অমনা। মনাক্তা পাকথ্রবা নুংপাক অমা লৈ। খুংশেমগী নুংপাকনি। মচু ফজে মুনা লংনা। ঐখোয়বু লমজীংলিবা অদুনা গুরুজীদা হায়—নুংপাক অসিগী মথক্তা ফমলমলবা মী অদো নহাক শোয়দনা হায়দ্রাবাদতা অমুক হল্লকুনা লাকনি। গুরুজীনা মহু ত্তাবদা ঐখোয় ময়াম্বু কৌশিন্দুনা ফমহল্লি।

মথংদা চৎলি গোলকোন্দা লানবন। অরাংবা চীংদোং অমগী

মথক্তা। চাউই পাকই য়েংবদা মিংফম হোংবা য়াদমখৈ কজৈ। করম্না কনা কনাগী পাঙ্গলনা চাউর চাউরবা নুংজাও ময়াম য়ুম্বী য়ুংহুনা অপাকপা নুংপাক থাঙ্গংতুনা চোক চনবগুম চন্দুনা লানবন অত্তু শাখিবা। ইতিহাসকি রাম্বী কয়া হুম্না হুম্না নীংশিংহল্লি ঐখোয়না চিনফা পুখিবদো অতেনবা রাহংগী পাউখুম পীননবা খুম্মনবা গোলকোন্দা লানবনগী। বিজ্ঞানগী চাউখৎ ডমখৈ য়ৌর কানসিদসু কনানসু থুগাইবা মাঙহনবা ডমলোই লানবন্দো। খোঙজাও মাপল, খোঙনাও য়াংখৈহুমদোই, শুরুং নিফুনিপাল লৈবা লানবম্নি। যান্ত্রিক লাকপদা খোঙজাও ডরেংতি হাংভি অনী অমদি হাংদে। পৃথিবী ফাওনা মম্নিং চৎলবা কোহিনুর মুক্তা গোলকোন্দা লানবন শেম্বদা ফংখিবনি হায়।

মথংদা য়েংহল্লি সার্লাজঙ্গ মিউজিয়ম। য়েংবা য়াবা মিউজিয়মনি। লোইনা শুনা য়েংবা তাববদি মু নিং নিনি নত্রগা হুমনি চংবা য়াই। অহুমশুবা সার্লাজঙ্গনা পানবা মতমদা শেমলম্বনি। ইং ১৯৬৮ দা হাংখিবা মিউজম্নি। মথল মথাগী কলা খুদোল কথা তোঙান তোঙান কা খুদিংগী পৈবি থেল্লি অবাকপগী মিংফম চিংশিল্লি। কলাদদি হায়-দ্রাবাদ চাউখৎলি হাযদবা ডমদে।

তাং ১৯।৮।৭৭ ইংগী পুং অনী তাবদা মুম্নিৎ য়ুংবা মতুংদা খোঙ শাল্লি ইক্রিসাটকিদমক। শিন্দম লৌবা লাকলিবা অমদি ঙজাশিংগা পুন্না মিনি বস অনীদা চৎলি। ইক্রিসাট হায়বদি ( International crops research Institute for the Semi Arid Tropics ) হায়বনি।

হেক য়ৌবগা শঙজাও অচৌবা অমনবা অমগী মাঙ্গোলদা ঐখোয় ময়াম লেপ্পী। ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙশিল্লকই মুশুক মুবা, মকোক্তো মত্রং মত্রং মশম কুপ্প কাবা, মনাতোন কা চেন্না লাউবা, চাউ শাংবা, মীওই মীতৌ মশা মউ ফবা মখোয় মঙা ডরুফসু লেপলৈ। হেক উবদা অকিবা পোকই শকফমশিংদো। ঐখোয়না মাঙ্গোলদা লেপ্লিবদো

শঙজাংহ্রুগী মনুংদা মৈ ফমকমনচিংবা শেন্না লোইদবদগীনি। শঙ মনুংদা চঙলবা কান্দা খঙবা ঙমখি ঐখোয়বু ভাবগী ওন্নীগদৌন্নিবদো নাওোল্লাউ অমুবা ময়ামত্তুননি। মখোয় অদো য়াম্না খঙবা হৈবা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না খঙবা ফাওনি। খনখি শক য়েংলগা মীগী মগুণ লেপ্পা অসে লানবোরে।

তাকথরকই মথং মথং খা এসিয়া ভারত, আফ্রিকা, মিদল-ইষ্ট, অমাংথংবা আর্জেনটিনা, অমাং নোংপোক ব্রাজিলদগী মেক্সিকো ফাওবা হায়রিবা মফমশিং অসিদা নোংজুগী অয়েপ্পা লৈতবনা মরম ওইদুনা চিঙ্গাকী পোংখোক য়াংপা। অয়েপ্পা লৈতা হেনগংলকলিবা মীশিংগী চাবা ওক্লনবা পোংখোক পুখোকপা ঙমদবা। নোংজু মরাঙ কায়দবা ঈথৈ লৌফম ঈশিং লৈতবা, বিজ্ঞানগী থৌশীল য়াংপা, ইকংগী লম্না হেনবা। পুম্নমক অসে মনিগী ফিজংদা মথং মথং উৎলকই।

অহানবা হেক উৎদা অকিবগী শক্তম লৌরম্বশিংদো হৌজিক্তি মী ওইরমলে। তাইবং মী। করম্বা তাইবংমী পৃথিবীগী চাবা য়াংপগী সমস্যা কোক্লবদা লমজীং মৈরা পায়দুনা অমা অনা কয়া খাঙদুনা চাখোক হেনগংনবা হোৎনরিবশিংগী মরক্তা লৈবা তাইবংমী।

মথক্তা পনজ’খবা থরা অসিনা মরম ওইরদুনা ইং ১৯৭২ গী জুলাই থাদা ইক্রিসাট অসি হায়দ্রাবাদতা হেড কার্টর ওইদুনা লিংখৎখিবনি হায়।

কংথবা, ঈশিং পক্তুবা লৈঙোই লম ওইনা তৌবা লমদমশিং অসিদা মতৌ করম্না সোরঘম, পার্ল মিলেট, পিজিওন পীজ, চিক-পীজ থাদুনা হৌহন্দুনা পোংখোক মরাঙ কায়না ফংনবা হোৎনরিবা। হায়রিবা মফমশিং অসিদা থাগদবা পোংথা মওং, এক্সটেনশন য়ার্কারশিংদা শিন্দম পীবা, বৈজ্ঞানীক কয়ানা থিজিন হুমজিন্দুনা পুখোরকপা মহয় মরোংগী কাঙলুপ মথল কয়া য়েংবদা মিংকম হোংবা য়াদবা ঙাকনি।

হায়দ্রাবাদ সহরগী অমাং নোংচুপ থংবদা কিঃ মিঃ ২৫ চংলগা

লৈবা মক্কম অমদা ভারত সরকারনা লম হেক্ত্যার ১৩৬০ পীহ্নুনা ইক্রিসাট লিংখৎখিবনি। তোঙান তোঙানবা লৈবাক অরাতরেংকী সংস্থান ২৯ না চালাইবা ইক্রিসাটনি। অঙকপনি ঙকনীংঙাই ঙাক্তনি। হোলদা মনিংগী কিজংদা, রা ঙাঙহ্নুনা ইক্রিসাট শকওাকপা লোইরবা তু.দা ঐখোয় মপাল খোরকলে।

ঐখোয়না তোংলকপা বস মচা অনীদো থনমলে। ইক্রিসাটকী খোঙ্গাল অচৌবদা বস অরামুক মশক চপ মান্নৈ থারম্মী। করম্বনা করম্বনো খঙবা ঙমদে। বস ময়ামহ্নুগী মরক্তগী অমখক্তা ঐখোয় ময়ান তোংখৎলু হায়রে। তোংখংলে। বস অনীগী মপোৎপু করম্না বস অমখক্তদা চনগদরা খল্লী। অহ্নুগদি নাকল নাকন্দা কমকম কয়ামুক হাইগৎহ্নুনা থুপচিন্দুনা থনম্মী। মহ্নু হাইথরগা কম্মখিবদা কমকননা লেমহ্নুনা লৈরে কমগদবা মী-া রাংলে। মহ্নুগী বসতুমুক তোংবদা মুংঙাইবা পুন্সীদা খক তোংখিদ্রি। কারদগী কম্বদমু হেন্না মুংঙাই। ইক্রিসাটকি ওক্তা অমনা বস মমুং অহ্নুদা ত'কই মখল মখলগী থারিবা হৌরিবা মযামদো লৌবুক খুদিংগী। ইক্রিসাটকি অকোয়বা অদো গাড়ী নত্রগদি খোঙনকা কোয়বা ঙম্বগী রা লৈতে।

চাউপ্রে, পাকপ্রে। ঙমখৈদি মিংনা তাম্বা লম। করম্না যেংবা ঙমলুগনি খোঙমা চংতুনা। মখল মখলগী পাম্বী, পাম্বী অমদা মহয় অনীতা পানবী চুগচাক খোঙনেম্বী, চরোং চুম্বী চনান পাম্বী, নুংহরাই, লৈবাক হরাই, অকবা মচি ওইবা চিঙ্গাক্কী পাম্বী ঙাক্তনি। কজৈ কজৈ য়েংবদা মিং পেল্লঙাইনি। পুক্নীং মুংঙাইহন্নি।

মায়কৈ অমরোমদনা লাউনা খোংনা হিংচাবা মানবা ট্রেক্তর বুল-ডোজার ঙংলি, চেন্নি, পাইরি। লৈপাক খোৎতোকই, কোংখোকই লংথোকই। অঙকপগী মশক্কি অমুক অমুক কোৎতুনা পুখোরকপনা চীংঙা পিশুমমুক চাউই। লৈকুং কয়া মেনশিল্লি। চীংদোং কয়া তেমথোকই। শেমগৎলি শাগৎলি ইক্রিসাটকি লৌবুক। বসগাড়ী

মমুংদা ইক্রিসাটকি মরমদা তাকলিবা প্রফেসার বা ঙাঙবা লেপ্তে তাকলি ঙাঙলি বা। ঐখোয়না তাবা তাদবগী বাকম মঙোন্দা লৈতে। ঙাঙলি অচুম ঙাঙই।

ইক্রিসাটকি লৌবুক য়েংবা লোইরমদাইদা চংলি শিনগুশঙ অমা য়েংবা। শাংলবা শঙশাং অনী খাত্রাংনা শাই। মমুংস্থ মপালস্থ পীক থল্লি মখল মখলগী কার, বস গাড়ীনা। অম্লাবা য়াদবা। পুম্নমক ফোরেইন ফোরেইন ঙাক্তনি। ফজ ফজরবা নমুনাগী কার কযামা তাত্নুনা শীজিন্নদন্নুনা লৈরি। শঙশাংগী ন বন্দা কাওরবা খা-ভারতকী জগোয়গী শক্তম কয়া নুংনা শাবা। অতেক অকায়নি। ফল্লাংদা চংন্নুনা থমলি।

ইক্রিসাটকি লৌবুক শেন্দা ট্রেক্তরনা লৈনুংদগী কোংথোক্লকপা ঙাক্তনি মূর্ত্তিশিংদো। পল্লস্থা লৈপাক শেংনা চামথোক্লগা শঙশাং অনীহুগী ফল্লাংদা ঙাহুনা থমলিবনি। মরক্তা গনদেবতা কয়াস্ত যাওরি। তোঙান তোঙানবা শকওংগী শক্তমনি। মূর্ত্তি ময়ামন্থুনা পবেং শানা লেংত্থুনা ফল্লাংদা ভারগা করি য়েংলিবনো ফোরেইন কার য়াদবা চংনদ্রবা অতেকপশিংত্থুগী মরুমদা।

মহয় অনীতা পানবী চুগচাক খোঙনেম্বী, মরীক চুম্বী চনান পাম্বী চঙহন্দে মখোঙদা বুলডোজার, ট্রেক্তর। মখোয়না য়াজরিবদি সুপ্পগী কুলী মুপীশিংতবুনি। অন্ধ্রপ্রদেশকী কুলী মুপীতবু। ফোরেইন কার অতেক অকায়বশিংত্থুগী শক্লক তরা থোকপগী শক্লক অমফাওবা ফংদবা দোজ গাড়ী অমনবা, মথক কুপ্তবা, ইকোপ কোপ্লা, খা ভারতকী পামজবা মচু ঙাঙশং ঙাঙনা তৈরবা ডোজ গাড়ীত্থুগী মমুংদা ত্রম অমনবা অমদা থক্লবা ঈশিং হাপ্লি কোনজিন পাল্লি। মগকী অঙৌবা এনামেলগী শক্লক কেনপ্রবা অমুবতা ঙায়রবা অমদা ঈশিং য়াত্থুনা থকলি কুলী মুপীশিংদো। খেন্নপ্রেদা খেন্নবসে অরৈবগা লৈতবগা, ইনাকখুনবগা লাঈরবগা। ঈশিং থকপা লোইরে থাঙজো মচা অমমম পায়নরত্থুনা নাপি পেংবা চঙপ্রে কুলী মুপীশিংদো চুগচাক খোঙনেম্বী, চনান পাম্বীগী

খৈদোম কারক্তা। নাপি পেংলি কুলী মুপীশিংদো অন্ধ্র প্রদেশকী চাক্লবা মুংশাগী মৈচাক খাঙহনা। বিজ্ঞানগী চাউখৎপগী ছমখৈ য়ৌরবা কানসিদফাওবা শোল্লবা চরাম চদৎনরবা কুলী মুপীশিংগী মতেং য়াওব্রবদি পাঙথোকপা য়াদবা থবকন্থ লৈরিদনা।

ইক্রিসাট য়েংবা লোইশিল্লক্লবদা ঐখোয়গী বসতা ঐখোয় ময়াম অমুক কাখৎলে। ইক্রিসাটকি বস থনমলে। থোরকপদা উরম্মী খা-ভারতকী গনদেবতা ময়ামহনা ফোরেইন কার অতেক অকায়গী অহোবা মরক্তা মথুল খজিক্তং কংজবহুদা থরায় শোক্লা মনিংতা পিগী ঈব্রা চেল্লহনা য়েংহনা লৈহৌবদো ইক্রিসাটকি কুলী মুপী, চাকথুং বিথুংদবী কুলী মুপী। অন্ধ্রপ্রদেশকী চাক্লবা মুংশাগী থাকন মথাদা হুমাং জি জি শৌরহনা নাপী পেংলিবী ইক্রিসাটকি কুলী মুপী।

তাং ৩০ । ৩ । ৮৫ ইং

# নিঙোল চাকোবা

১

মমা—ইবেম্মা। ইমাগী লৈরেলভোম্বী, ভারিবরাও ?

লৈঃ—করি হায়গে ইমা ?

মমা—নঙবু ইম্ফালদা কৈথেল কাক্তনি হায়বদাইনে, কৈদৌঙৈ কাক্ত-দৌরিবনো ?

লৈঃ—ইমা ! নুমিৎ অকবা ঙাইবনি। হয়েং কাক্তরগে ইমা। হয়েংদি ২৮ পাল্লি। য়ুমশকৈশনি। ঙসিদি লৈপাকপোকপগী ওইরে, তৎনবা নুমিৎসু থোকমাল্লে। হয়েংদি শোয়দনা কাক্তরগে।

মমা—নঙ মাম্মগী ফৈজোমদো ফি অকবা খন্দুনা লৈরকউকো। কুমসি-সিতদি চৎলগে খন্দুনা ইমানা। মতুংদদি চাকৌবসি চৎপা ঙমগনি হায়বা ইমা কয়া থাজল্লে। হকচাংনগী শোনজিল্লকপনে। কুমসিনা অরোইবা ওইবা য়াই।

লৈঃ—করিনো ইমানা হায়রিঙ্গবো। ইমা পাঙ্গলহৌক কল্লিবো। চহী হেক খুদিংগী চৎকনিসে শিঙ্গ্রিকাও। ইমাদি নত্র নত্রবা রাখলঙাক খল্লমাল্লে। ইমা-ইচা লোয়নহনা চৎকদবনি চহী হেক খুদিংগী ... ... ...।

... ... ... ...

২

মমা—ইবেম্মা। ইবেম্মা তোম্বী ! নঙবু কৈদৌরিবগে ?

লৈঃ—করি হায়গে ইমা ?

মমা—ইমাগী থোঙসে উনমুক ঈংলেনে। পুকসিসু কয়া হুংঙাইতে।

নঙ তুমদি তুমনীংলম্মনি। অদুবু ইমাগী খোঙসে অমুক্তদি শাহল্লমখো।

লৈঃ—লাকঅগে ইমা। মাম্মতোনগী কৈজোনসে ঐনা কজনা গুদোক্লে। অদুদা কোনয়াই তক্তুবদি ঐনা পুনীংগ্রবা। অদুগা ইমাগী হুম্বেং শেৎনবা পুডৌকনেক্লে ইল্লবা ইনফিছুনে। ঐগী ক্লুরিং মচা ১।২ গা কোনয়াই তকপনে। লোইরে, লোইরে। কোনয়াইদা য়াওরিবা মৈতালসিংদু য়ান করি। মসি মৈফুদা হৈজিল্লগা ইমাগী খোঙ ওল্লবা কি মৈ য়াইরক্কে।

মমা—খঙড্রেদা তৌরিসে। ইমা ইচাদনিদো ইমুংসিদা লৈরিবা। মীয়োলদি লৈজদা কল্লা রারবা। ঐনগা শোনজিল্লকপনে। নহ্যানিনা নঙনা খরা মবারেদো মুগীমচা।

লৈঃ—রাদেদা ইমা। ইস ইমাগী খোঙসিদি উনগা চপ মাল্লরেদনা। খুকউ য়ৌনা ঈংলেনসিদে। ঙসাইনা হায়রকপা য়াড্রাও?

মমা—নঙনা মুমিং হেক তাবদই নোমলিবদো ইবেম্মা ইমা উইনে। চাক খোংথুনা ইমা ইচা চারে। অদুদৈ কোল্লীক ফেংলে রাইরম তৈ-খোৎ তৌরেদো। ভাইহাক্তদি পোৎথাবা ফংজদ্রি হায়বা। অদুদা ইমানা নত্তবু কৌবা ঙনদবনিনে ইবেম্মা।

লৈঃ—কৈজ্জপসিংদু ইচাই হেক চাইরে। হাকথংসিংদু নাবন্দা পুল্লপ তাশিন্দুনা লৈরক্লেদনা। সে ফজনা লোল্লক্কে। লেঙগদু ইমা। খোঙতু কি অশাবসিনা ওমশিনসিসে।

মমা—ঐদি মঙ হানগা মুংঙাইতবনে ঙসি ৪।৫ নিসে ইমা তুম্বা য়াদেনে। নপাদু ভোয়না ভোয়না মঙদা উই। তুলসিবোং ময়াদা লেপ্লগা নোকফেৎ তৌদুনা—কেতুকি! চৎলসি লাকওদনা হায়রম্মীবে। অদুদৈ ঐ ম্রিকপ অদুম থোক্লে। অহীংদুমা তুম্বা য়াখিদে।

লৈঃ—মুংদাংদা মঙ তথহৈদে হায়নবদাইনে ইমা! মকু মঙনি হায়না

হেক খঙ্গোক্লো। তুম্নবত্নম ভৌরসিসে। য়াম খেঙম্নমনি। খোঙদি খরা খরা শাররক্লেদনা। খুং য়াংলেনসে অমুক্তং নমগে। তুম্বা খেম্মু ইমা।

মমা—তুম্ববুদি তুমনীংলবনে। হয়েংদি নিংগোল চাকৌবনিনা গাড়ীম্নু চিনগনিদো। লম্নগা তাম্নবনে। ঙস্তা হৌদবা য়ারোইনে। মঙ হানগা মুংঙাইতবনে শোরি পারি পংখল হেক খল্লে। অহুদা মিং উইশিনবা য়াত্রিবা।

লৈঃ—অদো খল্লুরনো হায়বা। হৌপ্রবা বাবু নীংশিংলুবগী করি কাম্নগবনোদা। ইমা ইচাগী লাইবক্তা তমগ্রবা অদো ঐখোয়না খেংতোকপা ঙম্বা বা নত্তেয়ে। ঈশ্বর লৈরিদনা। মানা মরাইনা শীনজরকনি।

মমা—ঐনা মঙদা উরমলিবসে নঙ পাজিদা নত্তেনহৈ মুপীমচা। ঐনা ইচাদগীম্নু হেল্লা লুনা ভৌজবা ইয়া ইবুংঙো মুংশিবদো মাবুম্নু উরমলিবনিনে। মানা ময়াদি ভৌপ্রোকঙৌ নোক্লহুনা খোঙ্গাল্লোমদগী ফি অঙৌবা মগ্নোম অচৌবা অমা পায়রগা প্রেপ প্রেপ হেক চঙলক্লগা ঐগী ইমাঙদা দোম হেক খাদবগা অবোক ঐ হল্লক্লে হায়হুনা হেক খুরুম্বা। ঙরাং অহৌংগী মঙদনিনে (হীক ২ কপ্পা)

লৈঃ—শিখিবা অহুক কুইরবু। করিনো ইমানা ঙসি ভৌরিসিবো। মুংদাংদা মঙ তমহৈদে হায়রগা। সে তুমথনবা ভৌরোসে ইমাগী চোইরেংলদো লোল্লুম্নু।

মমা—ঐদি মহায়বনি, মুপীনা মশা খাই শংলবা মতমদা লংকৈ ইকৈ চৎপসি কয়া পাঙদে হায়ব হুন্দকী খোঙকমসিমদি চৎলম্নু লাইকম চৎপা ঙইরবম্নু হায়হুনা খামবনি। খাত্রীক মুপী ময়ামহুনা মানা খৌবা গাড়ী নত্রবদি লাইকম চৎনীংদে হায়রে হায়হুনা মানা য়াখিদেদো। অহুগদি চৎখিবা মতুং মুমিং ৭ নি শুবদা নত্রনে হবা শুরুং চৎতুনা শিরে হায়না তারা হৈয়রকপদো। মতুং

থা ৪ হায়রকপদা নঙনা নচা নীপা অমা কংজবদা ঐনা ইয়া হল্লক্লে হায়দুনা হরাওখিবদো ষষ্ঠিকা চাউনা শোনখিদনা।

লৈঃ—ইমা খিৎ তোকলোসে … মথা তারক্লমু … করি কান্নবা হৌগ্রবা ৱাবু।

মমা—নরাইবক ইরাইবক্ল থীরিবসু ইশুদো মুংশিবক্লবা কাফে চেনজবা ঙমলক্লবা কান্দা নথাদৈ শেৎতুনা অমুক পুবিগ্রেদো। ইমানা কয়াম চাকখি কপ্পদা ইপুম থীৎখিবনি। মীগী মচা ৱাঙ্গোন অমা পোকপদি অমতা হেক শিদেসে হুন্দোক-হুন্দোক্তুনা থমলবসু। ইমা ইচাগী লাইবকসে ওস্থোক্লা থীনদি তমলনগ্রবা ভাৎনি। ঈশ্বরসিসু মীচং মীথায়দি নাইনে। ম লৈজদবা হায়সে কয়াদা ৱারবনো।

লৈঃ— মামভোন্না বযানো ইমাদা ভক্লখিবা নমা নচাদা সিদা লৈবা খুদোং চারোই ইংখোন মচেৎ অমা ইমাগী মিংদা পানবিরগে যুমসু শাবিরগে আদা লৈররো হায়বা মতমদা ইমানা নঙ পাজিনা থুপখিবা মক্ষম অসিদা ইমাগী পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তান্নীংঙি হায়খিদো।

মমা—অত্বুদি নঙ পাজিনা থুপখিবা মক্ষমসিদা নত্তনা মক্ষম অতৈদা ইমা শিনীংদেনে মুপীমচা।

লৈঃ—চুম্মীনে অত্নুদা …।

মমা—ঐনা হয়েং শিগ্রগা নঙনা তৌহৌগদবদো খল্লিবা।

লৈঃ—কৈসু খনবিক্লমুদা ইমা। লাইনা তম্বা অমা লৈরমনি।

মমা—নঙনদি লাই লৈরি হায়বা। ইমাদি লাই থাজদ্রেনে। ঈশ্বরনা নত্রনে নপা, নপুরোইবা, নচা লৌশিনগ্রিসে। ঐ লৈত্র ভুংদা নঙনা নাইতোম পাইবা চেক্লাশুম কোইপাই পাইহুনা মায়পৈ শালাই খঙদনা লৈরগত্রা হায়বগীদমক্তা ইমানা মুংশা থিরিবা।

নঙগী মামতোন্দা নঙবু অরোইবা ওইনা শিন্নরমগে খনবদগী হয়েংগী নিংঙোল চাক্কৌবসে সিতদি মচংলগে খনবনিনে ইমানা।

লৈঃ—অদো চংকনি হায়বা। তুমবা ঙৌরো। তুম্না থেম্মো।

মমা—ইয়া ইবুংঙো মুংশিবা পুকফবদো মশমদি মুন্নক মু ভুবাই-ভুবাই মরায়বক্তা তা মাঙ্গোল উখোকতেন ময়াদনিনে মানা অবোক লাই নীংবিরম্মু শোয়দা ভাবদবা। তীর্থ চংপনি রাধাকুন্দ, শ্যামকুন্দ, শ্রীধাম বৃন্দাবন থুংনা চংকদবনি, ক্ষেত্রস্থ য়ৌনি হায়। লাইফম খুদিংদা ইকুবোক্কী তর্পণ কংলমগনি। করিস্থ মুংশা থীবিরুনুদা লাইফম চংপবু। ঐগীদি লাই থুরুম্বস্থ ফংবা শেলস্থ ভাল্লকপা অবোক হায়দুনা থুরুম্বদো ইমিং অসিনা হৌজিকস্থ শং শং উরিনে নুপীনচা।

লৈঃ—তোকঅসি ইমা। তুম্মো নোংয়াই হেল্লম্মনিয়ে। হয়েংদি অহীং তুমদবগী কোক শাওদুনা মামতোনহোয় য়ৌঙমদা তোকঅরনি। সে তুম্মো ইমা।

মমা ইশুদো মপা হেক হৈজিনবনি। মানগ্রবা। অদুবু মপা মচা, মপু, অদুম্মক হেক পুন্না দৌশিনখিদা। হে ঈশ্বর ইবুংঙো হে দয়াময় ওম্বোক্লা লাইবক থীনা ওনম্মীদা।

লৈঃ—তুম্মোসে। মুংঙাইবা রারী শাসে। মামতোংগী ফৈজোমদো, ফৈজোমদুদা পুরবদি তয়াং তয়াংঙিদনা। মোজাফুবিং গোপাল মার্কাগী অচৌবা ইঙ্কি ৪২ নি হায় ফি কথ্রবা, ফজথ্রবা অমস্থ লৈরক্লবনে ইমা। অদুগনে ইমা, লফোই চম্পাকোলাগী লফাং অচৌবা চং থোকপা ১নে, য়ুবি চাউথ্রবা লুম-লুম লাউবা ১নে, খৌশাবুংগী কিহোমনি হায়য়ে চাউথ্রে অমনে কা মনা, কমলা শুনা লৈরক্লবনে কোম্পাক অচৌবদুদা হাপ্লগা লাতোন কঙবা না থুমদুনা সুনামহী কাচিন্দা থমলিয়ে হয়েং চাক চাবা চংপদা

পুনবা। ঐনা কোম্পাক্তু কোক্তা থোনগৎতুনা পুবা, ইমানা মাঙ থাত্নুা চৈশু অমা পায় ঐনা তুংদা ইন মামতোনহোয় কোম্বোংদা চঙমিন্নদৌনে। সে ইমা তুম্মো।

মমা—চৎলো চৎলো নঙস্তু তুমজক্করো। হয়েং ঙস্তা হৌগদবনিদো।

লৈঃ—ইমা য়ারনিকো। ঐ তুম্মুরগে।

.... .... .... ...

( ৩ )

মমা—ইবেম্মা তোম্বী, লৈরেল, মুপীমচা, নোং ঙাল্লরবাঙ?

লৈঃ—ইমাই চোইরোল অমুক হৌরক্লরা। নোং ঙাল্লিয়ে। উচেক খোংবা ভাদ্রিনে ইমা। তুনখোনে। তুমশিং ফাত্রবদি হয়েং হরা তোংবা কোক ঙাওগনিয়ে ইমা।

মমা—ঐদি নোং ঙাল্লবোই খল্লুরে। তুম্মো তুম্মো। হাই মুপীমচা নঙনা লাঙলিবা পুগদবা পোৎশিংতুদা থুম অথাবা কাগুপতুগা খরী নচং মপাক অনীত্নুগদি য়াওববরাঙ? নঙগী মামতোনদি উতি য়াম্না পাম্বনিকো।

লৈঃ—য়াওরে য়াওরে ইমা। থুম্মোক মচা অমদা চোঙাম্না হাপ্নুনা থমলবনি।

মমা—ফরে ফরে।

.. ... ... ...

( ৪ )

লৈঃ—ইবুংঙো ড্রাইভর বাবু গাড়ীসিবু কদায় য়ৌদৌবনো?

ড্রাঃ—ইতৈমা ঐগী গাডীসি শেংদোকচরিসিনি। ঙসিদি মীনা রিজার্ভ লৌথ্রে। চৎপবুদি চৎচনিয়ে। আ হুইকপ ফাওবা।

লৈঃ—ইমা কমদৌনি গাড়ীদি ১খক লৈরি। মসিস্থ মীগী রিজার্ভনি হায। হুইকপ ফাওবদি চংকনি হায়য়ে। মসিদা ভাঙনরগা য়াইরিপোক ফাওবদং য়াওরগা য়াইরিবোক্কগী ইম্ফাল য়ৌবা গাড়ী ফারগা চংপনা ফরগদ্রা?

মমা—হোই হোই ভাঙনরো। গাড়ী অতৈদি লৈত্রবনিনা মত্থদা তারেদনা।

লৈঃ—ইবুংঙো ড্রাইভর বাবু! ইমা ইচাদং য়াইরিপোক ফাওবা খরা ইবুংঙোগী গাড়ীসিদা য়াঙ্গগে হায়রবু ··· ··· ···।

ড্রাঃ—য়ানি য়ানি, কাখৎপীরো।

··· ··· ··· ···

(৫)

ড্রাঃ—ইতৈমা কুমথবিরগদ্রা য়াইরিপোক য়ৌরে।

লৈঃ—ঙসিসিবু কনিনো গাড়ী ১ভা থাদা উদেনে ইমা।

মমা—থঙদেনে কমদৌবিক্কাংনো?

লৈঃ—গাড়ীবু অতৈ লাবখিদ্রাও ইবুংঙো?

ড্রাঃ—ইম্ফাল কাবা গাড়ীদি থাক্লেবো ইতৈমা, যংগনি হায়বা। ঐ অমুক্তা হংজখিগে। হো ভা ভোনজাও য়াইরিপোক্কী ইম্ফাল কাবা গাড়ী লোইনা হাইগংনথরবরাও? হাইগৎগ্রে হায়বা ··· লৈতানথেমগী গাড়ীদি। অদুস্থ হাইগৎগ্রে। ইতৈমা গাড়ী লোইনা হাইগৎগ্রে হায়নে।

লৈঃ—কমদৌনি ঙৌরিসিদি! ইমা ভারিয়ান চীংখোঙফাও গাড়ীসিদা স্থম য়াওরগা চীংখোঙদা কুমথরগা খোঙনা ভারীয়ান লাম্থোক্লবা অদুগা ইরিলবুংদগী রিকসা ফাত্থনা চংপা। ইমা! ইমাবু খোঙনা চৎথুনা ভারীয়ান চীং লাম্থোকপা ঙমগদ্রাও?

মমা—ঙসি নওগী মামতোন উনদবা য়াদেনে। উপায় লৈত্রবনিনা নঙনা হায়বা অদুম্মা তৌবা তারেদনা। ইবুংঙো ড্রাইভর বাবুদুদা ভাঙনরো।

লৈঃ—ইবুংঙো ঐখোয় ভারীয়ান চীংখোঙ কাও হুম য়াঙজরগে। হ্রাইকপ হাইজিনকমদা কুমথজগে।

( ৬ )

ভ্রাঃ—ইতৈমা! য়োরবনিনা লেঙথবিবা তারেদো।

লৈঃ—ইবুংঙো ভারাদি কয়া থোকলে?

ভ্রাঃ—ঙসিদি নিংঙোল চাক্কৌবা মুমিৎনিনা ভারা লৌজররোই নিংঙোল-শিংনা পেনবিরগা লোইরে। ঐগীদি ইচে-ইচল ১তা লৈজদে। ঙসিদি ভারাদো ইতৈমহোয়দা দক্ষিনা ওইনা কৎচরবনি।

লৈঃ—ইবুংঙোগী ইচে-ইচল ১ঙা লৈতে হাযবা ঐগীনা ইবুং-ইপুরা ১তা লৈজদবা। ইচিন-ইপুরা মাম্নখ্রেদা। ইবুংঙো লেঙঙোকো ঐখোয় সিদা লৈজহোরে।

... ... ... ...

( ৭ )

মমা—ইবেম্মা ইমাগী খ্বাংজে ১মা যাউরকপদাই। মত্থ পীরকউ।

লৈঃ—সে ইমা। চৈশুস্ত সিদা লৈবে। নত্তে ইমাবু চীংসিবু লাম্থোকপা ঙমগদ্রনে পাঙ্গল মতাম্ভদা।

মমা—হে হে করি ঙমদনি। নহা ওইরিভৈদদি থুম কোকথোঙ অমা পুরগা খ্বাইরম্বন কারম্মীপোৎনি।

লৈঃ—অত্থনা নহা ওইরিভৈগী বানিদনা। হৌজিক্কি অহল ওইরে পাঙ্গল শোল্লে হায়বা। ইমাগী পাঙ্গল মতাসিদা মুংশা থীরিবা।

মমা—খ্বাংজেৎসিগা, চৈশুসিগনা পাঙ্গল ওইত্থনা চৎলগা নঙগী মাম্মা উনদৌরিনিনে।

লৈঃ—ইমা য়েংনা য়েংনা ইমা তপ্না চৎসিকো।

মমা—পোৎথা পোৎথা হেক চৎলগা লোইরে ইচাসিদি।

লৈঃ—ইমা য়াম বারবরা? আদা উরিসে ভারীয়ানগী চীংয়ায়নি। মসিবু য়ৌরবদি অভম্বা কাগদবা লোইরে। কুমথবগী শরুক্তা মভাইরনি। ইমা তপ্পা তপ্পা তুগনিকো। ইমা বারবরাও। খোঙবু চুমনা থাংজ্রেনে কৈনা কৈনা থাংলেনে। ইমা সোমদা থৈদোরকও হুংহুদা থেংজিল্লনিয়ে। হায়রিমক্তদা থেংজিনখ্রে তুগ্রে ইমা, ইমা, ইমা শোর হোনদ্রে, মিহুল হুনদ্রে। ইস হকচাংসি উন। করিনো তৌরিসিবো। করি মতৌনোনে। ঐ লোইরে।

লৈঃ—ইমা নচানা কৌরিবসে অমুক্তদি থুম্মকও। ইমানা ঐবু মাম্মদা শিন্নরম্মী লাক্লগা শিন্নরমদনা কদাইদা চৎলবগে ইমা। নচাবু কনাদা শিন্নরম্বগে। ভরাং ইমানা লোলম্বা ময়ামতুদি লাইবক চাউবী নচাদা তুংগী পাউমেল্লম্বা ওইরেকো। ইমা পাক্তিনা থুপখিবা মকমদা ইমাগী পুন্সী য়াহিপ তানগনি হায়রম্মগা ভসিদি লমহাংসিদা পুন্সী লোইরবা। ইমাগী পুন্সী লোইরবা। করি মতৌনো তৌরিসিবো। মঙলা তাইবংলা খঙদ্রেনা নচাদি।

ঈশৈ—পুন্সী তালদা য়ৈহুনা
থম্মোয়গী স্বর পান্দুনা
চীক্লবা মকম অসিদা
পুন্সী শৈরোল শৈথারিবা
হায়য়ুনে নঙবু কনানো … ॥

তাইবং লম্বী লমশাংদা
পুঙমদ্রবা পোৎলুম পুরহুনা
থাংঙমদ্রবা খোংথাংদা
পুন্সী খোংচৎ তাল্লীবা
লম্বী লমথৈ য়ৌদ্রিবা
হায়য়ুনে নঙবু কনানো … ॥

তরক হৌরিবা পামেলদা
নাইতোম তোংলিবা লমখুম্নুগুম
নাইতোম খোম্বোক্তা মিরবা
পুন্সী শৈরোল শৈথারিবা
হায়য়ুনে নহবু কনানো ··· ॥

লমহাংদা মদোম লেপলিবা
পীক্লা খাংপোক শগুম্নুংয়াই
লোইশিল্লগে তাইবং মপোকসে
তাক্লগম্নু কনানো হায়বদো
হংলরোই ঐম্নু কনানো হায়বদো ··· ॥

লৈঃ—কদাইদগী খোঙ্গেলনো? কনাই শৈশক্লো? পলেম খোঙ্গেল মাল্লি। খঙলে মচা ঐবু কৌরিবনি। পলেম অপোকপী ইমা! নঙনা অরোইবা পুন্সী য়াহিপ তানখিবা মফমসে পলেমলোক হায়না মীংথোল্লমগেকো। ইমা! ইমা! নচা লাকচরে। ভাইবিরমখো ইমা নচা লাকচরে ··· ·· ···।

# ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা

(১)

য়ুরেনবা—অবোক ইবেম্মা। নয়ানা ভক্তি কৎচরিয়ে জয় জয়!

মাঙ্গোলঙানবী—(মনেমদি মালা চৎতুনা লৈরম্মী। ময়া মুপানা খুরুম্বদু ওকপা মাল্লি খ্বাং খিক্তং নোম্বরপ তৌই। খুদাংদা যেৎলিবা মালাদু লৌথোক্লুনা কিশিল্লি। শাউবগী ফী ফী কাম্বা মখোল তাবা ফংঙি।)

য়ু—অবোক রা লানকা অমত্তা ঙাঙবিদ্রিসিবু কৈদৌবিরবগে? মৌনিরা ঙসিবো? ঙসিসিবু থাসিরা? নিংথোকাবরা? ভাব মেন অমত্তা তাদ্রেনে ঐবো। মথোঙ-মরম খঙদ্রেদা।

মা—করিনোনে মসিনা তৌরিসিবো ঙম্লানা। নাম ঙহাক্তা শোনজগে তৌবসে হেক থুগাইবিরৈদা।

য়ু—ইহে! ঐনা লাক্লিসিদি তান কায়রবোরে। শোর কৈ ছায়দুনা যাত্রা তৌরক্লগা। অবোক ইবেম্মা লাইনীংবী নম্মা লানজরে। (গক গক থগেরকপগী মখোল।)

মা—অচ্চা! তুক্কচৈদা ঙসিদি মঙ্গল ওইরোইদৌরি। অয়ুক অঙনবসিদা লাক্লগা থগেবিররিসিবু করিনীনো? চংথোকউদা। ঐবু লুপ্রাবীনি হায়দুনা উশিৎত্রিবরাও? নকশিল্লকদু নমথীনে। হুম মনমসিদে।

য়ু—এঃ অবোক ইবেম্মা লাইনীংবী, অশেংবী তুলসী মনা! শোকচরোইয়ে। নম্মা হন্দোকচগে। ঐদি ইরুল্লদবা কুইরে, থামুক কারম্মনী। থাপথোকচরে নমথীবা মনম কাওরক্লবোইয়ে।

মা—চংথোকচরে হায়রগা সুম সুম নকশিন্নকলিসিবো। (কপ্পা) করিনো? নীংথহ্রসিদা ঐ অমুক ঈরুবা ঙম্নরোইনে নঙবো।

য়ু—শোকচরোইয়ে অবোক মুংশিবী! অবোক্তি নহা য়াম্না ওইথোক্লম্লেদা। পোক্না অমতা হৌদ্রেনে। পোক হিদাক তৈবরা হাঃ অবোক লাইনীংবী মুংশিবী।

মা—মসিনা ঙসি ঐঙোন্দা করেম কথাইনররিসিবু করিগীনো হায়বা। মসে ঙসিনে ...।

য়ু—এঃ অবোক ঐ অবোক্তা করেম্নবগী ইভীক লৈব্দে। ঐদি অবোক্তা চুন্না নহা ওইরমলে হায়জবতনি। অবোক্তি হরাওবিগদরা হায়রগা শাউবিরিবোয়ে। করেম্নজদে ঐ করেম্নজদে। অবোক্তা করিগুম্বা বাকম অমতা হঙ্গৎচগে লাকচবনি। য়াম্না নোল্লক্না ল্পিরি খোইরিনা লাকচরি জাৎনি। অবোক্না মুংশিবিবা মুংশিবিদবগী বাকমদি নয়া খঙজদ্রে। মুংশিরগা নয়ানি নচামুপী লৌরিবা মুপা অমনি মুংশিবিয়ু মহুদা করিসু অকায়বা লৈতে। মুংশিবিদ্রবসু করিসু লৈতে। কোই পরুবা নহি হৈ। দেম কেয়ার। ঐদি অবোকপু মুংশিজেয়ে।

মা—হায় নঙনা হায়নীংবদো কোক হেক হায়রম্মগা চংগ্রো। সুবাইদা লৈয়েং ইকাই-কাইরদনা তুরোই ঙামলোই চবেং চবেং লোন্দুনা লৈত্রবসু। লৈকাই মমাঙদা ইকাইজেয়ে।

য়ু—অবোক মুংশিবী নয়াবু ওম্বোক্না হন্থনা খনবিরেদা। নয়া বাচোই ঙাঙবা মুপা নত্তেকো। বা ময়াঙদা ঙাঙবা মুপানি খঙবীয়ো কাউবীগনো। নয়াগী লৈত লাঈর খরতদি য়েংবিগদ্রা খনজহুনা লাকচবনে। ভিক্ষা নিবা লাকপদি নত্তে হায়বা।

মা—অদো নঙনা করিনো হায়নীংলিবদো কোক হেক হায়রো অদুগা হল্লো।

য়ু—অবোক্না হল্লো হায়রবদি ঙসিদি নয়া হুনজররোইয়ে। থানা তাকে তাকউরো, পুলিস কৌগে কৌরুরো। কাগে হায়রবসু কাহল্লো। ঐ চেনজরোই কমত্তুনা ঙাইজগে। অবোকী মকমদা নয়া থৌগল্লোল কায়বা করিগুম্বী অমতা তৌজরোইয়ে অবোক ইবেম্মা।

মা—মাইনে ঐ। কমদৌনি তৌরিসিদি। ইমাইপেম্মা খীজরেদকো করিন্নুংগীনোনে ঐবো। লৈকাই মমাঙদা শিবনা ফরেনে। খাইনহল্লসি হাযরা কদাইনো খোংজোং মাংজোং তৌত্তুনা তোক্লদ্রা হায়ত্তুনা খাঙলবনিসে। ঐবু করিনো তৌগদবসে খঙজদ্রে খঙজদ্রে।

য়ু—অবোক ইবেম্মা নয়ানা লানবা পুম্নমক ঙাকপীয়ু দল্দবোং তৌত্তুনা থুরুনজরিয়ে জয় জয়। খাইনবা হাযদো অদ্ভুতদি তাকপীগনু। নচা মুপীদো মমং অনী শুহনগে হায়রর্দি খঙজদ্রে। শুহনবিরোই হায়রগদি খাইনহনবিন্নুকো। য়াশক্লুনা হাযজরিবসিনি ঙসিদগী নয়া থক চাবা তৌজররোই। চিঞ্জাকনিনা নোংমা কাদোক ইমান্নবনা হৌরবত্তুদা ···।

মা—ঙসিদি হল্লোনে। ঐবু ইকায়বনা লোইরেনে তৌরিসে। মীনা করি হাযনদগে? ফজবা রা নত্তে হায়বা।

য়ু—নয়ানা করিগুম্বা রা অমতা অবোকী মকমদা হঙ্গৎচগে হায়ত্তুনা লাকচবনে। অবোকপু ময়ামগী মমাঙদা ইকায়বা পীগে হায়ত্তুনা লাকচবদি নত্তেদা।

মা—অদো করি য়ানো হায়রোদনা।

য়ু—অবোক্না অত্তুক য়াম্না য়ারৌবিরবদি হায়জররোই। নচামুপী ওইনা থাজরক্লগে। নচামুপীদদি ঐঙোন্দা চৈবগুম্না চৈবা ঙমলোইদো। ঐ পুক্লীং য়াম্না মুংশিবো ( য়া য়া কপ্পকপা ) ইমা! লাইরৈপাক য়ৌগ্রবী পলেম অপোকপী। নচা পুক্লীং মুংশিয়ে। মীগী মমানদি নচা ঐবু মুংশিবিদেনে পলেম অপোকপী।

মা—লোইরে লোইরে লৈকায় কুমহৈ ওইরে খিৎ তোকও! ইচা হায়রা অনী শুবা নত্তে। ইয়াসু নতোমতনি। নঙনা ঙসি তৌরিবসিবু করিনো হায়বা মহা চন্দাল নঙবো। নঙসে মহা পাপী হায়বহুনি য়োক্তনা হিংঙোইদবা। কৃষ্ণ কৃষ্ণ!

খু—অবোক্তা ঐবু পাপী চন্দাল হায়বা মিংথোল অমসু পীবিরবকো। অবোক্তা নত্তে লোইরিবা ঐসু লোইরবনে। করি অমুক হায়রুনি ঐ পুমলোই লোইরবনে। নয়া মপাল থোকপা ঙমজররোইয়ে। অরাং শঙ্গোই কাচিন অসিদা থুপ্‌না থাঙজরগে। মমলবা কান্দা অমুক থোকখিবা হায়তুনি। পাপী চন্দাল মিংথোল ফংলবা ঐনবু হৌজিক মপাল করম থোকউনি। নয়া পোৎথাজরগে। সলাম সলাম। (ফক অমনবা শেগায়বা য়েনখ.দা তাবা অমা খুল্লগা শঙ্গোই কাচিন্দা থাহনা তুমখিবা। ওক ওক ওবগী মখোল।)

(২)

ইমুংঙানবী—ইমা! ইমা! ঐখোয় ইমা লৈত্রাও?

মাঙ্গোল—নঙ লাকইবরা? অঙাংদি? য়াওরক্তা?

ইমুং—ইবেম্মদি লাক্তে। মখোয় ঙসি চাক চাননি হাযয়ে। মমাল্লবা ময়াম লাক্তনা হৌরদনা চৎপ্রে। অঙাং চৎথোকখিরৈদা ঐসু ইমা অমুক্তা উনরুগে হায় লাকইনে।

মা—নঙনা কম কমতৌরিবা?

ইমুং—খঙত্রেদা ইমা ঐনা তৌদৌবসে। ঐ হায়কম খঙদে অঙাংসিমক হেক লৈরমত্রগদি, ঐসুনে ঐনা থোকপা অমা তৌরদৌনি। ইচাশিগী খনবদা ঐসে থোঙদা য়োৎহিলং থাংদোনা অফা অপুন্নরে। রাথলকা পুংফক ফকচিনপ্রে। নত্রগবু।

মা—করি অমুক তৌনরবগেনে?

ইবুং—লমাংদোংদা পোক্তিং তাবা কান্দুদনে, নিংথৌখোংদগী মুপী অমা লৌরম্মী হায়য়ে। মানা নহালমখৈ নীনি হেক হল্লক্তা হুমনি হেক হল্লক্তা ভৌয়ম্বত্তুদি মুপীত্বুগী ময়ুমদা চৎলিবোইদনা। মুপীদো হৌজিক মচা মুপা অমা পোক্লে হায়নে। ষষ্ঠি শোম্লিবনে। পোকপা ঙসি হুমনি শুরম্মনি। মশেম ষষ্ঠি থোকপনি।

মা—মানা থিরিবা মুপীসি নঙগা থানা মরী শুরেনে অত্থুদি। ইমাইপেম্মা ঙকপ্রেদকো।

ইবুং—মরিদা ঙইরম্মোইদা, ঐ তল্লিদা ইমা অতৈ অতৈ কয়ামসু লৈরমখি য়ারিক্তাংনি ঐখোয়না খঙদবা। মানা হায়রম্বত্তুবু করিনো, ষষ্ঠী চাউনা শোনগনি, থবক তোক্লে হায়ত্নুনা পীক্না শোনবা য়ারোই, হান্না তিন্নরম্বা মরূপ মপাং বার্তোন ভৌদবা য়ারোই। নঙগী নচাদি মুপীনি য়ুমলেপ চান্না তম্বা য়ারোইদবনিনা পীবা পোকপা মখৈদি লুনা লুনা তৌনি। তাংখুল মুপীত্নমদি পুশিনগে হায়বত্তু ফিজেৎ চাকচা খিত্তং তিন্নদবসিদা থন্না থনজানরিবনী অত্থুগা য়াংজীংগী মুপীত্নুগা নিংথৌখোংগী মুপীগদি য়ান্না থুনা য়ুমদা পুশিল্লনি ঐবুনা নপাম চৎপ্রো হায়ত্নুনা নৈবনা মহানিদা ইমা। ঐদিনে জাৎ জাৎ য়ান্না থল্লজাংনি। ইচাসি হাক্তোক্লমলগা শিপ্রসিরা হায়না থল্লকপা ফাও য়াঙরবনি।

মা—হায়। করিনোনে। হায়হৈদে, হায়হৈদে, অত্থুগুম্বা চিন লৈ কেনবা য়াবু কনানা।

ইবুং—অঙাং এপা অমা পোক্লে হায়ত্নুনা পাউ তারুবা মুমিৎতুদা ঐগী নীক নেকলেস অদো কায়থোক্লসি পীয়ু হায়ত্নুনা য়ান্না তক্লরম্মে। অত্থুদা ঐনা য়াদবদগী মা শাউত্নুনা চৎখি। মানা হায়রম্মীবা মানা হনজিল্লকপা মতমদা য়ুমদা লৈরম্বা য়াদে নপাম চৎপ্রো নমা অকাওবীত্নুগা লৈমিন্নরুচোকা হায়দনা মহানিদা ইমা। লোইরবনিনে লোইরবা, কৎখিপ্রেদা সৈত্য, অশুক ফত্তবা মুপাসিবু। ইমা ঐ

ভাব মেনকা অমতা তাল্লেদা। কমদৌসিগে, কৈদৌসিগে ইমাগা তান্নগে হায় লাক্লিবনে। অতুগা মানা হায়রম্বতুবো করিনো মমা মচা পুরক্লনি ষষ্ঠি য়ুমদা শোম্নি নওনা শীল-লাং তৌদৌবনি। লীক্তু শোয়দনা কায়গদবনিকো কা হায়দনা খওদেদা ইমা।

মা—ওম্থোকপনিদা য়াম্না ফরমগ্রবা মুপানিকো হেক মাঙইদা। নঙ পাবুংগী অরৈবা শেল মখৈস্তু মাই মহৈ তম্বদা হৈক্তিনখ্রিবনিদো। নঙ মুংঙাইরুনবনি হায়তুনা। মপাতুগা নঙ পাবুংগা পিশক পীক্লিঙৈদগী লুনা তিন্নরকই। নচা ইচা পীনতুনা ঙাই শেল ওইনরবদি ইতাওগা ঐগা মুংশিনবা মরী তৎলরোই হায়নৈ হায়তুনা। নপাবুংনদি খর খিৎ লিংনা পাল্লম্মীদো মতম অতুদা। ইতাওগী নচাগী মহৈ তম্বদি ঐগী দাইনি হায়তুনা হোৎনখিবনিনে হোৎনখিবা। পুম্নাঙ হেক মাঙভিদা।

ইন্নুং—তৌবিমল খওদবা শাসিগা সুম লৈমিন্নরবদি ঐদি শিকম নাকম খওলোইদৌরিনিনে ইমা।

মা—উম! অঙাংসিমতং লৈরমদ্রগদি মফবা। ইশুসে মরায়বক্তি থীদৌরিদা।

ইন্নুং—থবক্তুমা অতুম তৌরম্মবস্তু খরা খিৎ শাকগদবা। ট্রান্সফর তোইনা তৌই হায়তুনা থোক হেক তোকথোকইদো। থবক্তু তোকপদগীদি পুমঙাও হেক ঙাওখিবনি। ঐদি তোকত্নু হায়তুনা কনা মখামজবনি। অতুবু ঐদি মুপানি মুপী মরা লৌদে নাদা হাপ্তে হায়তুনা য়াখিদবনিদো। শেল পায়ত্রবা মতমসিদস্তু জম জম পায়রিঙৈগী মতমদো সুম তমতুনা লৈরিবা মতুদা ঐবু পংৎতা ওৎপা নৈবগী ব্রানিনে। ইহে কাউবু কাউই ঙসিকাও ইমাদা তম্বু তমত্রিনে ঐগী খুদোপ অচৌবতুগা নায়ানবী খর পীকপতুগা বাংজিং মুপীতুগী মচাগী ষষ্ঠীদা ঐবু তপ তানা ফুবীরমলগা উপু কক্বাইতুনা মুন্দুনা পুবিখ্রিবনিনে ইমা। ঐ ঙসিদি য়াম্না শাওনিংইদা।

ঐন্থু খাঙগে হায়না খাঙবনি। ইমা ইপানা থাজবিবা মুপানি ইম' অনী শুনীংদে হায়দুনা সুম মখাঙবনি। ঐগা মুংশিনজবা মুপাদুদা লৈজরমলদবু ঐবু সি থোকত্রা হায়বা। ( কপ্পা )

মা—ঙাইখোনে হৌজিকপু কমদৌসি হায়রিবনো? ইমাস্থু ভাব তাদ্রেনে।

ইবুং -- ঐগী সনা-লুপা লীক-কোল অরৈবমথৈ ইমা থমজীনবিরো হায়দুনা পুরকইবা। নত্রবদি হেক হুপ্তিল্লকপগা ঐবু শল ইরোই ফুবগুম ফুরগা মুন্দুনা পুখিদৌরিবা।

মা—খঙদ্রেনে নঙবু নচাদু পুরক্লগা সিদা লৈবনা ফঙ্গত্রা?

ইবুং—খরা য়েংখিগে ইমা। মুপীদু পুশিল্লক্লনি হায়রম্মীদনা পুদবু পুশিল্লক্লবদি সৈত্যা অঙাং পুরগা ঐ হেক্তা লাক্লগে।

মা—নঙনা সিদা লাক্তুনা লৈররগা মা অমুক ইথ্নরক্লুনা শা-লান তারগত্রা হায়নসু ইমানা মুংশা থীরিবা।

ইবুং—এঃ করিগী! মানা সিদদি পংহেন হেক্তিল্লকপা য়ারোই, কদায়দগী য়ানি হায়গে, অদবু ময়ুম ৎইবগী পংতৌ তৌজবনি।

মা—ইবেম্মা মুপাদো মনায় পাদ্রেনে হৌজিক্তি। কনা মফরম্বনি মমাল্লবা মরক্তা ব্যবহার ফজে অহল লমন লাই গুরু মশক খঙডি হাযনরম্মিবনি হায়নরমলিবা অদুবু লোইরেদনা হৌজিক্তি। মরক মরক্তা লাক্লুনা হাইরং হাইরং পোৎমাঙদা হেক লেপ্লেদো অদুগা ৫০ পীয়ু ১০০ পীয়ু হয়েং শিংগে হায়দুনা লৌখিবসিনা মশীং লাকঙমত্রবনি। মীগী মমাঙদা মানা ফুইনা লেপ্পদো ইকায়দুনা পীর-পীরগা থাদোকথ্রিবনিনে।

ইবুং—কৈদৌনা পীরিবা?

মা—পীত্রিমথৈ মাদি চংলোইদৌরি? কাউবু কাউই ঙরাং মা লাক্লম্মে।

ইবুং কৈদৌবা লাক্লম্মীবা? উম চংলুনিবুদি হায়রম্বনি। ঐদি মা চংকনি হায়দি থাজদবা। করি করিবু হায়রম্বগে?

মা—লোইরম্নবনি লোইরম্নবা। কৈরোল লৈকাই মমাঙদা ঐ মায়সে থমকম লৈত্রবনিনে লৈত্রবা। ইমাইপেম্মা অয়ুক্তো ঐ ঙম্না দোকান থোক্কে খন্দুনা ইরু মায়খজরগা লাই ঙহাক শোনগে হায়হুনা মালা হেক পায়খৎপদনিসে মানা অয়ুক্তুদ. লৈহাও লৈরেল চিল্লহুনা মনম্না রা রা। অতুগবু ··।

ইম্নুং—অদো করি করি হায়রম্মীনোইবা?

মা—সে সে অহানবদদি লৈয়েং খরা ফাইজরবম্ব অবোক্কা হায়হুনা খুরম্মে। ঐস্ব ইয়ানিনা মুংশিহুনা অতুম মঙকই। অতুদগী করিনোনে ময়াংলোনবু লোনবনে ইংলিসপু লোনবনে অবোক্তা রা অমতা হায়জগে লাকপনিতা মহায়বা অতুগা রাতুদি স্নপহায় হায়দবা করি মতৌনো ইমা খঙদে। করিনোনে মাগা ঐগা শুমাংসিদা লাউনবসি পুং ৩। ৪ নি হায়বা। মচোমপাক নাইদবা রাকাস্ব য়াম হায়রম্মিপোৎনিদা।

ইম্নুং—করিনো হায়রম্মীবো?

মা—মানা হায়রিবা অবোক ইবেম্মবু পোক হিদাক শীক্তিল্লবিবরা। শমকা মুগুক মুরমলে নহা য়াম ওইথোক্লমলে, হেক উবদা বেবীমমা ওইরবোই নীংহুনা ভাব অমা তৌরুরে কা হায়হুনা নোকফেৎ তৌহুনা মিৎত্তাকা তৌরকপগী রানিসে। য়োং লরাই মচা জাৎ নাইদবদো মনায়হুদা ভীল পুম্না শিৎচিল্লগা মথজাইদো ওন্ন ওন্ন খুবাক্কা থারম্বা ম্নাবনি। মানা তৌরম্বদো উশিংখিত্রবা হায়নিমা। মতুংদা অতুম্না অমুক হুন্না তৌররবদি কদাইদগী লেম্না থানি। নঙগী নপুরোইবনি নচা অমস্ব লৈরিদো অতুদা হুম্বনা খজিক খল্লুবগী রানি নত্রগবু হে হে মাঙম্বনা উশিং থৌওইদবা য়াত্রদো। আক পাক নাইদবা শারদনা মুপীনি কা হায়হুনা পংহেন হেনজিল্লকপদি য়ারোই।

ইমুং—অদুবু ইমানা তুমিন লৈহৌরিদুবু করিগীনো? ময়ু ঙনতানা ঙাওরবনিনা মপাঙ্গল কৈস্থ য়াওরম্নরোই মতমদুদা মগুক লাক, থক ইন্নবদি অদুম তুজগ্রনি। তুরিডৈদুদা খোঙপাক্না চবেৎ নেৎলগা তিল্লাইখোম্বী তাগুম তাবা য়াত্রা হায়বা।

মা—মদুমক হেক তৌরবসু য়াহিক্তি্রবা। নঙ অমা লৈরিদো নচামু লৈরিদো। মরীদু পৎ হেক থদৎপদি য়াত্রদো। মদু খজিক খঙ্গরুবগী রানিদা ইবেম্মা।

ইমুং অদুদৈ কমদৌরে ইমা?

মা—খৎনরে লাউবা য়াবমখৈ লাউনরে লোইনরে মখা লৈত্রে। করিনোনে লৈকায় কুমহৈ ওইনগ্রবনিনে। কাইদাদুদা ঙরাংদো মঙ্গল ওইবা হৌনদে হায়দুনা ইমাদি দোকানকা থোক্তে্রদনা।

ইমুং—অদুদি মাদি কররম্না হনখি।

মা—ময়ুদু ঙাওরবনিনা পাক হন্দেনে হনজিন হনজিন অবোক রা অমতা হায়জগে তাবিযুদা হায়দুনা লৈরে; রাদি হায়দবনিনে করি মতৌনো খঙজদেদা। অদুদৈ মানা য়েনখাদগী ফক অমনবা শেগায়গ্রবা অমা থিরুদুনা পুথোরক্লে অদুগা অবাং শঙ্গোই কাচিন্দুদা চঙগ্রে; তুমিৎ তাবা ফাৎবা পোৎথাদুনা লৈথোক্তে ঙাল্লিডৈদা খোকপা ইকাই মমলগা হনগে হায়দুনা হিপথগ্রে; ঙহাক লৈরগদি গো গো নাখোক্তু-না তুমখোকগ্রেনে। পোকডৈদগী উরক্তি,নে করি মতৌনো ইমা খঙদেনে। অদুদগীদি ঐসু সন্ধ্যা য়াচংবগী কৈথেল তিনখৎনরকপগী অদুরাইদা দোকান থোকহৌত্রবনিনা ইনশাং নাপী খরদং লৈগে হায়দুনা থোকপনে। হজিন্নকপদদি মা লৈরমত্রে, থোকগ্রে হায়য়ে। মানা হিপ্পম্বা কাচিন অদো অদুদা ওথোক্লমী হায়দুনা ঙসাইদা শেংদোক্লিবনি। মাইদা তুককচৈদা ঐ।

ইমুং—অমুক ঙম্বা মানা ঐঙোম্দা চৎগ্রো হায়না তালম্বা অদুগী মতুংদা

ইমাই নাক্তা অত্থম লাক্লম্বা তারেনে হায়রিবসিনদি। সুম লাকপদা লম্বীদা ময়ু তপতামথৈ থকচিল্লম্মনি। য়োনবস্নুনে, হৌজিক কাল অসিদদি কোনথোঙ হেক খুদিংগী য়ু য়োল্লেদো। কনাই কবুই খুল খুদিংমকস্থ য়ু শুংলেদো। অদুদদি।

মা—হেঃ থকপীক্রগবু কনানা শুংগনি হায়গে। থক্লিবা 'থিবোংজা'ঙশিংত্তুনা পীয়ু পীয়ু লৈগে থকে হায়বত্তুদা ভৌরিবনিনে। মীঙোন্দঙাক তাইনরুবস্থ য়াপোৎ নত্তেদা।

ইমুং—করেসে, ইমাবু ঙসি দোকান থোক্লরোইদ্রাও ?

মা—করি থোক্তনি। ঙস্নানা থোকে থলম্বনে নঙ লাকপত্তুদা সুম রারী শুবদগী চাগনি থকনি হায়ফাও কাউরেদা। বুদ্ধিকাসে ইচোই চোইরবনিনে চোইরবা।

ইমুং—অথুদি ইমা, ঐস্থ বেবীদো চাক চানবা চৎপ্রবনিনা ঐ ইমাই চাক্তু থোংলুরগে। ঐস্থ সিদা চাথোকপ্রগে। হিংচাবদো হল্লক্লদরা হল্লক্লদরা হায়ত্তুনা খুত্তিগী চাক হাপ্পা অত্তুগা সুপহন হেক হল্লক্তবা চজীক চাবদা হকচাংসিস্থ লোইরবনিনে। ঙসিদিনে করিগুম্বা মা হল্লকপা থোক্লবদি লান হেক্তা তৌনরগে শিরগা শি চঙগা চঙ। ঈমা ঐ, মুপাসি খাইনরগেদো. বৈদোরুগবনো। সুক রানা পূন্সি লেনদৌ শরুক।

মা—চাক্তো থোংগে হায়রদি থোংলুরোদনা। মরক্তা ঐস্থ পোৎ থরা য়োলহৌনবা ঙহাক দোকান থোক্ল্খিগে। ঙরাংদো মোরেগী থোংপ্রাও কি থান ২/৩ গা শামতুগী ফুরিৎ অথাবা দর্জন ২ গা পুরকপনে। হৌজিক্তি বরদিন নকশিল্লক্লবনিনা চীংগী মী পোৎ লৈবা য়াম্না কুমলকইদো। চৎলো চৎলো চাক্তো থোংদোক্ল্রো ইমাস্থ ঙহাক থোক্ল্খিগে।

... ... ...

## ( ৩ )

য়ু—হায় অফাওবীগী মচা অফাওবী কদায় চৎলুই। মুপীনবু কোয়বা হৌনব্রাও? নচিন চুম্মু ঙসিদি নত্রবদি ননম তৎনা ফুদৌরিবনি। নশমদো খ্রিৎ নান্না কোকথোক্লগা শুম্মু য়াইঙং তৈবিনি অদুগা নমা অঙাওবী অরিকপী অদুগী ময়ুমদা থিনদৌরিবা, খঙঙেদনা। ঐনা বা অমতা হায়জগে হায়দুনা ইঙক নোন্দুনা খুরুম্মগা হায়জবযু মনাদা হাপত্রিবনিনে তৌঙম্বী মৌনহা শানীংবী নমা লাইনীংবীদো।

ইন্নুং—চুন্না চুন্না ঙাঙনসিকো। নয়ু খরা থকচিল্লগা চোইত্রং পাত্রং পংঙাং ঙাংবদি য়ারোই। ঐস্তু নহাললমখৈদি খাঙগেদো হায়না খাঙলম্বনি হৌজিক্তি ঐ খাঙলরোই। অতাবী অমা তৌনবা তারে। মুপীনি কা হায়দুনা উশিৎতবস্তু য়াররোই হৌজিক্তি খঙঙব্রা? মচামুপী ঐ লৈরিডৈদা ইমাবু উশিং থৌওইদবা য়ারোই; ঐগী ইমাঙদা পংঙাঙ ঙাঙজন্মু চিন লৈ অমা পাল্লি হায়দুনা। কা-কা পংহেন হেনজিনবিরকনু।

য়ু—করি, চিন্নীবী খুল্লককোয়। মানস্তু মবুংঙো ঐঙোন্দা হঙ্গৎ হঙ্গৎনা খুপ্নীনে। হায়, হায়বিরিসিন্নি নঙ ঙসিদি নচিন চুম্মুকো নত্রবদি নপাম য়োবা শোয়দে। কদায় চৎলুই ঐ লৈত্রিডৈদা। শেংনা শেংনা হায়য়ু? কদায় চৎলুগে হায়বা?

ইন্নুং—ইপাম চৎজুই।

য়ু—নপামদ।দি কৈদৌবা? ঐঙোন্দা তাক্লমলগা চৎপদি য়াত্রাও?

ইন্নুং—হাইমা মুপীনা মপাম চৎপবু খবক লৈবা লৈতবা করি খিবগে। নঙনা মুপী কোয়বা চৎপদি ঐঙোন্দা তাক্লমত্রাও? ঐস্তু ইপামদা চৎতুনা ইমা উনরুইয়ে নঙ কৈদৌগে হায়রিবনো?

য়ু—অং নমা অফাওবী তৌঙম্বীদুগা বা তানরুরি ওইরিনিনে। করি করি

মম্ন, হিগায়রা তম্বীরকই হা? অতুননিদনা নঙনা ঐঙোন্দা ফুটানি তৌতুনা ঙাঙলিসিদি। নমাতুনা ইনশিল্লকপ্রাও। ঐবুনে রা মখা তাহন্নীংত্ররদি নঙগী নেকলেসতো হৌজিকমক পুথোরক্লো কায়থোক্লু-রগে। হৎচিংতি থন্তিনিনা হয়েংদা মঙাইরবনি পোৎ-চৈ লাঙগদবসে।

ইমুং—ঐগী লীক লৈতে।

য়ু—কদায় চৎত্ররা?

ইমুং—লৈতে হায়রিবসিনি।

য়ু—লৈতবা য়ারোই নহাক্তদা নঙনা শিরিংতুদি। নপামদা থৈদোকলুরব্রাও? লীচৈ অকোনবীসিনা নয়াংলেন্দা ৩/৪ রুক্তং চিংলবদি নচিনসে চুমলক্কনিসে।

ইমুং—করিনো লমজা শারা মচামখৈ নঙগীনি নঙগীনি হায়তুনা নম-নমতুনা য়াহল্লে। ইকায়দ্রো মীগী মমাংদা, লমজা শারা মচা ময়ামগী মপা শাবা, নঙত্তনবু পামজবনি ঐথোয়দি পামজদেয়ে ইকায়য়ে ঙমজদ্রে পু থাংবা, রাংজীং মুপীতুগী মচাই থন্তিদা নত্রাও ঐগী খুদোপকা নায়ানবীগা কায়থোকখিবদো উপু ফক্কাইতুনা পুরগা। লীক অসিমদিনে ইচামুপীগী থাকলিবনে থাকলিবা। শোকপকা য়ারোই, কায়থোকপা য়ারোই হাৎকেস্থু হাৎলো।

য়ু—নঙগী নচাদি মুপীনিনে, মুপী মানা য়ুমলেপ চার তম্বা য়ারোইদবা। কৌদা হায়রগা ফোহাম, থরোইদা হায়রগা অহাম্বা, লবুক্তা তাবা থরোই অহাম্বা খঙলবরা? নচামুপীদি পুত্নুনতা চৎখিগদৌরিবা করিস্থু পুরক্লোইদবা। পিবাশিংদি পুরকদবা ঙাক্তনে মথোরদি শাগৈগী মৈতাল অরাবনে খঙডেদনা। নীংথিনা হায়রিঙৈসিদা লীক্তো পুথোরকও কায়থোক্লুরগে।

ইমুং—অওইবা ওইনা হায়রিজাৎলাও?

য়ু—অওইবা নত্তদি হৌজিকপু নঙোন্দা কাগি শান্ন লৈখিদ্রাও পুখোরকও পুখোরকও।

ইন্নুং—ঐদি ঙসাইনা লৈতে হায়খ্রেনা লৈতে। নচা পোকখোল্লগা ষষ্ঠি শোনবা ঙমদ্রদি শোল্লুনু কৈনো, মীঙোন্দগী নিহ্নুনা নচাগী ষষ্ঠি শোনবা হৌনদে। ইকাইদ্রাও!

য়ু—মসি ঙসি মপাম চৎলুবদগী মৎ অমা কারেনা। মমানা মম্র য়াম তম্বীরক্লমাল্লে। মহুনকাদি চৎপা মুপা নত্তেহে খঙজৌ। ইথকথোংবা অফিসার ক্বাওবা নিয়ম চুমদনা চৎলি হায়হুনা সরকারগী তলব চাওগ্রবা কমক্বাও থোক থাদোক্লনা থবক তোকপা ঙম্নিবা মুপানি। মুক কুইনা লৈমিন্নরক্লগা নঙ ঙসিক্বাও ঐগী ইগুণ খঙদ্রিনে হাং চৈ ঙাইরিব্রাও?

ইন্নুং—য়াম্না মুন্না খঙজরে ইবুংঙোগী নতীক নগুণ। গুণ লৈখ্রে। নঙোন্দা লৈরমহুনা ঐসে মাঙজরবনে মাঙজরবা। হৌজিকসু অঙাংসিমা হেক লৈরমদ্রগদি নহালনা থোকপা অমা তৌজগ্রদৌনি। নৌ ওইরবসু নঙোন্দগী হেনবা নবুংঙো কোকথোং অমা লৈরিজাৎনি। খঙবীরেদনা।

য়ু—করি হায়বা! নপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা মুপা অমদা নয়ুম পাল্লগে সিনিনে নঙগী রাখল। তৌ ঙমখ্রেদা। নমা অকাওবী লাংয়ানবী অহুনা অতোপ্পা মুপা অমদা থাজথোকগ্রবা জাৎলাও হায়রিসিবো। ঐনা চিংনবসে নমাগা নঙগনা মহেল্লেহৈ।

ইন্নুং—ও ইবুংঙো গুণ লৈবা শক্তি চেনবা, নঙনা নহৈ তমহুনা মী অমা ওইরক্লিসিবু কনাই মপান্নো? ইপাবুংগী মপান্না নত্রাও? অমুক্তা থম্ববিয়ো।

য়ু—নতোই পাবুংনা শেল খন্না পুথোকথিবহু পাউথংনরিবনিনে। মহুনা তম্বা ইহৈদো অহুনা অফিসার ওইক্লরেদনা। হৌজিক্তি অফিসার ওইদ্রে থবক তোকজেদনা। ইহৈ তম্বদা চঙখিবা শেলহুগী মমলদো

মখোয় অছুদিনে খোঙ হায়বগী ঈশিংকাও পুননীংদে ঐদি। নঙনদি পামজরিবা।

য়ু মচা মুপা পোকপা ভাক্তনিনা কল্লকুনা মসিনা তৌজ শারিসে। মসি মুপীসে অমুক্তগা হনজিন্দুনা কাওশিল্লমখিসিরা? করে মমাদগুম তাইনরুখিগে।

ইমুং—তুকচৈদা শক্তামক্লা য়োং কৈরাক হেক মাল্লদনা। মিংদামক্লে তৌখোরকইসিগা চুনগ্রেদকো। কনানা খোল্লম্বা মিংবু ওইরিগবা।

য়ু—করি হায়বা চিম্বিবী হঙোই মানবী য়ুরেনজম মচানবু য়ুরেনবা কৌদদি য়ুরেমু য়ুরেনবী কা কৌ হায়রিব্রাও? য়ুরেন্দা নত্তে ঐগী ইমিং মহীরেনসু কৌই। ইনা ইপানা খোনবিবনা য়ুরেনবা মরুপ মপাংনা খোনবিবনা মহীরেন। য়ুম্নাক্তা মীংগা চুনগ্রপোৎনি পেম্মা চংলে চংলে। নমাদা অমুক নৈরুগে। নৈর নৈরগা অমুত খোকচরকনি।

... ... ...

## (৪)

য়ু—অবোকপু খোঙ লোনবিখিরোইব্রাও? খেংঙেনে। বরা ঙন্না খোঙ লোনবনা কৈ হায়বা মতম্না কত্তবসিদা।

মা—কদোমদগীনো ঙসি সঙ্ক্যাসিদা (শোনবা) অাঃ লোল্লগে তৌবম্নিবনি চঙলনি চঙলনি।

য়ু—পোৎ-চৈ পুশিনগদবা য়াওবিরিব্রাও? ঐ পায়শিনজরম্মগে।

মা—এ য়াওদে য়াওদে। খাও মচা অমত্তনি ঐনা মুম পায়বা য়ারনি।

য়ু—খাও হায়রিসিবু শেঙ্গাওরা? ঐনা পুরবদি শেল লৌখিবা য়াই। নত্রগা শেঙ্গাও লাকখিবা য়াই সিনিনে মানা খল্লিসে। ঐদি

অচুক হাক্লা চোপ্না মীদি নত্তে। মুপী হায় জাংসে মপুক্তি শীকশ্রবোরে। অবোক ঐ চঙলমগে মুমদা ভাইরম্মগে।

মা—করিনোনে ওসি অমুক তৌবিররিগিবো ভম্নলাই অসিনা। ঐ চোপকদৌরিদা মীমাঙ কমদৌরি। করম্না ভুতনা ওল্লকপা ভম্নলাইনোনে মসিবো। ( শোনবা )

মু—চংঙক্রেনেসে অফাওবীসে নহারোল পাখংমচাশিংদা এক্তিং তৌহ্না কেদা তৌহ্না লৈথোক্লবা জাংনিনে। শোয়দে ঐনা থোক্লকপদা মা থোক লোলহৌরবনি হৌজিক যাওবা য়োর্ক্রসিনদি চেনশ্রবা জাংলনে। ঐ জাং জাং থল্লকইকো। ওসি ঐ মচোন্দগী শেল থরা লৌগে লাকপনি মা চেঙ্খোকশ্রবদি ঐ কমদৌবা ভাবা! হৌজিকপু ঐবু অহল লমন শাহ্না শাবু থিবা য়াওবা ভারিব্রা? কমদৌসিবা থোঙ্গালসিস্থ হাংদোকপা য়াদেনে করিনে মানা শো লোলম্ব্রা করিনো? হাইস মসি দ মহোয থোঙ্গাল নত্তেনা ওয়রেদনা। ইকাইথ্রেদা হরে হরে ঐবু পংযাম য়াম্না যোংলকপা নত্তেকো পেক অনীতনি হায়বা। কোম্বোং অশেংবসিবু মমাংলোমদা ওইরিদ্দরা মনীংলে মদা ওইরিদরা খঙ্গেনে। মীস্থ অমতা চংগেনে হংগে হায়স্থ। এঃ মী অমদি লংক্লে। চংলিছুবু মুপারা মুপীরা অগল্লা নহারা মীঙ্গো ওন্ননি হায়হ্না তৌবনে শাউবিম্নও। বা অমতা হংজগে মাঙ্গোলঙানবী হায়বী মোরেগী ফি লল্লোনবীদো খঙবিবরা? মাগী মথুম কোম্বোং হাইজিনকমদো কদায়দনো অমুক্তা। থোঙ্গাল ৪/৫ হেন্দোক্লে হায়বা। মমাঙলোমদা চংলগা থোঙ্গাল ৫ শুবদা চঙ্ঙু লৈবনি হায়বকো। খঙে খঙে। য়াম্না হেন্দোক্লম্রেদা। করে করে। অবোক! অবোক য়ৌবিরক্লবরা? মতেক থজিক্তং লাকপসিদা ওল্হেক্লা কুইনা চঙথ্রেদা। পাখং কনানদি অবোকপু থিনজিনবিরকপগে?

মা—মচোমপাক নাইদবা শারদনা হায় ভুত ভম্নলাই নঙবুনে। ওসি

মুংদাং অমুক ওম্নবা লাক্লবনিনে হাঃ। নহাক্না মুংখিল্লদা ওয়রবা। ওসিদিনে নঙ নকোক কাগ্লকরা, নখোঙ তেকপরা অমা শোওক্রবনি। জেল ময়াইনা থ্রোক্তনি।

মু—করিনো অবোক শাউগংপীখিন্নদা ঐনা জেলদা লৈগ্রবদি নচাম্নপীদো ফাদোক্কী মতু হায়না মীনা হায়নখিনি। অদো অরেম্বা রা নত্তে হায়বা।

মা—অহুৎ নঙৎ সিদ্দা কৈদৌবা লাকইবনো হ'রবা?

মু—কৈস্ন থোইদোকপা বাগী নত্তেদা। অবোক্কী শেল্লা পৈশারা সনারা খিংত্তা পুজগে লাকপনে।

মা—কদ্রিগী শেল? কদ্রিগী সনা? কৈদৌনবা?

মু—নিংথৌখোং নীংগোল নাম্নপী অতোম্বীদো সনাদো মচা মুপা অমা পোকচরে। মষ্টিদো হংচিৎ থোক্লে। মতগী শেল খিত্তং চিন্দুনা বেবী মমাদা হায়রুবৎ শেলকা অমত্তা লৈক্তদে। শেল পীগদি হায়দনা থাইনরদি হুম হায়রকই। অদুদা ঐ বা মথা তাক্তরমক্রে। নহাক্ন অয়ুক লাকচরম্বদুম্ব বাক্সমসি হায়জগে লাক রণনি। অবোক্লা মরম ইচা চাদনা পংশাউদা শাউবিবদুদা ঐ অত্থুম হনক্তরবা। মুমদনা মরোল অমা বেবীমমানা পংলৌদা শৌই সোমদনা অবোক্লা চুবেং চবেং পংলোন্দা লোক্লি। ঐমু তৌকম খঙক্রে অদুদা ঙাওবদনে। ইমুংহুদা লৈক্লিবদি মাগা ঐগতক্কি। ঐথোয় অনী অক-কত্ত তাম্নসি হায়রগা মান্না মুপয়া য়াদে। মুপীনি হায়বত্তক্কি মচিনমু ওথোক্লা কনথ্রেনে কবোক পোকপদুঙ্গাই অরোক লৌক্লা করিক্নে?

মা—করি, মচোমপাক নাইদবা শারদনা। লবাই মচা! লমথুংদবা, মায়থাবা নমায়দো কোন তোক্নবনহৈ হংকোক নঙবো। সিদা কৈদৌবা লাকইবনো। থুনা থোকখ্রো চৎলু। নত্রবদি মথোং কন্না চারোইকো। নঙ হেক উৎদা তীল হৌইনে ইবুংঙো চৎলো চৎলো।

য়ু—শেল ওইনা পীগে হায়রগা লুপা লীশিং ২হু পীবীরো সনা ওইনা পীবীগে হায়রগা বেবী মমাগী লীক্তো হেক পীবিরো অতুগা চৎচরগে। মুংশিংকী মমাঙ থাদুনা ময়া হেক্ত পাইজগিগে। ময়া পথজররোইয়ে। নচা হুপীনস্থ ঐবু ফুগে হায়মে নমা মচাগী খুৎতা চৈ চাদৌ শরুক পোংতু থরা থুনা পীবিরো নয়া হনজগ্রগে।

মা—হে সত্যা মসি হুপাসে মমায় থাস্থ থাগ্রেদকো। ঙসি ঐননে মীগী মমাঙদা ফজদে হায়হুনা খাঙলগা থাঙ ঙম্মোইদৌরি। ঐনা পৈশা পীগে লৈকাই খুদিংগী মুপী থিহুনা থম্মু হায়খিবা লৈত্রনহৈ। ঙসিনে ঐনা শাউরক্তুনা চেনগাও কাওররনিসে। লৈকাই কুমহৈ ওইরসমু মসি ঙসিনে। ঐ ভীং শোক্লবনিনে।

য়ু—ঐস্থ কনা নত্তে হায়বগী হায়জরবনে। মী অতোম্নদবু হায়রুবা য়াব্রাও। মী অমদগী পুগে হায়রুবস্থ পীরকনিনা কররিনো। মীচা মীথুনদোনা। কান্নদে মহোয় মমা মচা পান্ন লৈদৌ শরুক নিংথৌখোং হুপীহু পুশিল্লগে। নঙদিনে মাঙ্গোন ঙানবী হায়বা পকচদে কৈথেন ঙানবী ওইয়ো। নমায়দি ইথুই হেক থুইরদনা লৈহাউ, লৈনাচোমকাস্থ থেৎচ লাকচ ভৌজ শারিসে। নঙ দোকান মমাঙদা চারিবা পাথং মচা মযামদো ফা ফাহুনা নমা নচা ঠিকা ওক্তুনা লৈরো। মতুনা পকচনি। হযেংনে নচাহুপীহু থাবিরক্লগে।

মা— কয়াদনোসে মসিনা মচোমপাক নাইদ্রিবসি। মমায় অসিদা খোঙপাক্লা চবেৎ চবেৎ হেক নেৎলগা ভিলাইথোম্বী তাওম তারবস্থ পেল্লরোইনে ঐবো। হায় হায় কনা বনা লৈ য়োং লৎবাই মচাসে লৈহাওচিনবা তম্নলাইসে মঙক লাক্তুনা ইনখো থোঙ্গাল বাংমদা তানবা।

য়ু—নঙ শেল পীদ্রে! সনাস্থ পীদ্রেদনা কৈ কৈ থঙভোইদ্রদো। ঐনা কর্রি তৌরকপগে হায়হু নমিৎ থীৎনা য়েংঙো হায়বা। হো

ইবেম্মা নহা শানীংবী লাইমাং কম্বদৌনা লোলহৌয়ো কাওহৌরো। নচাম্বুপী অমম ঙানবীহুত্সু থাবিরক্লগে। মাস্থ ফিরাল থেৎপা কায়দা তোংলনি হায়তুনা য়াম্মা পোংঙরিদাইদো। সেকেন্দ হেন্দবূ মন্ত্রি কনানা লৌবিদৌরিবনো। ঐস্থু চিন পেম্মা লাউরমখিগে হো অফাওবী মমা মচা, হায় কৈথেলঙানবী নচা অমমঙানবীগা নখোয় অনীদিনে ইম্বুং অমমবদা অতুম হাবী কাবী তৌহুনা নপুনসিদো লেল্লোকো লেল্লোকো। চৎলে মুরেনজম মহীয়েন ঐদি চৎচরে ··· .শুভ বাই বাই বাই ··· ··· বাই ··· ··· ।

··· ··· ···

## ( ৫ )

ইম্বুং—( চেল্লকপগী স্বর ) ইমা! ইমা ঐ ঙরাং মহা চন্দাল মুপাদো সিদা লাক্লমত্রা?

মা—লাক্লমী লাক্লমী। তম্ম লাইহু নত্রাও? ইম্বরম্মী ঙরাংস্থ।

ইম্বুং—ঐ পাউ অমা তাবা অতুদা চেল্লক্লিবা।

মা—ঙরাংদো মানা স্নম কা হেনজিল্লকপতুদা ঐদি মমায়তুদা চোংখৎতুনা খোঙপাক্লা কাওরগে হায়তুনা থ্বাংজেৎ কন্না শেৎচিল্লগা চেনশিনবনে। অতুদা অঙাংশিং থরা ঐখোয় অনী লাউনবা তাবদগী হোৎচিল্লকএ। মখোয়না থামলমত্রবদি অচৌবা কুমহৈ অনা ওইরমনি। ফুনীংএবা ফুহৌদবগী মুংঙাইতহুনা লৈরম্মীবনে। থকসি খাসিনা নাইত্রিবা মহা পাপী চন্দালদো। মাদা খিৎ থুনা শিএবদি ফদৌবা বাইস্থ শংএদৌনি। করি পাউনো নঙনা তায় হায়রিহুনা।

ইম্বুং—মাদো, হৌজিকফাও হল্লকহৌত্রিয়ে। নিংথৌখোংদা শোয়দনা লৈরমনি।

মা—ঐঙোন্দা ঙরাং নিংথৌথোং চৎলুনি মুপীচু লৌরুনি নঙবুনা থাইনরনি চুয়েং থিনবিরক্কে হায়না লাউরম্বনি। মুপী লৌবা চৎখ্রি ওইরিনি।

ইমুং—মুপীচু চুয়েং শোয়দনা লাক্লনিয়ে মতুই পাউচুনিদা ইমাদা তমগে লাকপদি। ঙরাংদো মুপা পাউ পুথা অমা লাক্লম্মে। চন্দালচুনা থারকপনি হায়য়ে। মুপাচুনা হায়রমলিবা ষষ্ঠি সিদা শোল্লগনি য়ুম-কৈ, লম-তু শেংদোক্লম্মু, তল তৌনি বামোনকা হায়রম্মু। সিনিসে। মানা তৌরিসে কয়াদা উশিংখিদ্রিবনো হায়বা ইমা। নত্তেনে মুপা অসিদা ঐবু থাজবিরমলিবা অসিবু করিগীনো হায়মি ইমা। খল্লু খল্লুরগা ঐনে খোইদৌসি য়াম শাউগৎলকদৌরি।

মা—নত্তে মানা তৌরিচুবু করিনো হায়বা মীওইবগী শাজৎতি নত্তেনে। যোং লরাইনচা মা চুয়েংদি থঙঙোইদ্রদো। মাঙ্গোল ঙানবী ঐগী ইগুণ থঙদ্রিনে মা। অঙাং অমা লৈরিকো অচুগী মথক্তা লাই ওইপ্রবা নপাবুং অচুনা পামজনা থাজবিরম্বনি হায়রচুনা য়েংবিবসিদা মা নাও চাৎরেনে। য়াম্না উশিং থৌওইদনা মাই খুরাইগী নতুগুম খন্দুনা ঙাংদম শক্লম্বশিংদো খল্লু খল্লুরগা ইমা শাউনীংঙি। তিং শোকপা রা ঙাক্তা। করিনো মানা লাউরম্বশিংচুবো ··· ···
হায় কৈথেল ঙানবী, কৈথেল শন হমুবী নঙদি নচা অমমঙানবীগা অমম্বদা হাবী ঙাবী তৌচুনা লেল্লোকো। নঙগী দোকান মমাঙদা লেপ্লিবা পাখঙ মচা থৌনাইদবা ময়ামশিংদুগী মমাঙদা কেজরিবা। নপোবথোক নয়া লাংলবা নঙনা পোকহিদাক তৈ, লৈ নাচোম থেৎ, থাউ মনম মুংশিবা চাই খোই থারিদো শোয়দনা থুরনি। হীসঃ ঐনা লৈ নাচোম চিনববু মাই করি মথৌ লৈরদনা অচুগা করি নঙবুনা মা হায়দাঙবা নঙবুনা মন্ত্রীগী ফিরাল থেৎপা কারদা তোংচুনা চৎকনি মাই মমাঙ লেপ্লচুনা চৎকনি হায়। ঐনা হায়দি মানা লোলমলিবা চোইরোল ময়ামচু ঐথোয়বু উশিংত্রিবা নত্রাও?

ইমুং—মুংশিরক্কবা হো সিনে, মাগা ঐগা থৎনবদা শক্তু মুংশিরক্তচুনা

ঐনা পংহায়দা হেক হায়জিনবিবা মাই মতৌত্নদা। মানদি, মঙোন্দা অগংকী মুপী ময়ায়া লৈগে লৈগে হায়না তান্নরকপগী ৱাঙাংদা মতৌবা, ফুংশিদবা হায়নিমা শক্তাদো।

মা—ইবেম্মা নঙ মুপাসিদা সুম লৈরবদি নপুন্সি তেল্লনি। মফম মরাং খঙদনা নথৱাইদো মাঙখিবা তারে। মুপীদো হয়েংসে করিগুম্বা পুরকপা খোক্লবদি ইমাদা পাউ থারকউ। তুরোম্নবা ইমুংদা ইচানা লৈবা ইমা পামদে। মখোয় অনী চঙত্নুনা ফুত্নুনা নশমদো কোগোক্লা ফোইখিবগুম্ কনানা খঙবা। পাউদো ঐঙোন্দা থারক্কে হায়রবদি মী অতৈ নেরুমুম ৱা ৱা লাউথিনি। বেবীদো কোক হেক থারকউ। মনা মনিল নাইদনবা কো।

ইমুং—অদো ৱা অতৈদি করি করি হায়রম্মী ইমা?

মা—নহাকসু মানা লাক্লম্মীদনা মদো ঐঙোন্দা শেল খিক্তং থংবিয়ু হায়গে লাকপনি হায়য়ে। ঐনা মথোঙ মরম খঙদনা পংশাউদা শাউবা অত্নদা হায়রম্বা ঙমদত্নুনা চৎলবনি হায়য়ে। ঐদি করি করিনো মানা হায়রম্বশিংদো ইকাউবু কাউথোকখ্রেনে। পুং ৩/৪ রোমনিনে মাগা ঐগা চিন্দা পাউদানত্নুনা থংনবদো। করি মানা হায়বত্নুবো শেল ওইনা পীগে হায়রগা লুপা লীশীং ২ পীয়ু নত্রগা লীক মরীত্নু পীয়ু হায়ত্নুনা মানা ঐঙোন্দা তক্লরম্বসি করিনোনে ঐ কোক ঙাওবনি। নহাল অহানবা লাকপত্নুদদি অবোক কা হায়ত্নুনা খুক্লম লাক্লম তৌয়ে। লৈয়েং থরা ফাইজরবগুম্ ব্যবহার কা হেন্না কায়দে হায়বা। ঙরাংদি করিনোনে মতৌ অমনি শা ঙানা চৎকদবা লমচৎ ঙাংগদবা ৱাঙাংনি হায়বা। পনবু পম্লীংদে ইবেম্মা মীগী মীরোন লোন্দেনে। মুপাদো মহা পাপীনে পাপী।

ইমুং—উম ইমা নীপাসি থাইনবা তাইদা। ঐনা খুইদগী ফুংশা থীবসে অঙাংসি মওং অমরোমদা চৎপ্রগদরা হায়বা অসিনি। মানদি ঐবু

ভত্তনা থীনা থীনা কুইদো। মসে অঙাংসিনা উরিবনি। অঙাংনা কদ্রি হায়না খল্লমগদগে। মুপী হায়বা জাৎ অসিদি ওহোক্না তোনগ্রে। মুপানা মুপীবু কু কুহনা থম্বা অসি হৌনবীনি চৎনবীনি হায়না খনগ্রবনি তুশোন মানশোনবী কিগনবী অমা ওইগ্রগনি। মুপীগী মপোকপু ওন্নন খনখিগদবা অসিনি ঐনা মুংশা থীরিবসে।

মা—ইবেম্মা খাইনবা নত্তনা উপায় লৈতে। খাইনরো মুপাসে। অঙাংবুদি নঙ ঐ চঙহনা শেল্লগা লোইরেদনা। অঙাং মাঙহনবা য়াদে। থৌনা কবী মরীল লৈবী মুপী অমা ওইহনগদবনি। ঐথোয়স্ মীনিনা কৈনো।

ইমুং—খাইনবা মুমিত্তা মপুক্সিগী কাউবা য়াদনবা দাক অমত্তংদি থম্বীরমগে হায়না ঐ চপয়ুংনা খল্লিয়ে ইমা। মানা কুবগী চৈকম ময়ামসে য়েংগেরা ইমা সে য়েংঙ্সে। নহালমুনে কাংখল অমা তুন্নবা ফুরিবা মানা।

মা—ইস! ইমাইপেম্মা লোইরেদনা সিদি চৈকমগী চৈকম ঙাক্তা খুরক হাংদ্রে হায়বা। ইচাদি য়াম বানা থাং লৈরম্মেদা।

ইমুং—মমা মপানা হায়বা ইন্দবী মচা ওইনীংদবদগী থোকখ্রিবনিনে ইমা। নোংমস্ কব্রিনোনে মানা তৌবহুবো মুপী কোয়বা চৎলমদাইদা পৈশা পীয়ু য়াদে হায়হনা উপুগা পান্নরা কাওশিনবদা ঐগী কোকসে উপুদা থেংজিন্দুনা ঐ বাম্বনি। মাদি হন্নকা য়েংবিরমপোৎ নত্তে। জ্ঞান তারকপদা বেবীনা ঐবু কোন্দুনা কপ লৈরম্মে। কয়া কুইনা বাম্বরুরবনো ঐ থঙদে। অঙাংদস্ হংদে। অঙাংসিদি মিহুল থাহুল লোইনা চেনখৎগ্রবনে মিপাইহনা ইথক থককংনা লৈরবনি ইমা নঙবো। অহিংহুমা ইমা ইচা মুংনাক্তা কমহনা হিগা য়ৈহনা লেল্লিদনা।

মা—মীহীং চাবা হিংচাবহুদি মুমিৎতো হনদি হন্নকপরা?

ইন্থং—কদাইদগী হল্লকউদগে। মতু ময়ুমদা লেকপ্রবনে। মুমিৎ মরী মঙানিবু হল্লক্তে। উপুদা থেংজিনবসে সে ইমা য়েংথংবা সোমদনি। মিংসিনা মুমিৎ ১০ নিমুক অহুম পি তাহুনা লৈপ্রবা। হৌজিকসু কোক ঙাওবা ইতৎ তৎতনা হৌই। নোং চীং মংলবদি কোকসিসু হেক্তা চীকপা হৌরকই।

মা—কায়দে মুপীমচা ইমানা হায়রিবসে নশাগী অমদি অঙাংগী তুংগী খন্দুনা হায়বনি। মুপাসি খাইনদবা সুপয়া য়াত্রবনি। খাইনবনা নমা নচাগী অকবা ওইগনি। সুম থোক্লকনি হায়বদি খঙদবনিনা তৌগ্রিবনিদো। রাজগে নরাল লেপ্পা হায়বহু তাপ্রেদনা মীনা পৈশা অমনা লেপ্পা ঐখোয়না লীশীং লীশীং পুখোক্তুনা লেপ্পা। খঙব্রেদা তৌরিবসে। হে ঈশ্বর ইবুংঙো হে দয়াময় নঙনা করি তম্লিবা।

... ... ...

(৬)

য়ু—হায় বেবী মমা ননাও মুপীসে লাক্লে। থোজালদা লৈহৌরিবনি। নঙ অমুক্তা কৌশিনবিরুচো।

ইম্থং—করি হায়বা? কনাই ইনাওমুপী। ইনাও মুপীকা লৈজদে ইমা ইপানা ইতোমতা পোকয়ে।

য়ু—কৈদোগে নঙবো ঙসিতদি শাউরমু থিল্লকপা মী ৩/৪ সু য়াওরি। মীগী মমাঙদা ফজদে হায়বা। ঐগী মায় অমুক্তদি ঙাকউ কৈদোবগে।

ইন্থং—করি? করি মায় ঙাকপা। মায়থাবা নমায় কোন তোপ্পা নঙনবু ইকায়বা খঙব্রাও? সুবাইদা হৌবিরমু ঐনে য়াম্না শাউনীং লৈরিজাৎনি।

য়ু—পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংসিগা কোম্হোংদা কুইনা লৈবদি ফজত্রে হায়বনি। নঙসিমা মুমিং চুম্না শৌ শৌতা লাউহুনতা লৈকো।

ইমুং—লোক অমদা কৈ অনী কুন্দবনি। মুপীসি পুশিল্লক্লবনিনা ঐ চৎগ্রগে। তুরোল্লবা পামজদে। ঐদি নঙগী মুপীসিগুম্না মমাল য়াওদবী নত্তে নবেম্মনে নবেম্মা। কেসে তৌনীংবতা তৌজক্ল ঐরা দাই লৈতে।

য়ু—ফজনা ঙাংনরিঙৈদা য়াত্রবদি ঐদিনে নঙগী নপোৎ নচৈ ময়ামসে শুমাংদা লংথোক্লগা নঙগী কা অসিদা মুপীসে লৈহনগদৌরিবা খঙঙেদনা। ইশৌলাংবী।

ইমুং—মুংঙাইরেদকো। ঙসিসে ঐ পোৎ হোন্দোকপা বাররোই। কুলী নেকপা দরকার লৈত্রে। পোৎ হোন্দোকপীনবা সনা মতৈ অমা চোংথোরক্লে। সত্য লান্দবনা লাকচরকই হায়দো চুম্মীদা। সনা মতৈগা সনাগনা পানবদো ইমিৎ থিৎনা য়েংগে। ঐদি ইপোৎ ইচৈ পুম্নমক পুত্থনা ঙসিদগী ইপামদা চৎলনি। ইমা ইচা ঈংনা পাল্লুগে। চৎপগী থৌরাং লোইরবনি। পোৎ হোন্দোকপীনবা নঙ লাকপা ঙাইরম্নিবনি।

য়ু—নঙনা হায়রিসিবু অওইবরনে? ঐদি ফাগিরা নতোমতা লৈনীংহুনা তৌরিবরা হায়রগা।

ইমুং—ফাগি নত্তে অওইবনি। হৌজিকপু ফাগি তৌহুনা লৈবা মতমলো? মুপী অমা ঐগী ইহুৎ শিল্লনি হায়হুনা লাক্লবদবু কেনহুনা ফাগি শাম্নহুনা লৈগদবা নত্তেয়ে। কুইত্রবনে ঙহাক্তা ঙাইরবা। করিনো নঙনা হায়খিবহুবো ননাওসে খরা কৌশিনবিক্ল। নঙগীসে ঐঙোন্দা করেম্নরিবনিনে। হা হায়য়ো নোক্লুম নোক্লীংঙি মহ্নকাদি চৎন লাক্ল য়াপোৎ নত্তে।

য়ু—ফজ ফজনা লোম্নসি হায়বগী বাঁনি চৎনীংলগা চৎচখোদনা ঐঙোন্দা

কৈদৌজরনি হায়গে। চৎনীংলরদি থুনা থোকগ্রো নঙক লাক ইন্দ্রিঙৈদা নশক্কু য়েংনীংদে। নঙনা কৌশিল্ল্ হায় য়াত্রগা ঐনা কৌশিনম্থ্ ঙাইদনা ইচাম্নুপা পোক্লিবা ম্নুপীবো নঙগুম্বীম্থ্ নত্তনা। হায় তোম্বা থোজালদা থারিবা জীবতু ওমাং তাম্না থৌজিল্লকউ হায়য়ু থুনা। হায় কনাই ট্রকনো অমা থৌজিল্লকইসিনা।

ইম্নুং—হো ইবুংঙো ঐগী পোং হোনবা লাক্লিবা গাড়ীনে। সনাইবেম্মনা তোংলকপা জীবতগী ঐগী ট্রক্কা মমাঙ থারক্লেদনা। ঐনা হাম্না চৎপা তারেদনা। ম্নুপী ফুবদা লাম্বা লৈতবা ইবুংঙো অয়ুক ম্নুংদাং থায়দনা নচিনবান্দ লৈহাউ মনম তৈবা নঙগা লৈমিন্নবা পেনজরে। নঙগী ম্নুপীসে পুশিন্দুনা ম্নুংঙাইনা থুয়া ভুশিংনা পানবীহৌরো।

ম্নু—আয় মাই মমা লঙকাই হিংচাবীসিম্থ্ য়াংঙ্গকইনে। নমা নচা হিগায়ব্বা কাম্লনদি পান্দ্রে কায়দ্রে হায়ত্নুনা মশা লাক্নুনা লান তৌনগে সিনিনে। লাউ লাউ ঙসিদি হীরম্বী লাম্বা তৌগে।

মা—ম্নুপীমচা থৌরাং লোইরবরা?

ইম্নুং—লোইরে ইমা ( নাশোন্দা ) ইমা বেবীদি?

মা—মাদি কুরুক্ষেত্রগী লান্দগী হেম্না কল্লবা য়াই য়াওনীংদে, য়েংনীংদে হারত্নুনা য়ুম শংত্নুনা লৈহৌরে।

মা–হায় ম্নুপা লৈকাই অহন লমন কৌরকউ থুনা। থীনবা য়াদে ঙসি বা লোইথোক্লদৌরিবনি। ঐ লৈরিঙৈদবু ইচাই করি থাংকনি। মাগুম্বনম্থ্ উশিংতবা শারদনা। মীবু শল ইরোইম্থ্ নত্তনা পংফু ফুবা য়াত্রাও? লৈকাই খুদিংগী ম্নুপী অমমম। মণিপুর সনালৈবাকী ম্নুপীসে হোংম্থ্ হোঙগ্রবোইদা। পুং ২৪ য়ু থক্লগা ম্নুপী ফুবনা মথৌ ওইবা নঙগুম্বদবু ইচা লৈহল্লি হায়ত্রাও লবাই মচাসিগা। হায় ইবেম্মা। ম্নুপীমচা নঙগী লুহোংবদা তমখিবা 'অউনপোংকী চেহ্ নৈঙ্গিবা নত্রাও?' মত্থ্ পুখোরকউ। চে অমা ঐথোয়না

পায়হৌবহুনা ঐনা পুরক্লে। পোৎ মশীং মুন্ন মুন্না থিজিল্লু। পোৎনা অমা রাংপা য়াবা নত্তেকো। কদায় বদায় পাথরকউ ইমা তাগে।

য়ু—করিনোনে ঙসি হীরম্বী মমা মচানা ঐগী য়ুমসিদা ভৌবিরিরিসিবো?

মা—হায় নচিন পংখি থীজন্নু নখজাইহুদা খুবাক্লা শেং শেং থাজিল্লক্লবদি ময়াম মমাঙদনে চোপ্তুনা ভোকচনি।

য়ু—ভোম্বা! ভোম্বাও! চৌকি অমা পুথোরবউ। সিদা থাউ। মমা মচানা শান্নগদৌরি লীলাসে মিং পেন্না য়েংগে। লীলা হৌরো।

মা—চেত্থু পাথরকউ। অযংবমখৈ ফংলে হায়হুনা লৈকাই মমাঙদা সোই অমা ভৌ থম্বীরম্নগা লোইরেদনা। ফংদবমখৈনা ফংদ্রেদনা।

ইন্নুং—ইমা লিষ্ট অসে মথং মথং পাথরক্লগে।

মা—হোয়নে পাথরক্লোনে। অদুগনে মুপীমচা নাকন্দা অরৈ লৈতা ইশিন্নবা মযম অমা থাকউ।

ইন্নুং—থাক্লে ইমা পাথরক্লগে ··· ( মথং মথং পাথৈ )

মা—লোইরবরা?

ইন্নুং—অভৈদি বৈদৌক্লগবনো সিদা মপুরসিদা ইমা।

মা—একাগাড়ী ১ গা লুনা অমগদু য়াওখিবদাইনে?

ইন্নুং—হোইনে ইমা! এ সিদা লৈরম্মে ঐনা পাবদা চিংথবনি।

মা—লোইরেদনা কদায় ইমা সোই ভৌরগে। লৈকাই অহল লময়া সাথী ওইবিবা ভারেকো। রারৌবিবা য়াদেদো।

য়ু—হয়ে হয়ে ঐদি য়াম্না চম্না খনজরম্বনি। মহোই মমা-মচানা ভৌরিসিদি ঐগী য়ুমদি থালি তাহৌরেদনা কুক্ক কুক্ক। লাক্লিবা মুপীসে ফরবস্থ ফত্রবস্থ জাৎকি মচানি সনানি। মচা হায়রা মুপানি য়ুমলেপ চারা তমহৌদৌরিবনি। কমদৌনি ভৌরিসিদি লু কোকপদা লেন

তারেদনা। খরদি খম্থনবনা ফবা জাৎনিসে। কজমনখিদ্রেদা তৌরি ম.তৌসে।

মা—করি? করি খম্থবা? নঙনদি খম্থত্রগা ঐখোয়না করিগী খম্থদৌরিবা! ঐদি হায়বিরিসিনি নুং অতেকপা শক্বা য়াদবনিকো। ঐদি য়াত্রবনে য়াত্রবা। নত্রগবু ঐনা নঙগীসিদা করিগী গাডী পুত্থনা লাকচরুনি হায়বগে। করি হায়বা জাৎকি মচানি হায়বা। অত্থদি ঐখোয়না শাগৈ জাৎ খঙদবা মচা ওইবা তারেনে। নঙগী সনা অতাউবত্থবো। কুমগী ঊচাও লাকপদা লৈনাং মরক্তা তাউথরকপা মিকুপ্তা তাক-খিগদবা কোঙ্গাল লোকচরুরে হায়রগা সিদা চাউথোকচরবা শারিনে। ইকায়গেদি হায়দনা। সনানি হায়থুনা নঙনা লোকচরুবা অতাউবত্থদা ঐবু খুরুম্মু হায়রিত্রনহৈ ইকায়দবা মায়থাবা।

য়ু– নিংথেম মচানা নিংথৌ ওইথুনা পাল্লম্মী। মণিপুরগী লৈবাক শাসন তৌরক্লিবনি। সিবু লোৎপা য়াত্রাও খ্বাই পুম্নমক খঙনরিবনিসে। মখোয়না নিংথৌগী থারা নাল্লানি নখোয়না মীওম্নি খেন্নৈ হায়বনিদনা।

ইমুং—করি? খেন্নবা হায়দি নঙগী সনা অসিনা খুৎথাং ২/৩ চৎলুরবা মৌ। ঐনা হেক লৈশানা, ইমা ইপানা, ইকু ইনেম্মা য়ানথুনা লুহোংলকপা কোনশেং। য়ুম্মাক্লা হাওবম খঙত্রা?

য়ু—হায় হাওবম চম্থু শেল্লেং। শেল্লেং অশেংবা ওইরমাল্লে মখোল হৌখ্রেদা ঙসিদি। চৎপীখ্রো চৎলু চৎকদবা লৈরবদি। নবেম্মা সনাসে নঙনা লৈরম্বা কাসিদা হোংজিনহনগে। নমা নচাগী নশক্তো হু ৭ খারে য়েংজনীংদ্রে। নোংমাংখা পাম্বী! হায়বিরিসিনি পুংখায় ১ গী মথুংদা নপোৎ নচৈ খোগোম্না হোন্দোকখো অম্থদগী পম্থরবদি পোৎ ফংবগী রা লৈতে।

ইবুং—( নাশোল্লা ) ইমা থানা কৌশিন্না? কৌবনা করোইজ্রাও মতৌ মংংসিবো।

মা—মত্নুনা চুম্বা তাইয়ে মুশীমচা। চংলো তুমিন্না মী অমা থাগ্রো। মনাকসিদা লৈবা বিট অত্থুদা ইমানা ঙাঙনরম্বনি তান চাত্রবদি কৌরগে হায়তুনা। ও সিত্থুদা হায়নরম্বনে মরাইনা থাজরকনি।

মু—হৌজিককাও কৈদৌরিগে নপোং পুথোকখরো চংশীখরো থীরে হীরম্বী মমা মচা। অত্থুগানে ঐগী ইচানুপী বেবীদি পুখিবা য়ারোইকো। মা‌দি হাওহম চমু শেঙেং নত্তে পুবা য়ারোই। ঐ মপানে মপা, মপাগা লৈমিন্নগদবনে মচাদি। হায় হীরম্বী কোংচাবী নগুনুপীদো ইচা নুপা সনাই মচাগী মথী শেংহনগে। চগুম চনাই পীক্তুনা লৈহনগে খঙগনিদো। মমাদা ৎংপা কংত্রগা মচানুপীদা ৎংলগা লোইরে অমহানি।

মা—হায় চিম্বিবা লরাই মচা নচিন্দু উং রাই নোইমুরা হা।

মু করি? মসি মচানুপীদা কুবদৌনা কুররনিসে।

মা—লাউ লাউ! লাউনে ঙম্মগ কুরো লাউ হায়বা। লাউও।

ইবুং—হায় আথানোরা নচানুপীদি ইমুংসিদা লৈত্রবনে। ঙসাই অয়ুক ঙম্ত্রা চংগ্রে। মু ভাংবা ক্রেক চুবা মুপাদো ইপা কৌনীংদে লৈমিন্ননীংদে লৈমিন্নরোই হায়তুনা চংগ্রবনে চংগ্রবা। থাজত্রগা থিজরুনে ইমুংসিদা লৈত্রা হায়না।

মু—আয় আয় কয়াদা তৌ ঙম্নীবনো হায়বা মমা মচাসে। নমা নচা চঙতুনা জ্ঞান তাগ্রিবী পীক্লীবী ইচানুপীতুদা হিগায়বা থাজিন্দুনা থাদোকগ্রিবনিনে হাঃ বিষ্ণু বিষ্ণু লোইরেদনা ভৌরিসিদি ঐ লোইরে বল হরি। হায় পুলিস ময়াম চঙলক্লিবসিনা করিগীনো? কনা কাগে হায়রিবনো? ওক্তবী ভৌঙম্বী মমা মচাসি কাবা লাক্লিবরা করিগীনো। মমাসিবুদি কোরেনগী পোং লাইসেন্স য়াওদনা য়োনবগী পুলিসনা কোয়তান তান্নরি হায়বনি মতুগী

ওইরিনিয়ে। ঈশ্বর ইবুংঙো মমা মচাসি পুন্না কাবিগ্রবদি কগ্রনিদকো ঐ বাই থর শঙহৌনবা।

মা—ইবুংঙো! লেংশিনবিরকউ। পোৎ চৈশিংসে হোন্দোক্লুনা পুবা কাওবদদি ইবুংঙোখোয়না থরা ঙাক শেনবিবা ঙারেকো। নত্রবদি লান কনগদৌরি কোককাই-লুকাইনবা য়াংবগা অমস্থ ঙমস্থ ইফ কজনরোইদবা। ইবুংঙোখোয়দস্থ বাইচিনগনিদো। লোইদৌরে, লোইদৌরে।

য়ু—হায় পুলিস মীনায় মচা নখোয়গী করি নথৌ লৈ। ঐনা নখোযবু কৌরব্রা হা। সিদা কৈদৌ লাক্লি। ঐগী ইয়ুমনিনেসে খঙব্রা পুলিসকী বিট ওইরবোই থল্লুরব্রাও?

ইন্নুং—ইমা উপু কাংথোলসিনা হান্না পুহনগ্রসি। পোংকুপসিনা মথংগী ট্রিপতা। ইমা ইচাস্থ মথংগীদা য়াংরেসি। ইবুংঙো ড্রাইভর থৌগ্রো। ঐখোয়গী শুনাংদা হেক্তা থাদরিস্মু। হুগা অমুক থরা থুনা হনবীরকউকো।

মা—মুপীমচা পোৎ চিংথ নাস্থ মুন্না য়েংশিল্লু। ট্রিপসিনা ঙাোইবনি পোৎ শুরেকো।

ইন্নুং—শুরে ইমা। থোইদোকপা চিংথবা লৈত্রনরে খল্লি। ইমা হান্না কাথংপীরো ঐ ... ...।

মা—লাকওনে লাকওনে। মাঙ থারো লাউনে। মহোয় মুরাইসে কুইনা লৈ য়াপোৎ নত্তেনে। হিংচাবা অসিনা করি অমুক তৌরকপা খঙবা ঙমদে হায়বা। লাকও লাকও।

ইন্নুং—ইমা হান্না কাথংপীরো ঐ লাকঐ। ইবুংঙো গাড়ী ষ্টার্ট তৌরো। ঐ ঙসিদি লেম্না হল্লোই খঙগনিদনা। (বাকোক অমা থিক্লুরগা মুপাহুগী মকোক্তা মুথবা) সনা মতৈ ইবুংঙো খঙলব্রা?

য়ু—কোক কায়রে, ঐ শিরে হাংলে অয়ো ইমা। হীরম্বী মমা মচানা কোক থুগাইবিরে ... .... আ ... ...।

# ইমাগী মশক্তো

## (১)

বেম—তাচৌ ! তাচৌ !

কৈজাও—হাওনে, কৈদৌরগে ? ইফিং ফিংনা কৌরিসিবো ! ওস্তানা স্কুল কুম্লরুদ্দি কৈদৌরবা ?

বেম—অতুবুরাও, তাচৌ ! ঙসিদি স্কুল ওস্তানা থারবা।

কৈ – করিগী ?

বেম—ঐখোযগী স্কুলগী মপোক মুমিংতা লীলা অমা শাম্লনি হায়য়ে। স্কুলবু মীদৌনা পোকপরনে হা তাচৌ ?

কৈ--স্কুলগী মপোক মুনিং হায়বদি স্কুল অতু লিংথংপা মুমিং অতুনিদনা।

বেম—ঐদি খঙদবা। স্কুলগী মপোক মুমিং অতুদনে ঐখোয় ময়াম্লা লীলা অমা শাম্লদৌরিয়ে। ঐস্লু লীলা অতুদা য়াওদৌরিবা। অতুগীনে ঙসি স্কুল ওস্তা থারিসে।

কৈ – করি লীলানিনা শাম্লদৌরিদ্দি ?

বেম—মোইরাং থোইবী। মোইরাং থোইবীগী লীলা শাম্লনি হায়য়ে।

কৈ—নঙনা করি শাদৌরিবা ?

বেম—ঐবু থোইবী শাউ হায়নে ওজানা।

কৈ – নঙবু হৈগদরনে ?

বেম—হৈনি। ইমাম্লবী ঐখোয় ময়াম স্লুম শাম্লবদা ঐদি থোইবী ইতৎ তৎতনা শাই। তাচৌদি খঙস্লু খঙদনা। ঐ জগোয় শাবস্লু য়াম্লা হৈয়ে। ঐদিনে লৈমা জগোয়দো য়াম কজনা শাবা ওম্মে তাচৌ। ওজাহোয়্রনা হায়রিবা থোইবীগী জগোয়স্লু য়াওনি ঐবু শাউ হায়রিবা।

কৈ—কৈনে কৈনে। হৈবু হৈরবদি শাবা তারেদনা। নঙ ওজাশিংনা নঙবু থোইবী শাউ হায়বসিবু তশেংনা হায়রকপ্রাও। নঙনা য়াওনীংহুনা পংহায় হায়জিল্লিব্রনে?

বেম—হায়জিন্দে কৈস্তু। ঙসিনে ওজা ময়ামগী মিটিং অমা কম্মে। হেড মাষ্টরস্তু য়াওয়ে। ওজাশিংনা ঐখোয় মযাম মরক্তগী ৫/৬ খনগৎলগা জগোয় শাহল্লি, ঈশৈ শকহল্লি অদুগা রাস্তু ভাওহল্লি। মদু লোইরগা ওজা হেড মাষ্টরনা হন্দকী শায়গদৌরিবা লীলা অসিদা শরুক য়াগদবা য়াওগদবা নখৈগী মমিং ঐ পাথোরককে। মুয়া তাহৌকো হায়দুনা নমিংশিংদো পাথোরকয়ে ইহান হানবদা মোইরাং থোইবী শাগনি হায়রকপদু তাবদৈ ঐ হরাওনন্দুনা অদুম য়ুমদা তম্মুবগে হায়দুনা কনামতা তাক্লমদনা চেল্লকইবা। অতৈ অতৈ লীলাদা য়াওগদবশিং অদুগী মমিংশিংদুদি ঐ তারক্তে তাচৌ।

কৈ—নঙবু ওজাশিংগী মমাঙদা করি ঈশৈ শকলম্বগেনে?

বেম—"চেক্লা পাইখরবনা পোম্বী হনজিল্লকপদা" হায়দু শকলম্মে তাচৌ।

কৈ—অদুদি নঙনা নঙ ওজাশিংগী মনাঙদা শকলম্বা ঈশৈদু তাচৌস্তু অমুক্তং তাগেদনা। ঐদি নঙনা শকপা ঈশৈ অমুক্তা তাদ্রি।

বেম—অদুবুদি শক্কেনে (ঈশৈ পরেং ১৬ং শকপা)। মুংশিবরা তাচৌ?

কৈ—মুংশি। ঐখোয়গী বেম্মা শকপা ঈশৈবু করিগী মুংশিদনি হায়গে। খোল্লে খোনদাবাবু য়াম্মা চুম্মীনে। ঐদি নহালখৈ থঙদে নঙদি ঈশৈ য়াম হৈরম্মীদনা। ফরে ফরে নঙ ওজাশিংনবু য়াও হায়রক্লবদি য়াওদবা য়াব্রদো। য়াওগদবনি। মীরক তিনবা হায়বসে কান্নবস্তু মরাকপনি। ঐখোয়দবু লাইবকসি থীমনথিবনা ... ...।

বেম—অদুগনে তাচৌ ঐখোয়গী স্কুলদা ওজা মুপী অমা য়াওইনে। মানা ঐবু য়াম্মা লুনা তৌয়ে হায়বা। ঐনা হরাওনা চেম্মোরকপদা মানা ঐবু ফারিবা। অদুগনে তাচৌ কোক্তকা মানবিরগা মিথাই ১মু পীজরিবা। অদুগা মানা হায়রিবা নহোয় মাম্মদি করি থবক শুরি? নংবু লুনা তৌবরা?

ফৈ—অত্তুদা নঙদি করি খুন্নী ?

বেম—ঐনা খুন্নবো তাচৌদি নীংথৈ শারি। ঐবু লুনা তৌই হায়রিবা। অতুগনে তাচৌ মানা হায়রিবা নহোয় মাম্মদো লীলা য়াম্না হৈবনি নখোয় নন্দোমচাসু হৈবনি, নদোমচাদি ঈশৈসু হৈবনি মখোল য়াম্না মুংশিবনিক সু হায়। মখোয় অনীবু নঙগী লীলাচু ওন্থীহল্লু হায়নে। তাচৌ নঙবু লীলা য়াওরমত্রাও? লীলা হৈত্রাও? মাদি নঙগা ইদোমচাবু ঐগী মাম্মনি ইন্দোমচানি খনমাল্লে। তাচৌবু নঙগী মাম্মদো হায়রকপত্তুদা ঐদি নোক্লিংবনা।

ফৈ—নখোয়গী ওজা মুপীংগী মমিংদি করি কৌই?

বেম—বিমলা।

ফৈ—বিমলা। বিমলা কৌই হায়বা।

বেম—অং বিমলা। বিমলা হায়বগা নঙ তুমিন লৈত্রিদি করিগীনো হা তাচৌ ?

ফৈ—কৈসু তৌদেদা। বিমলাদো পীশক পীক্লিডৈদা ঐখোয় ক্লাস অমতদা লাইরিক তম্মীন্নরকযে। মহাক ঐগী অঙাং ঙৈরিডৈগী মরূপনে। মদো নীশিংলকপা।

বেম—খঙে! খঙে! থাযনগী লৈরাং অমনবা মল্ল মল্ল লৈসুংশি।

ফৈ থীদা অঙাওবীসিদি। মঙাও থীনসু ঙাওত্রেদকো। করম খোক্লগবা। মশকসিনা ইচেচৌ মাল্লিবা।

... ... ...

(২)

ফৈ—মালতি! মালতি!

মালতি—তাচৌ। করি হায়গে ?

ফৈ—নঙবু করি তৌরিবগে ?

মা—তাচৌ, ঙরাং তানবা পানদো চামথোকল্লিবা। ইনেচাউবীবু খরা কৈথেলদা য়োনবিরকউ হায় তপখিগে তৌবনে। কন্নি হায়গে তাচৌ ?

কৈ– ঐস্লু ঙসিদি ইম্ফালদা কৈথেল কাব্রুগে। নীংথৌসিগা ঙরাং নহাল তাবা থৌরি লীশাং ৫/৬ অহুগা য়োনথোকউগে খল্লিবা। বেমগী মফি মরোল খরস্লু লীলা য়াওনি হায়রিবনিনা লৈদবা য়ারোইদো। ফিস পীগদবা মতমস্লু ওইরক্লরিনি। পোপাং চৈবাংনগা কুংশিল্লকপনে। খঙব্রে তৌরিসে। ঙসিদি চাকু খর ঙল্লা থোংঙ্নে। কৈথেলহু ঙস্তা কাব্রুরগা ঙল্লা হল্লক্লবা।

মা—থোংঙ্রগে তাচৌ ঙহাক্তনি। পালসিদা ইনেচাউবীগীদা থিল্লুখিগে। থুনা হল্লক্কে।

কৈ—খঙব্রেদা তৌরিসে। য়ুম কোইবিনবা অহল অমতং লৈরবস্লু ফগদবা। লৈকাইসিদা ইনেচাউবীমক লৈরমব্রবদি ঐখোয় ফনা য়াম্না ব্রারমগনি।

মা– ইনেচাউবীসি মপুকচেলদি চাউথ্রবা জাৎনি তাচৌ। মী অতৈ ওইরবদি মাগী পোৎলুম অহুগী মথক্তা ঐখোয়গী পোৎতপসি পুরগা য়োনবিরকউ হায়বা য়ানি থাজদে।

কৈ—কদাইদগী য়ানি হায়গে ইনেচাউবী ওইবগী য়াবিরিবনি। মাস্লু ব্রানা হৌরকপা মীওই অমা ওইবনা ঐখোয়গী খুদোং চাদবা ময়ামসি খঙবিবগী ব্রানিদা। বেমহুবু মশক উদেনে কদায়দা চৎব্রে। মাব্রু লাইরিক লাইগুকা অমতা ঔরাইব্রবরনে ?

মা—লৈরমনি। হৌজিক্তা লাইরিক ঔরাইরম্বনি। মখোয় ওজাশিং অমনা তাচৌগা ঐগা লীলা হৈ মাগী লীলাহু ঐখোয়বু তম্বীহন্নু হায়রকই হায়হুনা পারা ঔরাইবা লোইরে লীলা তম্বীরো হায়হুনা তরুরম্বনি। বেম বেম নঙবু কদায়দা লৈগে থোরকও হক্লামসে খর মল্লোওলাউনে চাক থেংব্রনি। ঐ ইনেচাউবীহোয়দা পানসে অমুক্তা থিল্লুখিগে।

বেম—হাউ, লাকএ লাকএ। নঙনা চাকথুম চঙপ্রদি লীলাদি করম কান্দা তমনি।

মা—নঙনা হোরেল স্কুলদগী হন্নরুগা তম্বা তারেদনা।

বেম—নঙদি সুম হোরেল হয়েং হায়হনা য়ৈথোক য়ৈথোক্নুনা লৈ। ঙম্মোই কৈন্থ।

মা—নঙবু চাক চাদনা স্কুল কাবা ঙমগনে। তাচৌম্থ ঙসিদি ইম্ফালদা কৈথেল কারুনি হায়। সে হঙ্গামগা পোল্লাংগা সিদা লৈরেসে। মল্লগা থরা চামথোকলম্মু।

বেম—তাচৌবু ঙসি কৈথেল কারুনি হায়রাগে?

মা—হে'যনে। ঐ ইনেচাউবীহোয়দা চৎলে। নঙ হঙ্গামহু চামথোক্নুনা থনম্মোকো।

বেম—হোয। তাচৌ তাচৌ, নঙবু ঙসি কৈথেল অচৌবা কারুদৌরিবরাগে?

কৈ—কাকনিযে। করি হায়গে?

বেম—হযেং লীলাদা লিংনবা ফুরিৎ জম জম লাউবী ফজবা অমতা লৈদ্রিবরউবা।

কৈ—ঐদি মহু লৈবা হৈরোইনহে। নঙ নাচেভোনগা চৎলগা অপাম্বা খন্দুনা লৈযুদনা তাচৌ পৈশা পীগে।

বেম—ইচেভোনদি কৈথেল কাসি য় রোইনে। ইম্ফালগী নহারোলদি মুপীমচা উবগা লংনগল্লি. করেম কথাইনৈ হৈনদে হায়নে।

কৈ—য়ান্নিদা করিগী য়াদনি হায়গে।

বেম—ঐ হঙ্গামসে চাম্মুথিগে। তাচৌ ফুরিৎ হায়দো লীলা নংনবা লৈবিয়ুকো-কো।

কৈ—লৈনি লৈনি। করিগী লৈদনি হায়গে বেমগীবো। খঙত্রেদা তৌরিসে। অঙাংসে মরায়বক্তি থীপ্রবা হায়হু ওইরে। ইচেচৌহুদা লৈজরম্নবদি শেৎপা চাবা মনীং থুংজদৌবা। ঐখোয়না হোৎনবসিনদি

নহাঙাক্তগা ওইরে। লাঈরবা হায়বসে তোন্দি তোনখ্রেদা ঐখোয়সে ওম্থোক্লা মপোক থীনস্থ তম্নমগ্রবোরে। অঙাংশিদদি ফজনা শেন-নীংবনি ঈশ্বরনা করম তমলমগবা থঙত্রে।

... ... ... ...



বেম—ইচেতোন চাক লোইরবরা? তাচৌ নঙ চাক লাম ত্রিবরা চারসি। নঙদি মুংদাং থেঙনা থেঙনা তুম্মী। মুম পয়া শিন্থুনা লৈ। ঙসিদি পযা শিত্রবরা?

ফৈ—পয়া শিবা লোইরম্বুনা পোল্লাং শাবিযে। য়েংঙু ফজদরা পোল্লাংসে।

বেম—ফজৈ। য়াম ফজৈবো। মচাশিং্দি বাসি লৈ। হঙ্গাম চাম্বা মুংঙাইনি। তাচৌ ঐগীস্থ সিগুম্বা অনঙা শাবিম্নুবা ঐখোয় হঙ্গাম চাম্নবা। হৌজিক চাম্নরিসিদি ইহো হোরে শেগায়রে হাম্নবা। মখোঙকা পানবা ফজবা অমঙা শাবিযুক্তো বো তাচৌ।

ফৈ—হোই হোই শাগে। নঙনা চাক চাবসি হায়রিসিবু নচেতোনবু চাক লোইরে হায়রনে।

বেম—চেতোন চাক লোইরবরাঙ? তাচৌনা চাক চাবসি হায়যে।

মা—লোইরে লোইরে। ইরোনখিগে। মিনিটমুকতং লৈবদি লোইরনি। লাকও লাকও। (অহুমত্থু চাকখুম্মাঙদা চাক চামিন্নবা)

ফৈ—ঙসিগী নচেতোনগী চকহুবাইগা থাংজীংগা ইরোনবসিদি হাউইহৈ। হাওত্রনে?

বেম—হাওয়ে। অত্থুদা মোরোক খিত্তুংদি শাই।

মা— বেম। লাঈরবগী ইমুংদি ইনশাং মোরোক থর হেন্না শাগনবনে।

ফৈ—ঙসিদি কৈথেল লাইরেম্বীনা চানবিরমাল্লে নীংথৈত্থু হেক থাবগা পরপ পরপ মুন্নৈ। পোৎশিং কৈ। থৌরী লীশাং ওম্থুস্থু হেক্ত শিংখি। শিংলোইত্রা চিংনত্থুনা লোইনস্থ পুহৌত্রে। লোইনা পুরম্মস্থ ফদবা।

পোংশিংতু কবদৈদি হরাওহনা ঐ থুনা হাইথরক্লগা পায়া শিহনা পোল্লাং শারম্মিবনি। ওসিন্নী পোংশিং মতাহুদি হিংগদবোই হেক নীংঙিদা।

বেম — অদো তাচৌ লুপা কয়া শিংলকই ?

কৈ—থৌরী লীশাং ৪হনা লুপা ৬০ অহুগা নীংঙৈহনা লুপা ১১৫ শিং-লকইদনা।

বেম—ঐগী ফুরিংতি ?

কৈ—ইহে মহুদি লৈরক্লে। হংচিংসু ঐ ইম্ফাল কাকনিয়ে মহুদা শোযদনা লৈরক্লগে হৈবা হৈতবা মীওন্দা হংলগা নত্রগা মী নেক্লনা হেক্তা মরৈরক্লগে। বেম শাউনু হংচিংতি শোয়রগোই।

বেম—ফুরিং লৈবগীদমক কৈথেল কাক্লদৌবিবা স্নক থাপ্না।

কৈ—শাবিবা পোল্লাং ময়ামসে য়োল্লুদৌরিবনিদা। অহুগা নঙগী ফুরিং লৈরক্লদৌরিবা।

বেম—তাচৌ নঙ পাথংনবু পোল্লাং য়োনবা ইকায়দবা ? মীনা নোক্ল-বোইদ্রা ?

কৈ—কদিগী ইকায়রুনি হায়গে। মীগী নপোং হুরাল্লুবশু নত্তুনা। ইপাঙ্গলনা শুজহুনা নোমজহুনা পুথোকপা পোং য়োনববো। চরা হেন্দনবা মীমান্নবা ডম্নবা হোংনবদা ইশাযবা করিসু লৈতে। তাচৌদিনে মসিদা চাউথোকচরিবনি ইকায়বদি লায়রদনা।

মা—হাইমা ঐদি ওসাইথৈ কাউইদনা। তাচৌ ঐথোয়গী লৌপু অহুনা থারকপনি হাযহুনা অহল অমা লাকলম্মী। ইরাই হুমিংতা কৌ লৌবা লাক্তনি চংথোকলমগনু হায়রম্বনি। য়াম্না ওন্না লাকেস্ন হায়রম্মী।

কৈ—খঙদ্রে তৌরিসে কমদৌদনো। কুমসিদি নোংজু মতা চাখিদবনা কৌথোকস্নু রাংলেদো। লৌপুনবু করি হায়রদনো খঙদে। য়ারবদি খাইনা কুমসিগী চংনরিবা তংখায় তাবী হায়বদো অহুম্না ঐসু তম্মীংবান অহুবু ....।

মা—ঐখোয়গী লৌপুসে ওয়োক্লস্ন মপুক কৎখিদ্রেমা। মী খ্বাইগা ইমান হেক মাল্লদে। হয়েং কৌ তাবিয়্ হায়নবদা মানা তৌরদৌসি মহা ওইরমি। ঐনা হোত্রোং হোনা উরবনি। শংবাইনি হায়ত্বনা নীংঙৈমুক চাউবা অমা পুরক্কনিদো। কৌ তাবিয় হাযবা হেক তাবদা হিংচাবদৌনা মানা ভাওলক শক্লকদবসি লোইদৌরিবনি। লৌমীসিগী ইমুংসি নংবনা নঙ্গল পায়রে। ময়ুমসি ইহো হোরে কাক মখোঙ পুৎথরেকাইসে খঙশিল্লরোইদবনি। ভাঙবস্ন পেরে পেনা শৌমখৈ ভাংলনি। মখদাংনা কল্লিবা লৌ নীংথি মুংভাইনা পেংদে নাপী মরু য়াউই চাবা য়াদে কা হায়জিল্লগদৌরিবনি। নোং হেক ভানবদগী মুমিং অমা তাবা ফাও নোম্লিসি মাদি খঙবীপোৎ নত্তে। ঐখোয়সে তল্লী শুনীংদেকাস্ন হায়রনি। হায়স্ন হায়বনি ঐখোয়গী লৌপুসে ওয়োক্লস্ন ফৎখিদ্রেদা।

কৈ – মালতি, পুম্নমকসে ইচিন ইপুবা ঐখোয়না লাঙ্গৈরবদগী থোকলিবা ভাক্তনিনে। পাক্তিনা লৌফমসি ঐখোয় পোক্ত্রিভৈদগী উরকপনি হাযরম্মীদো। ইপানা লৈখিদ্রবস্ন নঙ লৌফমসি থাদোক্কন্থ। লৌ অসিগী মপান্দগী ঐখোয়গী ইমুংনা হিংলকপনি হায়ত্বনা কল্লা শিল্লরম্মীনে। অত্বনা ঐ লৌসি থাদোকনীংদত্বনা ভৌবনি। নত্রগবু মাই মভৌসি য়েংলুরবদি উদবনা ফববনি। উপায়দি লৈত্তেদো কমদি ভৌনি। মীগী খদাং মখা থাত্বনা পুন্সীসি স্নম লেল্লগত্রা খঙত্রেনে।

মা—খিৎ হাকমনবা হায়নিমা। মী অতৈগা মাল্লদবা। লৌজনাম পুজনাম্মা কা হেল্লিবা কুমসিদি লৌরক ভাক্রামচা কাত্রবরা? হা চকহ্বাই কয়াম লোকই লৌগদগী। ইনাকখুনবা ইম্ফালগী মীসিমক্তবু কারাম চাউত্রে। গুংশিখিদ্রে।

ফৈ—মী ওইনা হিংবা তারবদি মী মথল খুদিংমক য়ান য়ানবা তিন্নগদবনি। অরাক অরাকপা মায়োক্লবা তাবনি। অহুতদা ঐখোয় পানবা ওমগদৌরিবনি। মালতি, ইবুংগী ইবেম্মা ভাব তাউনে। খরদি খাওবা তারেদনা। লাইবক্লদি কয়া থীনা তমলমগ্রেদো।

মা—ঐখোয়গী লৌপুসে ঐখোয় ইমুংগী অৱাবসে উবিদে হায়বনিদা তাচৌ।

ফৈ—ইনাকখুনবা মুংভাই য়াইকবা সহরগী মচানবু খুঙ্গংদা পোকপা লাঙ্গল চুতৎনবা ঐখোয়গীদমক থনবী হায়ব্রাও? মখোয়গীদি অৱাং অপা লৈতবনিনা ঐখোয়গী অৱাবা উবিযম থোক্তবনিনে। ফরে যরে কোল্লীক রাইরমদো লোইশিন্নবা তৌরো ভুন্নবা তৌরসি। নংগী ভসাইগী পালহুদি কয়াম শিংলকই হায় ইনেচাউবীনা নঙ ইনেচাউবীখোযদা চংলুদ্রবরা?

মা—চংলুই ভসাই মুমিদাংরাইরম। ইনেচাউবীনা হায়রিবা পাল মনাও যক্তে চাউই হায়হুনা মীনা প্রপ প্রপ মুম্নে হায়য়ে। হৌজিক্তি ইনশাং নাপীসে য়ান্না তাওলমল্লে।

ফৈ - থবক শুনীংদবা অমুনবদা চানীংবা ভাক্তা ভাইরবা মতমসিদদি নোংমা নোংমগী পোং চৈ সুম তাওশিল্লকপদি মশানা তাবনি। শুদি শুনীংদে নোমহু নোমনীংদে অহুগা চাবদি লেপ্পা লৈতেদো অহুননি।

মা—ঐদি ইনেনা পালদো লুপা ২১ শিংলি হায়রকপহুদা ওক্তুনা ৩/৪ রক অওইবরা হায়হুনা হংবা। ঐনা হঙ্গিন হঙ্গিন হংবহুদা ইনেদো ঐনা হায়বসি নঙ থাজদ্রবা মুপীমচা হায়হুনা কাক কাক নোক-খোলকইদনা। ইনেনা ভারী লুপা ২, থুমকিলো ১, কেরোসিন লীক্লী অমা লৈবিরক্লবা অহুগা লুপা ১৫ লেমলি হায়হুনা পীরকএ। তাচৌ পৈশাহু পুথোরকউরা তাচৌ থমজিনবিগেরা?

কৈ—নঙ অত্থম থমজিল্লু। লৈকাইগী শেনখায় থুমখায় ঐ লৈতবা কান্দা লাকপা থোক্লবদি নঙ রাগনি। নঙোন্দা অত্থম থমজিল্লু। কোল্লিক রাইরমন্থ লোইশিল্লদি থোইবীগা নঙগা তুম্মুরোদনা। তাচৌদি পোল্লাং অনীদং শারমখিগে।

... ... ...

## (৪)

বেম—চেত্তোন চেত্তোন!

মালতি—হাও, করি হায়গে। কৈজুপ থুংত্রবরাও?

বেম—থুংভি। হয়েংদিনে অয়ুক ঙস্তা হৌরগা লীলা তম্বীয়ুকো। নঙদি হোরেল হয়েং সুম তৌত্থনা লৈ স্কুকতম তম্বীদে।

মা—নঙনা তম্নীংলিত্থদগী ঐনা হেন্না তম্বীনীংলিবনিনে। থবক শংদত্থনা তৌবনে।

বেম—চেত্তোন! ঐ রা অমা হংগেনা। নঙ শেংনা তাক্কদরা?

মা—বেমনা হংববু করিগী তাক্কনি হায়গে তাক্কনি। করি রানো?

বেম—চেত্তোন ইমান্নবীনস্থ, ওজাশিংনস্থ ঐগী য়ুমনাক অসি লাল্লি হায়নে করিগীনো?

মা—মত্থগী মরম নঙ খঙনীংবরনে বেম?

বেম—খঙনীংভি।

মা—নঙসি ওন্থোক ওন্থোকপা থম্মোয় শোকপা রা ঙাক্তা হংলকইদকো বেম।

বেম—ঐগী য়ুম্নাক নীনা ওন্নৈ হায়রকই হায়রগা নঙনা থম্মোয় শোকই হায়রিবু করিগীনো হা চেত্তোন?

মা—মরমদো রাম লৈয়ে। মদো লোইনা তক্কত্থনা লৈরদি ঐখোয় অহীং তুম্মরোইয়ে।

বেম—অদো ঐ য়াম তানীংঙেবা ছায়রোসে তক্মো।

মা—ঙসি অহীংসে নঙ তুম্মরোই হায়রিব্রাও?

বেম—তুমদস্ন য়াই ঐ বাহ্ন য়াম খঙনীংঙি।

মা—নংনা খঙনীংলবদি ঐনা শিং শিংনা তম্নগা লোইরেদনা। ঐখোয়গী পাজিগা ইমাগনা ঐখোয় অহুম পোকলম্মে। ইচেচৌনে, তাচৌনে, ঐনে। ইচেচৌনা নঙবু পোকলম্বা নঙগী ইমানে। পাজিগা ইমাগদি ঐনা চহী ৩ শুরকপগী অত্নবাইদা শিখি হায়য়ে। ঐ মখোয়গী মশক খঙহৌদে।

বেম—অত্নদি নখোয়বু কনানা য়োকপীরকই।

মা—খঙদে। নীংশিংবা থোক্তে য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈগী বানি। ঐনা খরা চাউরক্লবা ক্তান খরা খরা তারক্ল মতমদা খঙবদি ঐখোয় ইচিন ইপুবা ৩ না অত্নম শু নোমত্নুনা চারকই। নঙগী ইমা ঐখোয়গী ইচেচৌদো মশক য়াম্না ফজ্জে ঐখোয়গী খুজং অসিদা ফজবদা, চীংলেম্বা, টংবা তপ্পদা ইচেদো ফাওবম্মী। মমিংনা লৈপাকলৈ কৌই। মহাক্না শোরোক্তা চংলবদি মী থোক থোক্লুনা লৈপাকলৈ ফজবী চংলে হায়দুনা য়েংনৈ হায়। নঙসে ঐখোয় ইচেচৌদো য়াম মাল্লিনে থোইবী।

বেম -অত্নদি নঙোন্দা ঐনা ইচে কৌরিসি চুমব্রা?

মা—চুমদে। নঙনা পীশক পীক্লিঙৈদা ঐখোয়না কৌনবা তাবদগী স্তুম কৌথিবনিদা। কৌফম থোকপা অচুম্বা মীজোগীবু্দি তাচৌদা মামচৌ ঐঙোন্দনা ইন্দোমচা কৌগদবনে।

বেম-- ঐদি হান্না কৌরিসি স্তুম কৌগনি। হোংবা তল্লি।

মা—হোংগনো হোংগনো। চেতোন হায়না স্তুম কৌও।

বেম—অত্নগনে ইচেতোন ইমাগী মমিং, মনাতোন, মচিস্বান ফজবরা? কুচুস্থংঙোব্রা?

মা – ইচেচৌগী মশাদা অথীবা মচেৎ অমতা য়াওদে। মিৎ, নাতোন, চিনবান খোঙদা খুৎতা শাবান লোইনা ফজে। অবাৎপা য়াওদে। কুচুনা মেমদগী হেন্না ফজরিবা।

বেম—মীনা হায়নরিবা ঐগী মিংতা, নাতোন, চিনবান ফজে। ইমাগী মিৎ, নাতোন, চিনবান ঐগা মান্নবরা? কয়াম মান্নে?

মা – মান্নেয়ে। খিৎতকা মান্নবা নত্তে য়াম মান্নে। মান্নবা ফজাবত্নবু নখোয়গী ওজাশিংনা নঙবু মোইরাং থোইবী শাউ হায়রকইবনে।

বেম—চেতোন ঐগী ইমাত্নদি হৌজিক কদাইদা লৈ। মা নোংমতা সিদা লাক্লি করিগীনো?

মা—বেম নঙ রাফমত্নু ঐঙোন্দা হংঙম্নুবা।

বেম—করিগীনো? কৈদৌরগে নঙনা ঙসাইদি য়ারী পুন্নমক লোইনা তমগে লোইনা লীগে হায়খিদাইনে।

মা—হায়নে। অত্নুদা হৌজিক্তি তম্লীংঙক্ত্রবা।

বেম – করিগীনো য়ারোই। সে তম্মো ঐ য়াম তানীংলে হায়বা।

মা—বেম ঐ তম্নীংলত্নুনা তৌবনে। হয়েং নোংমা তম্মগেবা।

বেম—য়াদে কৈস্নু, সে তম্মো তম্মোইবা ইচেচা।

মা—ঐ যাম্না কপনীংলক্লেদা তোক্লসি কৈদৌগে থোইবী নঙবো তুম্নসিবা।

বেম—নঙনা তমদ্রিখৈ ঐ কপকনি। তুমস্নু তুম্লোই। লীলাকা অমতা য়াওররোই। লাইরিকস্নু তম্মরোই স্কুলস্নু কারোই।

মা—কনদৌনি তৌরিসিদি ঐবো। ফরে ফরে অত্নু মঙাইরে নঙনা য়াম্না তানীংলবা খঙনীংলবনিনা তম্মগে। ইচেচৌদো মশক য়াম্না ফজে হায়খিদনা ঐনা।

বেম—অং হায়খি।

মা—পাজ্জিগা ইমাগদো খুঙ্গংদা পোকপনিনা খুঙ্গং মচানিনা স্কুল তমহৌদে লাইরিক হৈতে। খাজানা থিরুবগী রসিদ-কাও পাবা থোক্তে থরায় স্থংঙাইতে। ঐখোয় ইচিন ইপুবা ওদি থরদা ওইরবস্নু ইবা পাবতদি

ওয়বা হায়দুনা স্কুল তমহল্লে। ইচেনা ক্লাস আইট তমখৎলকপা কান মশাগী চহীনা ১৭/১৮ শুরকপগী অতুবাইদা নোংমা স্কুলদগী হল্লকপদা ইম্ফাল মচা অমনা ফাত্নুনা জীব গাড়ীদা পুখি হায়।

বেম—চেত্তোন নওদি ফাখিবত্ন্ উহৌদরা?

মা—উহৌদে। ঐনা উরগবু মখোয়না ইচেবু ফাবা কদাইদগী ওমনি হায়গে।

বেম—তাচৌস্নু উহৌদবা?

মা—মাস্নু উহৌদে। লৌবুক্তা চৎখিবা। ঐখোয় অহুম স্কুল কামিন্নরম্নদবু কদাইদগী ইচেবু ফাবা ওমনি হাযগে।

বেম—নখোয অনীদি করিগী স্কুল কাব্রিবা?

মা—ঐখোয় তাচৌগা ঐগদি ক্লাস ফাইভ ফাৎবদং তমলগা স্কুলগী ফিস্ হন্নীংঙাই লৈতত্নুনা ইচেচৌনা ক্লাসস্নু খরা য়াম্মে মাতমক তমহল্লসি হায়দুনা ঐখোয় অনীদি স্কুল তম্বা তোক্লবা অত্নুনা কাদবা। মতোমতা হল্লকপা অহুদা ফাবিগ্রিবনে ফাবিগ্রিবা। চাকথ্রেদা নীংশিংলুবগা থোইবী। ইচিন ইপুরা ঐখোয় অহুম পুম্না হনমিন্ন-রক্লম্নবদি মখোয়না ইচেবু ফাবা ওমগদ্রাও?

বেম - মখাদি? চেত্তোন ঐ য়াম্না খওনীংঙে। করিগীনো মীথু হেক্তা ফাবিত্নুবো।

মা—খওদে ওম্মী অফিসারনি ইম্ফাল মচানি হায়দুনা তৌমাল্লে। মহাক্তো ইনাক য়াম্না খুল্লি, জীব কারকাস্নু লোই, ময়ুমস্নু দলান ওাক্তনি, মরৌ মশীংকাস্নু য়াম লৈ হায়নৈ।

বেম—ইনাক খুল্লগবু মীথু হেক্তা ফা ফাত্নুনা পুনথরনে?

মা—খওদে করিগীনো হেক্তা ফাখি। কাগ্রবা মতুং চহী ২ রোম লৈরগা নও পোকই ষষ্টিকাস্নু শোনখিদে হায়নে। খওদেদা থোইবী তাবদা মুংঙাইতবনা। ঐগী ইচেম লাইবক চাউবীদো খন্নু খন্নুরগা ওম্বোক্রা নীংঙমখিদ্রেদকো।

বেম—ইমাই মনাক্তা নখোয় কনামতা চৎলুব্রবরা ?

মা—চৎলুদে।

বেম—করিগী চৎলুদ্রিবা ?

মা—ঐখোয়দি খুঙ্গংদা পোকপনি। খুঙ্গং মচানি। অতৃগীদু মথক্তা ঐখোয়দি লাঙ্গৈরে নংভি। ইনাকখুনবগী য়ুমদা লাঙ্গরবা খুঙ্গংমচা ঐখোয়না করি কি শেৎ চাহুনা চৎলুনি হায়গে। অহুনা চৎতবনে। ঐখোয় কনামতা মখোয় ময়ুমদা চঙলুদে।

বেম—অহুগা ঐনা কমদৌনা সিদা লৈরিবা ? ইমানা কনাগা লৈরিবা ?

মা—থোইবী বারীহু য়াম শাংঙে হয়েং তম্মগেবা। ঙসিদি তুংসি।

বেম—ঙসিদি ঐ তুম্নীংদরে। বারীহু তানীংঙে। সে তম্মোইবা সে ইচেচা সে তম্মো।

মা—কমদৌনি তৌরিসিদি। বেম ঐ কপনীংলক্লদা তোক্লসি। ঐগী ইচেদো শিঙম নাঙমদনা শিখিমাল্লেনে বেম।

বেম—ইমা শিগ্রবা। ঐগী ইমাবো শিগ্রবা।

মা শিগ্রে। ইচেদো শিগ্রে সংসার অসিদা লৈত্রে। বাদো ঐ নঙোন্দা তম্নীংদ্রেনে বেম তম্মরোইদা।

বেম—ঐগী ইমা শিখিবগী বাবু ঐঙোন্দা তম্নীংদ্রিবা করিগীনো ? ঙসি ফাওবা ঐঙোন্দা তাকথোক্ত্রিবা করিগীনো। ঐসু য়াম্না কপনীংঙিনে খঙব্রা ? নখোয় ময়াম্না বাকমসি ঐঙোন্দা লোৎলিবা করিগীনো ? ঙসিগী মুমিত্তা লোইনা তমগদৌবনি তমদা য়ারোই।

মা—ফরে ফরে, অহুমঙাইরে। নঙনা অদু য়োনা খঙনীংলবনিনা তম্মগে। নঙগী নবোক নঙগী পাবুং পোকপা মমাদো মহা হিংচাবীনি য়াম ফত্তে। মাননে মাগী মচানুপা অহুগী মুপী মমো ওইগে হায়হুনা সনা ইনাক কৈরাক খুনবী, লাইরিক হৈবী তলব চাবী অমা হায়নমাল্লে। ইচেবুনা খাইনখো সনা সহর মচাহু লুতোংগদবনি। ইচে লৈরবদি মুপী লৈ হায়হুনা সনাহু শীয়ু য়াররোই হায়হুনা

ইংবু চৎখিনবা থীনা ৎৎপী-নৈবী হায়। নঙ পোকপগী মৈনীং কুপ্লিডৈদা চাক নীংথি মুংঙাইনা পীজখিদেকাস্ব হায়নৈনে। নঙগী ষষ্ঠিস্ত শোনখিদমাপ্লে। চাদ থক্তবনে, ৎৎপী নৈবীবগী মথবাই মুংঙাইতবনে। অহানবা পোকচবা মচাগী ষষ্ঠিকা শোনবিদবা অত্নুদা ঈগা নৈবনে হেক থরায় শোকমনখিবত্নদা শিখিবনিদা ইচেদো। ষষ্ঠি মুমিংতি পোকপা মতুং ৬ নি শুবদনিদা মত্নগী নোংঙানবা ৭ শুবা মুমিং অত্নুদা শিবনি হায়। য়ুম শেংলবা মতুং নীনি কোনবদা ৎইংনাপ্লে মী থারক্ত্নুনা ঐখোয়বু কৌববদো। তাচৌগা ঐগা চৎলি। মুমিং ১৪ নিতা ঙাইরিবা, পোকপা কুইত্রিবা ঈ মত্নম অমগুম লৈরিবা, ঙাংশং ঙাঙলিবা নঙবু তাচৌগা ঐগদা শিন্নত্নুনা নচেগী মচানি নখোয় য়োকচকচো হায়ত্নুনা পীরকই। অঙাংসে নুপীনি। নুপী হায়বা জাৎ অসিদি শান্নদবনি লৌবুক্তা তাবা থদোই অহাম্বগুম্বনি। ইমুং অসিদা লৱাই লৌথাও নীংঙোলগী মচা থদোই অহাম্বা যোকপীনবা লৈতে অঙাং পুক্তখো হায়ত্নুনা তাচৌগা ঐগবু হুই যেন তানবগুম তাল্লকই থোইবী।

বেম - ঐবু পীরকপা মতমত্নুদা অঙাং লান্নবিডৈদা হন্নুবীত্নুগী মমায়দা তিল শিংচল্লম্বা য়াদবা?

মা—শিংচল্লমদে। অঙাংদি মীনাই মুপা ১ না পুথোরকই। হন্নুবীত্নুনদি পুথোবক্তে।

বেম—তিল পুন্না মমায়দো শিংচল্লমদি পেনদৌবা।

মা—মীওইবগী শাজৎ চৎতবা ইমুংনিদা। মত্নগী মুমিংত্নুদা হন্নুবীত্নুনা ঙাংলক শকলকপা ময়ামদো ইমাইপেম্মা মীগী ৱাঙাং নক্তেদা। শা ঙা ফাওবা মাগুম থল্লমলোই। করিনোনে মাগী শব্দত্নুবো তমফম খঙদেদা।

বেম—করি করি ঙাংলকইবা লোইনা তম্মো সে চেচা তম্মো।

মা—তম্মগে তারোকো মুন্না।

... ... ...

( ৫ )

( হৌখ্ৰ থোদোক্কী রাক্কম পুশিল্লকপা )

( ক্লাস বেগ হৌবা )

সনাজাওবী—লেপ্পীবা নখোয় অনীবু লৈপাকলৈ হায়বীহুগী করি থোক্লবগে হাঃ?

কৈজাও—ঐ মপুরানি।

মালতি– ঐনা মনাওমুপী।

সনা—করে করে নখোয় অনী লাকপা। ঐ থবক চৎকদবা লৈবনি তোক্নুনা নখোয়বু ঙাইহুনা লৈরম্লিবনি খঙঙব্রা? ঐনা নখোয়বু কৌবদি মরম অতৈগী নত্তেহে। নখোয়গী নচেনি হায়হুনা লরাই নীংঙোল অমা সিদা মতম থরা লৈরম্মীদনা। মুপীহুনা পোক্লস্বা অঙাং অম্না সিদা হুন্দোকপীরম্মীয়ে। অঙাং অহু পুজখো নখোয় য়োকচক্লচো হায়হুনা কৌবনে। নখোয়বু কৌবা অতৈ মরম লৈতেকো। হায় হায় কনা কনা লৈ অঙাং শোরেলহু থরা পুথোরকউনহৈ শোরেলহু লৈরবদি ইচামুপা সনামতুমগী লুহোংবা কায়গদৌরিবনিনে। থুনা পুথোরকউ পীথোকপ্রসি।

কৈ—করি রানো ইনেবেম্মা! ইনেবেম্মনা তাকপীরিবা রাক্কমহুবো। ঐখোয় ভাব অমতা তাবা ঙমজদ্রে।

সনা—তারোই তারোই কদাইদগী তানি হায়গে। মুকতা হেক

তারেয়োইদৌবনি। লবাই মগানবু কদাই ভাব তানি। লবাই মচা হায়বসিদিনে ভক্ত মুংঙাইদি পামগ্রপোৎনি। পামগ্রবা। অতুনা নচেদো সিদা লৈরমলিবনে লৈরম্রিবা চেনবিরক্লনা।

ফৈ—করি য়ানোনে ইনেবেম্মা চুম্না চুম্না ভাউবিয়ু লবাই লবাইকা পনপন পনবীয়ু।

সনা—কৌবিয়ু ইনেবেম্মাকা হায়বীয়ু পামজদে। লবাই মচানা ইনেবেম্মা হাওনকা কৌবা পাম্বা মী নত্তেয়ে ঐদি। সে ভাও ঐগীদি ইচা নীংঙোলবা লৈজদেনে। মৈস্থু অমতা থিদ্রিদে নত্ত নচেনি হায়তুনা পোকলম্বা অংাংসে ইমুংসিদা য়োকপী কোনবিনবা মী অমতা লৈতে মমাস্থু শিদোকগ্রেদো। লবাই নীংঙোল লাইর চুংৎনবীগী মচা য়োক্লবা যোকচবী থম্বস্থু পামজদে। য়োক্লনা থম্লবদি ইচাস্থুপাগী মৌ থিবা থহলোইদৌরিবা। ভাব তারেদনা।

ফৈ—ইনেবেম্মনা ইম্ফালদা লৈবনি সহর মচানি ইনাক থুনবীনি হায়দুনা পংতাক হেক তাকপীরেনা হরিনো? ঐগী ইচেদো নচাস্থুপাদা ঐখোয়গী ইমা ইপানা থাজন্নম্বস্ত নত্তে। ঐদি সহর মচানি, তৌবা ভম্মী, লাইরিক হৈ, জীব কার তোংঙি হায়তুনা ইচেগী মশক ফজববু মিহৌতুন' উমাইবীনা ভা লাকপগুম লাক্লগা ফাতুনা পুবিগ্রে। মুমগী মৌ অমা ওইনা চহী ১/২ থম্বীরে অতুগা অঙাং পোক্লবা তুংদা শারংদা মচিঙ্গাক পীজদনা ভৌতুনা থম্বীরগা হাংতোকপীরে অতুগবু।

সনা—হায় করি হায়বা চিম্বিবা। চিনকেম্মা করিবা থৌনানা করিবা। কুক্ক কুক্ক কয়া তৌবা ভমলিবনোনে সে ঐখোয়বু মীহাৎপা শীরিনেসে। ইমাইপেম্মা কিগ্রেদা কিজগ্রে। হো ইবুংঙো থৌনা কাবা চংলো চংপীগ্রো চংলো অঙাংসি পুরগনে থুনা মকমসিদগী থোকপীগ্রো। লৈকায় কুমহৈ ওইমবনি। মকমসিদা লবাই মচানা কুইনা লেপতুনা লৈবা য়ারোই। ঐবু বা মখা তাহল্লস্থু থঙব্রা? সনাজাওবী ঐবু থঙদমাল্লেনে নত্ত।

কৈ—নচা মুপা হীংচা য়াইতম্বদুনা শারাক তম ইচেবু ফাদুনা পুবিগ্রে অদুগা হৌজিক্তি মথবায় মাঙহনবিগ্রে। অঙাংদি কৈস্ম খঙজবা নত্তে পোকপদা মঙাইরি। ইচেবু মুংশিদদুনা হাংতোকপীগ্রবস্থ ইচেনা পোক্লবা অঙাংদুদি নচামুপাগী মচা নগুনিনা। কনানা য়োকফম থোকপগে? করিগীদমক য়োক্লীংত্রিবনো? মচা পোক-থোক্লগা য়োক্লীংত্রিসিবু ইনাকখুনবগী ধর্ম্মরা সহরগী চৎনবীরা? নচা মুপানা পোকপা নগু নত্রাও? হন্নুবী, করিগী য়োকনীংত্রিবনো? খুন্মুনে।

সনা—ঙকচরেদকো। কদাইদগী লব্রাই মগানোনে তৌবিররসিবো। আইন কানুন খঙগ্রেদা। অঙাংদো পীথোকখ্রোনে খিৎ থুনা চৎখিনবা। লৌ য়াত্রগা লাক্রনা হেক লংশিল্লু। হায় খঙজৌ নঙগী খ্রাকৎ তাবিনবা মী ইমুংদিদা লৈত্তে।

কৈ—হায় হীংচাবী করি হায়বা। ঐনা ব্যবহার কায়নীংদদুনা খাঙলগা। নঙগী নচা মুপা মখোঙ অনী পানবা শাদো কৌথোরকউ ঐ মাগা বা ঙাঙনগে। অঙাংসে পুকম থোক্লগা পুখিনি। নখোয়না য়োকপা ঙম্মোই হায়রগা ঐ লৈরিদনা ঐনা য়োকনি জীববু অরেম্বদা মাঙহনবা য়াত্রা? মযেক্কীদি খঙঙু হন্নুবী নখোয়না য়োকদবনি। মচা পোকথোক্লগা ইচানি হায়নীংত্রিবা য়োকনীংত্রিবা মখোঙ ২ পানবা শাদো বৌথোরকউনে হৌজিকমক মথবায় লৌগে। উশিৎতবা শারদনা করি থোকই হায়দুনা।

সনা—কদায়দগী ভীম শাবনো তৌবিররিসিবো। নঙগুম্বনা আকপাক নাইদনা পংঙাং ঙাঙবা য়াত্র হৈ। ঐগী শুনাংনিনে সে ঐগী শুমাং কনাই ময়ুমদা ঙাঙলিবনো হায়বা নঙ খঙদেনে। য়োং লবাই মচাসিগা।

কৈ—খঙভিনে য়াম মুন্না খঙলিজ্জাৎনি লাইহোবী মীহীং চাবী, হীরম্বী, মীমুংশি খঙদবী লঙ্কাগী হীংচাবীগী ময়ুম, নোয়োক। ইবেম্মা নঙ

অঙাংসি পমশিল্লু। ঙসিগী মুমিৎতা মখোঙ ২ পানবা শাহীং চাবা মমা মচা মথরায় লৌরমখিগে। ইচেম হাৎখিবগী লমন খুম্নমখিগে অহুগা অঙাংহু পুরগা চৎশি।

সনা—থোকপ্রো হায়রিবসিনি, নঙনা থমকা ভৌরগা সনাজাওবী ঐনা কিহুনা হনখিনিকা খল্লিমায়েনে। হা হায়ো নোক্তম নোকখিগে। পেন্না নোক্কে। চৎপ্রো চৎলু মফমসি থুনা খাদোক্তুনা থোকপ্রো। হায় তোম্বা, চাউবা নখোয় অনীবু কদাই লৈরিগে। সিদগী মুপা অমগা মুপী অমগা লেপ্পীসি মঙক লাক ইল্লোনে খোঙ্গাল বাংমা য়োনবা।

মা—ভাচৌ। নঙগী ফৈজোমহু মচেৎ' মা শেৎলকউ অঙাংগী নাওয়োমফি ওইনবা। ভেরাফি শেগায়বা তিল্লাইখোম্বী মকোন শাবসিনা অঙাংগী নাওয়োমফি ওইবা হৌনদে। হায় হীংচাবী ফিমন শেগায়বসি নঙ লৌজহৌসে। সিনবু অঙাংগী নাওয়োমফি ওইবা ভৌনবরাও? নচামুপানা পোকপা নঙ নত্রাও অঙাংসে। অঙাংদম্ভু সিগুম্বা ফি। সিবু ইনাকখুনবা সহরগী চৎনবীরনহৈ। হায় অকোকশা।

সনা—হৌ মুখীমগ সিমহু লাইত্রিনে মবুংগী মচননিনা। থৌনা করেদা ইবেম্মা শক য়োন চাবা য়াদবনে। পাৎম্বী কোমথীদা খুঙ্গং খুনয়াঙ্গ শাংপা লৈরাং থম্বাল শ্রীগোবিন্দগী চরণ য়োদবনিকো ইবেম্মা খঙজিল্লু খঙজিল্লু খঙজিনবদা কান্ননি।

মা—হায় হিংচাবী নঙ ঐখোন্দা হৌজ লাকচরকমু নশম ৪/৫ হৌরিহু কোগোক কোক্না ফোইসৎলু হায়রিবরাও? প্রমান পানম্বৈকা তৌজরকমু খঙবা খুঙ্গংদা শাংপা লৈরাং থম্বাল ওাক্তনি শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা কৎনরিব্বসে। নঙদি মখোঙ ২ পানবা শাহীং চাবা নোংশা অমোমনিনা খঙলিরোই হায়বা।

সনা—মুপীসিমহু খথা নত্তেনা করিনো? হো ঐদি সহরদা লৈবনিনা

খুজংগী লোনচৎন্তো খঙজদেয়ে ইবেম্মা অঙাং মীঙম্বী।

মা হো অহুম হায়ষুদনা খঙব্রগা তাকপীনিদনা। মুমিৎ খুদিংগী বস গাড়ী মথক্তা থম্বাল ময়োম ময়োম থম্না খেঞোং ফজবনা য়োমহুনা পুরকইবা ময়ামদো অহুগা খাইরমবন্দ বাজারদা য়োন্নিবশিংদো ননিংতুনা উরিনি হায়বা। লৈয়োনবী ময়াম্মা য়োন্নগা নখোয়গুম্বী গুনীংদবী মীগী ঈ চুপ্তুনা শেল চারগা জীব কায় ভোংহুনা শেল তীংনা লৈহুনা কৎলিবা লৈরাং থম্বাল ফজবীশিংদো নবেম্মা ঐখোয়গী খুজংগী তু-খোংদা হোবা শাৎপা লৈ ঙাক্তনে শ্রীগোবিন্দগী চবন্দা কৎলিবদো। নখোয়গীসিদবু শায়োকশঙ ৎইরম্বনা লৈরাং থম্বাল শাৎপা ঙমখিদবগী বানে খঙবীরব্রাও?

সমা—চিম্বিবীসে মখজাই খুবাক্না থাহুনা ঈ ৎররনিসে। ইজ্জৎ পুম্নক মাঙহুনা তোকপা তারেনে মখোয় অনীসিদা থিৎ থুনা ভানখোক-খ্রোনে নখোয়বো। ঙসি নখোয ময়াম ইপং পংশিল্লদবু কৈদৌরগে?

মা—নঙ ঙম্মগা খারো হায়বা লাউনে। নখোয়না তাম্রবশু ইরাইনা চৎচখিনি। নখোয়গী গুমাং নোরোক অসিদা ঐখোয়সু কুইনা লেপ্পীংদেনে। তাচৌ অঙাংসি অমুক্তা পায়মু হম্বুবী হীংচাবীসে অমুক্তা পেম্না ফুরমখিগে।

কৈ—কাম্নদেসে হুপীমচা শাগা মাম্নবা হৌনদে নঙগী ইনফিহুহুম থরা লৌথোরকউ অঙাংসি কোমশিনবিসি ঈংলনি।

মা—তাচৌ ঙাইখো। ইনফিসি খাংজেৎ অমুক্তা শেৎখিগে। মসি ফুরমজ্রবদি ঐ ঙসি চাক চাবা য়ারোইদৌরি। হায় হম্বুবী ফিমন শেগায়বসি হৌজিক কাওবা খুনজিম্রিনেসে হম্বুবীসে মমায়দা লংশিনগে সে লৌশিনজহৌ নহোয় সহরসিদদি মসি কাম্নবা য়াই। ঐখোয় খুজং মচাদিনে অসিগুম্বা তিল্লাইখোম্বী চুবা ফিজেৎ ফিমম্না অঙাং নাওয়োম নাওকোন তৌনদেকো।

সনা—নখোয়বু কৈদৌরিগে অনীসি মঙক লাক্লুনা ইমখোকখো হায়রগা।

মা - তাচৌ ভাইখো মখোঙ ২ পানবা শাগী মমা হন্নুবীসে খুং পেল্লা অমুক্তা ফুরমখিগে।

কৈ—চুম্মী নঙনা হায়বা ঐদি মুপানিনা মঙোন্দা খুং থাবা য়াদ্রে। ঐখোয় লবাই মচাগীদি আইন খঙদে ফুরগা লোইরে। ফুগদবনি। মচানুপাতু খোররুদি ঐগা লাম্বা তৌগদবনি। অতুবু খোরক্তে। অতুনা নঙ হোৎনরো। অতুনিদনা ইচনসিদি।

( ময়াম ফুনবা থাম্বগী মরাং মরাং তৌবা লাউনবা খোক্কো )

... ... ... ...

( ৬ )

মা—মঙৌ অসুন্না বেম নঙবু তাচৌগা ঐগনা খুঙংসিদা পুরকখিবনি। কয়াদি চাক্লে। কয়াদি মুংভাইখিদ্রে। বস মন্নুংদা লম্বী লমশাং অতুক শাংবদো নঙবু তাচৌগা ঐগনা শিন্ন শিন্ন পমতুনা পুরকইদনা। খোইবী নঙতবু হিংলবদি হাযতুনা থা করক করক চীক্লা থাঙতুনা য়ুমদদি য়োঁহৌসি হায়তুনা লাকখিবনিনে ইম্ফালদগী ঐখোয় খুলসি য়ৌনবা।

বেম—চেত্তোন নখোয়না মুক কুইর্বসি রাফমসে ঐঙোন্দা খঙহনব্রিদি করিগীনো?

মা—খঙলগা করিবু কান্নগবনো হায়তুনা তাক্তবনিদা। হৌজিক্তি খঙলেদনা।

বেম—ঐগী ইপানি হায়রিবা থুপাদো নোংমতন্নু লাকুনা হংলদবরা?

মা—হংলদে। লাক্তে। কদাইদগী লাকদগে অচৌ অশাং ইনাক কৈরাক খুনবা সহুরগী মীনবু মচা মুংশিবা মীমুংশি খঙবা হৌনবরনে। মখোয়দি নঙবু শিরম্মনি হায়না খলম্বা য়াই। মখোয়মীদি নঙ শিরবদি য়াই শংলনি সিনি।

বেম—চেত্তোন! মখোয়তুবু কয়ুমনো?

মা—শোইবমনি। ঐখোয়না সিনাম। স্কুলদা নঙগী মীং চনবা মতমদা তাচৌনা শাউহনা মখোয়গী য়ুম্নাকা অমতা লৌরোই হায়হনা সিনামগী ইবেম্মা হায়না মিং চনখিবনি।

মা—বেমা নঙবু তাচৌগা ঐগনা মতৌ করম্না চাউনবা য়োকললকপগে হায়বদো নঙনা হয়েং লৈশাবী মপুং ফারক্লবা মতমদা মরীক চুম্না তমগেকো। ঙসিদি তুম্নসি।

বেম—মীনা ঐবু সিনাম মচা নত্তে অয়োকপনি হায়তদি চুম্মীদনা। ঐদি খঙদবনিনা মীগা কন্না য়েংনরুইদো। মখে য মুংশিখিন্রেদা। শাউনীংভি ঐ ঙসিদি তুম্নীংজে। মিংসে উইশিনগে হায়বা য়াদেকো ইচেচা।

মা—তুম্মো তুম্মো সে তুম্বা থেম্মো। ইচেম লাইবক চাউবীদো এম্মোক্লা রানা শিঙম নাঙনদনা শিরিনিদকো। খন্নু খন্নুরে হায়রগা এম্মোক্লা চাবপ্রেদা, নীংঙমখিন্রেদা। মসি পুম্নমকসে ঐখোয়না লাইরবা ইমুংদা পোক্লম্বননিকো।

বেম—মখোযগী ময়ুমদি ইম্ফালগী মফম কদাইদা লৈ। করি লৈকায়-দনো ?

মা—বেম নঙবু নখোযগী পাবুংগী ময়ুম খঙনীবরনে ?

বেম—খঙনীংদেদা। শুম হংবনি। তাক্লমু খঙনীংদে। ঐ অমুক হন্নমু হংলরোই।

মা—নঙগী লীলাহুবু ফারবরাও ? শান্নগদবনা কৈদৌঙৈনো ?

বেম—ঙসি ৭ নি য়াংনি। লীলাবুদি ফারে। ভগোয়গা ঈশৈগহুদি ফাত্রি। মহু খর তঙ্গীখো।

মা—অত্তুদি হংচিং নোংমাইজিংনি। নঙসু স্কুল কারোইদনা। হংচিংসি অয়ুক মুংখিল পাহনা তম্নসিকো। ঙসিদি তুম্নসি।

বেম—হংচিং মুংখিলদি ওজানা কুল রিয়াসেল তৌনি ঐখোয় পুম্নমক মুংখিল পুং ১দা য়োরকউ হাইনে ওজানা।

মা—অদুগা অয়ুক পুরাদুনা তন্নগা লোইরেদনা। সে তুম্মসি।
বেম অং তুম্মসি।

.. ... ...

(৭)

ফৈ—বেম! বেম! নঙবু হৌজিককাও তুম হৌগৎত্রিবরা'ও! থেংঙেনহৈ।

বেম—হৌগৎলে তাচৌ। ঐদি ঙসাইনা হৌগৎলবনে। অা মনীংলোনদা ইচেচাগী থবক খরা পাংবিরুবা। কবি হায়গে তাচৌ?

ফৈ—ঐ ঙবাং ইম্ফালদা কৈথেল কাকইদনা।

বেম—অ' অদো নঙনা পুখিবা পোল্লাংদো লোইনা শিংলকপরা?

ফৈ—শিংলকইনে।

বেম—ঐগী ফুরিৎতি লৈবিরকপ্রা?

ফৈ—লৈবকই। ঐখোয় বেমগী পোৎপু কনীগী লৈদনি হায়গে। লৈবকই য়াম্না ফজবনি। নঙদি ঐনা ঙবাং হল্লকপা মতমদা তুম্মমনে। ঙবাংদি স্নুমিৎ ফবদুনা ওইরমল্লে বসতো য়াম্না চিল্লি। সিট ফংদদুনা বস পাকিংদা পুং ১/৩ ভাইদুনা লৈরক্লবা। ফমকমসু লৈতা ভাইবদা কপলাক চোকপনিনে অদুদা থেংখিবনিদা।

বেম—তাচৌ ফুরিৎতো কদায় লৈ? ঐ য়াম্না য়েংনীংঙে।

ফৈ কিযান্দা য়াল্লিবা ঐগী ফুরিৎতো অদুগী মনাক্তা চেগী উপুমচা ফজবা অমদা য়াওবনি। নখোয়গী ফুরিৎসিদি উপু মচা ফজবদাকা হাপ্পীনা।

বেম—সিদি য়াম ফজেনা তাচৌ। ঐনা পাম্মী হায়রবা জম জম লাউবী ফুরিৎ ঐনা য়ম পাম্মীসিনে তাচৌ। চুম্মে নঙদি সি কম হায়না খঙদি হা তাচৌ।

ফৈ—ঐখোয়না লৈবা হৈ পোৎ নত্তেদা। মী নেক্রুনা খলহল্লগা লৈরকইবনে।

বেম—কনা নেকউরিবা ?

কৈ—ঐনা সুম খুজী লীককোল ফিরোল য়োনবা অপ্পাং দোকান্দা পাঞ্জাবীগী দোকান অচৌবা ১ লৈদনা মত্থগী মপাদা ঐনা সুম লেপতুনা য়েংঙিঙৈদা নখোয়গী ওজা বিমলাদো দোকানত্থদা চঙখিবা উবদগী মাগী মতুং ইন্নরগা মাবু খলহল্লগা লৈরকপনিদনা।

বেম—খঙডে, খঙডে হুরানবা ফারে। নখোয় অনী হৌনরগা কৈথেল কামিন্নবনি খঙডে। তাচৌ নঙনা থন্দুনা লৈরকপা ওইরদি সুমহাইনা ফজরোইয়ে। সিদি য়াম ফজেবো। ওজা বিমলাদিনে কেবা য়াম হৈবনে মশাস্থ নানবনি। মানা থনবত্থনা ফজরিনে খঙব্রা?

কৈ—তানজা চারুত্থনা থেংনবনিদা। করি করিনো নঙদি পংহাইদা হায়জিল্লি।

বেম—হায়জিল্লে ইসু।

কৈ—পোল্লাং য়োনবা সৌমী ঐখোয়গা লাইব্রিক হৈবী তলব চাবী অকেবী মখোয়গা কাদয়দগী হৌনত্থনা চৎমিন্নরুনি।

বেম—ওজা বিমলগা নংগা চৎমিন্নববু ইকাইব্রাও? ঐখোয় খুল অমত্তদা লৈমিন্নরিসিদি। তাচৌ মমলদি কয়া পীরকই?

কৈ—লুপা ৩৫ খক্তনিদা।

বেম—য়াম পীনা। অত্থদি নঙগী পোল্লাং য়োনবগী শেলত্থদি লোইনা পীথোক্লমনি।

কৈ—পীথোক্তেদা হল্লক্লি। থর ফজবা মমল য়াম্বা লৈদদি বেমনা লীলাদা লিৎনববু। মীগী মমাঙদা চোপ্পা য়াব্রাও?

বেম—ঙসিদি তাচৌনা পাখোন শীবা মথৈ য়াগে। মুংঙাইরে। ইচেত্তোনদা ফুরিৎসি য়েংহল্লুখিগে। চেত্তোন তাচৌনা ঐগী ফুরিৎ লৈবিরক্লে। তু কজদরা য়েংঙু।

মালতি—কদায় ! কদায় ! সিদি কজগ্রেদা ঐত্থম পাম্বীনে।

( ৮ )

বেম—তাচৌ তাচৌ নঙ ঙসাই ঐখোয়গী লীলা য়েংবা লাক্ল্রা?

ফৈ—লাকইনা।

বেম—কদায়দা ফম্মী তাচৌ। ঐদি নঙবু উদেবো। ৎঙ্গো বিমলাগা ফম্মীন্নবরা?

ফৈ—ফম্মীনদে।

বেম—করিগী! মানদি নখোয়গী মাম্মদা বার্ত্তোনসি পীয়ু। নন্দোমচাগীনা সিনি হায়ত্থনা বার্ত্তোন চে ২ পীরকইবো। নখোয়গী মাম্মনে, নন্দোমচানে, ঐনে ঐখোয় অহুম ফম্মীন্নত্থনা বেমগী লীলা য়েংগদৌবিনি হায়ত্থনা অত্থক লুনা শিন্নরক্লগা।

ফৈ- হায অঙ্গাৎবী। মদি লাইবিক লাইগু হৈবীনি তলব চাবীনি। মফি নরোলসু ২ নাম্না শেৎলি। ঐনা লৌমীনি। লৌমী ঐগা মাগা ফম্মীন্নত্থনা লীলা য়েংলবর্দি মীনা নোক্লরোইদ্রাও? নচেচাখোয়গদি মমান্নবনি ফম্মীন্নরম্বা য়াই।

বেম—মী ৎঙ্গোনদি নঙগা ফম্মীননি হায়রকইবো। তাচৌ নঙ করম কান্দা হল্লকই?

ফৈ—ঐদি কোইফাও য়েংলক্লেদনা।

বেম—করিগী য়েংক্রিবা? কোইফাও য়েং য়াক্রাও?

ফৈ—লীলা লোইগদবা সিন ১/২ বাৎলিঙৈদা নঙনা ঈশৈ অমা শকইদনা।

বেম- শকইনে অদো কৈদৌরগে?

ফৈ—মত্থদা নঙনা—ইমা ইমা পলেম ইমা কৌগেনে মুংশিবী। হায়ত্থনা শকপদো মত্থ হেক তাবদা ইচেচৌদো থঙনীং নীংশিংলক্লনা কপ্পগা অত্থম খোমকএদনা। অত্থদৈ য়ুমদা অত্থম হল্লক্লে।

বেম—ঐস্থ ইচেতোম্মা লীবা ইমাগী য়ারীদো নীংশিংলক্লনা কয়া কপনীংক্রে। অত্থদগী ঐনা কপ কপ্পুদা ঈশৈদো থরায় য়াওনা শক্তোকপা।

ঐনা কপ কপ্পুনা শকপদ্দা ভাচৌস্ন কপনীংলকপা ওইবিনিদা। মী অমনা কপ্প' হৌরক্লবদি হেক্তা কপনীংবনে। ঐনা লীল্লা য়াওবদো ফজ্জবরা? মোইরাং থোইবী মানবরা?

কৈ—লীলা য়াম্না ফজে। মোইরাং থোইবীনা ঐখোয়গী বেম্মগী মতৌ তম্বনিদা।

থোই—মীনদি ঐ হেক থোরকপগা ফজে ফজে হেক্তা হায়নরকই। ঐস্নু তায়ে। অদুগনে তাচৌ লীলা লোইরগা থোরকপদা হন্নুবী অমথকনা ইশুদি ফজেদকো মোইরাং থোইবীদগী তেল্লি। মুংশিগ্রেদা শক্লা শক ফজরিবা মমাদো মানগ্রেদা হায়রবইনে খঙব্রা। অদুগা কবোক খোইদুম অমস্নু পীজরকইবা। ইচেতোন ঐনা শাবা চগোয়দু খোঙথাংকা চুম্ব্রা ফজবরা?

মা—চুম্মী। জগোয়দু তানবা অনতা শোয়দে ফজনা শাই। থোইবী-সনানা ফজদনা কনানা ফজদৌরিবনো? মোইরাং থোইবীদগী ঐখোয়গী বেম্মনা হেল্লিবনিনে হেল্লিবা।

বেম—ইচেতোন ঐদিনে ফজে হায়রদি হরাওইদো। চেতোন ঐবু হেক উবগা মীনা মমা মাল্লি, মমা মানগ্রেদকো মুংশিদা হেক্তা হাইনৈ। ঐখোয় ইমাগী ফোটোকা লৈবরা? কয়াম মান্নবগে অমুক্তা য়েংগে?

মা—বেম নঙসি ওম্থোক ওম্থোকপা বা ঙাক্তা হায়দকো ইবেম্মা। নহোয় ইমাগী ফোটো লৈত্রনে। কদায়দগী লৈগদগে? খুঙ্গংদা লৈবা লাঙ্গরবা লৌমীগী ইমুংনবু ফোটো নম্বা ঙম্মী হায়ব্রনে। নঙগী বাহৈশিংসি তারগা থম্মোয়সি কায়গদৌরেনে। লাইবক চাউবী ইচেম ইবেম্মা নচাগী বাহংগী পাউথুমসে অমুক্তদি খুমলকউনে ইচে। (কপ্পা) ঐখোয়দি খুমকম খঙব্রে। খুম্বা ঙমব্রেনে ইচে ···।

বেম—ইচেতোন, তাচৌ! নখোয়না ইমাগী ফোটো অমতং নমদুনা থম্বীরম্বা য়াদ্রা হায়বা। ফোটোদো লৈরম্নদি ইমাগী মশক্তো য়েংজবা কংগদবা। করিগীনো নখোয়না ইমাগী ফোটো মচা অমতংফাও

নমত্না থস্বীগ্রমিন্দিবো। অহৃত লৈয়ন্নদি ইমাগী মশক্কো, অশেংবা শক্কমদো উভবা ফংলমগদবা। ইমা! ইমা! অপোকপী! পলেম ইমাগী শক্কনদে। উভবা ফংগ্রেদকো নচানা হন্দক মপোক-সিদদি। ইমা! ইমা!

কৈজ্জাও—বেম

মালতি · বেম

বেম—ইমা!

.............

# লোইয়া লমগী মলয়া

## (১)

ফৈজাও—ইবেম্মা! মালতি। নঙবু তারিবরা?

মালতি—তাচৌ করি হায়গে? ঐ ফুঙ্গানাক্তা লৈয়ে।

ফৈ—ইচন্দি বারম্মনি অদুবু ঙহাক্তদি লাউনে। ঐগী খোঙসে য়াম ঈংলেনহে। খুকউ য়েৌনা ঈংলেনে। অমুক্তদি শাহল্লম্মো অদুগা তুমজরুরো। খেঙস্থ খেঙঙমনি।

মা—লাকএ লাকএ তাচৌ। তাচৌগী খোঙদু ঐস্থ যেংঙম্মবনে। য়াম্না ঈংহোৌরবনি। শাহল্লবা হাধদুনা চেক অমা মৈ ইকলুরিবা। ঙসাই ইনেচাউবী হোযদগী চেক অমা লৌরুবনে তাচৌগী খোঙ ৩ল্লবা মহু ফুঙ্গাদা য়াইরুবা সে তাচৌ খোঙদু খরা শানবা ৫মগে। সি ওল্লগা খরা শাগৎলকস্থ য়াই। তাচৌ নঙবু য়াম ঙনম্রবরাও। ইনেচাউবীগা মশূ মবেন মখোয় অহুমস্থ চাক চারুখিগে হায় চংখিয়ে। মহোয়স্থ লাক্লনি সিদা অহীং লেৰ্কনি। ফিরোলগা মোনগস্থ পুরক্লগা লাকনি হায়রম্মী।

ফৈ—থঙম্রেদকো তৌরিবসে মীরোলনগা লৈজদবনে। ইনেচাউবীমক লৈরমম্রবদি ইচিন ইপুব্রা কয়াম ব্রায়মগবা? নঙস্থ মিংকুপ অমতা পোংথাবা ফংজদ্রেদো। ঐগী সেবাবু তৌগদরা চান থক্লববু থি হুমদুনা হোৎনগদ্রা। নঙসে ওম্মোক্লা নরাইবক থীপ্রবা হায়বদু ওইরে। মঙ হানগা মুংঙাইতবনে ঐবু ফরক্কদবা মাদ্রেনে তৌরি-সিবো।

মা—করিনো তাচৌ? তাচৌনা ঙাঙলিহুবো। কৈস্থ তৌরোইয়ে ফরক্কনিদা, মুংশা থীগনো।

ফৈ—ঐস্থ থুনা ফনীংলিবনিনে অদুদা থাজরক্কবগী ব্রানিদা। ফগে

হায়রবদি নহাক্না ফবা য়ারবা অদুদা ঐগীসে মরো লৈনা নারিনে। অদুদা চুংশা থীরিবা। ঐবুদি শিরবস্থু ফরে নঙগীদমক খনবা। নতোমতা ঐনা শিগ্রগা নঙনা লেলহৌগদবা পুন্সিদো থুগীগা ওইশিল্লে। বেমনা মুপা ওইরম্নবস্থু ফবা। মতুস্থু থোক্লেদো। বেমগা নঙগনা মগী মপা কনা য়াংদনা লৈহৌগদবদো ইবুংদি খন্দবা ঙমদেনে মুগীমচা।

মা—তাচৌ! নঙ কপ্লীবরা? নপি তৈথোকইদি!

ফৈ—কপদে। করিগী কপকদৌরিনো? বেমনা মহে তম্বা লোইদুনা থোক্লকদবদি কয়াম রাংলি। হন্দক মরক চিঠিকা অমতা থারক্ক-বরাও?

মা—থারকই। মাই তম্বদি লোইরমাল্লে পরীক্ষা পীগ্রেস্থু হায় অদুগা পা ও তি হোসপিতাল অমদা মখোয় অনা লায়েংবা তম্বগী লৈগনি হায়রকই। মহু লোইরগদি মহাক লাক্লনিয়ে। থা মরীরোমদা মঙাইরবনি লাক্কদবা। তাচৌদস্থু মাই চিঠিদু পাদুনা তাহনখিবদুদি তাচৌ কাউরবরাও?

ফৈ - বুদ্ধিকাসে ইচোই চোইরবনে। নঙস্থ ফনা কল্লা হোৎনজবনি অদুবু ফবা কৌবা লৈতেদো। খোঙসিস্থু ইশা শাদেনে কমদৌসিগে? থজিনসিস্থু প্রোক প্রোক চাকপগুম তৌইনে ঐবো। ইনেচাউবী খোয়দুবু য়োরক্তিব্রনে?

চাউবী—লাকএ লাকএ ঐখোয়স্থু। কৈজাও নঙবু নশাদু ইদুং ফুংঙাইবা ফাওব্রনে?

ফৈ—খঙগ্রে ইনে তৌরিসে। ঐদি ফরক্কনি হায়বসে থাজবা লৈত্রে। খোঙসিনা উনমুক ঈংগ্রে শাবা কৌবা লৈতে। নমৌ মুগীনা ইনেখোয়দগী চেক অমা লৌরুই হায় মহু মৈ ইক্লুনা ওমলিবনি ইশা শাগৎলক্কবা খুকউয়োনা ঈংলবা।

চা—ইস চুম্মীনে সিদি উনগা চপ মাল্লগ্রেদনা। কমদৌনি তৌরিসিদি?

ইবুংঙো! ফৈজ্জাও! নঙবু তারিবরা? মরাইবককাসিদি হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলেদনা। ইবেম্মা মালতি ফি অমোনবা অমতা পীরকউ নবুংগী মরাইবক্তগী হুমাং ময়ামসে অমুক্তা নপথোকপীগেসে।

মা—ফি হায়দো সিদা লৈরে। সে ইনে।

চা—ইমাইগেম্মা, মরাইবক্তদা শোরম্বা হুমাং নত্রেদনা সিদি মথবাকসিন্থ হুমাংনা পূমলূপ লুপলম্লেদনা। সে ইনে তৈথোকপীগেসে। ইবুংঙো! ফৈজ্জাও! নঙবু ইনেনা কৌরিবসি তাত্রবরাও খুমিত্রিন্দিবো।

ফৈ—তায়। ইনে। করিনো অমা ঙহাক খল্লুরবা। ইনে নঙসে নপূক-চেলদি চাউত্রেদকো ইনে ইবেম্মা। ইনেগী লমন শিংবা ঙনলমদনা শিবা তারবরা করিনো খঙদ্রেনে ইনে।

চা—করিনোনে ফৈজ্জাও নঙনা লোল্লিবহুবো। কৈস্থ তৌরোইনে। মুংশা থীগনো করিস্থ তৌরোইয়ে।

ফৈ—ইনে! ঐ হিংগনি হাযবসে থাজদ্রে। ঐগী ইশাদা ফাঙরিবসি ইনেনা খঙদহুনা তৌবনি। ঐগী চেঙ লোইরবনি লোইরবা। ঐ হিংঙরোই।

মা—তাচৌ! তাচৌ!

ফৈ—ইবুংগী ইবেম্মা। পোকপদগী মুংঙাইবা শরুক থুংত্রবীনিকো নঙসে। নরাইবক থীগ্রেদকো অবাবতা নঙগী শরুক। বেমগা নঙগবু ইবুংনা পূনসী তোলোইনা কোল্লগা ফংঙরোইদকো ইবেম্মা। বেমদনে অবাবা মুংঙাইতবা পাউ খঙহনখিগমুকো। মাগী মহৈ তম্বা কায়গনি।

চা—অশংবী! চংলু সনাতোম্বদি নমা নচা চৎতুনা মনীংগী মোইরাং-থেমগী নপল মাইবদো অমুক্তা কৌরুচো। লেমতোন অমা পায়খো। খোঙলৈ খরা থুখো।

ফৈ—ইনে! পাবগা ইমাগনা নৌনা হুম্থোকপীরম্লবস্থ ইনে পূকচেল চাউবী নঙনা পলেম পম্বৌ শল্লা লাজোনবিরক্তুনা হুম অসে লেপ্পা ঙম্মীব-

নিদো। মপোক মপোক খুদিংদা ইনেগী লমন্দি শিংবা খন্নরোইদকো। ঙসি ফৈজাওগী পুন্সীগী অরোইবা য়াহিপ তান্নমদাই অসিদা ইনেগী মফমদা ৱাফম খরদং শিন্নজরমগে। মসিনা ইনেদা অনৌবা পোৎলুম অমদি ওইরনি অহুবু তঙাইফদনা ইনেনা ৱারবস্থু ৱান পুবিহৌরোকো। ঐগী ইচন মুপী মালতি মপোক থীনা পোক্লকলবী অসিগা ঐগী ইচেম খাংমুখক্তা নপুন্সী কেমথ্রবী অহুনা পোকলকখী বেমগা অনীসে ইনেনা অপোকপা নচামক্লি নশূমক্লি খন্না লাঙ্গোনবিহৌরোকো ইনে। পলেম পম্বৌ শক্তা লাঙ্গোনবিহুনা চাউরক্লবা ফৈজাও ঐদি নোংদম থীবনা পলেম শকপী ইনেগী সেবা মতোল লোম্না তৌভবা ফংত্রেদকো ইনে ৱারৌগমমুকো পলেম।

মা—তাচৌ! তাগৌ!

চা—ইবুংঙো! ফৈজাও! করি মতৌনোনে তৌরিসিবো?

মা—ইনে মাইবা লাক্লনাল্লে।

চা—তাদা লেঙশিনবিরকউ। ফৈজাওগী মিহুন থাহুনসে কুপ্পা অমুক্তা য়েংবিয়ু ঙসিদি করি করিনো হায়হৈ হায়হৈদবা ৱা ঙাক্তা পাংভাংদা ঙাঙলেনে অহুদা মুংশা থীহুনা।

মা'বা—ইবেম্মা উশিন অমা শিন্দোকসি। য়েন ফংলগা অমা থিয়ু ফংত্রগনা ঙমুনা শিনবস্থু য়াই। ফবদি মৈতৈ ঙমুনা ফৈকো।

মা—ইপল ঙম্মদি লৈগনি। তাচৌগী চানবা হান্নহুনা ঐনা মৈতৈ ঙমু ঙাক্তা মরী মঙা য়োক্লিয়ে। মহুদগী অমা ফারক্লগা য়াগদরা?

মাই—য়ানি য়ানি। মপ্পা থরা কনবা অমা খল্লগা ফারকউ। মুমিদাংদি ওইরে অহুবু লা লাতোন কজবা চীংথৈ ওম্না পানবা অমগা হেক্লকপা তারে।

চা—অশংবী! সনাতোম্বা চৎলু নমা নচা লাতোন হায়বহু হেকলকউ। মুংদাং ওইরবস্থু লাইগীনি দোষ লৈতে। হৌরো হৌরো হায়না হেক্তিঁনৈদা লফুহু পায়হুনা নোম্মু অহুগা হেকউ।

মাই—লাইগীদি ইয়া য়াবনি খরা থুরকউ।

চা—ইবেম্মা মালতি! ওমু হায়বহ্ন কারক্লবরা? পাত্র অমদা হাপ্লকউ। তাদা অতৈদি করি করি চঙগদবা?

মাই- চেঙ অঙাংবা অমগা অঙৌবা অমগা য়াওগনি। দক্ষিনা মচা অমতংগা। পোং চৈ শুরেকো।

চা—শুরে তাদা! সিদা লোইনা লৈজরে।

মাই—অদুদি চাউবী নঙনা অহল হায়বহ্ন থোকই। নঙ ঐগী তুং ইল্লকউ। লেমডোন্দু পায়রকউ। চাউবী ফৈজাওগী অনাবসি খরা লুরিনহৈ। মিঙুল পীকথখরেনে। উশিন অসি তৌবদা থঙগনি।

চা—তাদা বমদোবগে? করি কাওবগে?

মাই—ইবেম্মা ফৈজাওগীসি চক্রি থাংডিনে খরা লুদৌরি।

চা—তাদা য়ারোইদৌরিবরা হায়রি সবো?

মাই—চক্রি খরা থাংডিনে। লুনা থোকইদা।

চা—ইবেম্মা .বুংগী নংোঙ মখুংতু খরা শাগৎলবরা?

মা—শাগৎতে ইনে। ঈংবতুম হেজিলকইনে।

ফৈ—ইনে! ঐ যাররোই। ঐনা খঙজরবনি। সনাতোম্বগা ইচেশংগা সিদা অতুক্তা কৌশিনবিরকউ।

অশাংবী—ইবুংঙো! ইচে সিদা লৈরে, সনাতোম্বা লাউ চঙলকউ মনাক্তা।

ফৈ—ইচে! নঙনা ইচেম শকুনা ননাও মুপীগা নচা বেমগা ঐনা লৈখিত্রবা তুংদা লাঙ্গোনবিয়ুকো। সনাতোম্বা খুডাদি পুন্সী তেল্লকপনা তাইবং মীচ ক চাবা কংলোইদৌরেদো। নন্দোমচা অমদি নচেবেমগা অনীগী কন্যাদানদি নঙ কংহৌরোকো ইবুংঙো। অহল লমন লাইশুরুগী সেবা তৌরকউ। ইনে! ইবুংগী ইবেম্মা মালতি। নখোয় লোইনা ঐগী ইনাক্তা চংঙকউ কোয়না কল্লো লাউ।

মা—তাংচৌ! তাচৌ! হো তাচৌ করি মতৌনোনে তৌরিসিবো। মঙলা তাইবংলা খঙজ্রেনা।

ফে—ইবেম্মা। ইবুংগী ইবেম্মা কপবম্নু। ও: বেম লাক্তি, য়ৌরক্তি,বা বেমগী মশক্তি উবা ফংদ্রেদো। বেম। বেম নঙদি অহল লমন লাইগুরগী সেবা মতোল লোম্না ফংঙকউকো মালতি!

মা তাচৌ। হো তাচৌ নচনবু হুন্দোক্লমহুনা বদায়দা চৎলবগে তাচৌ নঙবো। বেম হল্লকফাওবদি লৈখো হায়বা য়াথিদ্রেদকো তাচৌ। হো তাচৌ।

( চাউবী+অশংবী+মালতী+সনাতোম্বা কপ্পা )

( ২ )

সনাতোম্বা –ইন্দোমচা। ইন্দোমচা। ঐ মুংঙাইবনা মহা ওইরে। মপা লৈত্রে।

মালতি—কৈদৌবগে নঙনা অস্তুক হৱাওনা চেল্লকইসিবো ?

সনা—ঐখোয পরীক্ষা হাযদোক্লে। ঐ পাউ তাহুনা ইম্ফাল কারুবনে। ঐখোয অনীমক পাস ভৌরে। ফস্ট ডিভিজন্দা।

মা—হায় করি হায়বা ? ঐখোয অনীমক পরীক্ষা ভম্নবা ফস্ট ডিভিজন্দা। মুংঙাইজবেদকো। ইচেশং তোম্বগা ঐগা পরীক্ষা ঙম্নে হায়য়ে। ইনেদো কৈথেল কারম্মদ্রা ? ঐ পাউ তম্মুখিগে।

অশংবী—তোম্বা! নন্দোমচানা ঙসাইদগী নঙ করিমতা হায়রমদে চাকসু চাখিদে হায়হুনা শোন্দুনতা লৈরবনি। নখোয় অনী পরীক্ষা ঙম্নে হায়সিবু শোয়দ্রবরনে ?

তোম্বা—শোযদ্রবনে অচুম্বনে। অহুবুরাও ঐনা কৈথেলমগাদা ঙসাই অমুক্তো থোকএ অহুদা ঙরাং মুংদাং হাইদোকখ্রে হায়নরম্বা মহু তাবদৈ ঐ অহুম নহোয় কনামতা তাকলমদনা অহানবা হাইগৎপা বস গাডীদা পরীক্ষাগী মল অশেংবা থঙলগে হায়হুনা অহুম ইম্ফাল য়ৌরবা।

অশং—চৎলো চৎলো চাক্ষু চাথোকল্লুরো। নন্দোমচা চাক লাম্মী হায়রনি হায়হুনা চাকথুমাংদা থিহুনা থম্লবনি লোংনা কুপ্পীহুনি।

( ৩ )

সনাতোম্বা—ইন্দোমচা! ইমাদি?

মালতি—লৌবুক্তা।

তোম্বা—চেচে থোরক্লনি হায়বু কৈদৌঙৈনো?

মা—ঙরাং চিঠি অমা থু্ৈরয়ে। মখোয়গী হাউস সরক্তনগী থবক্তু লোইরে থোরক্লনি। শোয়দনা থুংলগদবা মুমিৎতি টেলিগ্রাম তৌরক্কে হায়কই।

তোম্বা—অহুদি চেচে লাক্লবদি ঐখোয, ঐখোয় অবোকহোয়দা অমুক লৈরগদরা?

মা—নঙনা হায়রিসিবু কৰিনানে তোম্বা। ইচেশংগা নঙগদি ঐখোয়দা অম্নন লৈবগদবনে। নখোয় মামহুন মামতোনহোয়গী মচা মঙ য়াম্বনিনা নঙগী লৈফম যংলোইনে। ঐখোযগী ইংখোল, য়ুম পুম্নমক নঙগীনে। নঙোন্দা লোইনা পীরম্মদোনে।

তোম্বা—মহুনা অওইবা ওইববদি ঐ য়াম্না মুংঙাইবো। অবোকহোয়দদি লৈবা মুংঙাইতে। চাবা থকপস্নু নীংবা থুংদে। ইবাং লাংঙদনা তুমকম হিপফমস্নু মফম অমতা খঙদে। ঐনবু ইন্দোমচাহোয়দা লৈরমদ্রগবু কদাযদগী ফাষ্ট ডিভিজন্দা পরীক্ষা পাস তৌবা ঙমগনি হায়গে। সিদদি চেচেগী লাইরিক ওরাইফম কাদা ঈংনা চিক্লা ইতোমতা ওরাইবনিনা পোজিসন হাইগৎলক্লিবনে ইন্দোমচা।

মা—ঐম্নুনে নঙনা ঐখোয়দা লৈরমদ্রবদি ঐ মেট্রিক পাস তৌরম্মোইয়ে।

তোম্বা—ঙাইখো ইন্দোমচা! নঙগা হন্দক পরীক্ষা থামিল্লবসে করম হায় তৌরিজাৎনো ঐ ঙকই হায়বা। নোংমতস্নু নীংথি মুংঙাইনা লাইরিক পাবস্নু উদে। মুংদাং মুংদাং ঐনা লাইরিক ওরাইবদা

খরা খরা য়াওবা নত্তনা। ডিভিজনসু ফার্স্ট ডিভিজন। বিষয়সু ঐগা চপ মান্নবা লৌই। করম হায়না তৌরিজাৎনো অমুক্তা শেংনা হায়য়োবা ইন্দোমচা।

মা—ঐনা ওসাইনা হায়রেনা নঙনা ঐখোয়দা লৈরমদ্রবদি ঐ পরীক্ষা পাস তৌরম্মোই হায়না। ঐবু হায়খিদ্রনে?

তোম্বা—হায়খিনে। অদুবু করি হায়রিবনো হায়বা?

মা—পাউখোংনে পাউখোং। নঙ ফোঙবা ঙম্বা য়েংঙ্নে।

তোম্বা—ঐ ভাব করিমতা তাদ্রে ইন্দোমগা নঙ ফোংঙো। পরীক্ষাগী পাউখোংসে ঐ য়াম্না খঙনীংলে হায়বা।

মা—অদুদি ননাকোংদো শেংনা শেংদোক্নো পাউখোং ফোঙলগে।

তোম্বা—শেংদোক্লে। ফোঙলোনে।

মা—তারোকো। ঐখোয়গী ইচৌগা ঐগসে ক্লাস ফাইভফাও তম্নগা তোকখি। লাইরবদগী য়াম্না চাকনা তম্নীং তম্নীংনা লাইরিক তম্না ফংখিদে। যামদ্রবসু ঐহাক মেট্রিক অসিতদি পাস তৌনীংখি। মতম অদুদা খুদোং চাবা কবি অমতা ফংখিদে। নঙনা ঐখোয়দা লৈরবা মতমদা খুদোং চাবা অদু ফংখি।

তোম্বা—করম্না ঐ লৈবগা করি খুদোংচাবা ফংলিবা? ইন্দোমচা সে থুনা তম্মো ঐ য়াম্না খঙনীংলে।

মা—খুদোংচাবা হায়ববু নঙনা ক্লাস সেভেন কারকপা মতম অদুদগী হৌদুনা নঙগী লাইরিক অদো নঙনা স্কুল কাবদা মুমিৎ মুমিৎতুদা থোকপা লাইরিক্তি নঙনা স্কুলদা পুরেদনা। পুদবশিংদো ঐনা নঙ লৈত্রিঙৈদা হেক হেক পাই ঔরাই। মুংদাংদা নঙগী লাইরিক ঔবাইফমদা ননাক্তা হেক হেক ফম্মীদনা মদো নঙনা পারিবশিংদো মুন্না তাশিলহৌরিবা ঐনা কোম্না ঔরাইবদা মুংঙাইনবা হায়ত্তুনা।

তোম্বা—ইন্দোমচা মখাদি?

মা—নঙনা পাবদো মুন্না তাহৌরগা খঙজিলহৌরগা থবক অশংং অশংবা

মতমদা লৌবুক কুমদবা মুমিৎতা ঙৈবাইহুনা ফানবা হোৎনৈ। ঐনা নঙোন্দগী তাকথোক্তে কনাবুস্থ খঙহন্দে। অস্তুম্না হোৎনহুনা ক্লাস সেভেন্দগী মেত্রিক ফাৎবা প্রাইভেট থাবকপনি। বিষয় নঙগা ঐগা মান্নবিবসে মান্নদবা য়াদবনি। লাইরিক লৈবগী শেল চঙত্রে পাৎদস্থ ঙৈগাইৎদস্থ খুদোং চারেদনা নঙগী লাইরিক শীঙ্গী-মুরবনিনা।

তোম্বা—ইন্দোমচা। নঙসে ফিদম্নফমগী মশক্নি। আইদিয়েল গীল হাযবহুনি। ইন্দোমচা নঙগী রাখল বুদ্ধি লৌশিং থাগৎনীংঙাইনি। খুঙ্গংদা পেকপী খুঙ্গং চমু অমদা অসিগুম্বা বুদ্ধি চেন্নম্নোই। ইন্দোমচাদা ফজন্নসে ঐ ঙক্তবা ঙমদে। অদুগা ইন্দোমচা নঙগী এদ[illegible]দ ক[illegible]দ [illegible] [illegible] [illegible] হাবনা ই[illegible] [illegible]না ক[illegible]গীনো? ম[illegible] [illegible] হা[illegible] [illegible] [illegible]গী নবমস্থ খঙনীংঙি। মানা সার্টিফিকেত অরাইবনি হায়[illegible] [illegible]রা?

মা- হাযবোই করিগী [illegible]নি হায়গে? ফৌম যিল্ড [illegible] তৌবদা মুন্নাক শাগৈ [illegible]হল [illegible]মন লৈকাইগী [illegible] ফাংবো য়াং[illegible]হুদি। মিং মালতি কৌ[illegible]হুনা মলয়া হা[illegible]না [illegible]রিদগী মরম নঙ খঙনীংববাঙ?

তোম্বা—খঙনীংদদি। করিগী খঙনীংদনি হাযগে?

মা—ঐনা মী খঙহন্দনা পরীক্ষা পাস তৌনীংবা। মালতি হায়বা মীংসি স্কুম কৌরবদি মীনা মালতি হন্নুবী মেত্রিক পরীক্ষা থানি হায়রে হায়হুনা রা রা লাউখিদৌরিবা। মসি নত্তবা রাফম অমগস্থ লৈরি।

তোম্বা - রাফম অমত্তস্থ হায়রোদনা।

মা—অহুবুরাও? নঙ, ঐ ঈশৈ নোংমাই, জগোয় লীলা পাম্মী হায়বসি নঙ খঙভিদনা?

তোম্বা - খঙভি।

মা—নোংমা ভাইদং অমগী মঙদা ঐবু পোকপীরম্বী ইমানি হায়গুমম্বু ভৌই ম্বরস্বতীনি হায়গুমম্ব ভৌই। মথোঙ খঙদে মঙনিনা। মশক্কো য়াম ফজৈ। কুচুকা ফক্তখ্রে ভৌরোক ভৌই ঐভোন্দা মুম্না য়েংলগা হায়বগুম ভৌই—ইমাগী ইবেম্মা। নঙনা লোইয়া লমগী মুংশি বারীসে তপ্না লিরি শিংপী মলয়া ওই হুমহ্না মণিপুর সনা লৈবাক্কী খুঙ্গং খুনয়া থুংহল্লকো। ইমানা নঙবু মলয়া হায়না কোপ্লোযরমগেকো। নঙনা মলয়াবু ওইরবদি কালাকার অমা ওইনা শোযদনা নমিং চৎকনিকো হায়রম্মে। মহু চুম্বরা য়েংগে হায়হ্না ভৌবন্দা।

(৪)

মালতি তোম্বা! তোম্বাও নঙ চেচেগী টেলিগ্রাম লাকএ। হয়েং থুঙরনি হায়নে। লাউও টেলিগ্রাম পাসি লাউ।

তোম্বা—কদায়? হয়েং এরোপ্লেন্না লাক্কদবনিদনা। অহুদি ইন্দোমচা! ঐখোয় অনীদা এরোড্রোমদা গুবলু ভারেদনা। বস মুংঙাইরেদা। ভম্বা চৎসিকো ইন্দোমচা।

মা—ঐখোয় অনী চৎতদি কনানা চৎকনি? মাদি পাউ তাদবনিনা খঙদহ্না ভাচৌগা, সনাতোম্বগা, তোন নঙগা ঐবু এয়ার পোর্টতা গুকলমু হায়রিদো। তাচৌ নঙদি বেম ওকপা ম্লাওক্রেলো। ভাইবং চেংজেল লোইহ্না লাইগী খুয়া তাল্লমদাই মিকুপ্তা তাচৌ নঙনা বেম বেম হায়হ্না তোয়না তোয়না শোল্লমবদাইনে তাচৌ। তাচৌ লাকও বেম ওকপা চৎলসে তাচৌ।

(৫)

তোম্বা—ইন্দোমচা! তো আদগীসে য়েংঙো চেচে মাল্লে বেগ অমুবা অমা পায়হ্না কুমথরকইসে কৈরাক ময়াইবাদগীসে। মশমদি ভেল্লে

ককথৎলমাল্লে। অনোক অমুবা অমা উপ্পসিনা মশক লাকশিনবা ঙমদ্রে। এ এ আনোক লৌথোক্লুনা কোইয়েং য়েংলিয়ে। ঐখোয়বু থিবা ওইরমনি। সিদগী কৌরবদি তারোইনে খবা লাপ্পী হায়বা। নকশিল্লক্লগা কৌগেকো ইন্দোমচা। ইন্দোমচা কৈদৌরে নঙ তুমিন লৈরদি?

মা—তাচৌ লৈরমদবদা মানা কপকদবদো অত্থুগী য়ুম খল্লুবনিদা।

তোম্বা—অত্থুবু ইন্দোমচা। শিগ্রবনিনা কমদৌনি শিগ্রেদনা। কনবদি ঙমহৌদ্রেদো। ইন্দোমচা হৌজিক্কি ভাকথোক্লগুসি। হোরেন য়ুম য়েৌরগা মরাইনা খঙজনি। মত্থুনা ফত্রনে?

মা—ঐস্থু মত্থুনি খল্লমলিবা।

তোম্বা—চেচে। চেচে। ইন্দোমচাগা ঐগা সিদা লৈরে। চেচেবু ৎকপা লাক্লম্লিবা।

বেম—তাচৌদি? তাচৌদি উদেনা। লৌ-শিংগী অচিনবা থবক লৈত্থুনা লাক্লুবা নত্রাও?

তোম্বা—চেচে! নঙ নশক য়াম্না ফজথোকলেনা। অওইবা য়াম ফজরম্মে।

বেম—সনাতোম্বগী মচেনবু মশক থী হায়ত্রাও।

তোম্বা—ঙসিদিনে চেচে লংফৈদগী থুংঙনি হায়ত্থুনা অবোক্লা ঙাবা য়াম লৈহৌই। ইমানা চাক থোংহৌই। ঐখোয়দি নঙবু উনীংবনা ফাষ্ট বসতা অত্থুম ইন্দোমচাগা ঐগা হায়গৎলক্লুবা। সিদা য়েৌরক্লুনা ঙাইবা কুইরে।

মা—সিদগী য়ুম ফাওবসিদি করিদা চৎকনি।

বেম—লাইনা বস অমা ফারগা তোংগ্রগা লোইরেদো। পোৎতি খরা য়াম্মী চহী ৫/৬ কি শীজিল্লনবা য়ুম খরা খরা লৈশিনবদা য়ামখিবনি। সনাতোম্বগী ফিরোলকা য়াম লৈরকই।

তোম্বা—চেচে! খোংগ্রাও কি য়াওরকপরা?

বেম—করি য়াওরক্তনি য়াওরকই। খোংগ্রাও ফিদা নত্তে। খোংগ্রাও

অচোনবা অতুবা হৌজিক পাখং মচাশিংনা শেৎনরিদো অহুসু।
নঙবু পরীক্ষা ঙম্লবরাও?

তোম্বা—ঙমলে। কোলেজ কারবদি খোংগ্রাও অচোনবা শেৎনীংবা।

বেম—শেৎকদবনি। কলেজ কারগবু খোংগ্রাও মকক শেৎলি হায়ব্রাও?
তোন! নঙদি ঙসি বা লানকা অমতা ঙাঙব্রিসিবু কৈদৌরগে?

মা—কৈস্ত ভৌদেদা ইচেচৌদো নীংশিংলকপা। মা লৈজরম্মদি মচাগী
মুংঙাইবা কুমহৈসে য়েংজবা ফংগদবা মদো মুম খল্লুবনিদা।

( বস গাঙী খাম্বগী মখোল। খাম্বা কুমথবা )

তোম্ব—ইম।। ইমা। মৈ ওক্লবা পুথোরকও। চেচে য়োরক্লে।

বেম—ইনে। ইচেশং। ভাচৌদি? লৌবুক কুমখিবরা? কৈদৌরে
নখোয তাচৌ হংলগা মিৎ ঈরা চেল তুমিন তুমিন লৈরিববো?
হায়যো খুম্মো তাচৌ বদায় চৎখিবগে? ঐ ঙসাইদগী তোম্না
বা মচেৎ অমতা ঙাঙব্রিসে কৈনোমা ভৌরম্মনি হাযহ্না পুক্নীংদা
চিংনবা অমদি পোক্লবনি। হায়য়ো কৈদৌরগে?

চাঙবী—ইবেম্মা! ইনেগী ইবেম্মা করিবু হায়না তম্নসিগেনে ইনেবো।

মা—ভাচৌ। তাচৌ নঙনা বেম বেম হায়না তোয়না শোল্লম্বদো বেম
থুংঙরে। বেম লাক্লে। মাযোক্লররোনে তাচৌ! ইচেচৌ তাচৌ
নচিন নপুব্রা হেৈনহ্না লাকও নচাগী মশক য়েংলরো। তাচৌ
নঙগী বেম থুঙরে লংফৈদগী হল্লক্লে কৌনররো। নহদি বেমগী
মহৈ তম্বা কায়রগনি ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি মঙোন্দা খঙহনখিম্নু
হাযরম্বদো তাচৌ অহ্না বেমদা পাঙ পীখিদবনে। তাচৌগী
য়াথং ঙকপনে। তাচৌ হো তাচৌ!

বেম—তাচৌ। তাচৌ নঙদি ঐবু উনীংদহ্না চৎলম্লবকো। ইমাসু মশক
খঙহৌদবা পলেম পম্মৌ শক্লা লাক্লোনবিরম্বা পম্মৌ শকপা তাচৌবুসু
শিরমদাইদা উনবা ফংদবা। ওম্মোক্লা লাইবক থীব্রেদকো ঐসে।

মা—বেম সে তোকওসে। নঙ ঐগী ইরাইবক্তা পু-পাং শুনা নাওকোল্লু

তন্নমদবননিকো নহাল মপোক্তা নঙ ঐনা চৌজরকপা কর্ম্মগী কল ফংজবনি। লৈখিজবদি লৈখিদ্রেদনা কমদি তৌনি করি উপায়দি লৈরি হায়বা। চংলো ইমুং চঙলসি নফি নয়োলহু হোংদোক্লবা।

তোম্বা—কনানো অমতা উপুসি থারো লাকও। য়াম্না লুম্মে হায়বা ঙসিদি চেচেগা ঐখোয় ময়াম পুম্না ফমিন্নরগা চাক চামিন্নগদবদি ঐবু ঙাইরমখোকো। ঐ চেচেগী পোৎ ময়ামসে ইতোমতা হোনজিনবা ঙম্মোইদৌরি। মস পার্কিংদা ইমান্নবা অনবু পোৎ শংহল্লম্মী। অতৈ ইমান্নবা থরগা নেকউখিগে পোৎতু হোনজিন্নবা। নখে য় চাক চারমখিমু ঐবু ঙাইরমখোকো।

বেম—ঙাইনি ঙাইনি সনাতোম্ববু করিগী ঙাইদনি হায়গে।

( ৬ )

বেম—ইনে! ইচেশং, তোন, সনাতোম্বা ঐখোয় পুল্লপ ফমদুনা রা অমা তানদবা য়াদ্রে।

তোম্বা—করি বানো চেচে? য়াম লুবা ঙাংলাও?

বেম—পংলু লুবা নত্তেদা। ফববুদি যবা ঙাংনি অদুদা নখোয়গা ঐগা খরা থাম্বনা লৈরকপা তাবগী রাফমনি লুদে। লাকওনে ফম্মরো।

চাউবী—হায়রিবসিবু করি বানোনে? নখোয় চংলগে হায়রিবরনে? লংফৈ চল্লুবদগী লরাইসিদা লৈনীংঙক্তবরা?

বেম—নত্তেদা ইনে! মহুগী রাফম নত্তে। ঐ থবক অমা ফংলে। থবক অদু তৌরবদি ঐহাক লম্ফেলগী ডাক্তরদা লৈতবা য়াররোইদবা। সরকারনা লৈনবা য়ুম ফজবকা পীগদৌরিবনি। মহুদা তোনগা ঐগা লৈরুবা তাবা ইতোমতদি লৈবা য়ারোইদবনিনা। য়ুমসিদনা সনাতোম্বাগা ইচেশংগা লৈহৌবা তারিবা মহুগী থম্নসি হায়দুনা কৌবনিদা।

সনা—অদুদি চেচেখোয়গী মনাক্তদি ঐখোয় লাকপা য়াগদরা? ঙাম্নলা

লৈগে হায়বা নত্তেদা। নোংমা খাদোক লাকে হায়বগী য়ানিদা।

বেম—করিগী য়াদনি। নোংমা নিনি লৈথোকপসু য়াই অতুগা চান্নরা লৈরবদি য়ুমসিদা ইচেশং মতোমদা লৈবা য়ুংঙাইরোইদবগী য়ানি।

মা—বেম নঙগীসিবু অওইবরনে?

বেম—অওইবনে। য়েংঙ্গুনে সে চে সিদা লৈরে। মুমিৎ মঙানিগী মঙ্গুংদা জোইন তৌরম্রবদি একসেপ তৌব্রবনি হায়না লৌগনি হায়রি। অতুনা খুদোং চাবসি নাম্থোকহন্নীংদে। মীওইবগী সেবদা পুন্সী অসে কৎথোক্কে লেপগ্রবনিনা থবক অসে তৌদবা য়াদবনি। অবোক্কা ইপুবোক্কা খুঙ্গংগী লাইরবা ইমুংদা পোক্লম্বনা মরম ওইহুনা ঙম্বানা ঈশ্বরগী খুযা তানখি। তাচৌনা লৈখিদবসু ডাক্তরকা কৌহুনা য়েংঙম্মোই অতুনা তাচৌসু নহা ওইনা পুন্সী মতোল লোমখিবনি। পিশক পীক্লীডৈদগী হৌনা তাচৌনা ঐবু পম্বীরগা তত্তনা হায়খি—বেম নঙ নহৈ কল্লা তম্মুকো নঙবু ঐনা ডাক্তর অমা ওইহন্নীংঙি। পাবগা ইমাগগী সেবা পেলহৌদে। অতুনা নঙনা ডাক্তর অমা ওইরগা খুঙ্গংগী প্রজা লৈত লাইরগী মথৱায কনংদা অচৌবা শক্তক য়াগদবনি হায়না। তাচৌগী য়াখৎ লৈবাক তাহন্নীংদেনে তোন! অতুনা ঐদি চীংমুং মান্নুংদা, খুঙ্গং অরাপ্পদা পোষ্টিং হৌরক্লবসু চৎকে খল্লিবনি। অতুবু অহানবদা আর, এম, সিগী হোসপিতালদা ফংলে। মসিসু কৈ অহানবা ওইবনিনা থবক থরা হৈহৌনবা। অতুনা চৎপগী তয়ারী তৌব্রবা য়াদ্রবনি।

চাউবী—চুম্মীদা ইশূনা হায়রিবা ময়ামসে। নঙ তাচৌদো নঙগীদমক্তা য়াম্না খনজরম্বনি। থুপলমদাইগী মতমদসু শিন্নরম্মী। নঙতবু শোন শোন্দুনা শিখিনে নঙ তাচৌদো। নঙনা খল্লিবদো চুম্মী। লাইগী খুয়া তানগ্রবা নঙগী তাচৌনা পামলম্বা থবকশিংদো পাংথোকউ মুপীমচা থৌদাং য়েংঙ্গু।

মা—করে অদু মঙাইরে। ইনে! ঐদি বেমগী মতুং ইন্দুনা চৎতবা য়াব্রেদো। মা ঐতনি লৈমিল্লক্লদৌরিবা। অদুনা য়ুম অসিদি লৈবগী লৈবা ইচেশংগা সনাতোম্বগা মখোয় অনীনা লৈহৌরসন্নু। ঐখোয়গী লৈজরিবা পুম্বা মমা মচাগী ওইহৌরসন্নু। ঐখোয়দি বেমনা পুরকইবা পোৎ-চৈ খরসিনা শীজিন্নবা কোন্নগনি। ইচেশং নঙ ঐখোয়বু পোকমিল্লদবা লৈকাইগী ইচিন ইনাওনি খনগন্নু। ইনেচাউবীনক্লা পোকপা ননাওনি খনবিয়ু। ইচিন ইনাংগী থৌদাংদি সনাতোম্বগা বেমগা অনীবু মী অমমম ওইনবা শেম্বা অসিতনিকো ইচে।

থয়োশং—মালতি! ঐনা নঙবু হেক পোকমিল্লবা ইনাওনি হায়না খল্লিবনিনে। তৌরিবসে মঙলা ভাইবংলা খঙব্রেদা ইচেমদি। ঐনা সনাতোম্বদা হায়বনি মালতিদা ইচে কৌগন্নু ইন্দোমচা যৌ মহাক ঐগী ইনাওনি হায়বসি অদুনা মানা নঙোন্দা ইন্দোমচা কৌখিবনি। বেমদা ইচে কৌ নঙগা হেক পোকমিল্লবা নচেমনি খল্লু হায়নন্নু হায়রিবনি। কায়নবা, ভিন্নবা, লৈমিল্লবা পুম্নমক অসে ঈশ্বরগী থৌশীল ভাক্তনি। ঈশ্বরগী থৌদা নঙ ঐনা পাঙথোকচবগনি। ইচাগা ইনাওগনা পাম্বা অদো নচেম্না পাঙথোকপা ওম্নবা হোৎনগনি।

মা—অদুদি ইনে ঐখোয় চৎপা তারবনিনা ওসি মঙানি অসিগী মন্নুংদা করি মুমিৎতা চৎপনা ফগদগে হায়বদো পাম্জিদা খরা য়েংবিক্লরো। অদুগা বেম ঐখোয় অনীনা করি করি পোৎ পুগদবা অদুগা ইচেশংখোয়দনা করি করিনো শিন্নরমগদবা হায়বদো য়েংশিল্লো।

বেম—তোন! ঐ অমুক্তা ঈস্কাল কারগা ডাইরেক্তর উনরুখিগে। ঐঙোন্দা পীগদবা কাটরতুন্নু কয়াম চাউবনো মকন্না কদায়দনো হায়বদো য়েংথোকলুখিগে।

মা—ঐন্নু ওসিদি মীগী শেন্দোন থুমদোন লোইনা লোইশিল্লুরগে। ইনে, ইচেশং নহোয় অনীনা ঐনা য়াওরম্বা মক্নপ মন্নামদো অদুম

য়াওবিহৌ শেনখায়দি ঐনা মতম চানা চানা য়ৌহল্লকনি। হুন্দক থাগীদি ঐ লোইনা পীথোক্লগে।

চাউ– হোইদা হোইদা নচেগা ইনেগনা লোইনমক শোয়দনবা হোৎনগনিদা করিমতা মুংশা থীরুম্লু। পুক্লীংসে ঙসিদি ইনৌ নৌইনে ইনেদি। হো লৈপাকলৈ! কৈজাও নখোয় অনীদি নচাগী কুমহৈ নমৌগী কুমহৈ মুংঙাইবসে উবা ৎংত্রেদকো (কপ্পা)

(৭)

মালতি—ইনে। ঐখোয় মতম থরা ইম্ফালদা লৈরুখিগে। (মালতি+বেম অনীনা থুরশা)

চা—য়ারেদা য়ারেদা নকোকফাও হেক চীকলুকো ইবেম্মা। নমা নচা চেকশিন্না লৈয়ু। নীপা অমা য়াওবা নত্তেদো। ইম্ফাল হায়বদো মী ফত্তে হাযনৈনে।

অশং—যারেদা থুরুমত্রবসু। নখোয় অনী মঙ্গল ওইয়ুকো না-য়েকলু। যুমগী থোইদোক্না থল্লুরম্লু ইচেম্মা শোয়দনবা হোৎনরগনি। হায় তোম্বা নঙবু কদায়দা লৈবগে?

তোম্বা—চেচেগী পুগদবা লাইরিক থরা য়োমশিল্লিবা লোইরে থোররুগে।

অশাং– লাউনে নন্দোমচাগা নচেগা থুরুম্মো লাউনে।

তোম্বা—হেঃ ঐদি আ ইম্ফালদগী লারুমদাইদা থুরুস্বসু য়াববো। ঐদি চেচেখোয় ইম্ফাল কাও থিল্লুখিদৌরিবো। হৌজিকসু থুবুদি থুরম্বীগেনে।

চাউবী—প্নুংশিগ্রেদকো অঙাং অনীসে। অপোকপা ইচা ইশুদগীসু হেল্লিনে।

(৮)

মা—বেম! ঙসিদি ঐ নঙোন্দা বা অমতা হায়গেনা। নঙ য়াগদরা?

বেম—হায়য়ুনে করিনো? তোল্লা হায়ববু করিগী য়াদবা য়াবরাও?

মা—নঙদি নোংঙানবগা নথৌ চৎলিদো। ঐ ইতোমতা মতম লেনবসে কয়া মুংঙাইতে। তৌবগীবুদি ইমুং মনুংগী থবক-ইনথাং লোইশিন খমজিনবদা মতম অতুম কোমখি। মতু ওইরগসু শিন অমদি পায়নীংবা। অতুনা মিউজিক কলেজদা মিং চন্নগা বিশারদা অসিদদি লৌইশিনবা পাম্মী। কলেজ ইকা কাদনা লম্নাই হোৎনজরগা পরীক্ষাবুদি লায়না পাস তৌবা ঙমগনি। অতুদা কলেজ কারগা ওজা গুরু মনাক নক্লগা সুর জ্ঞান খঙবা থরা হেনগদ্রা হায়দুনা কলেজ কামীংবা। অতুগা ইমাল্লবা মীরকসু তিনবা ফংলগনিদনা। মীরক ভিন্দ্রবদি ইপঙ পঙশিল্লিনে। মীরক থরা ভিন্নবীংবৈ হায়বনিদা।

বেম—অতুদি য়াম ফবা বানিনা। চুম্মে তোল্লা হায়রিবদো। ঐদি হোসপিতালদা ময়াম থেংনৈ উনৈ মরূপ মপাং কয়াস্‌ ভিরৈদো। ডাঃ গী থবকসি বাদি বাবা জাৎনি। থবকসু যাম চিল্লি। চিন-মন্দুনা তোন নঙ নতোমতা লেনদবা বারমগদবদো নোংমতবু খল্লুদে। ঙসি হৌদোরকপা য়াম্না ফরে।

মা—অতুগনে হারমনিয়ম অমগা তালপুরা অমগসু নঙগী হন্দক তলব ফংবদা থরা লৈবিয়ু।

বেম—সুরাইদবু অফবা ফংগদরা? ঐনা লংযৈদা লৈরিভৈদা হায়রক্লদি আদগী অকবা খন্দুনা লৈরকদবা।

মা—ঐসু খন্দবদি নত্তে অতুদা নঙনা নহৈ তল্লিভৈদা ৎৎনীংদতুনা। সিদা ওজাশিংগা তানরগা খন্দুনা লৈবা হায়বতুনি অফবা অমা।

বেম—তোনদি লাইব্রিক্তদি থরা বাৎলিদো। কলেজদা তম্নরিবা ময়ামতুদি লাইব্রিক থর থরদি শোয়দনা হৈনরমগনি হায়বা। মরক্তদা তোল্লা থর বাৎকদবদো অতুদা মীনা নোক্লবিগদরা খল্লিবা।

মা—ঈশৈ তম্নীবিশিংদো মেত্রিক্তগী পংহেন হেনবদি য়াওরম্মোইদা। ঐসু মেত্রিক পাসতি তৌরেদনা!

বেম - তোন !

মা— ঈশৈদস্ত সেকেন্দ ইয়ার পাস তৌরবনে। প্রাইভেত থাবা নঙনা লংকৈদা লৈরিবৈদা।

বেম— তোন অওইবরনে ?

মা— অওইবনে সার্টিফিকেটশিংছ্ য়েংগেরা ?

বেম— য়েংগেনে।

মা—সে সিনি য়েংঙো।

বেম—করম হায়না তৌরিবনো সিবো। ঐনা লংকৈদা লৈরিবৈদা তাক্লক্কবদি করিগীনো ? চিঠি ইরকপদা পরেং অমতা ওইরবস্থ্ হাপ্লকপা য়াই হাযবা। লাপ্পা লৈরিবৈ অত্থদা পাঙ্ডসি তারবদি কয়াদা মুংঙাইগদবা। করিগী তাক্লক্কি,বনো তোন ?

মা—কৈদৌক্লগবনো হায়রুনা।

বেম—তোন সার্টিফিকেটতা মালতি হায়দনা মলয়া হায়সিনা করম্বা মরম ?

মা—ঐনা করম হায়না মেট্রিক পাস তৌৈবই। বরি করমগী সার্টিযিকেটতা মাল্তি হায়দনা মলয়া কৌরিবনো হায়বদো নঙ খঙনীংবরা বেম ?

বেম— খঙনীংদদি। করিগী খঙনীংদনি হায়গে ?

মা—অছুদি ঐ লীরগে তারোকো।

( ক্লাস বেগ সিন নম্বর ৩ গী 'X' তগী 'Y' কাওবা )

বেম—তোন নঙসে মাথাকাদি হাইফেং লৈবা জাৎনি। য়াখলস্থ্ য়াংভি। ঐনা থাজে মত্থ্দি তোন নঙ অফাওবা কালাকার অমদি শোয়দনা ওইরগনি। চোংগাংগী মহুংদা মচি কারম্বা কোংগ্রেংগী মহুংদা মুক্তা লৈরম্বা অঙকপা নত্তেকো।

মা—ঐগী আশাদি মিউজিক কলেজদা তম্বা লোইহুনা বিশারদ পাস তৌরবা তুংদা দাব্জ কলেজদা জগোয় তমগে হায়নস্থ খল্লিবনি।

বেম—তমগদবনি। শোয়দনা তমগদবা।

মা—লীলা য়াওবা তারবদি ঈশৈ জগোয় হৈতবা য়াদে। ভ্রামা ঈশৈ জগোয় অহুমসে মরী য়াম্না লৈনৈ। অমদা স্পেসিয়েলাইজ তৌরবস্থ অহুমকী স্তানদি লৈতবা য়াদে অস্থুম্না খল্লি।

( ৯ )

মালতি—চৈরাওবসে হন্দক্তি শগোলশেন তারমাল্লে। য়ুমশকৈশা মুমিংতা ঐখোয় অনী চৈরাও কৈথেল কাক্সি। পলেম পস্তৌ শক্লা ঐখোয়বু লঙ্গোলক্লবী ইনে চাউবীগী ফিরোল হোংনীংঙি কুমসিদি। অতুগা চৈরাওবসি আদা ঐখোয়গী অহল লমন্না থম্বীরম্বা য়ুমদা চৈরাওনীংঙি। মতুনা কত্রাও ?

বেম—কত্তদি। তৌকমস্থ থোকপনি। য়ুমশকৈশা মুনিংতি ঐগীস্থ ডিউটি লৈতে। তান চারে।

মা—ইনে চাউবী, ইচেশং, সনাতোম্বা অহুমকী ফি অমনম লৈরসি। চৈরাওবা মুমিং অসিদা অহল লমন লাইগুরুগী মফমদা ভমজ ইনজবা ফিরোল তম্নবনি, কংনবনি খুরুমহুনা বর নিনবনি। ঐখোয়গীদি কনা লৈজদবনিনা ইনেচাউবীদা খুরুমহুনা বর নিজবা তায়। মহাক্রস্থ ইমা ইপা শক্লা লাঙ্গোনবিরকইদো।

বেম—তোম্না ছায়রিবা পুম্নমক্তো ঐ লোইনা য়ারে। ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনি।

মা—কি রোনদা নত্তনা ইনশাং নাপী, হরাই চেংরাই, অথুম অহাও শূনা লৈরগা পুগদবনি। চৈরাওবা মুমিংতা অহল লমন লাইগুরুনা থম্বীরম্বা য়ুমগী থোঙ্গালদা চাক থাবদো লাইদা কংপদো ঐদি য়াম্না পামজে বেম। ইচেশংথোয়দো বাদনবা সিদগী লোইনা পুরসি। লৈকাইহুদা মহোয়গী মমায়স্থ ওইজসম্থ ছায়বা।

( ১০ )

বেম—তোন। ঙসিদি ঐ য়াম থাগ্রেবো টেলিফোন খুম্বদা। লাকহু লাকথ্রে।

মা—করিগী থারিবা। ঙসিদি ঐখোয় অনী থারী খরা শাসি হায়রগা।

বেম—করি থারী?

মা—বিজ্ঞান অমসুং সংস্কৃতি অনীগী মরমদা। নঙনা ডাক্তরনি সাইন্সকী মীনিদো। ঐনা ঈশৈ নোংমাই, লীলা ফালা পাম্বনিনা কলচরগী মী তাবেদনা। সাইন্সনা হানসিরা কলচরনা হানসিরা?

বেম—কলচরনা হানবা তাবনি তোন। ঐনা ঙসাইনা টেলিফোন খুম্বা ঙমদে হায়খ্রে কালকার মলয়াগী থাফময়ে। অদুনা কলচরনা হান্না পায়বা তাবা হায়বদি থকসী খাসী য়েংঙ্গুরগসু তোননা অহন্নিদো।

মা—নঙনা টেলিফোন খুম্বা ঙমদে থাই হায়বু করিগীনোনে?

বেম—য়ামগ্রবা হাযনিমা। ঙহাক লৈতনা মিকুপ খুদিং তৌরকপা ঙসিদি।

মা—টেলিফোন তৌরকইদা মহায় মরোলদি সুপহায় হেক হায়দোক্তে।

বেম—অদুবুরাও তোনখোয়গী মিউজিক কলেজগী লীলা অদুনা হুন্দকী চহীগী লীলা তাম্রবদা কার্ট তামাল্লেনে।

মা—তাইয়ে। অদুদা কৈদৌরবা?

বেম—লীলাদুদা হেরোইনগী শক্তমদা কুমলিবী মুপীদুনা বেষ্ট একট্রেসসু তামাল্লে। হেরোই থাগৎলকপগী টেলিফোন কোল লাকপনিদা। বেষ্ট একট্রেস্‌কী সিল্ড ফংগদৌরিবা নত্রাও?

মা—ফংগনিয়ে।

বেম—ঐঙোন্দদি সুপহায় হেক হায়দোক্তবা। মীনা হায়রু কান্দদা খঙবা।

মা—ঐনা তমদুনা তাবদগীদি মীনা হায়রকুনা খঙবনা হেন্না কৈ হায়বা। অদুনা হায়দবা।

বেম—মলয়াদো হুন্দকী কমপিটিসন্দা বেষ্ট এক্ট্রেস তাখিবদো নঙগী

অস্তিনি হায়। এক্তিং অঙকপা কংনা হৈগ্রে ফজগ্রে। শক্লা সেজ্জগী শক। য়েংবগী পেনবা নাইদে। ইন্দক ঐথোয়গী ড্রামা অমা পুথোক্কদৌরি। মত্তুগী নেক্লবা তারি ওস্মোই হায়হল্লকখু। অমনা ঐথোয়গী ড্রামা হোলদা য়াওহল্লো। ওস্মোই হায়হলকপা য়াদেকো। তোল্লা লীলা কুমলুরগা কংগ্রেচুলেসন্দা ঐঙোন্দা। সিবু করিনো হায়বা।

মা—মমা মচা হায়সিদি অত্তুনিদনা। নঙগী ৱানা ঐঙোন্দা ঐগী ৱানা হায়ফম থোকপনে থোকপা।

বেম—ঙাইখো ভোন নঙনা লীলা শান্নগনি হায়বসি করিগুম্বী অমতা ঐঙোন্দা খঙহন্দবা করিগীনো। ঐবু য়েংহৎজবগী মরম্মু করিগীনো হায়বা। লীলা শান্নবা মুমিৎতস্মু রিয়ারসেলনি ঙেক্ত হায়জিল্লম্মী।

মা—মনা লৌবা মুমিৎতস্মু লীলাত্তু উৎকনিদা মত্তুদা সিজ্জত্তু ননাক্তা খিল্লগা মাঙদা ফমত্তুনা য়েংহন্নীংবা। অনীরক হন্না য়েংলবদি লীলাগী মহাও ৱাৎপনে।

বেম—অত্তুবুদি ম্নারেদা। তোন নঙগী ৱারী কালাকার মলয়াগী ৱাফমদো শোয়দনা চুন্নগনি।

মা—উম ঐস্মু খল্লম্লিবনি চুমলক্কদরা হায়না।

( ১১ )

( এস্কিদেন্ত থোকপা। হন্নুবী অমা গাঙীনা শোক্লে। শিরবরা ছিংঙিবরা? পুলিসনা হুইশেল থোংলি লাইরি হন্দোকউ হন্দোকউ মী পুনগন্নু খবরদার। বেমনা কার থোরকই মপাত্তুদা খাম্মী। অশোকপা মনাক্তা চঙশিনখি )

বেম—কয়া থীনা শোক্লবা? কদায়নো ঐ অমুক্তা য়েংজগে।

পুলিস—হায় হন্দোকউ ডাক্তরনি। ডাক্তরবু য়েংহল্লো নখোয় ময়াম হন্দোকউনে। বাবুনি কয়াম থীনা শোক্লবগে?

বেম—পংথী থীনা শোকপাদি নত্তে কুরোল থরা হুদোকপতনি। গাড়ীনা থেংঙমবহুগী চৈমাখোললনা তুবা জাংনি। অসুক অহল ওইরবী অসিবু মী কুংগ্রবা লমজাও শোড়োক অসিদা করিগী থাদোকিপীরিবা। অবোকপু কদায়দগীনো? করিগীনো অখোক্লা মী কুংগ্রবা লম্বী অসিদা করিগী চংলিবনো? মুংশা থীমু অবোক কৈস্থ খোইদোকপা তৌরাই। উনশা খিজং খোবাংপতনি গাড়ীনা ইল্লবগী চৈনা-খোল্লিদা অবোক হৌগংপীয়ু ঐ কোনগে ঐগী কারসিদা কাখৎসি। অবোক্কী য়ুম ফাংবা ঐ থিনগেদা। অদো ঐগীদা চঙলগা হিদাক লাংথক থরা তৈথিসি। লাকও অবোক খোঙ যেংথংবা অহুনা হাল্লা কাখংপীয়ু। ফজারো। অবোক মুংশা থীগনো কৈস্থ তৌরোইয়ে।

পুলিস—ডাঃ পুখিগ্রে ঐ রাই শংহৌরেদনা। থেংলম্বা গাড়ীদুদং ফাবা নংহৌবম্মদি ফগদবা। কদাইদগীনো ময়াম এমখিল্লক্লুনা পংলাংদা লাংখিদা। অহুদা মেন মান তাগ্রিইদো গাড়ীদু লোক চেপ্পোকপ্রে। খজিক্তদা হেক নাপ্তোকখিদা। হৌজিক্তি খালি তাহৌরেদনা ঙসিগীদি মঙদা ঙা কাবগা খুৎতগী চোংথখিবগুম্বনিদনা। ফরে কমদি তৌনি। খুৎ থেক্তুনা হক্লং হন্দা চৎতুনা লৈহৌবা হায়দুনি।

( গাড়ী থোখিবগী মখোল )

বেম—তোন! তোন!

মা—কৈদৌরে? ইফিং ফিংনা কৌরিবো?

বেম—কৈস্থ তৌদে ঈশিং অশাবা লৈবরা?

মা—লৈনে।

বেম—লৈরবদি বালটিন অমদা খজিক্কা পুথোকপীরকউ। টাউয়েল অমগা সাবোনস্থ।

মা—সে সে পুথোরক্নে। অহনসিদি কনানো?

বেম—ঐস্থ খঙগ্রি। হোসপিতালগী হাইজিনফম মী য়াম কুংবা চিথেক অসিদা গাড়ীনা থেঙজিনবিরমহুনা শোড়োক মথক্তা থরো থরো

ওন্দুনা লৈরম্বা অহুদা ঐনা হিদাক লাংথক খর়া তৌরগা অবোকসিগী য়ুমহ্ন য়েনবা থিল্লগে খন্দুনা পুরকপনি। সে অবোক অশোকপা খোঙ অসে অমুক্তা শেংনা চামথোক্লগা হিদাক হাপসি থুনা ফগনিদা। কৈস্থ তৌরোইয়ে। মুংশা থীগনো? ঐনা য়ুম য়েবা কাওবা থিনগনিয়ে।

অবোক—ইবেম্মা! শক্লা কজরিবা? নঙনা ঐ.ঙান্দা অবোক অবোক হায়না কৌরকপা তারগা থম্মোইসে কায়গদোই। পুক্লীংসে থুক লাউবা অমস্থ পোকই। নঙগী নশক অসে হেক উবদা হৌগ্রবা থৌদোক অমস্থ মশেন মরাং নীংশিংলকপগুম তৌই। পুক্লীংসে ভয়াং ভশোইনে খনফম থোক্তে। ঐবু মঙলা তাইবংলা খঙদ্রে। ইবেম্মা নঙবু কনাই মচানো? কনানা পোকপনো? নমিনা করি কৌবগে? নঙনা ঐবু মুক লুনা তৌবিরা অসিনা ব'গীনো?

বেম—অবোক্কী মরী মখোঙ হান্না ভাকপীখো অহুগা লৈজরিবা ঐখোয় অনীগীস্থ তাকচগে।

অ—ইবেম্মা অমসিনা কনানো? নচেরা?

বেম—ইচেনি হায়বস্থ য়াই। ইমানি হায়বু য়াই। ইযা যাই। অবোকপু কনানো হাযদ্রিরো।

অ—ঐগী হান্না তাকখো হায়বা। হোয় হোয়। ইবেনগী ইচা মুপা অহনদো ফম অচৌবা অমা পায়রম্মী। মণিপুরদা হান্না লৈরম্দবা থোং অচৌবা অমা শাই হায় মযম কদায়দনো ইবেন খঙদে। মহু শাবদা লুপা লাক্ষ কযাগী শেনফম্নো হোংলম্মী হায়হুনা মযম লৌথোকপীহুনা লৈরে। মহুগী মুংঙাইতবদগী মা অহুম নাগ্রে হৌজিকস্থ ফম্মুংদগী হৌগৎপা ঙমদহুনা লৈরি। মতম অমদা ইচাহুগী মপান্দগী মহারানী-গুম পালম্মী। হৌজিক্তি ইবেন লোইরে। ইশু নীপা অনাথক লৈ মখোয়স্থ হৌজিক কালগী হিদাক চাবী হায়বরা হিদাক কাপ্পী হায়বরা করিনো অহু তৌহুনা লৈরে। মমা ইমৌ অহুস্থ ইশানা পামজনা থিজরুবা ইমৌনি অহুবু……।

মা—অতুবু কৈদৌরবগে ? মখা লীথবিয়ু

( ক্লাস বেগ চৌবা )

সনাজাওবী—ঐবু ভরাং মুংদাংস্তু চরা হেল্লি। কদাইদগীনো চণ্ডাল মচীন মনাও অনীসিনা নিশা হেল্লা চাশিল্লুরে অতুগী খংনরিবনি হায়দুনা ভান্নরকপাদ চাক ছক্কে হায়না হেক তৌবদা পুখম নেংখায়বিদুনা চাক্কু পুমচাই চাইরে। মুংদাং চরা হেল্লেদনা। চরীসি ভংলেনে খোরসে চিংবা ভমজেনে ঐবো। নহোয়গী চা মুংকা হায়বদু লৈত্রবরাও চংখোম অনতা য়োংকেদন।

মমৌ—হায় চোম্বা ইমুনী শিগৈচন অসিনা মুকুম মুকুম শোল্লিবসি নহোয়বু ভাত্রা হায়বা। চা থক্কে হায়রিনাল্লেনে। বেটলী মনীংদা খরা য়াংহৌবগুম চৌবনি মতু হৈতুন খরা পীথকউনে। ভানীংদেনে নকোংসি শিংচা যৈরৈ হাযবা। ফনা বুইনা নারবনি অতুবু শিদেনে। লাইনা চানীংদবরা করিনো ?

বোকসনা—হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ। হে দয়াময়। মনাইগুবীবু খরা লৌশিন-খিরোংগবা। নোরোক্কী কোম অসিদা ঐবু হিংবা রারেনে। ঐনা ঐগী ইমৌতুপী লৈপাকলৈদা লানখিনদো মতুগী পাপনে পাপ। মাবু লরাই নীংডোলনি নখুৎ চানীংদে হাযদুনা কয়া থীনা তৌবিখিবা। ঐনা য়াত্রবস্তু মানা নম নমদুনা তৌরম্বা সেবাদো লুজেদা পেনক্কেদা ইনেম্মা অমুক হন্না ফংলরোইদকো। লৈপাকলৈ হো লৈপাকলৈ নঙ ইনেমবু ধারৌগম্লুকো ( ভেংথাবা ) কদাইদগী জাংকী মচানি সনানি হায়না খিরুরিবসিনা ঐবু কয়াদা তাথী তাংইনা চৌরিবা লাক্করিবা। সনাসে কনাদনো চেল্লুরেস্তু হায়নৈ মুস্তুক মুস্তুক ভাংনৈনে তৌভম্বীসে। মানা পোকপা মচানবু কদাইদগী জুগোৎ চাগনি হায়গে। নিশা চাবা ভাওশিন্নবা হাযবসে মশানা তাবনি। লৈপাকলৈগী মপুবাগা মনাওমুপীগনা হায়রম্বদো চুমজেদা নোরোক্কী কোমনি হায়বদো।

মমৌ—ভোম্বা ! নঙবু কদাইদা লৈবগে। হন্নুবীসিনা করিনো চোইরোল পারোল লোল্লিংসে মখা তারক্কনবা মচিন মেনগেরা নত্রগা উৎ রাই নোইগেরা নত্রগা লুখাককোমদরা করিনো ইম্বখোনহৈ।

সনা—ইচোচৌবা! ইবোযাইমা! ঐগী হিদাক হায়বদো নখোয় অনীগী মরক্কগী কনানো অমনা খরা চৎতুনা ডাক্তরদগী লৌরুনে। ঐবু হকচাংসি য়ম্মা ঙমশিল্লক্করেনহৈ। নখোয় অনীবু তুম্বা হৌগৎ-ত্রিবননে থেঙলেনহৈ।

মঙু—হন্নুবী! িরুম নারুম্বী। নঙবু খিৎ থুনা শিগ্রো হায়রগা। চৎথোকগ্রো চৎলো তানীংদেয়ে তুম্বা য়াদে হায়বা। ফম্মাংদা চবেং চবেং ভাঙলম্নুকো। ঐখোয় নঙগী নত্তে খঙঙু।

সনা—য়াত্রগা ভোকচৌদনহৈ কৈদৌসিগেদো। ইচান্নুপানা পোকপা ইশূনি হায়বগী পাখোন হায়বনিনা করিনো? তৌনীংত্রগা ভোকউনা করিনো? ঐসে সনাজাওবীনে সনাজাওবী। ইমা ইপা মুংভাই য়াইফবগী মচা হাইনা হুমনা হৌরকপা। মীখা পোনবা হৈনদবা ঐ ইশানা চৎতুনা ডাক্তরদগী লৌরুনি হিদাক্তো অত্তুগা চাম্মুভাইদনা।

( ক্লাস বেগ লোইরে )

অম্মুয়া খৎনত্তুনা লাকপদা গাড়ীনা থেংজিনবিরম্বিবনিনে ইবেম্মা!

মা—ইনেবেম্মা! ইনেবেম্মদা নহা ওইবগী হৌনশা অশাওবনা মাঙ-ওইনখিত্নুনা ইনেবেম্মদা থৌগল্লোন ব্যবহার কায়বা রা কয়া ভাঙলম্বদে ইনেবেম্মগী শূমাঙদা। নমৌবু রারৌবা তৌবিগম্নুকো। ঐহাক লৈপাকলৈগী মনাওম্নুপীহুনে। ভাচৌদি লৈখিদ্রে। নমৌবু ভাকপীয়ু খুম্নমজরি।

সনা—ইবেম্মা! ভৌরিসিবু করিনোনে ঐবু মঙলা তাইবংলা খঙদ্রেনে। হা গোবিন্দা ইবুংঙো! হে দয়াময়!

মা—বেম! ইনেবেম্মসে নঙবু পোকপা পাবুংগী মমানিনে থুরুম্মো লাউ বেম—অবোক।

মা – ইনেবেম্মা। ইনেবেম্মদা ঐনা চৈরম্বা মুনিংতা তাংশং তাডনা ঈ মতুম অমগুম পুথিবা অঙাংদো অহুনি ঙসি ইনেবেম্মবু লাইকম্নবা পুরকইবা ড ক্তর অসে।

সনা—অবোকী ইবেম্মা! লাউ অবোক কোনগে লাউ। ইশূনা মবোকী থবায় কল্লেজনা ইবেম্মা ইশূদি মমা হেক ৈশভিল্লিদা। মানখ্রেদকো। সিমনিদনা মমাদো নৌনা পুম্নী মতোল লোমগ্রিবা। হো লৈপাকলৈ! ইনেমগী ইবেম্মা ইনেমদি ইমৌগী মফমদা লানখ্রেদকো। ( তেংথাবা )

বেম—অবোক অবোকপু ঙসি নশূনা থেংনম্নবসে নশূগী মপোক মহয় য়াল্লবনিনে অবোক।

মা – ইনেবেম্মা চাসি ফাল্লু। চাক্তি মুংঙাইরোই হায়রুনা তঙ ওইনা পুথোকচরক্লে। লোইনা হাবিম্লুকো। চা ফানবা লোইরগা নশূ ভুপীগা ঐগনা ইনেবেম্মবু য়ুম্ন ফাওবা থিনজগনি।

( বার পোঁদোরকপগী মথোল )

ইনেবেম্মা য়েৌববনিনা লেঙশনবিহৌরো। গেট হাংদোকচগে।

সনা—চঙলুখিসিদমা।

মা– ঙসিদি থবক অচিনবা থরা লৈহৌরে। হয়েং লোংমা লাকচরগে।

বেম—অবোকী খরি করি যাম্না পুতুনা লাক্কদবনে। চংলগে অবোক।

সনা—বৌরো য়ৌরো। কয়াদা মুংশিখ্রবনোসে। ও নীংঙমখিন্দ্রেদা থাথল থেনখ্রেদকো সনাজাওবী ঐসে।

( ১২ )

মালতি—ঙসিগী অহীং অসিবু মুংঙাইবা অহীং হায়সিরা অরাবা অহীং কৌসিরা? অরা মুংঙাই অনী পুল্লিদকো। মতম কৌবী লাইরেম্বী নঙগী লেম্না লৈতা উংলিবা চক্র অসিদা তাইবং মীওইবা ঐখোয়না লয়রিকো। হৌগ্রবা মতমগী মুংশিরবা দৃশ্য কয়াবু নীংশিংবগী

পরেংদা অমমমতা ওইনা থোরক্লি। নিত্রা কোবী লাইরেম্বী নঙনম্থ ঐবুদি ঙসিগী অহীং অসি তুমহল্লোই হায়না খল্লমাল্লেদো।

হয়েংনি বেমগী লুহোংবা। লশীং তীলগুম নৌরিঙৈ পোকপা খুদিং ১৪ নিতা ভাইরিবা ঈ মতুম অমা ঙল্লিবা ভাংশাং ভাংলিবা বেমবু তাচৌগা ঐগনা কয়াদা বানা শাংলবা লম্বী লমশাংদা পুরকখিবা। চহী ১৪/১৫ তা ভাইরিবা ঐহাক্লা লৈকাইদা কোয়না চৎতুনা মাবু খোম ইল্লকখিবা ঙসিদি মপুং ফাবা লৈশাবী অমা ওইরবা। থাজ য়োনজবা মতম য়োরক্লতুনা থাজরে লুহোংগদৌরে। মতমগী থোঙচৎ কয়াদা ভকপ্রবনো। ঙসিদি ঐনা য়োকচরকপা বেমনা এম, বি, বিএস পাস তৌরতুনা খ্বাইনা শকখঙনরবা ডাঃ অমা ওইরে। ঐগী পুন্সীগী অশ্যাগী পামেল ঙসিদি মনা পুংলবা মপুং মরৈ ফারবা পামেল উপাল অমা ওইনা মণিপুর সনা লৈময়োলদা হৌরে। উপাল অসিগী মরুমদান ঐনা থুপতুনা ঐগী পুন্সী লেনগদৌরিবসে।

ইচেচৌগী মফমদা, মচান্থপী বেমগী মফমদা ভাকপীকম থোক্ত্রবা মরাল কয়া লঙজপ্রবী মবোক্লা ইচেগী মফমদা অনদি মচান্থপীগী মফমদা লাল্লে হায়জপ্রবা। লমন শিংলে অফবা থবক্লা লমন থুম্লে। মী ওইনা পোকপগী মহয়দি য়াল্লেদনা। অহুবু অইবং মী ওইবা হায়বসে মপুং ফানা মুংভাইবা অপেনবা হায়বতুমদি ওইবা য়াদবকো।

বেমগী হায়বা ইনববু ঐনা থাগৎতবা ঙমদে। মানা কয়াদা মুংশিনা হায়খিবা—

( ক্লাস বেগ হৌবা )

বেম—তোন। ঙসি কাওবদা নচানা তোল্লা হায়বদা ইনখিদবা য়াওবরনে ? বাশকলিবা অসিনি ঐহাক নঙনা হায়বা বা হিক্তোকলোই। শোয়দনা ইনগনি। হায়রো বাদো।

মা—করিম্থ নত্তেদা। ঐনা নহাল হায়বা হুপাত্নদা নঙ লুহোংলো হায়বনি।

বেম—তোন !

মা—মবুক মপাউস্থ কৈ। ঐনা মাগী মরী মখোঙ লোইনা হংহ্নুনা খঙলবনি। নঙ ঐতা অস্থুম লৈবসে মৈতৈ লৈবাক মীনোক চাউইদো। মহুস্থ থল্লো নঙ নত্রগা ঐ। ঐখোয় অনীগী মরক্তা অমদি যুমলেপ চারা তমদবা য়াদবনি।

বেম—তোন !

মা—নঙ ঐগীদমক্তি খল্লগস্থ। ঐগীদি লেপ্তুনা লোইগ্রবনি। ডান্স কলেজগী চহী মরীগী ডিপ্লোমা কোর্স লোইহ্নুনা ঐ পরীক্ষা পীগ্রদনা। জেনরেল ইন্থকেশন্দা মেট্রিক পাস তৌরে। ইবা পাবা লোনবা মখৈদি চৎনবা য়ানা ঙম্লে। ঈশৈদা বিশারদ পাস তৌরে। জগোইগী ডিপ্লোমাস্থ পায়রগনি। মীমান্নবদি ঙম্নগনি হায়বা। অহুনা ঐনা পামজরিবা কোরেন চৎপা কলচরেল ট্রুপ্তা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা য়াওবা ফংলগনি। অহুগা পুন্সী অসে কালাকার অমা লেল্লগে হায়বসি ঐগী পুন্সীগী রাশক্তি পুন্সীগী বারেপনি। মসিমতদি নঙনা থুংহল্লুনে বেম। ঐনা নঙোন্দা হায়গদবদি সিতনি।

বেম—তোন নঙগী অপাম্বদা ঐ য়েংলোই। পোকপদগী ঙসি ফাওবদস্থ য়েংলক্তি্। নঙস্থ খঙলিবা নত্রা? ঐনা হায়বা রাকম অমতদি তোন নঙ য়াগে হায়না রাশকউ।

মা—বেম! রাশক্তবস্থ হেক্তা হায়য়ুনা। নঙনা হায়বদবু ঐনা য়াদবা য়াওখিবরনে?

বেম—য়াওখিদে। ঐনা পীশক পীক্লিডৈদগী হৌনা, লৈশাবী মচা অমা ওইনা কেজ্জ নোজহুনা লৈজগদবী নঙনা ঐবু পোহ্নুনা লৈকাইগী য়ুমখোঙ খুদিং চৎ ইচেম ইনেমদা খোম ইন্দুনা চাউননবা ঐবু য়োকপীরকপা তোন ঐ খঙডিনে নঙনা রারমগদবদো। ঐনা লুহোংহ্নুনা য়ুম্নাক শাগৈ তোপগ্রবস্থ তোনগী সেবা মতোল লোম্না ফংজগে সিঙনি নচানা নিজরিবসে। সিতদি থুংহনবিয়ু। ঐবু পুন্সীসিমগী

থাদোকপীগনো হন্দক মপোকী রাত নত্তে। লাঙোন মপোক মপোক খুদিংগী। ( অনী কোয়ন্নুনা কপমীন্নবা )

মা—বেম। ঐনা কৈদৌমুংদা নঙবু থাদোক্লোইনে। তাচৌ। ইগেচৌ নখোয় অনীদি বেমগী লুহোংবা য়াংজেদকো। তাচৌ নঙনা মমুং মতম চাদনা লাংবৈবাক তানগ্রবনিনা বেমগী লুহোংবদা দান পীবস্থ ফংজে তাচৌ।

বেম—তোন!

( গ্লাস বেগ লোইবা )

মা—ইচেশংগা ঐখোয়গা লৈনরিবা মরী অসিস্থ অঙকপনিকো। ইচেশংদা ঐনা হংখি—

( গ্লাস বেগ হৌবা )

মা—ইচেশং। ইচৈবু কমদৌনা লৈখিদবনো?

থরো। অশংবী —ইবেম্মা। করিবু হায়না তমসিনো খঙজেদা ইচেমদি ইমুংদো মচিন মনাও যাম্মী। খুৎকন পাঙ্গল্লি হাযবা তায়। পিবা ৫নি নইতনা যইমনি। মহাক্তি লাইসিক হৈতে। অতৈদি মহৈ হৈবা তলন চাবা থবক তৌবা ঙাক্কনা। ঐ শেল থোক্তে পৈশা পায়দে ময়ামগী মরক্তা লৈবা ইকায়রে তনেংলোংদা চীং ককপা য়াওক্লনি শেল তাল্লনি হায়দুনা চংখিবনি। চংগ্রবা মতুং খরা লৈরগদি চীং কিস্তবদা নন্দুন। শিরে হায়না পাউ লাকখি। মতম অদুদা সনাতোম্বস্থ খা ৭ তা মঙাইরি অদুগা ঐনা চহী ২৩ শুরে। কর্ম্ম লোইরবা মতুংদা লৈবা মুংঙাইরক্তে ইচেমবু লবাই নীংতোলনি, মহৈ হৈত্তে, মোংতাই স্নদাইনৈ ইমুংসিদী মৌনি হায়বা মতীক চাদে হায়দুনা ইচেমশিং ইনাওশিং, ইতৈ ইনাওনীপা ময়ামদুনা অঙকপা ফংনা নৈখি। মমৈথংদা থাবো ওক্তুদুনা ইমা কৌরগা ইমাগী মতুং ইন্দুনা লাকখি। ইমাগী মনাক্তা লাক্লগস্থ মুংঙাইকম খঙখিদে পোৎথাকম লৈখিদে। নীংতোল হল্লকপীনি ওৎপা নৈবা

লা ক্লিবনি হায়জুনা ইবুং ইপুরাশিং ইনম্মশিংনস্থ উশিৎপীদে। ইবেম্মা ভম্মুদনবু কবি কাম্নগদগেনে। মপোক খীঙ্বা হায়বজুনি নচেমদি। হৌজিক্তি নঙগীসিদা কযাদা হুংঙাইনা লৈভানা লৈজবা ফংলবনো? হৌজিক্তি ইচেম মুংঙাইরে। নঙনা ইচামুপাদা ইংখোল নামাস্থ পানবিরে, লৈননবা য়ুমস্থ পীবিরে। ইচেমগীদি সিদগী হেন্না মুংঙাইবা অমা লৈত্রবনিনে ইবেম্মা। ইনাংগীলমন্দি নচেম্না মপোক মপোক খুদিংদা শিংবা ঙস্ত্ররোইদবনি।

( ক্লাস বেগ লোইবা )

মা—ইচেশংগী চেশ্তারনা মসি ওইরবা। তাচৌনা শিন্নরম্বা মতুং ইন্না বেমগী বোব বার্ত্তন সনাভোম্বনা চৎলুরবা। হযেংনা কন্যাদান পীহনবা। ইচেশংনা মযা ওকপা। পলেম পন্থৌ শক্লা ঐখোযবু লাঙ্গোল্লক্লবী ইনেচাউবীগী লমন শিংবা হায়বজু ওইরেদনা। ঈগী মরী লৈনবা ভারুস্থ মুংশিননা নত্ত্রেকো। কবিস্থ মরী থোক্লদ্রবা লৈকাইগী ইনে অসিনা ঐখোয়গীদক্তা কয়াম অরাবা খাঙবিগ্রবা। লোইয়া লমগী খুঙ্গংদা পোকপী, খুঙ্গংদা চাউরকপী, খুঙ্গংদা মপুন্সী লেল্লীবী লাইরিক ময়েক চৎভবী ইনে চাউবীদা চেল্লম্নীবা গুন মাগী আদর্শ ফিদম্নীঙাইগী মশক্লি। মসিবু কনানা খঙবিদে কনানবু খঙবিনী। নারক্তা শাৎপী কেতুকিনি, চীংদা শাৎপী ইঙৈস্নেনি চিন্নদনা কেনখিবা।

ঐহাকস্থ ঐনা পুন্সী অসিদা পামজবা খরদি থুংলেদনা। কলাকার অমা ওইনীংবা ওইরে। ড্রামা কয়াদা কুমথ্রে শক্লক য়াক্লরে। হেরোইন কয়াগী পার্টস্থ লোখরে। খ্বাইনা চানবিবদগী এপ্রিসিয়েসনস্থ মতীক চপচানা ফংখি। মী অনা ওইনা পোকপগী কলাকার অমা ওইবগী অসি মঙাইদনা। অদুবু নীংঙমদবগী মমি অমা থম্মোয়মুংদা হক্তুনা লৈরিবা অসিমদি পুন্সীগী ওইনা মুংলরোইদকো।

লৌমী অমা ওইনা শীনমী অমা ওইনা খুঙ্গংগী লাইরবা ইমুং অমদা পোকখিবা য়ুমলেপ চারা তাম্বা নংখিদনা থাংমুথক্তা পুক্সী মতোল লোমগ্রবা লাইবক চাউবা ঐগী ইবুং। পলেম পম্বৌ শক্তা ঐখোয়বু লাঙ্গোনবিরম্বা ঐগী তাচৌনা বেমগী কন্যাদান পীবা ফংখিদবা। পেন্দবা অসিমদি মপোক অসিমগী স্থম লৈরগনি। তাচৌ। হো তাচৌ নোংমদোন লাইরৈবাক্তগী লৈচিনগী পোমায হাংদুনা হয়েংদি বেমগী লুহোংবা য়েংঙ্কো তাচৌ।

লাইবক থীহৌরবী নচন্দি কলাকার মলয়া হায়না মীনদি খজিক খঙনবিরে। অতুবু কলাকার মলয়াগী মপোক্তি মিংলুগী পিরাংগা পিরোইননা লেপ্পু তমখিমাল্লেদকো নোংদম্বা।

তাচৌ তাচৌ নঙদি মলয়াগী লীলা অমতম্থু য়েংবা ফংখিত্রেদ-কো। তাচৌ তাচৌ নঙতা ওসি ফাওবা হিংলম্লবদি নচল্লা কয়া পেনজগবা। তাচৌ তাচৌ অমুক্ততি খুম্মকউগবা তাচৌ।

( অকাশতগী শেংফাৎতনা তাচৌগী খোঙ্গেলদা )

মুংশি লৈনন চেল্লবী
ঈংনা লিরি শিংলিবী
লোইযা লমগী মলযা নামিবী
তপ্ল' শাহুমনা নঙগী
শূমহৎলু তাইবং পুক্কীং
পোৎথাহল্লু থম্মোয় খুদিং।

..............

# ঐবু চৎলু হায়নুকো

তম্ফাতোম্বী—ইমা, ইমা, ( কৌদুনা থোঙদা থীনবগী মখোল )

থম্বালঙাংবী—( থোঙ হাংদোকপগা, শোম্বাংননা, ঙক্লা ) তম্ফা! ইমাই ইবেম্মা। তম্ফাতোম্বী করিনো নোংঙাল্লমদাইসিদা, মঙলনে তৌরিসিবো ঐবো? ইমাই ইবেম্মা তম্ফাতোন। ( কপ্পা )

তম্ফা—ইমা। ইমা। ( কপ্পা )

থম্বাল—ইমাই ইবেম্মা করি মতৌনো ইচানা তৌরকইসিদি। নতোমতা, অমম অঙান শিন্নদ্রি নোং ঙানদ্রি হায়বা। নতোমতা কমদোনা চেল্লকইবনো হা? অমনবদা লাকইসিবু নঙবু কিদ্রাও? হায়য়ু করি তৌরবগে, করিগী চেল্লকইবা ইমাদা শেংনা তম্মুনে ইমাই ইবেম্মা নঙবো।

তম্ফা—অতুবুরাও বাবাদো ঙরাং লংফৈ চৎখ্রে। থরা কুইনা লৈরক্কনি হায়রম্মে। মখোয় অমতা হৌগংনহৌদ্রি, তুমহৌরি। ঐননে থোঙদো লোম্না তপ্পা চাংলগা লাইরিক খাওসিগা, ঐগী ফি ময়োমসিগা পুদুনা চেল্লকইবা, নঙগা লৈবগে হায়দুনা।

থম্বাল—ইমাই ইবেম্মা মহোয়না ইচাবু ফুবরাও? থীনা তৌব্রা? চাক পীজদবরা?

তম্ফা পীজে। ফুদে। ঐ লৈনীংদ্রবা মহোয় য়ুমতুদা।

থম্বাল—নপানদি নঙবু থীনা তৌব্রা? চৎলো হায়রমব্রা?

তম্ফা—হায়রমদে। লুনা তৌই। বাবাদি মুংশি।

থম্বাল—অতুগা নপা লৈত্রিঙৈদা কৈদোনা চেল্লকইবা?

তম্ফা—ঐনা লাকপগী মরম য়াম লৈরে।

থম্বাল—তম্মু, তম্মু। ইচানা লাকইসিগী মরম ইমাদা তম্মো।

তম্ফা—ঐ মহোয়গা লৈনীংদ্রে। চরা হেল্লবন্ত, শেগায়বা নোংয়ুবা য়ুম

ওইরম্ব ইমাগা লৈজরুরগে হায়দুনা লোম্না চেল্লকইবা। তাকউর'দি মহোয়না ঐবু চৎহল্লোইদবা।

থম্বাল—ইমাই ইবেম্মা ( কপ্পা )

তম্ফা—ইমুংদা চঙলসে ঐ ভরাংদৈ চাক চারক্তি। ইমা, চজীক্তা লৈত্রা চয়া থিত্তা য়ানগেবা।

থম্বাল—ইমাই তম্ফাতোম্বী। ( কপ্পা )

তম্ফা—ঐ চাক য়াম লাম্মেম্বা। পাউদি ঐ কোম্না তমগে। ইমাবুনে ইমাহন্না অকায়পেং থাংতুনা চৈদনা মহানি। বা য়াম্না লৈদা। কোম্না তমগে চাক হাম্না পীজখোও।

থম্বাল—ইচাই করি য়াংকনি ইমা লৈরিসিদি। ইচাদবু করিগী চজীক পীজরুনি হায়গে ভহাক্তনিসে ইমামা হাওনা থোংগনি চৌবী। মিংনা কুপ্পদা লোইনি। ইচাদি ফোং ফোং শাবা চাক্তা চাগদবনি। হে হে করি থোকই হায়দুনা তৌজশারিনো। থিংভেলদা ভাইনবা ভমত্রগা নশিখোংদা ভাইনবা। করি মরমগীনো মখোয়না অভাংদা অম্বক য়াম্না ওৎলিববো। ঐসু মুপীনিনা করিনো, মমা অমনি। মমানা মচাবু যোকপা থাকপা ভমদে হায়বরাও? পীকলিবী ইচাবু মানা মপানিদো ঐদি, ঐগী হক য়াম্না লৈ হায়দুনা ইথাদগী শেংতুনা পুবিগ্রগা, ইসঃ অভাং মানবু অমম্বদা চেল্লকইসিনদি মখোয়না য়াম্না ওৎপী নৈবীরমগনিয়ে ইচাদা। মখোয়সে হিংচাবগী থারানিনে থারা। সে-রা, থম্বালভাংবী ঐবু চমকুৎলাও ঐবু লৈখোমনা শাবারাও? মহোয়না অভাংদা পংওৎ ওৎপা পংনৈ নৈবদি কৈদগী য়ানি। লমন খুম্বা তায়। শোয়দনা লমন খুমগনি। সত্য খুমদনা ভোকলোই।

.........  ......

( ২ )

থম্বাল—ইবেম্মা! মুপীমচা! লাকও লাকও চাক লোইয়ে। ইমানা চাক থিরেসে। তারিত্রাও লাওমে।

তম্ফা—লাকএ ইমা।

থম্বাল—লাকৎনে, কৈদৌরিগে ?

তম্ফা—লাকএ ইমা। ঐগী লাইরিক শুনা য়াওরকপ্রা য়েংঙিবা।

থম্বাল—সে সে ফালসিদা ফম্মো। সিদা নখুতো হাম্মো। চাক্কো খোৎথৌ ইনশাং মহী হৈগেসে ইমা। তোৎলু চাক্কো তোৎলুনে।

তম্ফা—ইমাই ভাখা কাংশোই অসিদি য়াম হাওইবো ইমা।

থম্বাল—হাওব্রনে ? ইমানা ইচাইদমক থোংবা নদনা। হাওতদি।

তম্ফা—কোং কোং শাবা চাকসিগনে ইমা, কাংশোই নহীসিগা তোৎপদি হাৎপ্রেবো। আদদিনে ইমা। ইমাহন্না চাক অশাবা অমুক্তা পীজদেদো।

থম্বাল—অদুদি করি পীজরিবা ?

তম্ফা—ভাকাবুদি অহাও অহাওবা য়াম্না থোংঙৈবা অদুদা ঐঙোন্দদিনে ইবুংঙোগা ইমোচাগনা লেপ্লগা অইংবা অদুদা পীজেয়ে। মখোয়গী রো, শারেং থোংবদুদৈ ইমাগী ভাখাগা আন্নুগা কাংশোই থোংবসিনা হাওবা হেল্লে হায়বা ইমা। ইমা! ইনা নঙ ঐবু অমুক বাবাগী য়ুমদা চৎলু হায়দুবো। নঙগী য়ুমসিদা নঙগা লৈগে হায়বা বো ইমা কো।

থম্বাল—ইচাসিদি করিগী হায়রুনি হাযগে। হায়রোই সুপহায় হায়রোই। ইচাবু মীগী মনাক্তা করি থোকই হায়দুনা লৈহন্নুনি। ইমা ইচা ইয়ুমসিদা মুংঙাইনা লৈথোক্লগা লোইরেদনা। কনানা করি হায়জরনি।

তম্ফা—ইমা স্কুলদি কদাইদা তমগনি ? ঐ লাইরিক তম্বদি তোকলোইকো ইমা। হান্না ঐনা তমলম্বা স্কুল অদুদি সিদগীদি যাম থান্নী। হান্নদি বাবানা গাড়ীদা হেক হেক থীলহল্লি। নঙগীদি গাড়ীসু লৈজদে।

থম্বাল—অনকপা স্কুল চৎপা বারোইদবা অমদা কোক হেক ভল্লগা লোইরেদনা ইচাসিদি। নঙগী মাম্মা তোমচৌগা তাম্নরগা ইচানা তম্নবা

স্কুল অফবা অমা থিগনি। মতুদা মীং চল্লুরে হায়রগা তমস্নুভাইদনা। ইচাসিদি করিগী রাজকুনি হায়গে।

তম্ফা—ইমা স্কুল মশক থীরবদি ঐ তমনীংদেকো। হাল্লা ঐনা তম্লব্বা স্কুল অদুদি ফজেয়ে চাউস্নু চাউই, রাংস্নু রাংডি। মথক কানবা থাক্কাস্নু য়াম্না লৈয়ে। মতুগুম্বা স্কুলদা তমগেকো ইমা।

থম্বাল—তমদদিকো ইচাবু।

.. ... ...

( ৩ )

থারিকলৈ—ইচে, ইচে, হো ইচে। ঐখোয় ইচে লৈত্রাও?

থম্বাল—হো কনানো লৈয়ে। খোরক্কে ভাইরম্মো ভাহাক্তা। হাইমা, থারিকলৈমা নত্ত ওইরেকো। ঐদি কনা কনা ওইরবোই নীংলুরে। কাখংলকউনে কেদৌরগে?

থারিক—ইচে, কুইরে ঐনা ইচে উননীংদুনা নোংমতা চৎখোরক্কে খন্দবা। স্নুকওম হেক ভম্নদবা। থামুক্কী মমাও ওইগদবা নোংমা মতুদা তম্ফাতোম্বীদো মশান শনা ইফা। ফারদুনা মমাবদো ইমদ হেক মরুদনা কপলি কপলি ফীভম চাদনা উরম্মীনে ইচে। মিকপ খোরকপদা কয়াদি স্নুংভাই,খিত্রে। অদুদা অভাংদো কৈদৌরবনো না-য়েকপা শাওরত্রা খন্দুনা চৎলুগে নীংবা কুইরবনে।

থম্বাল—অদুদা কৈদৌরবা?

থারিক—অা মখোয়গী মপাগী য়ুমদুদস্নু চঙনীংদেদো।

থম্বাল—করিগী?

থারিক—মমাহন্দো ঐদি কয়া লৈনদেনে। বা ভাঙবদা কোচি কোরাং হেক থাংলদনা।

থম্বাল—মানা কৈদৌরগেনে।

থারিক—ঐনা নোংমা চৎলুবদা মানা তৌরকপদুদি ইমাইপেম্মা কিজেবো।

থম্বাল - কয়া কুইরবনোনে নঙনা হায়রিসিবো। করম কান্দা চৎলুরিবা?

থারিক — কুইরেদা, মুপীনচা ভক্ষাতোম্বীনা মখোয়গীদা লৈরবা মতুংদনিদা। নোংমা ইচাদো উনীংতুনা চৎলুবা। মতুদা মমাহন্মুনা ভাংলক শকলকপশিংদো খল্লু খল্লুরগা শাউনীংভিদা।

থম্বাল—ভাংজসমু কৈদৌগে, ইচা উনরগা লোইরেদনা।

থারিক—অদুই মুমিৎভগী ইচাদো মুংশিরবসু মুপীদো মুংশিদবগী থোঙ্গুল তারুদ্রেদনা। মুমিৎতুদা মুপীমচা ভক্ষানা মপি ঈরা চেল্লদনা ইন্দোমচ' চৎলোকো হায়রগা উখোং কোন্দুনা ঐবু য়েং য়েংতুনা লৈহৌবদো। ইচে মুংভাইখির্দ্রেদা।

থম্বাল—মরাম্নবক্তি থীগ্রেদা ঐগী ইচাসে (শোনজবা)

থারিক—ফুরৎনি হায়তুনা মোৎপ্রবা লৈরোং মনি মাঙপ্রবা অমা লিৎ। ইচে মুংভাইখিদ্রেদা মহোয়বু ইকায খঙদজাৎলাও? মচানি হায়রগা অতুক নোংনা থম্বা হৌনব্রাও? ইচে খল্লু খল্লুরগা প্রানসে প্রোক প্রোক চাকইদা। মঙ হানগা কয়া মুভাইতবনে ইচেদা অঙাংগী রা হৎলুগে লাকপনে।

থম্বাল—ইবেম্মা ইনানো মঙ মুংভাইতে হায়বদো চুম্মী। ইচেম বারীদো লীংগে তাও। ইমুংদা চঙলসি। ঙসিদি চাক চাপ্রোদনা। হোরেন মুংদারাইরম তপ্পা হল্লো। থবক অচিনবা লৈহৌবরা? ঙসিদি থাংজনিনা নচামু স্কুল ঙম্না কুম্মকনি।

থারিক—করিনো হাযরিসিবু মুপীনচাবু সিদা লৈরব্রাও?

থম্বাল—উম, লৈরে।

থারিক—হাইমা! কয়া কুইরবা?

থম্বাল- থা অনীরোম খরা হেল্লম্মন্দ্রা।

থারিক—কনা কুইরেদনা। ঐঙোন্দদি করিগী তাক্লক্লিবা। পাউ চেল্লকপা যাত্রা লাকঙমল্রসু। নত্তে অঙাং মতোমতা লাকচবরা? ইতৈনা থিল্লকপরা?

থম্বাল—কদাইদগীনোদা। মুপাদো মাগীমুপী অহন্দুবু কিগ্রপোৎনি। অত্থুগীমু মথক্তা মহাক্লা ঐগীসিদা মখোঙ থাংজিল্লকপমু মতীক লৈতে।

থারিক—অদুদি অঙাং মতোমতা লাকচবা তারেনে।

থম্বাল—লাকচরিবনে লাকচরিবা। লোম্না চেল্লকইবনিনে নোংঙাল্লমদাইদা মতোমতা।

থারিক—করি হায়বা ইচে ?

থম্বাল—মতোমতা অমম অঙান শিল্লবগী অত্থুরাইদা লাইরিক খাও মচা অমা মারংথান্দা য়াল্লগা ফি ময়োম মচা অমা কোন্দুনা লাক্লগা ইমা ইমা হায়দুনা থোঙ খীল্লবা।

থারিক—অওইবনিকো ইচে।

থম্বাল—অওইবনিনে অওইবা। ঐমা অকিং অফাই ওইনা হৌগংদুনা থোঙ হাংদোবলুবদা নচানা লেপ্লম্বা ফীভমদো উবদা ইচেমগী থম্মোয়সে কায়খিবনি ইবেম্মা। ৎস্তোক্লা লাকচনা তৌগ্রেদা। রাখল থেনবী থাজগনবী মুপী হায়বদো ঐঙোন্দা চেক থোকখিবা।

থারিক—ফরে ইচে রারী কোন্না শারসি। চাক থোংদোকলুরো। ঐমু ঙসিদি অফিস কারোই সেকেণ্ড সেটারদেনি। ঐ কৈথেল ঙহাক য়ৌরুখিগে। হল্লক্লগা চাক চামিল্লরসি। ইচে লৈরমনি থঙদবনিনা করিমু য়াওরক্তে মাগী করি করি খিংতা লৈবিরুখিগে। ইচাই মশক্তো য়েংনীংবনিনে। মাদি স্কুলদগী করম কান্দা হল্লকনি ?

থম্বাল—ঙসিদি থাংজনিনা বারোদা হল্লকনি। হৌজিকপু পুং কয়া তারগে ?

থারিক—পুং ১০ তারে।

থম্বাল—ফরে, ফরে নঙ কৈথেল কানি হায়বদু কাথোকলুরো। নঙনা কৈথেল কুম্মকপগা নচানা স্কুলদৈ হল্লকপগা মপা চপ চানরনি।

থারিক—ফরে ইচে ঐ কৈথেল য়ৌরুখিগে অঙাংনা তল্লিবা স্কুলবু কদায়দনো ?

খম্বাল—খঙদেনে নবুং তোমচৌনা করি হায়রে মখোয়গী বাল বিত্তা মন্দির হায়বরা করিনো মতুনা মফমে হায়দুনা মানা মীংজল শেল পৈশা দুংশা পুম্নমক পুথোকপীদুনা চন্নুবনি। য়াম্না চেৎকপিনবা চৈরাক কনবা, অদুদ লমন লাই গুরুকা মশক খঙহন্না ভগীবা কুল ওইরমান্নে।

থারিক—খঙবে খঙবে ইচে। ঐ চৎলুখিগে।

খম্বাল—নঙ হল্লক্লবদি ভৌম্বকো। ঙসিদি নচাগা চাক চারিল্লখো।

থারিক—হল্লকনিদা ঐবু অঙাওবীদৌনা। ইচা তম্ফা উনদনদি ঐ মুম হল্লোইরে।

...... ...... .....

(৪)

তম্ফা—ইমা! ঐ লাকএ। চাক লোইরবরাও? ঐ চাক য়াম লাম্মে।

খম্বাল—লোইরে লোইরে। নঙ নন্দোমচাসু লাকপনে।

তম্ফা—কদাই লৈ ইন্দোমচাদি? ইন্দোমচা! ইন্দোমচা!

খম্বাল—কৈথেল কাখিবনে। নঙ লৈরমনি খঙদবনিনা করিমতা পুরক্করে। নঙগী করিনো অমা লৈবিকনি হায়রম্বনি।

তম্ফা—ইন্দোমচাসু লাকএ, আদা কোম্বোংদা, ইন্দোমচা!

থারিক—হাওনে। ঐদি ইচা সিদা লৈরে হায়বা খঙদেদনা। নঙগী করিমতা পুরক্লবদুদা মুংঙাইতদুনা লৈক্ররিবা। সে সে সিনা বিসকুইটনি অতুগা সিনা চোকোলেটনি।

তম্ফা—সিদি য়াম হাওবা চোকোলেটতুনিদনা।

থারিক—নঙনা নখোয় বাবাহোয় য়ুমদা লৈরিঙৈদা ঐ নোংমা লাকঅম্মীদনা। নঙনা ইন্দোমচা চংলোকো হায়দুনা উথোং কোম্বুনা লেপহৌবদে, নঙ নীংশিংলিবরা?

তম্ফা—নীংশিংলি। কাউদে।

থারিক—মুমিৎতুদা নঙ বাবাদা বানোম্বা লাকপা ময়ামত্তুনা পুরকপা অচাপোৎ ময়ামদো অত্তুদি নীংশিংলিবরা ?

তম্ফা—নীংশিংঙি। য়াম পুরকই।

থারিক—নমাহন্না নঙোন্দদি অমতা পীদেদনা। নঙদি চাবা ফংখিদে হায়বা।

তম্ফা—পীদে। ঐদি অমতা চাবা ফংহৌদে। চাদে।

থারিক—মচানীপা হংকোক অনীত্তুনা মখুৎ নামনা বিসকুইট পেকেট অমমম পায়। মখুৎ নামনা চোকোলেট পায় চাবা ইচাবুনা জগৌ য়েংত্তুনা লেপহনবদো. অদো নীংশিংলক্তুনা কৈথেলদা চেল্লগা লৈরুবনিদনা। নখুৎ য়েং ওই থন্না পায়রগা ইচাবুস্নু পেল্লা চাহনগে হায়ত্তুনা ইন্দোমচানা।

থম্বাল—নমা নচা বারেম শুন্নো। চাক থিরে। চাক্তুম চারসি লাকওনে।

তম্ফা—ইন্দোমচা। ঐখোয়গী শনক্তেনবা শান্নবা মুমিৎতা নঙ য়েংবা লাক্তি, করিগীনো। নঙবু, ঐনা জগোয় শাবা য়েংনীংঙি হায়দাযনে।

থারিক—ঐদি তাহৌদ্রেদনা। শান্নগ্রবোরে।

তম্ফা—শানগ্রে। ইমাস্নু লাক্তে নঙস্নু লাক্তে। ঐ থবায় য়াম মুংঙাইতে। পোৎলোই শেৎপা লোইরগা য়ুমদগী বামন মাগুব ফাওবা চৎপদো অত্তুদনে ইবুংঙোবু ইনেহন্না পম্মী অত্তুগা ইনেতোম্না ইমোচাবু পম্মগা চৎলে। ঐগীদি ইনাস্নু নঙস্নু লাক্তবনিনা কনাস্নু পম্বীদে ইত্তোমতা থোঙনা চৎচৈ। মুমিৎতো ঐ কয়া মুংঙাইখিদ্রে। মীগী মচাদি মফি মরোলদো মমানা শেম্বী শাবী পাওদর থাবি ঐগীদি কনামতা শেম্বীদবা। অত্তুগনে ইবুংঙোগা ইমোগাগগীদিনে মুগা কৈজোম অহনবা অনমম লৈত্তুনা শেৎহল্লে। ঐবুনা নখোয়গী অমনবা শেৎহল্লিবা। অমনবা শেৎপদো ঐদি ইকাইবিদে জগোয় শানীংবনিনা। ঐনা মুংঙাইতবদিনে ঐগী ফিরোল শেম্বীনবা, অচাপোৎ পীজবিনবা পাউদর থাবিনবা ১তা লৈতবদো অত্তুগা চৎপদা ঐবু পম্বীদবা অত্তুতনিদা।

থাবিক—নবোক অকাওবীহুনস্ত ইচাবু পম্বীদবা।

তম্ফা পম্বীদে। মাদিনে ইবুংঙোগা ইমোচাগা মখোয় অনীগীতা হোৎনহুনা লৈ। বাবাগী মমান্নবা ময়াম লাকপদো অহুদনে সিনা ঐখোয় ইবুংঙোগী মচা নীপা অহম্নি, সিনা অতোপ্পনি হায়না তাকুনা মখোয় অনীদা বাবাগী মমান্নবশিংহুনা পৈশা য়াম্না পী অহুগা ঐঙোন্দদি কনাস্ত পীদে। অবোক্না ঐবু বাবাগী মচানি হায়বস্ত তাকখেক্কে। ঐ যাম শাউনীংঙি ইন্দোমচা। ইন্দোমচা শনক্তেনবা শাম্নবা মুনিংতুদা নঙনা লাক্কিবা করিগীনো? নং করিগী লাক্কিনো। য়াম্না অচাপোৎ পুরগা লাকপা য়াত্রা হায়বা। ইন্দোমচা।

থাবিক—ইন্দোমচাগী ইবেম্মা তম্ফা! ইচাগী রাসি তারগা ঐনা হেন্না মু-ঙাইত্রিবশিনে। ঐনা শাউনীংলিবসে নঙগী নপা ইবুংঙো আধানোবাহুং। মচা পোকখোক্লগা ইচানি হায়নীংত্রিবা মহা চণ্ডালদো। মহৈ হৈরবনি অচৌবা অফিসারনি হায়রগা মানা তম্মুরিবা মহৈহুবু করিদা তম্মুরিবনো হায়বা। করিদা ওইরিবা অযসাবনো। মুপীমচা তম্ফা মাবু নপানিকা হায়রুম্মুকো

থম্বাল—নমা নচানা লাউনরিহুবু করিনে কৈদৌরগে?

তম্ফা—নৈস্ত তেংদয়ে ইমা।

থাবিক—ইবেম্মা সে নঙগী ইয়ুনিফৰ্ম ইন্দোমচানা লৈরক্লবনি। নখোয় স্কুলগী ইয়ুনিফৰ্ম মচুবু সি নত্রাও?

তম্ফা—মান্নি। ইন্দোমচা নঙ মচুসি কমহায় খঙলিবা।

থাবিক—হেক্রা খঙবনিদনা।

তম্ফা—সিষ্টারনা ইয়ুনিফৰ্ম শেৎলক্কুবদি নিংথৌকাবা মুনিংতগী স্কুল কারকপা য়াররোই হায়রবনে। ইমাদা লৈবিয়ু মুমিং খুদিংগী হায়বা। ইমানা লৈগেদা হায় অহুগা সুপলৈ লৈদবা।

থাবিক—ইচাইস্তু ঙসি লৈরক্লেদনা। নিংথৌকাবা নংনবা।

.. ... ...

( ৫ )

খম্বাল—নচাদি কদোম থোকখরে ?

থারিক—হৌভিক লৈরকপা মাই মফি মরোল অহনবশিংদো শেৎলগা মযামবশিংদা য়েংহল্লুনি অদুগা মাম্মা তোমচৌদনু য়েংহল্লুনি হায়রদুনা থোক্লাললোমদা থোকখিনে। অঙাং লৈত্রিভৈদা বারী ময়ামদো লৌরোদনা তারসি।

খম্বাল—ইবেম্মা নচাম্বুগীনা নোংঙাল্লমদাই মম্লি মচিবা অদুদা অঙাং মাননে ইমা, ইমা কৌরগা থোঙ থীল্লবদো ঐ পুমঙক ঙকখ্রবনি। ইমা ইচা কোম্লদুনা কপমখৈ কপমীল্লরগা ইমুং চংজে। মানা পুরকপাসে মাগী লাইরিক থাও মচাদুগা কি ময়োম মচা অমগনে।

থারিক—কি ময়োমদুদি করি করি য়োম্মকইবা ?

খম্বাল—ইচেম্মা মাই কি ময়োমদু থোক্লুনা য়েংবদা মানা সিদগী চৎখিবা মুমিংতা শেৎখিবা শালু অঙাংবগী কনেক মচাদো, খরমু শেগায়রে, কি মচেৎ অমা থাদুনা কোৎলি। মানা কোৎচবা ওইরমাম্লে। অদুগা ফুরিৎ মচা ১/২ গা য়াওরম্মী। শামতুগী মোজা অরোনবা মতৎ খুবামুক পাকপা অমগা কাটা ২/৩ গা লং মতৎ মতা খরগা য়াওরম্মী।

থারিক—কি ময়োমদুদা ইচে!

খম্বাল—অং। য়াওশংদা নঙনা লৈবিখিবা ফুরিৎতুগা য়াওরকই। ইচাদি মহোয়্যনা থোনবা কিরোল শেৎনীং চানীংদবোইদনা। মখোয় মপোৎ অমতা য়াওরজে।

থারিক—উম, ইচে অঙাংসি মরীলদি খরা খাগদৌরি।

খম্বাল—ইবেম্মা, নচানা ঐগী নললদা কোম্লগা ইমা, ওরাংদগী ঐ চাক চারক্লি। চাক য়াম্লা লাম্মে চজীকা লৈত্রা চম্লা খিত্তা য়ামগে হায়রকপদা ইচেম কয়াম মুংঙাইখিদে।

থারিক—ইস্। চরাম্ব হেল্লবা ইচাবো।

থম্বাল—ইচেম ভৌফম খঙখিদবনি। মিৎতগী পিদ্দি থাম্বা য়াদেদো তারকইদো। নচানা চেপথ চেপথ য়েংঙকপা ঐনা মা উদনবা হোৎনবদা কয়াদি ৱাথ্রে।

থারিক—নঙ কপ্পা কপ্তবা। ইচাবু চাক শীজত্রবরাও, ইচে নঙস্থ।

থম্বাল—চাক্তি লৈতবা। চেংফুদা য়েংলুবদম্ব চেং খুয়ামুক্তা মরৈরম্বা। তৌনীংঙাইদি লৈত্রবনিনা চেংফুদগী চেং খরদু খোৎলে মতুনা নচাগী চৌবী থোংবিরে। অদই ঙাকুবাক্তা য়েংলুবদম্ব ঙাখা ৪/৫ তমক তাবম্বা। মতুগা আলু অমগা মারোই নাকুপ্পীদো খরা লেপ্পুনে কাংশোই থোংতুনা পীজৈদনা। মদো নচানা কয়াম হাওনা চায়। খল্লু খল্লুরগা ইচেম পেনখিত্রেদা।

থারিক—মমাইন্দুনা ইচাসি য়ায়া থীনা ওৎপী নৈবীরম্বা তায়। নত্রগবু অদা মানবু মফি মবোল যোমতুনা অহাংদা চেল্লকদরাও?

থম্বাল—মুপীতুবুদি ঐ খল্লুবগা শাউবু শাউনীংদেনে? মান খনজরিদো চুম্মীবা।

থারিক—করম্না? করিদা চুম্মীবা?

থম্বাল—মমানা মচাগী খনজবা হৌনশানিনে হৌনশা। মাদি মচামুপা অনীগীতা খনফম থোকপনে। তুরোম্নবগী মচাবু মুংশিফম থোকপ্রাও? ঐনা মাগী মকাদা য়েংলুতুনা পুম্নমকসে থোক্লিবা!

থারিক—কমদৌনা?

থম্বাল—ঐনা লানত্রাও? ঐনা শাউনীংলিবদি মুপীতু নত্তেনে। মুপাদো মুপা চিঙ্কিবদো। মুপাতুনা য়াত্রগবু মুপী মানা লম হেনফম থোক্তে। লৌনম চাউবা মুপাদো হীংচাবদো পুম্নমকসে মানা থোকহল্লি ঙাক্তনি। মহাক হৌজিক খঙগনিদনা।

থারিক—করেনে, হৌজিকপু করি তৌবা তারিবগে? অঙাংসিদি মপাই

মনাক্তা চৎলু হায়বদি য়াম্নরোই। অতুগী মথক্তা ঐখোয়নন্ত মাবু চৎহন্নীংব্রে।

থম্বাল—ইবেম্মা নচা চৎলোই। মখোয়রোমগী বা হেক হৌদোক্লরকপদা নচাননে—ইমা, নঙ ঐবু বাবাহোয়দা চৎলু হায়কম্নুকো হায়বসে হুংশিংমুক কুংনা হায়বা ভাংনি। মহোয়না য়াম্না ৎংগ্রমাল্লেদা। খিত্তি হাকমনবনি অঙাংদবু।

থারিক—অঙাংসিদি মহৈ মশিং তমহনদবদি য়ারোই। মী অমা ওইনবা শেম্বা তাবনি। ইচেনা ফনেক খুনেক খরা লোন, লংচাক খরা চাক অহুনদি মী ওইবা য়ারোই হিংবা ঙম্মোই হায়বা। ইচেদা ওইরবদি ফবা। করিনো শেল খরা থোকপা য়াবা শিনফম অমা পায়ত্রবদি য়াররোই। মতু খন্নসি হাগবনি।

থম্বাল—ঐগী হায়ববু নঙত মঙাইরেদো। ইচিন ইনাও খল্লবা হাংহুনি। মখোয় ইমুংনা নচা অপিশক অমিবু কয়াই মতৌক থীনা ৎংলমগবা খল্লুবদা ইচেম পেনখিত্রেদা।

থারিক—কা হেনবা করি করি ভৌংকই হায়দো ঙম্মোদনা। মখোয়না পংলাক লাকচবা উশিংত্তবদি য়াত্রাদো। মুপীহুত্ত মুপাহুত্ত মশোক লাক চবান থাগে, খুঙ্গোয়নগে হে সত্যা মতু ঙমত্রবদি ঐ থারিক-লৈমা নত্রেদনা।

থম্বাল—ভাইখোদা, তপথখোনে নঙবো। ঐখোয়না লাল্লুত্রগা লোইরে। মখোয়বুদি ঈশ্বরনা মরাইনা দণ্ড পীজনি।

থারিক—হুম শাউনীংঙকপা।

থম্বাল—নচাননে ইমা ইচা হুম ফমুংদা তুমিন্নবদা নোংমা নোংমগী নীংশিং নীংশিং হুম খরা খরা তমথোরকএ। মপাননে ইচাবু পুখিবা মতমদা ঐনা অঙাংসে পুবিখিনু হায়জবনি কণ্ডনা। মানা ঐদি মুপানি পাঙ্গল কল্লি মপানি মপাগী হক য়াম্না লৈ হায়ত্নুনা নমতুনা পুখিবনিদো। ইচানা চৎতি চৎনীংদা মপাবু কিবদগী মপি তৈথোক তৈথোক্নুনা

হীক হীক কপ মমা ঐঙোন্দা হন্না হন্না য়েং য়েংহনা থোকখিবদো। খন্নু খন্নুরগা চাকথ্রেদকো। নহাল মপোক্তা পাপ য়ান্না তৌরকথ্রমান্নে। মচা অমনি হায়হনা নীংখি মুংঙাইনা য়োকপী থাকপীরোইদা লৈরবদি মানা ইচাবু করিগী পুবিথ্রিবনো হায়বা।

থারিক—অহুবুরাও ইচে ঐ খঙভি ঐ মুন্না খঙভি। ইচেগা অঙাংগা লৈমিন্নরবা অহু ওইরবদি মপাদগী ইচেনা অঙাংগী চাকথাক তান্নকনি সিনিনে ইচে নঙবো। মহুগীদমক অঙাং পুরুবনে পুরুবা। মাগী মুপী অহলহুগা মনেম অফাওবীহুগনা ইনশিনবা ওইরমনি। মনেম-হুনসু ইচেবু ভ্রামা য়াওবিনি, জগোয় শাবীনি, ঈশৈ শকপীনি পানজদে ইনৌ ওইনীংদে হায়হুনা মী খুদিংগী হায় হায়বনি।

থম্বাল—ওশেংবদি কুপাসে ঐনা লৈবদা মতিক কয়া চাদবা জাৎনি। মঙোন্দা লৈকবসে রাখল থেনবদগীনি। উম : চুম্মানে নঙনা হায়বা ঐদি খনবু খন্নুদে চাকথাক পীনিংদহুনা অঙাং পুরুবনিদনা। ও, ৫, ঐ ভাব তারে। হুং মপুক্তি পীকথ্রবা মুপা ওইরে।

থারিক—ইচাবু মথোয়না পংওৎ ওৎপা য়ারোই। ইচে পাউ ময়ামদো চিৎথদনা তম্মু ঐনা লমন শোযদনা খুমগনি। অঙাংগী চাকথাক শেৎহুনা লৌগনি। পীদ্রগা মফম থদৎলগা লোইরেদনা। করি থোকই হায় তৌজশারিনো। মবোক অফাওবী, মমৌ হিংচাবী, মপা আথামোয়া অহুমদো ঐ তকথৎকে খঙগনিদা। মকোক মমৈ খঙহল্লোই হায়বা, থারিক ঐগী ইগুন খঙহনগে। ইচে রারীশিংদো ইচাবু ওৎলকপশিংদো শিং শিংনা তম্মু। রাফমহু ঐ মুন্না খঙদবা য়াদে।

থম্বাল—য়েংঙোই নচা তম্ফাদা মপাহুনা কি অহনবা অমতা থোনবা য়াদেযে। নমাইন্দুনা শেৎহনদেয়ে: চাবসিনা মচানীপা অনীহুগী অরেম্বা নত্তনা পীজদেসু হায়নে।

থারিক—ইচাদবু লুখাক পীজবা।

থম্বাল—নচা তক্ষাবুনা মুমিদাংবাইরমদা অরেন অপা চঙীক চদাই থরা পীজরগা মুমিং হেক তাবগা তুম্মো তুম্মো হায়দুনা তুমহল্লি হায়য়ে।

থরিক—অদুদৈ।

থম্বাল—অদুদগীদি নচানা তুমগ্রবা কান্দা মখোয়দি অহাও অহাওবা ঙা চাক খোংহুনা মপা মচা মখোয় মরী চাবোইদনা।

থারিক—মবুকশিংদো লোল্লা অহাওবা চানীংবা মবুকশিংদো পৎতুনা পুমদুনা শিরদি পেনগ্রনিদা সত্যা।

থম্বাল—চারমদাইদা মপাদুনা মুপীমচাদি কদায়দা চৎপ্রে মাবু চাগ্রবরা। মাস্থ কৌবিরক্লোদনা হায়ুজমল্লে।

থারিক—অঃ আধামোরাদুনা।

থম্বাল—মহু হেক তাবদৈ মমা ইবেম্মাদুনা, আ নচামুপী লাংলেন থোইবীহু য়াঙ্গেবদি যোৎপা য়াররিরোইনে। নচাইবেম্মদুদি চাক লাম্মে হাযদুনা ঙসাইনা মবুক পীক থম্না চাপগা গো গো নাখোক্লুনা তুমপ্রে আঃ হৌদোকচরুখো হায়ব্রাও। হে মুপী অঙোনবী! মন্ত্র যন্ত্রসি হৈগ্রবোইরে। তরেংলৈবী কাইদো কল্লা লৈগ্রবোরে। ঐখোয় ইচম চম্না লৈজবসিদি হিংবা বাদৌরিকা হায়দুনা লাউহৎলি হাইনে।

থারিক—মহা ঙৈরিবীহুনা।

থম্বাল—অদুদৈদি মুপীসি মহী ময়ায় হেক চমখিদুনা তুমিন লৈখিবনিদনা।

থারিক—কনেক শেৎপা মুপাদো।

থম্বাল—ঙাংনরিশিংদো নচানা লোল্লা তাজমল্লে। মাদি অঙাংগা ওইরে য়াম্না বানা খাঙদুনা লৈরম্লজাৎনি। অদুনবু মানা অহীংদা হৌগৎতুনা চেল্লকইবনিদা।

থারিক—মবোক অফাওবী লাইনীংবিদুনসু করিমতা হায়জবনিনে। তানা তানা তাশিম্নব্রনিনে।

থারিক—করি হায়রুনি হায়গে মক্না শুমগ্রবা, মহী ময়াই চমগ্রবা, লুদা চঙলবা লিলহাশুগ্রবা মুপীহুনবো। অহুগী মথক্তা ঐবুদি লীলা য়াওবিনী, ঊশৈ শকপীনি ভগোয় শাদীনি ইমৌ ৎইজনীংদে মীগী মমাঙদা ইকাযজৈ মহায়বা। অহুগা মানা হৌজিক তৌরিসিদি মহা ওইরমাল্লে। মুপী পালাগী ঊশৈ হল্লিবনি, তা যাওশংগী হোল্লিনি. খুংফম পাকাগী ঊশৈ ভল্লিবনি হায়হুনা য়ুনগী মথাদা ভহাক লৈপোং নত্তেদা। ঐ লোইনা তারিবনি। অয়ুক হুংথিলদনা পৈশা হুনবী পুথোকপগী শেল্লোই খোঙ্গা চংলিবা।

থারিক—অং কালিমাই মানবীদো কা ডাংশং হেক ডাংনা হেক চারদনা পোংফম মশাং থিহুনা লৈবনিনে।

থম্বাল—নচা মশুকা হয়া য়েংবিবা নত্তেদা হমুবীদো লমগী শাগা চপ মান্নবনি। শক্তি মুগোৎ ইচা হেক চাদনা কেজরিবদি মহানি। ময়াম্না অমুবৈ কেথবী হায়রগা থডনবনে।

থারিক—নত্তনে, অফিসারনি মীনা শকথও মাংখডনরিবা মীশক্তি হায়রগা ইথৈংহুনা তৌরিহুবু করিনো হায়বা। মাবুনি ঐনা শাউনীংলিবসে হু তানেং থারিবা। মানা ইচেবু লৌরমদাইদা ডাংখি শকথিবা ময়ামদো, ইসঃ মচিঙ্গি থীগ্রবা জাংনিদা ইচে। মানা হায়থিবশিং-তুবু হা মুপী অহল থাইনগ্রে। মপাম চংথবা কুইরে। অতোপ্পা মুপা অমদা ময়ুম পানগ্রে মগা ৩/৪ বু শুরম্বা য়ারে।

থম্বাল—হায়রমীনিনে হায়রম্মীবা। বাশকপমক্তদা মপা মপু থুম্বনি।

থারিক—নঙ লৌজ্রবদি থৌরী য়াব্দুনা শিরনি কা হায়হুনা অমাংগী ইনেতোনথোয়দা নক্রনে মানা থা ৫/৬ শ্রু শ হেক নৈহুনা লৈরম্বহুবো।

থম্বাল—হোয়নে। শিদ শিদৌশি ডাইবনিনে।

থারিক—নোংমা মানা ঐতোন্দা নচে থেম্মু য়ানবা থেম্মু হায়হুনা—

( হৈগ্র থৌদোক নীংশিংলগা পুশিল্লকপা )

( ৬ )

নোংলেন—থারিক হায়দু হায়বনি কৈদৌগে ? নচেসি য়ানবা নঙ খরা থেম্মু হায়বনি। হে সত্যা, নঙ হেক হায়রিখৈ য়াগেসে।

থারিক – তামো করি হায়বা ?

নোং—নচে য়ানবা খরা থেম্ম্ হায়বা।

থা—ইচেবু কদায় লৈগে ? ইমানা কৌরুচো হায়ত্তনা ঐ লাকইবে।

নোং—হৌজিক্তা ময়াম ঈশৈ তিন্নরম্বনি। থোকখিবদা ঙাইরিবনি।

থা—থেম্মু হায়রিসিবু ইচেবু অঙাংদু নত্তনা। নীংঙাই তৌরম্ব্রাও তানো।

নোং—তৌদে অদো নঙনা য়ানবা খরা থেম্ম্ হায়বা।

থারিক—ঐখোয় ইচেবু ঈশৈ শকপা ঙম্মরোই হায়ব্রা ? কনাই বার্ত্তোম্নো ? কদাইদনো মফমদি ? কৈদৌঙৈগী শৈকমনো ?

নোং—থারিক ! নঙসিমা মরৈ এবাং ইথাং হেক থাংলদনা। ঐনা অমা নঙনা অমা ওন্না তৈনা অমা হেক্তা খুম্মী।

থারিক—হৈমা ঐদি তামোগী বাহংগী পাউখুম চুম্না চুম্না পীজবত্তনি কৈনো।

নোং—কান্নদেসে মুশিংদু থেঙজিল্লক্লে বা কোইখোকলম্মুসি। ঐসে মুপীবুদি থিরম্মে হায়বা। অদো মুপীদু থাইনব্রবনে। মহাক অতোপ্পা মুপা অমনা লৌখ্রে। মচা ৪/৫ শুরম্বা য়ারে। সত্যা সত্যানা শাখী ইপা ইপু পুম্নমক হেক নোরোক তাগেসে, মুপী লৈত্রে, ঐবু থাজোবা। মুপী থিদম্মী হায়বগী করিদু মুংশা থীনীংঙাই লৈত্রবনিদা।

থারিক— ইহে ঙসাইখোই তামোনা হায়বীরম্নিসিদি ঐখোয় ইচেবু তামোনা লৌগে ঐবু য়ানবা হায়য়ু সিনিনে।

নোং - মান্নে। থারিকলৈমাও মান্নে মান্নে।

থারিক—হা : হা : মত্তুগী থবক্তো ঐঙোব্দা হায়বিয়ু। মনাওমা মচে শেম্বা হৌনদে। অত্তুগা ঐখোয় ইচেদিনে ময়ুম পাল্লোই হায়বনি। ঐ হায়বা ঙম্মোইকো।

নোং— মী অতৈদদি ঐ হায়নীংদে হায়রবা। মী অতৈবুদি থাজদে নঙবুতনে ঐনা থাজরিবা। নঙনা হায়রবদি নচেদো শোয়দনা য়াগনিয়ে। থারিক ঐবু খর মুংশিবিয়ু কৈদৌগে ?

থারিক—তামোননে ঐখোয় ইচেবু য়াম্না পাম্লবদিনে হাকথেংননা তামোনা ইচেদা হেক্তা হায়বিয়ু। তামোবু মুপা নত্রাও ? মীগী বাবু ঐনা কৈদৌনা হায়গদৌরিনো। তামো মুপী পাম্লবদি মুপা থোক-পীয়ুনা কৈনো। চৎলগে। ইমানা চৈরম্মনি থুনা লাকউ হায়হৌই।

নোং—ভাইখোনে! অভাওবীসিদি ( থারিকী মখুৎ তাপ পায়বা )

থারিক—হাইমা কৈনো ? তামোসি জাতামনিনে। মীগী মখুৎ হেক্তা পায়বিসিবো। তৌভমত্রেদা।

নোং—ইবেম্মা থারিক কৈদৌগে নচেসি য়ানবা নঙ খরা থেম্মো হায়মি। শাগনোবা, কো থারিককো।

থারিক—তামো ঐখোয় ইচেসে জগোয় ঈশৈ তৌবিনি কা হায়দুনা পংহন হম্বনকাদি খনবিয়ু। মরীন য়াম্না খাবনিকো মানা য়াত্রবদি ব্রহ্মা লাক্রবসু য়ারোইদৌজাৎনি। তামোগী বা ঐ হায়বা মুকভম হেক ভম্লোই।

নোং—খভদে খভদে সে নঙনা মাবু য়াহনগদবনি। নচেগী ঈশৈদা শেল থাবসু হৌভিক্তি মনাভঙৈগী মতমতু নত্রবনিনা হায়দি খরা নকশিন্নর-বনিনা হাযবা ইকায়রে। সে নচেগী নায়ানবী জম জম লাউবী অমা শাত্রবদি মুংভাইত্রে হায়দুনা মাগুব ময়ায় থোক্লমদাইদা হেক হেক শোনবনি। নহাল খাবম লাকপগী মাগুবতা নচে ঈশৈ শকলুইদনা।

থারিক—শকউই, অদে কৈদৌরগে ?

নোং—নচেনা শকপা শৈফম খুদিং ঐ মতুং ইল্লিদনা, নাহালগী শৈকমহুদা শকপা ঈশৈহুনা খাইদগী হেল্লি হায়বা

থারিক—( করেম্মনা নোক্লগা করিমতা চেকশিন্দনা) তামোদি ঐখোয়'চেগী শৈকম খুদিংদা জজ ওইবিরিজাৎ ওইরে।

নোং—মুমিংতুগী ঈশৈছদা থাবনি ছাগয়ো সে পৈশাসে। মপুঙসে লৌশীং অনীনি। কালা পামজহনা কালা য়োকখংচরিবনে হায়রিয়ো।

থারিক—ভামো অদুম হায়না তৌজ লাকচমু। মুক য়াম্বা পৈশাবু করিগীনো পীরমগনু ঐ লৌবা ঙমলোই।

নোং— অদু অদা থঙদে সে ( নোট মপুর্ণ অনীদু লংশিল্লম্বা )

থারিক—ঙম্মোই ঙম্মোই পুক্রখো। কা হেন্না মায় বনবিগনু। ঐবু উশিংত্রিবা করিনো?

.. ... ...

( ৭ )

থারিক—মমায়দি কোন তোপ্পা কনথ্রবা, থাথ্রবা জাংনি। ওস্থোক্কা মনম কনথ্রে মুপাদো।

থম্বাল—মঙোন্দা লৈরমথ্রবদি ঐ হৌজিক অফাওবা কলাকার অমদি শোয়দনা ওইরমগদবনি। মনাকাম্বু ফংলম্বা য়াবনি। হৌমিল্লবা ইমাল্লবা অয়াম্বদি মনা মথুম সনাগী মেদল কয়া কয়া ফংনথ্রবনি। পুম্মক ম না লোইনা মাঙহনখিবা। মথুং চনবা য়ানবা মানা তৌরম্বা থোক ময়ামদো ঙকথ্রেদা। মথুং চল্লবা মতুংদা মানা করি তৌরকই?

থারিক—করি তৌরিবা ইচে তম্মুনে।

থম্বাল—মানা ঐবু কয়া য়াম্না ওংখি, নৈখি। কৈদৌরুগবনো হায়হনা ঐনা কনাদম্বু তমথোক্কে। নঙোন্দফাও তমদবনি।

থারিক—অদো হায়য়োবা হিংচাবহনা করি তৌরিবা?

থম্বাল—লাল্লুরিবদি ঐনিনে, বাখল থেনবী নচেম ঐনে। মাই বা থাজরুবদৈ ইচেম ওসিগী কৌতমসি ওইরিবনি। ইকাই খঙখিত্রবা, মমায় থাথ্রবা মুপানি। করিনোনে মানা ইথোঙ পায়হনা কপ্পু কপ্পও, চবাবু হেনবও মনম কয়াদি কনথ্রে। ঐসে লাইবক্তি থীথ্রবা

হায়হ্ ওইরে। মংগী তাং পাং, ওইদবা ময়াম থাজকুবদৈ খোকখ্রিবা ঙাক্কি। ইচেম থমকম থঙদে।

থারিক—ইচে ঐ অসুক কূইবসে ইচেদা নোংমতা হংদবনি ইচেনসু তমদবনি। অদো ঙসিদি ঐ য়াম্না থঙনীংঙি য়াম্না হংনীংঙি। হায়মু ইচে, হীংচাবা মমগী তুত মানবহুগী শাজং লৌচং ময়ানদো।

থম্বাল ফরিনো পার্টিনি হায়হুনা মী ময়াম ঠিকাদার, শেঙ্গাও পায়বা শঙ্কু শঙ্কু হেক্কা পুশিল্লকপা অদুগা ঐবু থোং থাকউ, সেবা তৌ, ফৈশে ভাহল্লু হায়বা। য়াত্রগনা মিং মায় হেক থঙদবমথৈ মীমাং পুমাং নাইদনা ফুরিবা অফং অফংবা পোং পায়হুনা থাজিল্লিবা।

থারিক—ইস্।

থম্বাল—ঐস্ত্র থাঙগেদো হাযহুনা থাঙবনি। মনাম্নবা ময়ামহু পুশিলক্লগা মশা লেঙদনা লৈরবদি ফবা মতুম্ত্র নত্তবা ঙিংচা য়াইতম্বা ময়ামহু হোইজিলম্নগা মানা খাই হেক্কা মাঙখিবা।

থারিক—হরে হরে, কৃষ্ণ কৃষ্ণ।

থম্বাল—অদুগা ময়ামহুনা লো লোহুনা রাম্ব রাম্ব লৈনায়দা ভারকাল্দা থেঙনা হনজিল্লকপা।

থারিক—মাই হুপী অহলহুগী ময়ুমদা চংলু'রি ওইবিনিয়ে। হুপীদো যাহু মম্ন য়াম্না হৈ হায়নবনি। তরেং লৈহুনা কৌবা ওইরমনি। অদুগা নঙোন্দা বদনাম পীশিল্লগা থাইনগে সিনিনে মা থল্লিদো। মহা চণ্ডালদো।

থম্বাল—ইবেম্মা, ইচেম্মা ঙসি য়ুমদা হল্লকইবসে, কৈদৌরুগবনো হায়হুনা নঙোনদাফাও লৌদবনি। ঙসিদি ইচেম থবায় মাম্না মুংঙাইতে। নীংশিংলকই থৌদোকশিংদো লীগে ইচেম তাও—

( হোৎথ্র থৌদোক নীংশিংলগা পুশিল্লকপা )

(৮)

নোংলেন—ওক্কবী করিনো নঙনা ভৌরিসিবো। ঐ লৈনা লৈনা অতোপ্পা মুপা পাম্নবনিনে। করিগীনো হায়বা। নঙ ঐবু য়োল্লিবা নত্রাও। নঙনা লৈব্রিবমথৈ ঐ য়ুমসিদা হনজিলক্লরোই খল্লবনে। অদুননে খাই খাই মাঙলিবদো ভাব তাউও।

থম্বাল—করিনো হায়রি রাদুদো। ঐনা নমান্নবা ময়ামদু কৌরুবরাও। নঙনা পুসিলক্কুনা থনমলে। অদুগা ময়ানগী চান থক্কবা শিল্লু হায়রম্মগা হেক্তা মাঙখি। মুপী অহনদুগী মনাক্তা চংলুরি নত্রাও? মাই মনাক্তা খুংঙাইনা লৈযোকলুরগা করিগীনো ঐভোন্দা শাউ-শিন্নবিরিসিবো। ঐভোন্দা মরাল শীবিরমু পামজদে। ঐনে লোইনা খঙবা জাংনি।

নোং—নচিন থীদুনা নঙ ঐগী চিনথক্তা খুমজ লাকচমু চৈ চাদুনা ভোকনি।

থম্বাল—লাল্লিসিবু কনানো নঙলা ঐরাও। মুম্না অমুক্তা খম্বিযো।

নোং—মচিন থীবা শাইনে ওক্কনীসে। ভগোয় শাবীসে। (শেৎ শেৎ থাক্তিনবা)

থম্বাল—অয়ো, অয়োইমা শিরে। ঐবু শল ইরোইরাও? মীনে মী। লুক বানা লৈদৌ শরুক য়ুমদা চংচগ্রগে থিনবিরো। হৌজিকমক ঐবু থিল্লু লাও।

নোংলেন—নঙবু করিগী ঐনা থিনদৌরিবা?

থম্বাল—করিগী থিন্দনি। ইনাগী মখুৎতগী নমথাক ভৌদুনা মুন্দুনা পুরকপা নত্রাও? হৌজিকমক থিল্লু ইমাগী মখুৎতা শিল্লৌ। ঐ য়ুমসিদা লৈরবদি শিকম নাকম খঙলোইদৌরি। অবোক্তা মরোল অমা শৌজিল্লকপনে। ঐ খাঙবা ভমদ্রে। লৈকম চাকম খঙদ্রে। মাল্লজৈদা মনা মচা অনীসে। কৈনবুদি ভোকপা পোকপা হৌনব্রদো। কান্নদেসে হৌজিকমক থিল্লো লাউও। ঐবু থিল্লু লাউও। অবোকী

ঈশৌবু খাঙগদরা নঙগী চৈক্লুবু খাঙগদরা ঐ ঙমদ্রে। ওহোক্লা বাখল থেনগ্রেদকো থম্বাল ঐসে।

মবা—হায় বাগী বা চুম্না ঙাঙনৌনা করিনো। নখোয় অনী খংনবদা ঐগী মীং ঐগী বা পল্লিববো হা। হায় হায় নীপামচা ইমাদিনে নহালনা হায়হুনি মচানীপা পোকপা য়ুম লেপহৌগদবা ইমৌ অহলহু কৌশিল্লু হায়দনা। অহনহুদিনে অহল লমন লাইগুরু মশক খঙইদো জাংকী মচানিনা। লমচং ব্যবহারনা ফজরিবা। ইমাই-পেম্মা মনেম মকুগী সেবা তৌবনা চঙখোল্লিবা হেনগ্রে হেনগ্রে। যেংঙোই নঙগী জগোয শাবীসিদিনে ইমা পামদেকো। লমজা সারা লরাই নীংঙোল অচিনবু য়ুমগী মবেম্মা ওইহনবা তৌনবরাও? নহুনা পাম্মীদো হায়হনা পুশিল্লকপগী ইমা বা ঙাঙদবনি। হৌজিক-ক্তিনে ইমানা হায়বা ইল্লো। ইমৌ অহলহু কৌশিল্লু। আ লীলা য়াংবীসে ইমৌনি হায়বা ইমা ঙম্মোই ইকায়হৈ। করিনোনে নোংমতবু কাংদেনে খংনরিবা, ফুনরিবা। ফত্ত মুংদা থোক্লগনে লৈকায় বাথোক ওইননি। নীপামচা ইমা পামদেকো। ইমাগীদি হাররিবসিনি মচা হায়রা মুপী নে য়ুমলেপ চারা তম্বা য়ারোই। পিবা পোকপা মুপীহু কৌশিল্লু। পু পাং শুদনা য়োক্লকপা পিতং পাঙংপা মগানদি কয়া য়ুগং চাগদগেদো। ঐগী চিম্বক্তা অরং অরংননা খুম্মীনসে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ইস! কিজৈ কিজৈ কিজৈকো ইমা।

থম্বাল—করিনো অবোক্লা হায়বিরিহুবো মনেম অমনা বারক বাতেম্বগী মংংদা চুম্না চুম্না চৈ থাংশিন্নু ঐ কৈশু হায়জরোই। অহুদি নত্তনা পিবন পাবন্দনা লমজা সারা পিদং পাদংগী মচাকা হাযবহুদি হায়বিন্নু। অবোক্কী ইচানুপা অসিদি পু-পাং শুরিব্রাও? থরা থম্বরগা ঙাংবিন্নু। নচানীপা অসিদা ঐনা য়াম্না পামজনা লৈরকপম্নু নত্তে। মানা থোক তৌহুনা অপংবী ইমাবু থাজহল্লগা নমহুনা ফারগা লৌবিরে। মৌ ওইহনবিরে। নচানীপাগী মরালদি ইয়েং

য়েংদনা ঐবু অস্থক তাধী তাওইনা তৌরিসিবু অবোকী নচা মুপীশিংছ্না ঐঙোন্দা তৌরিসিগুম্না তৌরক্লবদি অবোকপু মুংঙাই-গত্রাও? থরম্ব খন্থবিয়্না করিনো ?

মমা—হী : ইমৌদি খুম্বকা য়াম হৈরম্মীনা। হোই অহুবুদি ঈরাং কনবী লীলা য়াওবী অফাওবীনিদনা। হায় নীপামগা ঐগী চিম্থক্রা খুম্নিসি নঙ কৈস্ম হায় ঙমত্রেনে হা:? ও ইচাদি মহী ময়াই চমথ্রবোরে। হে মুপীসে লৈরবদি ইমাদি নঙ মাম্বখোয়দা লৈরুবা তারে। ইমা ইচা লৈমিন্নসি হায়রগা মুপীসে ঙসিমক চৎহনখো খঙলত্রা।

খম্বাল—অবোক্না হুই য়েনগুন তাম্রবম্ব ঐ চৎচখিনি। ঐনা লৈবদা মতীক চাবা ইম্মং নত্তে। শা ঙাগী লমচৎ চৎপা ইমুংসিদা মী ঐগী লৈকম লৈতে। থিনবিত্রবম্ব ঐ ইতোমতা চৎচখিগনি। লমচৎ যক্তবী, মরম ওকপী, লাই গুরু মশক খঙবী লাইনীংবি অবোকপু কনানো? ঐ মুম্না খঙভি তীর্থ চৎলিবনি, গঙ্গা স্নান তৌরুদৌরিনি, হা ক্ষেত্রদনি, বাধাকুণ্ডদনি, হন্দক্তি রামেশ্বর য়ৌরকনি হায়দুনা চহী হেক খুদিংগী মচৎপা।

মনেম—হায় চিম্থিবী, ঐনা লাইফম খুদিংগী, ধাম খুদিংগী, তীর্থ চৎলগা নঙোন্দা চীকপ্রনহৈ অফাওবী তৌঙ্গী।

খম্বাল—লুপ্রাবী অমা ওইবগী মন শেংনা চৎপম্ব নত্তবা মীগী মপুরোইবা হৌ হৌদুনা নপান্দনা লাইগী নমাদা, মমুংদনা ঈরাং, ঈরাং অহল থংদবু।

মনেম—বিষ্ণু বিষ্ণু। ইস কয়াদনোসে।

খম্বাল—মুপী কয়ানো লাক্লুনা পাহোম্বসে। লুপ্রাবী শামু লোইবীনা ঐগী মুপা লাইফমদা চৎপদা চেন্নবিত্রে। কৈদৌঙৈ গ্রহন থাগদগে হংলবসে খুম্বা ঙমদবনি। ঐখোয় মায় থমকম লৈখিদবনে, ক্বিক খুমহুনা খাঙবা নত্রাও ?

মনেম—ইমাইপেম্মা, ইমাইপেম্মা! লোইরে লোইরে, হা গোবিন্দ ইবুংঙো।

খম্বাল—অদুগা অবোক্না ঐঙোন্দা শুক্কবী শুক্কবী হায়দুনা হেক্তা মচৈবা। শুক্কীসিবু অবোক্না ঐরাও, নচাদুপারাও?

মনেম—করিনোনে তৌগদবীসিনা ঙসি তৌরিসিবো। কৈথৌদুঙাইরেনা করিনো?

খম্বাল—ঙসিদি ঐ খৌদৌরি। য়ুমসে মীনা লৈনবা য়ুম নত্তেয়ে। শা ঙানা লৈনবা শারংনে শারং। শারংসে থাদোক্লমদাইগী কৈনীংচিং হৌরকইবা।

মমা—ইবুংঙো নঙগী পুপী অতোপ্পীসে ইমাদি কিগ্রেদা। মানা ঙাঙলিবসিবু কনাবু ঙাঙলিবনো। ইমাবু চৈরিবা উশিংত্রিবা নত্রনে। মসিদা নঙনা তুমিন্না ঙাদুনা লৈথোক্লবাকো। নঙ কদিমতা হায়ত্রেনে কৈ কৈ। ইমাগী চিন্দক্তা অরংননা চিন পেন্না খুমগনিদো হায়দুনা কবোক পোকপগুম খুমলিসিদা নঙ নয়া কাথোকপা ঙমত্রেনেকো। নঙ মৌন ব্রত তৌরবনিনে (মমা কপশিন্নদুনা) হাঃ ইবুংঙো পুকফবাও য়েংবা মুংঙাইবিরিবরাও তৌরিসিবো ননাইদুবীবুদু লৌশিনবিরো। ইচাদুপা পোকচবগী মহৈ চারে। চুমগ্রেদ মচাদুপা পোক্লগা মমৌগী, মুপী পোক্লগা ময়াগী হায়বা অহল লমনগী পাউরৌদো।

নোংলেন—ইমা! কৈকারবা কপ্পও লাউবও তৌরগা। ঙাঙনরি ময়ামসে অমত্তু অমত্তু লোইনা চুম্নেনে। অরানবা অমতা য়াঙনদেয়ে। অদুননি ঐনা তুমিন্না লৈথোক্লিবা।

মমা—হীঃ নঙগী মুপী অতোপ্পীনা ঙাঙলি শক্তি পুন্নমক চুম্মীসিনিনে নঙনা হায়রিবসে। হরে হরে লোইরেদনা লোইরে লোইরে। হা গোবিন্দ ইবুংঙো তৌরিসিবু করি মঙোনোনে। ননাইবু লৌশিনবিরোনে ইবুংঙো (কপ্পা)।

নোংলেন—(নোংলেদা মুপী ফুবগী মখোল) চৎলো চৎপীগ্রো চৎলো।

য়ুমসিদা লৈবিরম্। চৎলো হায়রিসিনিকো নঙক লাক্লুনা ইল্লো হায়ব্রাও? নৈশিন্দুনা করিগী লৈরিবনো। চৎপ্রো চৎলো ওক্কবী। নঙবু ইমানা য়াদে। চৎলো হায়দি কোক চৎপ্রোদনা ওক্কবী। নখুৎ নাম্মাহন্নম্ খুদেকখো হায়ব্রাও?

.. ... ...

( ৯ )

থম্বাল—মুনিতুদগীনি, ইচেম্মা য়ুমসিদা লাকখিবদো। ইবেম্মা ইচেম্মা খুইদগী থরায় শোকপসে মমা মচানা পিবন পাবন্দনা ভাঙবা চৈবা, ঐবু বাভাং খুদিংগী ওক্কবী ওক্কবী হায়বসি ওইরে। মচানা লাক্লে হায়ব। খঙলবমক্কদা ঐচোন্দা হেক্তা মরাল শীক্তিনবা। ইবেম্মা-ইচেম নহোয মমুনতুদা ওঙ্খোক্লা বানা লেপ্লকখরেদা। তঙ্গদবু লায়রবনি। খঙ্দনদুনা অহীং নোংয়াই ইতুদা হুনজিলক্লগা কম্মাং থনবনিনে ওথরবিবা শানি মুনৈক্করগা। অহীং অনৌ নীংথিনা তুমকবা ফংঙক্রবনে অদুবা ময়ামদু শেংবা লোইবদা কবিশুহ্নদা নোং ছান্দুনা কাক খোংক্লবনিনে করিনো?

থারিক - অদুবেন্দু নঙনা শেংলিবা? তুক্কদুরা?

থম্বাল—শেংলিবনি খদাংচেৎ লাক্লুনা মনমদি কয়া নমথীপ্রে। অদুম তৌরবদি মমা অফাওবিদো ভাশিন্নপোৎ নত্তে।

থারিক—অদুম থম য়াব্রাও? করিগী শেংলিবনো?

থম্বাল—উপায়দি লৈত্তে কমদি তৌনি। নমথীবনা অহীং তুম্বা য়াবোইদৌরিবনে অদুনা শেংদোক্কবা য়াদবা। ইমুংদো নোরোকনিনে নোরোক। হৌজিক্তি ইচেম কব্রিম্ থন্দ্রে। ঐনা বাব্রিবা হায়বমক্কবু ইচা উম্ফাগা ঐগা করম হিংগদগে সিওনি। ইবুং ইপুবা লৈবম্ নত্রেদো কনাদবু করি হায়রুনি। মসিমক্কম্ মখোয়না ঐখোয়বু উশিংওবনি ইমা ইচাগী হিংননবগী লম্বীদি নঙনা শিনবিবা

তারেদনা। ঐগীদি নঙ নত্তনা কনা লৈত্রেদো। হৌজিক হৌজিকমকসু নঙনা ফীভম খরদি চারিদো।

থাবিক—ইচে ঐখোযসে মুপীনিনে মুপী। মমা অমনা মচাবু শেন্থা ঙমদে হায়বরা৫? মচা য়োক-থাকপা ঙমদবা মমা লৈবা হৌনদে। ইচে নরীল পাল্লু। হে হে মখোয়না কৰিদা হেল্লদনা। মুমদৌরসি ইচে হৌজিক্তি ইচেসু অঙাং নত্রেদো। লাইরিক লাইশুস্ন নীংথি মুংঙাইনা তমহৌত্রবনিনা সরকারগী তলব চাবা থবক অমা তৌবসু যারবোই। অদুনা পংরা রাদনা যুমদগীসু লাপ্পা চংথোক্লোইদবা শেন্দান লম্বী অমা য়েংলসি। কারবার মচা অমা পায়খৎনবা হোৎনরসি।

থম্বাল—মতু নিনে ইচেম্না নঙগা খল্লসি হায়রিবসে।

থাবিক— সুরাইদা দোকান মচা অমা ফমতুনা অচা-অথক থুন-থাউ য়োনবদি কাম্নগদ্রা?

থম্বাল—কাম্ননি কাম্ননি। কৰি কাম্নদনি হায়গে। নঙনা হৈদোরকপা তাল যাম্না চারে। লমসে ফরক অমা তাবনি। মাংকৈ মনীমক্তী কৈথেল লাপ্পী। অচা অথক্কী দোকান ফল্লবদি য়াম কাম্ননি। য়াংশং মতমদা ঐ পোৎকম হেক হেক ফম্মীদনা।

থাবিক—হোযনে অদুবু খরা খরা কাম্নবরা৫?

থম্বাল - কান্নে। শেলেপ লৈতনুনা মখা তানা ফম্বদি ঙমদবা। শোল্লেপ্ম লৈরবদি।

থাবিক--অদুদি তাতোনচো তানরগা ঐখোয়গী থোঙ্গাল ময়া অরাং থংবা শোরোকা তাইনবসিদা দোকান ফম্নবা শঙ মচা অমা শারসি। শেল পংচংদি চঙহন্দনা।

থম্বাল—পুম্নমক অদো তৌবা য়াইনে। অদুদা শেল য়াংদননি করম্না।

থাবিক—শেলগীবুদি অচঙবমখৈ ঐ পুথোক্লগে।

থম্বাল— নঙদি বদাইদগী?

থারিক—ঐ লুপা লীশীং ১০গী মরূপ অমা য়াওরিয়ে। ঐনা হংগদবদি থা ২ রোম বাংলি। অদুবু ঙাওনরগা হুন্দক্তী থা অসিদা লোগে হায়বা য়ানি। ঐ হায়নগে।

থম্বাল—নচেম লায়বক থীবী, বাখল থেনবী ঐগা পোকমিন্নরুবদৈ নওসু কোক শারেদো।

থারিক—হেরা অদুই বাবুদি কৈসু লৈতেদা। শাগৈ নাতৈ মরী মতা ঙম্না তুমগ্রেদনা। ঐখোয় ইচিন ইনাওত ঙাইরবা নত্রাও। ইচিন ইনাও পাংনদনা কনাগা পাংননি হায়গে। কান্নদেসে। ঙসিমক তাতোমচৌদো উনথোকলুরো। শঙ মচা অমা শানবা হোৎনরসি। মা নত্তনদি ঐখোয়বু মুংশিবিবা কনাদি লৈরি। পৈশাদে ৎরুবা পীরক্লগে।

থম্বাল—ফরেনে। মুমিংসু থেনজিল্লক্লে নঙ হুন্নবা তৌবো। য়ুমদা অঙাংশিংদো মকম মবাং খঙলক্লরোই। চৎনবা তৌরো। মুংঙাই ইনাও লাকপসিদি শিরোই নারোইদবোই হেক নীংঙি।

থারিক—নিংথৌকাবা মুনিৎসিদা মক্লগকি বাকমদু অশেংবা খঙদেক্লরগে। অদুগা য়ুমশাকৈসা মুমিংতা অফিস ছুটি থারগা লাক্কে। মরকসিদা শঙ শাবগী বাদো লোইথোক্লরক্লো। ইচে মুপীমচাদুবু কয় ম থাম্না চৎলমদগে। ইন্দোমচানা চৎলমদাইদা তাক্লমদে হায়নিনে। অঙাংদুবো। ভক্ষা! ... ( কৌবা )

থম্বাল—পংথাপ থাম্না চৎলক্লোই। ঐ কৌরুগে, মাই মফি মরোল অহনবশিংদো শেৎলগা ইন্দোমচানা লৈবিবনি হায়দুনা মমাল্লবশিংদা উংপা চৎগ্রিবনিনে চৎগ্রিবা লৈকায় থুংনবা। আ লাকপু লাক্লেসে ··। কয়াদা কম্না চেক্লকইনো তুররনি তৌগ্নিসে।

ভক্ষা—ইন্দোমচা নঙ উনহৌররোই চৎলম তারে হায়দুনা চেক্লকইবা। নঙ চৎলগেরা? কৈদৌঙৈ অমুক লাকনি?

থারিক—য়ুমশাকৈশা মুমিংতা লাক্কে। ঙসিদি চৎলগে।

তম্পা—ইন্দোমচা নঙ তোয়না তোয়না লাকউকো। অদুগনে অচৌ-
পোংকাদু য়াম্না পুন্নকউকো।

থারিক—লাকনি লাকনি। ছুটি হেক থোকপগা লাকদু ঙাইদনা।

তম্পা—অদুগনে ইন্দোমচা ইমাদনে ঐখোয় থাবা লাকুনা ঐবু কৌরবদি
চৎহনখিদু হায়রম্মো। ঐ মহোত্ম মহুমদা লেন্নীংদেয়ে থগৎবাও।

থারিক—নমাননে নপাগী মমদা লৈকনে হায়না নঙবু তাক্লকদু
ইন্দোমচানা চৎলম্লোই। ইচাবু কবি থোকই হায়দুনা মাগী মহুমদা
লৈহনজক্কনি হায়গে। ইচাইদু ফজবা মুম শাগনি। স্কুল কান্দা
তোংনগা একাগাড়ী মচা ফজবা অমদু লৈখীনি। ইচাই করি
য়াংচরকনি। ইন্দোমচা লৈ রিসিদি।

তম্পা—ইন্দোমচা একাগাড়ীদু থরা থুনা লৈবিয়ো। থোঙনা স্কুল কাবসে
য়ান রাইনে থগত্রা। কো থরা থুনা লৈবিয়োবা।

থারিক—লৈদ্দিকো। ইচাইবু করি লৈদনি হাযগে। অদো ঙসিদি
ইন্দোমচা চৎলগেকো।

তম্পা—হো' চৎলো। ইন্দোমচানা একাগাড়ী লৈবা কাউনিকো ( কলম্না
হায়হৌবা মথস্তা )

( ১০)

তম্পা—ইমা ঙসাই ইন্দোমচা করি করি হায়রম্মী। একাগাড়ী কৈদৌঙৈ
লৈনি হায়রম্মী।

থম্বাল—নঙগী লাইরিক লাইউ তম্বা তম্নবা ইমাবু পোংকম কদু থেল
তাম্নু হায়রম্মে।

তম্পা—পোংকমদি কদায়দা কমদৌইবা ?

থম্বাল—ঐখোয়গীনে অরাং থংবগী থোজাল ময়াসিদা শও মচামা
মন্দোমচানা শাবিমি মহুদা দোকান কদু পোং য়োম্নু হায়রম্মে।
মহুগী ঙসাই ঐনা নঙগী মাম্মা তোমচৌ উনরুবদো।

তম্ফা—মাম্মা তোমচৌনস্থ য়াত্রা হা ইমা।

থম্বাল—অং য়াই। নঙ মাম্মনা মিস্ত্রি অহৈবা অমা নেকপীরগে হুমিৎ ৪/৫ নিদা শঙত্থ শাবা লোইহনগে হায়রকয়ে। নঙনা স্কুল কাশ্রিন্ডেদা ঐনা পোৎ য়োলহৌগদবনে।

তম্ফা—করি করি পোৎ য়োনগনি ইমা?

থম্বাল—শুনবা য়োম্নি। চেং-হবাই, থাউ-থুম, নোরোক হৈরোক, সুধা-সাবোন, শাম্নপোৎ মিথাই, কা মনা, ঙা শুনা য়োনদোনে।

তম্ফা—অদুদি ঐ য়াম চাবা ফংঙনিকো ইমা। কদাইদগী পৈশানা লৈরগা য়োনদৌরিবা।

থম্বাল—নন্দোমচানা মরূপ অমা য়াওরি হায়রয়ে। লুপা লীশীং ১০ কাওগনি মত্থ লোইনা ঐখোয়দা পীরকনি হায়রম্মে। শেলডুনা দোকান শঙস্থ শানি ইমাই লম্লোন শেলস্থ ওইনগদবনে।

তম্ফা—ইমা ইন্দোমচাসে য়াম কৈবো, কো ইমা, মাদি ঐবু লুনা তৌবিকো। অদো ইমা দোকান্দো থুনা ফঙ্গসে। ঐস্থ পোৎ য়োনবা য়াওগেকো। অচাপোৎ মিথাই কবোকাহ্থ ঐ য়োনগে ইমা শাম্নপোৎস্থ। হা .... হা য়াম মুংঙাইনি।

থম্বাল—য়োলহন্নি য়োলহন্নি, ইনা ইগা হেক য়োনমিন্নগা লোইরেদনা ইচাসিদি।

তম্ফা—অদুগনে ইমা নহালদোননে বাবানা ঐবু লৌবা লাক্লবদি ঐ চৎলোইকো ইমা। নঙ ঐবু নপাগা চৎলো হায়রকম্মুকো বাবা লাকপা উরদি ঐদি হেক্তা লোৎতুনা লৈনি।

থম্বাল—কম্নিগী লোৎকদৌরিবা? নঙ নঙ বাবাবু মুংশিদ্রাও?

তম্ফা—মুংশিদে, মীচং মীথায় নাই মাদি।

থম্বাল—নঙবু পোকপীরিবা নপানিনে। বাবা উরগা লোৎপা হৌনদে। লোৎপগী মহৎতা মনাঙদা থোক্লগা নঙগী ননীং থুদমখৈদো শেংনা শেংনা হায়দোকদবনি। মখোয়না মীচং মীথায় নাইবা, পীজ

পীখক্তা, খীনা ভৌবা ময়ামদো লোইনা তমখোক্তদবনি। মরম ময়ামদা নপাদা মুন্না খঙহল্লগা অদুননি ঐনা চৎনীংদে নখোয় মুমদা লৈনীংদে হায়রিসে হায়গদবনি।

তম্ফা—অদুবু দি শাউনীংবা য়ান্না লৈরিদা। নোংমদুনে ইমাহল্লা হায়রিবা নঙদি মুপীনি লৌবুক্তা তাবা থরোই অহাম্বগুম্বনি। নঙদি মীগী মকাদা লোইরং খোংনাং শাবী, জগোয়, লীলা য়াংবী তৌগুবী অক্ষাংবীদুগী মচানি নঙনা ঙা খোংবা অহাংবা চাবা য়াত্রা? হয়েং অঙাং চরা রাম্ববা ক্রিজদা থন্নগা ঙারেন হৌহনগে হায়দুনা ঐগী চাকলুক মনাক্তগী ঙা খোংবা তেঙ্গোংতো চিংখোক্লুনা লৌখিয়ে ইমা। অদুগা ঐবু হবাই খোংবগা ইরোনবগা পীজরিবা

থম্বাল—মদুম ভৌকান্দা নঙ বাবাগা নবোক্তদি লৈত্রা?

তম্ফা--লৈতে মখোয় অনীনক অমতা লৈতে। মহোয় লৈরদি অদুম ভৌদেয়ে। অদুগনে ইমা ইবুংঙোগী মমীং কৌবা য়াদেম্বু হায়। মাদি মুপানি নবুংঙোনি, ইবুংঙো হায়না কৌগদবনি হায়। মিংসিবু কৌননবা খোল্লিবা নত্রনে ইমা।

থম্বাল—চুম্মে চুম্মে, মীং হায়দুনা খোল্লিবসে কৌননবা কৌননবা। অমগা অমগা কৌনবদা খুদোং চানবা খোল্লিবা।

তম্ফা—অদুগা করিগীনো ইমাহল্লা মনিং কৌবা য়াদে হায়রিবা?

থম্বাল—অফিসার অচৌবগী মচা মগুনি হায়দুনা চাউজনীং তৌরিবনিনে।

তম্ফা—অদুগনে ইমা ইমাহল্লা হায়রিবা নঙনা অহলনি নোপুবাদি অঙাংনি মাগা মান্নবা য়াদে হায়দুনা ঐঙোন্দা পাখোল পংসিদা শীবা অদুগা মখোয় অনীদদি নোংমতা পাখোল শিদবা। ইমাহল্লা হায়রিবা নঙদি মুপীনি, মুপামচা মরক্তা টি, ভি, য়েংবা কম্মুন্নু হায়দুনা ঙহাক্তা য়েংবা য়াদবা হেক্তা কৌখোকপা অদুগা কোল ফেংহল্লিবা কপ প্লেট চামহল্লিবা।

থম্বাল—নঙ বাবাদি নঙ তৌরিদু উদবরা?

তম্বা—বাবামা উঠনা অঙাং পিশক অসিদা নঙনা ভৌহল্লিসি করিনো হায়ত্নুনা চৈরে। অত্নদা ইমাহল্লা খুম্নীবা মুপীমচাদি ইমুং মপুংগী থবক মচা মশু থরা তমহনদদি কৈনো। হয়েং মমা পোক্তবীনা য়োক্লনা কৈমতা তঙীদে হায়ত্নুনা কত্তবা শীবিগে হায়রিবরা ফরিনো হায়ত্নুনা য়ায়া শাউবা।

থম্বাল—নপাদি অত্নুদা করিমতা খুমত্রা ?

তম্বা—খুমদে ইমাহল্লা লাউথংলক্লবদি বাবাদি তুমিন হেক্তা লৈখি।

থম্বাল—অং লৈনি মাদি আধামোরানিনা।

তম্বা—ইমা ইবুংঙোনা ঐভোন্দগী চাউবত্নু হেল্লি বাংবল্ল হেল্লি, ঐনা কয়া হনবগে। ঐভোন্দা অঙাংগা মান্নমুদা পংহাবদা হায়। ইবুংঙোদগী চহী ইবুংঙোবু অঙাংলা ইমা !

থম্বাল—খা ও খক্তনিদা হন্নরিবা। চহী চপ মান্নরিপোৎনি। মহোয়না থোকপা পংঙাং ঙাংজরিবা হায়ত্নুনি। খা ওবু হন্নবা কৌবা য়াত্রাও ?

তম্বা—ইমা মুপীমচা ওইরদি টি, ভি য়েংবা য়াদবরা ? মুপীমচাঙমক য়াত্রা ?

থম্বাল—তম্বা নঙসি ওয়োক ওয়োকপা বা ঙাক্তা হংলকইদকো। করি য়াদনি হায়গে। মী পুন্নমক য়েংবা রাইনে য়েংগদবনে পুক্নীং চৌশিং হেনগৎনবা। ইমা ইচাবু মথোয়না চুংশিনহনা তৌরিবনিনে তৌরিবা। ইমানা কারবার চাউনা তৌরগা শেল তানগনিদবা অত্নুগা ইচাইত্নু টি, ভিদো লৈগনি। করি লৈদনি।

তম্বা—লৈসিকো ইমা। ঐদি টি; ভি য়ায়া য়েংনীভি হান্নবা। অত্নুগনে ইমা নঙগী ননাক্তা স্তুম লৈগেকো। বাবাগী মুমদা চংজু হান্নরক্নুকো।

থম্বাল—চায়রোই, ইমাই ইবেম্মা তম্বা। ইমা মুপহান্ন হায়রোইকো। তম্বা, ইমাই ইবেম্মা তম্বাতোম্বী নঙবু ইমানা খাদোকলোইনে। নঙ করিগী বারিবনো। ইমা লৈরিনে। ইমানা ছিংলিসে ইচাই-দমকনিনে ইচাইদমক। ইমান্নু মমা অমনিনে মমা অমা।

থম্বাল—মমা অমনা মচাবু য়োকপা ঙমদবা হৌনবরাও? ইমাদি থলু থম্লুরগা ওম্থোক্লা নীংঙমখিদ্রেদকো। লৌনম চাউবা নপাক্তগী রা থাজরুবদৈ ঙসি ইমা ইচাগী ফীভমসি ওইখিবনিনে। ইমাই ইবেম্মা লাইবক চাউবী তম্ফা। লাঙ্গৈরবী নমা ঐঙোন্দা চঙহনা পোক্লম্বনা ইচাই মরায়বক থৌখিবনিকো। ইমানা নঙবু নপাগী মনাক্তা চৎলু হায়রোইকো ইথাগী ইবেম্মা। ইমা হায়রোই।

তম্ফা—হায়গন্থ ইবা হায়গথুকো।

.. ... ...

( ১১ )

থম্বাল—( চুমিদাং অথেঙবনি। থাবলদি কৈ পুর্নীমাগী অহীং। থম্বাল মাঙোলদা উখোং ঙাহনা কম্লি মী চঙকপা উবদা হৌগৎহনা ) কনানো? অথেঙবসিদা!

নোংলেন—ঐনি।

থম্বাল—ঐ হায়বদি?

নোংলেন—মায়থীরবা নোংলেন। মঙম অমগী নঙগী নপুরোইবা।

থম্বাল—মক্কম অসিদদি কৈদোবা লাকইবা?

নোংলেন—ঙাকপীকম থোক্নবা ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু হায়গে হায়হনা।

থম্বাল—ঙাকপীবা। হা .... হা ... হা ঙাকপীবা। কদায়দগী, কমদোনা থিরুরিবা রাহৈনো? ঙাকপীবা হা ... হা ··· হা।

নোংলেন—নঙ অমুক ঐবু ইকায়বা পীরগন্থ থম্বাল। ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ুনে কৈদোগে? থোইথা লিনথা থারগন্থ হায়বা। ঐবু ঙাকপীয়ু হায়জগে হায়হনা চুমিৎ থুজিংগী ঐ লাকপনি নঙগীসিদা। চঙবা ঙমদহনা হেক হেক হল্লি। ঙসিদি ইকায় ইফি পুম্নমক হুন্দোক্লগা নঙগী নকমদা চঙজরক্লবনি। ঐবু অমুক্তদি ঙাকপীয়ুনে থম্বাল।

থম্বাল—থারমচৎনা নরমচৎ ওইবা নঙনবু ইকায়বা থঙব্রাও? কায়দে

মী পোং কনা তাত্রিঠেংসিদা থুনমক মকম অসিদগী থোকখনো মত্রবদি অকবা ওইরোই। থায়নগী অপংবী থাজগনবী থম্বাল নত্রে ঐ হৌজিক। হৌজিক্তিনে ঐ মোংশা অমোম ওল্লবনি। নথবায়দো মাঙনীংত্রবদি য়াম্না থুনমক হনগ্রো।

নোংলেন—থম্বাল শাউখিদ্রনে কৈদৌগে। ঐ লাল্লে হায়জরেদনা। চঙজরক্লবা মী অমবু …।

থম্বাল—বা মথা তাগন্থ্। লৈরাং থম্বালঙাংবীনা পুম্নুন চন্থ্ শারকপা, কালাকার থম্বালঙাংবীগী লৈনম্না মণিপুর সনালৈবাক শীন থুংলকপা মতমদা, থম্বাল লৈখোক্তা থেক্লুনা লৈণা চোইনা শেগায়রগা লৈমায়থক্তা খোঙপাক্লা নেংথায়হ্নুনা মাঙনবিগ্রগা ঙসিগী মুমিংতা অহীং অথেঙবসিদা উফুল ওনগ্রবা থম্বালগী লৈনা খিগনি হায়হ্নুনা লাক্লিবা নঙবু কনানো? হিংচা য়াইতম্বগী শক্তম লৌহ্নুনা, অফং অফংবা খুংলাই পায়হ্নুনা ফুহ্নুনা চৈহ্নুনা, শল ইরোইগুম ওাথী তাওইনা তৌখিবা, খোঙপাক্লা কাও কাওহ্নুনা মায়-মিং ঋড়দবমথে থাজিনবা, ওক্লবী লীলা য়াওবী, জগোয় শাবী, ঊশৈ শকপী হায়হ্নুনা লাউ খোংখিবা ময়ামদো লোইনা কাউথোকত্রবরা? নীংশিংবা থোক্ত্রবরা?

নোংলেন—থম্বাল।

থম্বাল—হায়খিবদাই, নঙনা পামজবা শিনফম থাদোকহনগে হায়বগীদমক্তা নঙবু লৌবনি হুংশিহ্নুনা নত্রগা পামহ্নুনা লৌবা নত্তে হায়না। নখোয় মণিপুরগী কালাকার মুপীশিংদা পারা অমা তম্বীগে হায়হ্নুনা নঙবু লৌবনি তত্তনা হায়খিবদাই কাওশিন্নরিবা নত্রাও?

নোংলেন—থম্বাল ওকলে ওকলে তোকও।

থম্বাল—করিগী ওকলিবা। ঐদি ওক্তি। করিনো তৌবিররিসিবো, থাংমুথক্তা কেমহ্নুনা তাহ্নুনা লৈরবা থম্বালগী পুক্নীদা করি মিহৌনীংঙাই লৈহ্নুনা অমুক লাকপীরিবা? কেমহ্নুনা লৈরবা পুক্নীসে

উৎ ওলহনবিগে অসি নত্রা নঙগী লাইনীং, নঙগী অপাম্বা। নত্রগা থাংমুথক্তা লৈমন চন্দুনা মাঙপ্রবী থম্বালগী মরু লৈহৌরি হায়ত্না অঘেঙবা অহীং অমম্বসিদা থম্বালগী মরু ফুক্নে, থম্বৌ ভানগে লাকপীবয়া? কাম্নদে থুনা হনপ্রো। য়াম্না থুনমক।

নোংলেন—থম্বাল! থম্বাল নঙ ঐবু ভাকপীয়রোইদরা? ঐ লাম্লে হায়জরেদনা। ঐবু অত্তুক্তদি ভাকপীম্বনে থম্বাল!

থম্বাল—ওসিগী থম্বালদি মতম অমগী ভাকপীহৈবী, থাজগনবী থম্বালত্থ ওইত্রে। অতুগীম্ব মথক্তনে লৌনম রাহৈনা লমং থাকপদম্ব ওসিগী থম্বাল-দি অমুক হন্না থুবরোই, অমুক যাবা য়াররোই। কাম্নররোই, হনপ্রো। মথমসে মহৈশাগী তাং ভৌথমত্থ নত্রে। শা ভাগী চঙফমম্ব লৈতে।

নোংলেন—থম্বাল নঙগী ভাকপীহৈবগী গুণনা ঐবু অমুক্তদি ভাকপীম্বু কৈদৌবগে। মুপী অহলত্থুং লৈখিদরে, ইমাম্বু লৈখিদরে। ঐনা ওক্তবদগী ইনাগী সেবাম্ব মপুং ফানা ফংহৌত্রে। ইমানা শিরমদাইদা। ইমৌ অভোম্বী থম্বালদো কৌশিনবিরু ঐদি মাগী মফমদা য়াম্না লানপ্রে। ইমৌদো লানজবনি হায়না যাম্না ভোয়না হায়রম্মী। নঙ থাজৌ থম্বাল।

থম্বাল—শিপ্রবী ইমানা অত্থ হায়রম্মী হায়রগা, ঐমা মহৈশাগুম হেক্তা থাজরনিসিনিনে। ইমা শিপ্রে, মুপীম্ব শিপ্রে নঙবু ওৎপীনবা লৈত্রে, হনজিনরসি সি নত্রাও নঙনা হায়রিসিবো। নঙগী কাং খোং চাইরবা ইমুংদো পানবা ওম্নবা ঐবু লোইশিন থমজিল্লো হায়বদি ফজদে হায়ত্না ভাকপীম্বুকো হায়জিন্নরিবনিনে। খঙভে খঙভে নঙগী য়োংভাৎতো ভৌবিরম্থ হল্লো। নঙগী য়ুমত্থদা লৈখিত্রবী ইমা ইবেম্মা অত্থনা ঐবু য়াম্না লৈহন্নীংদবনি। মাগী আম্বানা য়ারোই পীতৎ পাতৎপী লমলক্কী শাগুম্বী ঐনা লৈবা য়ারোইহি। ওক্তবী জগোয় শাবী, ঊশৈ ভৌবী, লীলা য়াওবী ঐনা নঙগী য়ুমদা লৌরবদি মঙগী ইমা ইবেম্মগী আম্বানা পেল্লোই

মাগী ভুত লাকুনা ওৎলবদো ঐ খাঙবা ঙমজররোই। চুম্মে ঐবুদি লীলা য়াওবী ওক্তবীনে। ইমা অছুদি লাইনীংবী ধর্ম্ম লৈবীনি চহী হেক খুদিংগী বৃন্দাবন চৎলিদনা মীগী মপুরোইবা হৌ হৌত্নুনা। মুপাশিংছুগী মুপী লাকুনা পাহোম্মবদো নীংশিংবিয়ু। মরম ওকপী লাইনীংবী অছুগী মচানবু শোয়বা হৌনবরাও? রাকম খোকপ্রাও অবোক্না হিংলিহৈদা কৌবিররবদি চিংনবা লৈরোইদবা। ঐ নীংশিং নীংশিংলুরগা য়াম্না শাউনীংলকদৌরি। লেম্মীররমু চৎপীগ্রো চৎলো। খুপীনি কা হায়ত্নুনা উশিংত্রিবরাও? মুপী ওইরবমু হৌজিক্তিনে নঙবু মূবা ঙম্বগী পাঙ্গলদো চপ চানা ঐঙোন্দা লৈরে। মতম অমদদি নঙনা ঐবু শল ইরোই ফুবগুম ফুরম্মীদনা। ঐগী খুৎ নামা জগোয় শাবা য়াত্রিসে নঙনা খুদেকপা নত্রাও? পুন্সিসিমগী ঐবু শোইনাইহল্লিবসে নঙনা নত্রাও? অছুগা হৌজিকপু অমুক নঙবু ঐনা ঙাকপীবা।

নোংলেন—খম্বাল ওকলে, ওকলে তোকও। ঙাকপীবা ঙম্মরোই হায়ত্নুনা নঙনা ঐবু ঙাকপীত্রবমু ইচামুপী তম্ফাগী মশক্তদি অমুক্তং য়েংক্তখিগেদনা।

খম্বাল—হা হা হা ইচাগী মশক? করিত্তৌবা কনাগী মশক য়েংখিগে হায়বা।

নোংলেন—ইচামুপী তম্ফাগী মশক।

খম্বাল—হা হা ঐগী ইচামুপী তম্ফা নঙগী নচানি হায়নীংলক্লবনিনে। ঐগী ইচাগী মশক য়েংবা মুপয়া য়ারোই। ওক্তবীগী মচামুপীবু করিগী য়েংবিনীংশিবনো। ইচানা য়াদে। নিংথৌগী মচাগুম য়োক্লবা মরু চঙবা পিবা অনীছু কোন্দুনা লৈবিরুচো। পম্বিরমু। ঐগী ইচামুপীদি থরোই অহাম্বনে। লৌবুক্তা তাবা থরোই অহাম্বা ··· হা ··· হা ··· হা (ঙাওনা কৈনা খম্বাল নোকপা)
(খম্বাল ইমুং চঙখি। খোঙ লোনশিনখি)

নোংলেন—( য়াম্না নীংঙমদনা ) থম্বাল! থম্বাল।

( মন্থুংদগী )

ভম্ফা—ইমা ঐবু বাবাগী তুং ইন্দুনা অমুক চংলো হায়মুকো। ইমা ঐ চংলোইকো। ইমা ঐবু অমুক চংলু হায়মুকো।

থম্বাল—ইমাগী ইবেম্মা ভম্ফাতোম্বী। ( থম্বালনা হীক হীক কপ্পুনা কোনশনবা )

---

# তাদা দোলাই পাবা

( মলয়া মাঙ্গোল মচি য়নদা ফি ফোংলি। ঈশৈ ছংলহুনা। ঈশৈ—গোংলম্মু কোকিল…। মৌ নহা মচা অনী চঙকই )।

তখেলৈ—ইচে! চীক্না হুকচীক লাংবিবম্মেদা। ঈশৈও নোংমাইও।

মলয়া—হাইমা! নচিন ননাও হৌনহুনা। লাকথোক্লুনা। করি থবক্কীনো? লৈপাকলৈ ফোংলিহুবু করিনো?

মলয়া—নচাশিংগী কুরিৎ থোংগ্রাওনি। ইচেম্না অহনবা ঙাক্ত লৈ থোনবদি ভমদবনিংগা। থর ফো' থোংহুনা হোৎনরিবনিদা ইবেম্মা।

তখেলৈ—হৌজিক্কী ঈশৈহুবু মুংশিখ্রেনে। বাসক শকপী অযাওবীশিংদৈ হেল্লে ইচেনা খোলৈ থোনখোক মুংশিবা।

মলয়া—ইমাইপেম্মা করিনোদা হায়নরম্মিবনে হায়নরম্মিবা। মলয়াগী নামিবী লিরি শিংপী শৈহেক হায়হুনা। য়ুম হেক পাল্লকপদগী নবুংসিনা থবরদার মাগুবতা ঈশৈ শকপা য়ারোই। নাহারোল শেম্মা উৎশিৎতে হায়হুনা থিংখিবা মাগুবতা শকপা ফংব্রবনিনা মাঙ্গোল ঙানবী ওইহুনা লৈরিসিনে। চাকইপোনিদা।

লৈপা—ফিসিন্নু ফজনা ফোংগ্রেনে। য়েংঙ্গুনে তখেলৈ শেগায়বা মকমসে লৈরোং ওইনা শাংলিসে।

মলয়া ইনাও অনীনা লাকলিসিবু করি রা তানসি হায়গে ?

তখেলৈ—নোংমা ইচিন ইনাও ঐখোয় অদুম্মা পুত্রি-অচৌ মপান্দা ফিশুবদা ভাঙনখি রাফমদো অদুগীনে।

লৈপা—মতুগী কারবারদু হৌরসি ভরাং নহাল পঞ্চমী ওইগ্রে। য়াওশং লাক্লনি।

মলয়া—ইচেম্মা হেন্না হৌনীংলবনে। রারেনে ইবেম্মা নচাশিং অসিনদি শেংকে চাগে থকে হায়ভিল্লকইদো। মপা মখোং হুক্রবসিনা মরোল'মা চোইবোল পারোল লোন্দুনা হল্লক্লগা চাক চারগেদা মহায়রৈ। কদায়দগী করিনা খোংগদৌরিনো খনবিপোৎ নত্তে। মুপা হায় জাৎসে ভমগ্রে।

তখেলৈ—ঐখোয় রানর ভাকনে। য়ুম পালমত্রদবু কদাই রাগদগে। মানদি মুমিং খুদিংগী ফুরিৎ খোংগ্রাও হোং হোং শেংতুনা লাকইদো। অদুদা ইনাক খুনবা মহৈ মশিং হৈবা ওইরবোই থল্লুবা অদুগদি রাইতুনা শেংল্লকপা ওইরম্মে। নংবনা নঙ্গল পায়রম্মে।

লৈপা—অদুম্মা উৎ চাইতুনা ঐখোয়বু নমথাক তৌতুনা লৌবিরিবা। থল্লুরগা চাকইদা থরায়সে। কর করবা পাথং য়ামগ্রপোৎনি। ঐগী নীপাসিনা হেনবা হায়মক্তবু ইকায় খুভদবা মায কনবা। ঐভোন্দা মানা হায়রিবা ওভরসিয়ারনি। এ, ই, কারনি কুইত্রে।

মলয়া—অদুই রাবুদি ঐনা ভসাই ঈশৈ ভংলম্বা ভাবদা খোন মুংশি হায়দনা ঐ খুবাক ঈশৈ তৌরম্মে। নানিবী মলয়া হায়তুনা থেক থেক্কা কাওরম্মীবনে। ঐনা ঈশৈ শকনি হায়রদি মাওব পারিবনি। মানা শেল থাবদি করি হায়রুনি মী পুম্নমক্তগী দিশুণ। ইনাক খুল্লমগদবোই হেক নীংলুরে। কংলেঙ্গা লৈবা নীপানি হায়তুনা চেল্লকইবনে ইমা ইপানা থাজরকপস্থু নত্তেনে। অদুগদি লোরী

ইংখোলকাও লৈরমদ্রে। ফরে মসিগী গ্রাসি ভোক্লসি। খোইদৌ লংখৎনবনি। ঐখোয়গী কারবারবু কৈদৌঙৈদগী হৌরসিগে?

তখেলৈ – ইয়েংদগী হেক্তা হৌরসিনে। থুমলবরাও?

মলয়া—ফৈনে। ঐখোয় অহুম পুন্না পুন্না চৎমিন্নসিকো। অপুনবনা কান্নরকপস্তু লৈ।

লৈপা—হৌনদবী। লমলোং অহুম কাংবগী খোংনাংখোংদা অয়ুকী পুং ৮ হেক তাবদা উনরসি। করি হায়গে ইচে?

তখেলৈ— কি রোলকাদি কমদোৗবা মোৎনা অনংবা শাদনা চৎকদরা? নত্রগা লুনা চৎকদরা? করম্বা ফীভমদা চৎসিগে?

মলয়া— ইরু নায়থক্করগা, চন্দোল চবা ইরং হেক লংনা থিল্লগা, কি চমলপা গোবিন্দ খুরুম্বা চৎপস্তু মান্না অশি অনা হংবা চৎপস্তু মান্না চৎলগা লোইরেদনা ইবেম্মা করি হায়গে?

তখে-লৈপা—ফরে অহুনকনি ঐখোয়না পামলিস্তু। ঐখোয় যৌরে ইচে।

( ২ )

( মী লিলবগী মখোল। মরু ওইনা মুপীগী খোল্লেল। কৌনবা লাউবা। গাডী চৎথোক চৎশিনগী হোরোল খোংবগী মখোল। মরক্তা দারোগানা লাউবা। )

দোলাইপাবা—হাই মুপী নখোয়সে ননা কনগ্রেদকো। ঙসিদি থাউ পীররোইয়ে। চৎলো হনগ্রো নয়ুম নয়ুমদা। পরেংদো লেংলমু হায়বা। ঐখোয়স্তু খরা ঙম্না হনখিগে। চৎলোনে নয়ুমদা চাক ঈশিং থোংলুনবা হোরেন ফুবিদুনা শা ঙা শানগনিকো।

তখেলৈ—করিনোনে তাদন' তাকপীরিদুবো। চাক ঈশিং থোংনবা মচাক লৈরদবু করিগী সিদা লেপকদৌরিনো?

দোলা— ( টিন অহাঙবদা লিচৈনা য়ৈবগী মখোল ) সে সি কনাইনো। অহনবা ঙাক্তা য়াম পুরকএদা। ১-২ দং লৌহৌরগা চাকশঙগী অহোবদু ফোংলদি।

তখেলৈ—থানাগী লৌজনাসি অঙকপনিকো। ও তাদ ইবুংঙো মীগী
রাইরকপনে রাইরকপা।

দোলা—চৎলোনে ইবেম্মা নখোয়বো। ঙসিদি থাউ পীররোইনে।

তখেলৈ—অওইবরনে তাদা।

দোলা—অওইবনে। চৎলো চৎলো।

মলয়া—অদুদি ঙসি চরা হেনবা তারবা?

দোলা—কদাইদগী শোনো অঙাওবীনো থাউ ফংলরোই হায়রগা চরা
হেনবা তারে হায়রিসিবো। থাউ থক্কে হায়রিবরাও?

তখেলৈ—হো চানীংঙাই লৈহৌদেয়ে। অদুগীদমকনে সিদা লেপ্পরিসে।

দোলা—নপুরোইবদি?

তখেলৈ—তাদগুম্বা ওইরম্লদি করিগী সিদা লেপকদৌরিনো? তাদ
দোলাই পাবসি ভাব য়ান ঙাদেবো।

মলয়া—ইবুংঙো ঙসিসি অওইবমক্কা থাউ পীররোইদবা? (মমিৎতগী
পি তৈপোকপা স্নুং স্নুং কপ্পগী মখেল) মুপামচা অতোম্বদো
চরাম্বু রানখিদে হল্লক্লগা চাকলাম্মে চাক চারগে হায়না বপ্পনি।
কমদৌনিসিদি।

দোলা—(লেংলম্বা মুপী ময়াম তকথোকপা) চৎলো চৎলো থাউ
পীররোই হায়রিসে অচুম্বনে। (ঈঙ্গিৎ অমা তৌদুনা তখেলৈবু
কৌথোকপা) য়েংঙো ইবেম্মা ঙসিসে থাউ য়েনদি য়েনগনি।
অদুবু থাউ ক্রম ২/৩ দগী হেন্নদি পীররোই। অসামগী ছাত্রশিংনা
মীরৈবাকমচা তানবগী অন্দোলন তৌরি। চয়োল অমা গাডী
চেল্লোই বন্দ তৌরি হায়নে। অদুনা হৌজিক স্নুরাইদা লৈরমু
কদায়দনো অমা নাথৈদুনা লৈরুরো। আদগী কৌবুলিয়া মখোঙসিদরা
খোঙনাংখোংসিদরা লৈরুখো। অদুগা পূং ৯ কা তাবৈ অদুরাইদা
ইবুংগী শক হেক উবগা খোরকউ। পরেং মকোক্কা হেক লেপহৌ।
মীঙোন্দদি হায়দোকলুমুকো ফংজহৌরোই।

তখেলৈ—অওইবনিকো তাদা ! মুংতাইজরেদা ! (চৎখিবা খোংনাং অচৌবগী মরুমদা মখোয় অহুম কমলুবা দোলাই পাবগী পাউহ্নু তম্না তম্না ।)

মলয়া—ইবেম্মা লৈপাকলৈ ! পুং ৩ তাগদম্ খর হাংলমখিবা য়ারি। বিড়ি অমা মৈ চাকলকউ ওহাক পোৎথাসি।

লৈপা—সে ইচে। (বীড়ী ১ চমহুনা পীবা)

মলয়া—তখেলৈ। নঙ তাদ দোলাই পা'না হায়রকপন্থ খোয়রয়োইকো।

তখেলৈ—ইচে য়াম ভাব ভানা হায়রম্মীবো। চুম্মী চুমদে ময়েংওসি ওহাক ওাইরগ।। হাইমা তাদসে লাকপু লাক্লেনে। মা হেক উবগা খোরকউ লেপ্লো হায়বনে।

লৈপা—চৎসি চৎলো। সে তখেলৈ নঙ পীপা অচৌবস্মিমগা মচাসিগা পায়রো। ঐনা টিন ২ সি পায়রগে। সিনা ইচেনা পায়বিরো।

মলয়া—কদায় কদায় !

(মখোয় ৩ মরী মরী চৎখিহ্নুনা খাউ লৌফমদা পরেংদা লেপখরে।)

মলয়া—হাইমা লৈপাকলৈ, তখেলৈ। সিনেমা হোলসি মী চঙনপ্রেনে। ঐখোযনা লৌরুবা টিকেট ময়ামসিদি কমদৌবা ?

তখেলৈ—ইচে মতম নানথোকপ্রবদি নহালদৌনা টিকেট মাঙলনি কমদৌসিগে ?

মলয়া—অদুদি বুদ্ধি অমা ভৌরসি। তখেলৈনা খাউসিসিদা লৈপহৌরসমু। ঐখোয় অনীনা টিকেটসি পুরগা হোলদা চৎলসি।

লৈপা—ইবেম্মা তখেলৈ নঙনা খরা অঙাংনিনা সিদা লৈহৌরো। সিনেমা হোলগী কারবারসিনা ইচেগা ঐগা চৎলগে। নঙগী বুদ্ধি অরৈবী পুথোকক্লুনা ওন্নবা হোৎনহৌরো।

তখেলৈ—ইচে অনীনা টিকেটতুদা লোইশিনবিরকউ। সোমগীসিমদি ঐনা খোকপা ভৌহৌরগে।

মলয়া—ইবেম্মা নঙোন্দা বেলকোনীগী টিকেটতু য়াওয়েকো।

লৈপা—য়াওরে ইচেদনা প্রেসিংগী য়াওরবনিকো।

( সিনেমা হোল মমাঙ। মীনিক মীখোল লাঙবা। মরক্তা কার ফুটর. হোকোন খোংবগী মলোম। পাখং ১ না ফুটরকা লৈশাবী ১ পুরক্লগা খংলেপ লেপ্লবা। হোলদা শো হৈরমদাই কেন থিংলকপা )

মলয়া—ইবুংঙোখোয়বু সিনেমা য়েংবিদৌরি নত্রাও? হাউস ফুল ওইখরে। টিকেটপুদি ইতৈমদা ত্রেশিং অমীখক্তং লৈরিয়ে। ( পাখংচগা লৈশাবীচুগা টিকেট ২চু লৌরগা চঙখিবা ) লৈপাকলৈ ঙসিদি যাত্রা কবমারে। টিকেটচু ঙমা শিংখরে। নঙনা পায়বচুসু লোইনা শিংগ্রবা নত্রাও? অচোইবা লৈতে হায়বদগী হন্দোকদবা পৈশাসু হন্দোকখিত্রে। মখোয়নসু কলেজা তৌখোক্লমলে।

লৈপা—ঐনা পায়বা টিকেটচি ঙসাইনা লোইগ্রবনে। ইচেবু ঙাইবনে।

মলয়া—অচুদি ইচিন ইনাও চৎলসি তখেলৈচু কমদৌরিগে য়েংলুরসি।

( ৩ )

মলয়া—তখেলৈ কমদৌরে?

তখেলৈ—ইচে ঙসিদি যাত্রা ফবারে। ঐগী তুংদা হেক থংননা লেপ্পা মুপীচুমদি কপ্পনা হনত্রে। ঐখোয় অচুমগীচু পীবা হেক লোইবগা থাউ লোইরে হায়চুনা খোঙ অচুম লোনত্রে। পীপাগা টিনগা ঙ তো ইতোমতা হোনবা ঙমদচুনা চিংবোই থাংবোই তৌ লৈরিঙৈদা তাদা দোলাই পাবদো অচুননে খোংনাংখোংকাও থাংবা য়াওবিরমে। অচুগা মাদি অচুম চৎখরে।

লৈপা—নঙগী নবুংচু থানা ওইরসু কৈনে। পুকচেল চাউই হায়বা। বিড়ি মচৈ ১-কাও ল্যানখিত্রাও?

তখেলৈ—কদায় লালুনি। বিড়িদি ইচেখোয়দা লোইনা য়াওগ্রগা। ঙসিদি ইচে মুপী মমাগ্না ঐবু মাম্রে চৈরমে। মুহোরনা হায়রিবা হাই মৌনহামচা তৌবগী মৌনাও নতোমক্তা লাক্লগা টিন ২৫

মুক পুরন্নগা থাউ য়াররিসিবু করিনো ? চৈরম্বনা মহানি। ঐনা ইচে অনীগা লাকচবনি মথোয়দো মথোক হামনীংলে হায়দ্রনা ভুরেলদা চৎখিবনি হায়দ্রনা খুদোনবী হেক্তা থিনজিনবনিদনা। অত্নদইনে ইচে মুগমুখী বস ১ য়োংনাংথোং মপাস্লিদা থাম্লে হেন্দমেন অত্নরা গাড়ীদগী কল চোংথরম্নগা মাখী পীপাদা থাউদো থাজংলগা হেক্তা হৈজিল্লগা পৈশা কয়ানো হংগুকপম্মী য়ানীসে। নোকনীংবননে মুপাদো হমুরে। ঐথোয় পাজিহোয় লেজা ওইরমনি অত্নগা ঐতোন্দা ইতৈনা কা হায়রিবা নোক্নীংবনা। পোং শিংগ্র লোইরে হায়দ্রনা শাউবিদবা। অত্নদৈ মথং মথং গাড়ীদগী ১/২ পীপা পায়দ্রনা কুমথরন্নগা থাউদো লোইনা কৈরবনে। পেসেনজর ময়ামদ্রনা মরোলমা কারকও কারকও গাড়ী থোরো থেংগ্রনি হায়দ্রনা লাউশল্লকপদা অচোইবগা অমতা হনখিগ্রে। খুংতমু পৈশা অমতা য়াওদেদো। পীরম্বমু মপুম ওাক্তা।

লৈপা - ইচে। ঐনা হায়ব্রাও। তথেলৈশু মানা থোকপামা তৌজরমনি হায়দ্রনা।

মলয়া—নহাল নোংমা নোং য়াম্না চুবা মুমিংতা টিকেট শিংতদ্রনা মাওবা পৈশা ময়ামদো ওসি লোইনা হনজিল্লেদনা।

লৈপা - ওসাইগী মোটোর তোংব্রদো লৈশাবীদ্রনা সি থোকনি হায়দ্রনা ওসাইনা ওম্না চৎসি হাই য়াদদ্রনা তৌরি নত্রাও হায়দ্রনা শাউ-জিন্নকপা অত্নদা পাথংদ্রনা পৈশা হন্দোকলমু ইতৈমা কা চাজবো হায়রম্মে। পৈশাদো ২০ চৎপীনে। টিকেটতি ২ তা লৌখিবা

তথেলৈ—লৈশাবী মমাওদা পাথংনা কলেজা তৌবা। ঐথোয়না শেন্দোং য়াম্না কংবা সিঙাইদনা।

মলয়া—হৌজিক ঐথোয় কমদোবা ?-

তথেলৈ - য়োনগদবা পোং কৈন্ত্রবনিনা লমকেলদা ডিসিগী ওফিসতা চংলসি চিনিগী পার্মিটতু লৌথোকলুবসি। ওসিদি থুলামথাম

করবনিমা শেন্দোংস্থ য়ায়া কংলে। হোরেন হল্লকপদা খ্বাইরম্বন্দগী ঙা লৈরগা হাওনা ঙা চরা অমমম চাথোকপা হায়রুনি। শিদৌ থরাইনি হায়বা। হা ইচে করি হায়গে?

মলয়া—ইনাওনা হায়রিসিনা কবা তারে। ঙা চাদবস্থ কুইরে। চাবন্দরুনা লৈসে থু হৌরবনিনে ইবেম্মা।

লৈপা—করে অহুদি থিল্লমুসি। চিনিগী পরেংদা অমুক লেম্ম্রসি।

(৪)

(খ্বাইরমবন্দ কৈথেল। মী নিলবগী মখোল। মখোয় অহুম ঙায়োনকমদগী থোরকপা। ঙসাইগী দোলাই পাবস্থ লেপ্পুনা লৈরম্বা অহুমহুগা থেংনবা।)

তথেলৈ—হাইমা! ভাদা সিদমুক।

দোলা—ঐগীদি ইবেম্মা সি ঙাক্কনি। টাউন পুবনিনা কৈথেলদগুক ডিউটি তারবা।

মলয়া—ইবুংঙো! ইবুংঙো থেংনবা মুংঙাইজরেদা। নচন্দা মতেং য়াম পাংবিরম্মী হায়নে নচন্না সে বেড়ীসিমতং কান্নু ইবুংঙো। ইতৈমদি করিস্থ লান্নীংঙাই য়াংদে।

(বিড়ী পীবা। মৈখেৎ থেৎপগী মখোল)

লৈপা—ভাদা পায়দি হাবিরাও?

দোলা—চাই ইবেম্মা।

লৈপা—তথেলৈ চৎলু ভাদগী পানা লৈরু। ঐখোয়স্থ অমমম চাসি।

তথেলৈ—ভাদও জারদা হাবিরিন্নিনে?

দোলা—চাই চাই ইবেম্মা।

তথেলৈ—বিশলা সাটলা ভাদা।

দোলা—ইবেম্মাখোয়না পীজবা অমা হেক্তা য়াই।

মলয়া—ইবুংঙো মৈতৈ মচানিনা ঐখোয় থয়া থরা য়োংনবহুনি। করি

হায়গে ইবুংঙো। ইবুংঙোনা নতৈমখোয়দা ঙসি পাংবিথিবসে ইতৈমা কাউরোই।

দোলা—অদুই বাদি কৈনু লৈতেদো ইতৈমা। লৈরদবু ইতৈমাখোয়বু অসিগুম্বা কারবারসি তৌগদবা হায়বা। উপায় লৈতহনা তৌনরিবনে ঐখোয়সু খঙজিবনিনে।

মলয়া—মাম্মি চুমগ্রবানি ইবুংঙো।

তখেলৈ—তাদা পাম্মা লৈরে সে—

দোলা—ঐসু ঙসিদি ইতৈমাহোয় চুরুট অহাঙবো উপু অমা লাম্বোকে। (ফুরিংখাঙদগী চুরুট উপু ৫৫৫ গী অমা লৌথোকপা) সে ইতৈমা চুরুট অহাঙবনি। মহাঙ য়েংবিয়ু।

লৈপা—তাদগী চুরুটসিদি মমল য়াম্বা য়াম্মা হাঙবা জাংনি। ৫ অহুম য়েকপীত্রনে।

তখেলৈ—তাদা মুংঙাইজরিনিদা। নোংমদা সিগরগা উপু কয়া থকই?

দোলা—কদাইদগীনোদা। ঙসাই বি, এ, সিদগী সুম লাকপদা পাখং অমনা লৈশাবী মচা অমা পুরগা মোটোর সাইকল অহনবা নম্বর পান্দবা অমা অরাং দোকান লোমদা থোরকএ। মহু ঐনা কাবা। পাখংহনা লৈশাবী মমাঙদা ফুটানি তৌবদো মমু য়েথেকে হায়হনা। থানাগী মগুণ খঙহনবনিদা মহুদা কেল্লকপা চুরুট উপুনে। ঐনা কংলিবা তলবসিনা চুরুট অহাঙবা থকপা ঙম্বগী বা লৈতে ইকেম্মা। লাইবু থেংনরুবগী বানিদা।

তখেলৈ—তাদা দোলাইপাবা! তাদাসে লৈশারিঙৈদা থেংনজরম্মদি খঙগদবনি।

দোলা—থেংনহৌদবগী ঐসু লাইবকসে থুগাইনীংলবনে। আ শামুসিদা য়ৈশিন্দুনা।

# ঐ নহোয় চংঙরোইগে ঙমোনা য়াদে

মণিপুর সমাজৈবাক অসিদা ইনাক থুনবদা মঙ্গিং ওখোক চংলিবা নীপা অমগী ইমুংনি। থাজৈশেংবা মঙ্গিং মথা মুয়াক শাগৈ লৈকাইনচিংথদি পনজররোই। মুমত্র পাকাই দলাম্রি। মথোল অনী। মমাঙ শঙোই চাউই কাং শাঙবা য়াই। মথা শঙোই অহুনু চাউই চাকলুক ১০০ রোম থাবা চল্লি। লৈকাইগী চাকচা হৈজানকমনি। মস্ত্রিশিংগী চাকৌকমনি। মীতিনকপ্পি। জীব, কার, ট্রক হবাগী জাং তনা লোই। মনীংথংবদা ফৌগৈ অচৌবা অমসু লৈ। অবাং থাবদা লৈবা শংশাং পরেং অহুদি গাড়ী মরামহুগী ৎমকপ্পি। মীকম বাহুনু চাউই সোফা সেট ৩/৪ থাবা চল্লি। মীকন কাত্রু থুংনা ভেলভেটকী মোন মোন ল উবা গালিচা থাই। গালিচা মথক্তা সোফা থাই।

থংনবদা ইংখোল ১ লৈ। ইংখোল ২ হু চাউবা হাইকেং মাপনা উই। ইংখোল ফজনা কোই। ইনশাং নাগী, হবাই চেংবাই, ফজনা হৌই শংত্রিক শং লেক লেক। ইংখোলসে ফজনা কোইথ্রেদা নয়ামা য়েংনৈ হায়নৈ য়েংউনে মাইরেন, থোংজম, থবী মতুন মতুম য়াম্ব য়াম্ব পাল্লিসে। ইংখোলহুগী চিদাই ওইরপা মোরাং লাইজো পাংবদা মনগ্রবা রানা শাবা, ই কুপ্পা শেগায়রবা শঙোই ঙকৈবা মচা ১ লৈ। কুমশি শজিবুগী নোং মুংশিং লাকপদা পুথিবমু য়াবা শঙোইনি। বাগী মুগী ২ না ভাক্কৌ ওইহুনা ঙসি কাওবদি শঙোই অমনবদো লেপ্পি। ইংখোলহুদা হৌবা ইনশাং নাগী ভাক্লিমাগ্নে।

অবাং থংবদা লৈরিবা ইনাক থুনবগী ইমুং অহুদি করি অমুক হায়রুনি কোন্নুংনি কোন্নুং। ইমুংহুগী মীকম ক দা খিল্লি অচৌবা ফকুগী টি ভি অমা। গালিচা মথক্তা চহী ১১/১২ রোম ওরবী মুপীমচা অনীথক লেজোম্না ফম্মিরহুনা টি ভিদা উৎলিবা সিনেমা য়েংলি। য়াম্না থবাম ভানা য়েংলি মকা লাম্না নোক্নুনা অঙাংগী থোরমগ ওইবনে। ভানজ্জা অহুদা মশা নানগ্রবা নীপা অনী কার-ভোংহুনা লাকই। মীফম কাদা চংঙকই। নীপা অমনা হংঙি—

মেম্মা! নঙ পাবুং হল্লক্কি ঘরা?

হুপীমচা অনীত্বুগী মরক্কী অমনা খুমকই—হল্লক্কি।

পাউখুমসি পীরগা অঙাং অনীদো টি ভি য়েমদা পুক্নীং থিংজিনখি।

নীপা অমনঃ—ঙসাই হায়নবত্বুবো পুং ৪ই দগীনা ৫ কাওবগী মমুংদা শোয়দনা য়োনবকসি অহানবনা ঙাইনমসি হায়বা নত্রনে?

মাম্মি। অদো কৈদোরগে? নীপা অমত্বুনা খুম্মী।

অমদুনা ৎক্লকই - অদু,দি ঙাহাক ঙাইমসিদনা।

শকহেনবী মী ম।ত্তুনা ঘগ্মী হায়বত্বু খংনীং নীংশিংলক্তুনা—"ইমা! ও ইমা মী লাকএ" অ,সি হায়রম্মগা টি ভিদা অমুক পুক্নীং থিংজিনখি।

শকহেনবীনা কৌবা ভাবদগী মমা ইবেম্মা কেবীসনা লেঙথোরকই—হাইমা! য়াম্মুংগা ঙাইবুংঙোগা ওইরে ঐদি মীতোপ কনা কনা ওইরবোই খল্লুরে। মহোয় পাবুংমু হল্লক্কনিয়ে ঙাইবুংঙোথোয় লেংঙঅদি ঙাহাক্তা ঙাইবিরম্মু হায়রম্মীনে। ঐ চাম্মুংকা অমুক্তা হোৎনক্তরুখিগে য়াম্মুংগা ঙাইবুংঙোগী। লেঙশিনবিয়ুকো। করিমতা হঙোইবিম্মু। ইয়ুমনি হায়না হেক খঙ্গোপীয়ো।

নীপা ২ হুনা খুম্মী—য়াজরে। ঝানবনি চা মুংকা ত্তৌবিক্তহুদা। য়াজরে য়াজরে।

কেবীসনানা খুম্মী—হেঃ ওথোক ওথোকপা ঙাইবুংঙোগা য়াম্মুংগা লেংঙক্লগবু করিগী? কেবীসনানা ইমুং চক্তগে হায়হুনা মমায়-হেক ওথোরকপদা শকহেনবীগা য়াইকবগা অনীনা লেঙোমহুনা ফম্মিনরগা টি ভি য়েংহুনা লৈরম্বহু উই।

কেবীসনানা হায়—হায় য়াইকবী নঙদি সিদা কৈদৌরিবা?

শকহেনবীনা খুম্মী—টি ভি য়েংজিয়ে।

কেবীসনানা—নঙবু নত্তেনে। য়াইকবীবু হায়রিবা। চৎলো চৎলো য়াইকবী নমা কৈথেল কুম্মকঅমনি।

অসি হায়রম্মগা সনাইবেম্মা কেবীসনাক্ত ইমুং চক্তখি। ঙহাক লৈরগা

চা পুত্থনা থোরকই। কল্লীবা নীপা অনীত্থদা চা পীরম্নে। অত্থগা অঙাং অনীনা কল্লিবা অদোমদা চঙশিনখিত্থনা—হায় য়াইফবী নঙ লৈরম্মী। হৌজিক কাও চৎত্রি। চৎলোনে থোকপ্রো চৎলো।

য়াইফবী শকহেনবী অনিদি মমানা হায়রিবত্থ মখোয়গী মনাকোংদা চঙদে। টি ভিদা পুল্লাং লুপ্পী। মখোয়গুম্বী অঙাং ঙাক্তনা শান্নবা লীলাগা ওইরে।

কেবীসনানা খোল খরা কল্লপ—মসি অঙাংসে মনা ওম্বোক্লা কনপ্রেদা। হায়রগা য়াইফবীগী লম্নাইগী মশমত্থ তাপ পায়রগা লাক্তনা চিংখৎলি। অত্থগা ইনবোই চিংবোই ভৌত্থনা মপান্দা পুথোকখি। শকহেনবীনা মতুং ইল্লখি।

কল্লিবা নীপা ২ ত্থগী মরক্তগী অমনা "য়েংজসনুদা সনাইবেম্মা অঙাংনিনা অঙাংগী থৌরম ওইবত্থদা য়েংজনীং মতৌরিবনি।"

বাহৈসি তাবদা কেবীসনা ইকায় মুংশি য়াল্লখি। মপাল থোক্লরগা ইকাইবত্থগী লমন খুম্বা ওইনা অঙাংদা তাইনখি।

কেবীসনানা চৈ থাংভি হায়—হায় লাঙ্গর চুতৎনবী, লগজা শরাই মচা, ইকাই খঙদবী পীতৎ পাতৎপী নঙনা নফি নরোলদি ইমোৎ হেক মোৎলদনা, মায়োক্লবদা হাকথী খনবা ফি শেৎলগা নঙনা সিদা চঙঙইবু করিগীনো। অদো অশাং মীয়াম তিনকম অসিদা হেক্তা লাক্তনা কল্লরিবো কবিগীনো হায়বা। মীগী মমাঙদা ইকাইজেনে। খঙব্রা মতুং মনাও খক চঙঙকপ্লকো। হায়রগা অঙাং মুপী মচা য়াইফবীগী মখাজাই নাকন অনীদা ওল্লা ওল্লা খুবাক্লা শেৎ শেৎ থাজিল্লি। মঙক লাক ইল্লি। য়াইফবীনা অয়ো ইমা শিরে শিরে হায়ত্থনা কপ্পনা মল্লমদা চেনখি।

কেবীসনাগী মচা মুপী শকহেনবীনা থোঙজিনদা লেপ টি ভিদা অত্থক য়েং য়াইফবীনা চেনখিবা মায়কৈদা অমুক য়েং, মল্লিংতা ঈরা চেল হীক হীক কপ্পনা লৈহৌই। মমা ইবে ম্মা কেবীসনানা মচাবু থানা য়েংঙম, ইমুং চঙখি ফি ফি কামত্থনা। ঙহাক লৈরগা শকহেনবীসু ইমুং চঙখি।

শকহেনবীনা মমাদা হায়—ইমা! ইমা নঙনা য়াইকবীবু কুত্থনা তানবিথ্রিবা করিগীনো হা ইমা। মাদি টি ভি য়ায়া য়েংনীংঙি হায়বনে। মাবু ইমানা য়েংহনজ্রিবা করিগীনো। মহোয়গী লৈজদত্থনা তৌবনে। মাম্থ য়েংজসনো কৈদৌগে ইমা।

কেবীসনা খুম্মী—তুমিন লৈযু তানীংদে। নঙস্থ খুবাক চানীংব্রা? অচৌ অশাং মচা মান্দেনহে নঙবো।

শকহেনবীনা খুমঙে—ঐখোয় অনী বারী শা শাত্থনা য়েংমিন্নবা মুংঙাইনে খঙব্রা? ঐগী ইবান্নবীদি মা নত্তদি লৈদি লৈতনা। কনাগা ভিন্ননি। য়াইকবী কৌরুগে ইমা।

কেবীসনানা লাউহৎত্থনা হায়—করি? করি হায়বা? নতোমতা য়েংবা য়াব্রা? লাঙ্গৈর চুঙৎনবী, মফি মরোলস্থ নীংথি মুংঙাইনা শেৎ চাদবী লমতা শারা মচাসিগা করিগী ভিন্নদৌরিবনো? নঙ পাবুংগী মমানবা অঙন অথৌশিংসিগী মমাঙদা নঙগী নমান্নবনী হায়ত্থনা পুখোকপা ইকাইব্রাও নঙবো? মহোয়না সোফা ফম্বা য়াদেনে মোৎলিনে উফুলনে রাইফুলনে। ভাব তাউনে অঙাং নঙবো। মফি মরোলদি কম্না মোৎব্রে। উফুল রা রা হেক হৌরদনা।

শকহেনবীনা—ইমা! য়াইকবীদি সোফাদা অমুক্তা ফমদেনা। মাদি সোফা ফম্বা হৈনদে নোম নোম কোক ঙাউই হায়নে। ঐখোয় অনীদি মখাদা ঙাক ফমত্থনা য়েংবনে ইমা।

কেবী—হীঃ ই মী কনখৎপকাদি হৈবীয়েনে। নঙদি খঙভিরোইনে অপংনিনা। মাদি মখোঙ মখুৎ হামদেদো. খোংউপস্থ তোংদেদো। মখোঙ অমোৎপত্থনা গালিচা মথক্তা কাত্থনা কম্নবদি গালিচা মোৎপনে। ইমা শিংপা শেংবা, য়াম রাই ঙমজদেয়ে। তুমিন লৈযু ইমা তানীংদে অঙাং নঙনা করি খঙদনা চৈত্থম চানি। হায়রিসিনিকো হয়েংদগী নঙ মাগা ভিন্নবা য়াদেকো। খঙঙব্রা?

মমানা য়াইকবীগা ভিন্নবা য়াদে হায়বত্থ তাবদা মথবার য়াম্না

খুংঙাইদে শকহেনবীদো কাপ্পিদা ওনশন্দুনা হুৎ হুৎ কপ্পি। মচানা কপ্পহু তারগা "কপ্পি চাগে হায়রদুনা কপচশারিবা মীখুংশি চাউবী" হায়রদুনা মমানা চৈহৎলি। "অদু অমা খঙদে য়াইকবীগা নওগা তিন্নবা সুপগ্না য়াদকো"।

... ... ... ...

অমরোমদা য়াইফবীনা কমদৌরিবা? মশম লাক্লুনা চিংবিবদুদা মকোক্তু নাবনে। তনৌ তনৌরিবী অঙাংগী মখক্তাইদা তিংখৎতুনা খুবাক্কা শেৎ শেৎ থাখিবগী চৈনাখোললনে অদুগীসু মখক্তা খুংঙ'ইনা অঙাংগী থৌরম টি ভিদা য়েংজরম্বা অদু থাংতপ্পা তাম্বোকপীরকপগী খুংঙাইতবনে ফমুংদা ফমদুনা হীক হীক কপ্পি খবায় শোক্লা।

মমা কৈথেল কুম্মক্লে। ঝানা হনজরকপনি ইনশাং নাপী য়েনবা কৈথেল কাক্লবদৈ। মচানা খবায় শোক্লা হীক হীক কপ্পুনা লৈরম্বা উবদা কয়াদি খুংঙাইখিদ্রে মমাদো। কনা লৈজদ্রবী লুখ্রাবীগা ওইরে। মচাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মকোক্ত নানবিরগা হংভি—ইনাগী ইবেম্মা! য়াইফবী! কৈদৌরবগে নঙবো? মীগা খৎনরুত্রা? করিগী কপ্পিবনো?

কপ্পা কপ্পা য়াইফবীনা মতেক মতেক ওইবা ঋাহৈনা খুমৈক্তে—শকহেন-বীগী মমানা ঐবু ফুরকইবা! শকহেনবীগা ঐগা টি ভি য়েংলিদৈদা মমা হিংচাবিদুনা ঐগী লবাইগী শম পায়দুনা চিংখৎলিবা অদুগা খজাইদা খুবাক্কা শেৎ শেৎ থারিবা অদুগা লুশমদা লাক্লুনা মখোয়দা চংঙকনু হায়দুনা ইল্লকপা অদুই খুংঙাইতদুনা কপ্পীবা।

মচাই ঋাদু লোইকাৎত্রিদৈদা মমাদা মচাবু কমুংদৈ চৌংখরগা ঐসু য়াওনা ফুখিগে ময়াংলেন্দা খুবাক্কা শেৎ শেৎ থাজিলি—লমহেনবী, পীতৎ পাতৎপী, অচৌ অশাংগী মমুন্দা চঙঙ্চু হায়জাও। মমা ঐনা হায়বা ইন্দবদগী ননম তৎলেদো। মমা হিংচাবিদুনা মচা খুপীদুবুদি ফুরিরোইদে। নঙোন্দদা ফুরকপা ওইরিদি হায়বা।

জময়ায়দা থরো থরো ওন্দুনা চৈনা থাংলিবী য়াইফবীনা মমাগী বাহু ভাবদা কয়া কপ্পা খুম্মকই—শকহেনবীদদি ফুদেয়ে। ঐভোন্দদা ফুবনে।

মমানা খুম্মী—অহুনিন্দনা অংগৌ অনাং ইনাক কৈয়াক খুনবদি মচা মশু ফুবা হৌনদে। মীগী মচা ফুবদি মখোয়গী হৈনবী। হয়েংদগীদি নঙ শকহেনবী খোয়দা চংঙমুকো। হায়বগা মমানা মচা য়াইফবীবুনা লৈবাক্তগী হৌগৎপীরে। অদুগা মথাদা চেংনা কোনশিল্লি—ইমাই লাংলেন য়াইফবী। হায়ছনা মমা মচা চেজেং কোক্লগা ও খোংনা কপমিল্লে।

.. ... ...

শকহেনবীগা য়াইফবীগা অনীসি য়ুম হেক থংননা লৈমিন্নবনি। থল্লিবা হায়ববু খেংবাল মচা অমত্তংগা, তিংখং তারাগী য়াংনা ফুংনা খারিবা অদুতনি। শম্বল মনাক্তা লেপ্লুনা অহোবদা য়েংলগা শকহেনবীনা য়াইফবীবু য়ুমং খুদিংগী কৌই মমা লৈতবা ও নজাদা।

শকহেনবীনা কৌরকপবু তারবদি য়াইফবীসু হেক্তা চেম্বোরকই।

শকহেনবীনা হায়—ইবেম্মা নঙ লাক্তবসে ঐ য়াম মুংঙাইতেবা। ঐ টি ভিস্থ নীংথি য়েংদ্রে খঙঙবা। নঙদি য়াম চাউথোকই ইবেম্মা খঙজরে। নঙ লাকও টি ভি য়েংসে হায়বা। সে লাকও।

য়াইফবীনা খুম্মী—ইবেম্মা খঙঙবাও ঐখোয় ইমানা য়াদেল্লে। নহোয়দা চঙঙ্ল্লু হায়নে ইমানা। নহালদি নহোয় ইমানস্থ ঐবু ফুই অদুগা ঐখোয় ইমানস্থ অমুক ফুই। য়াম নাইনে খঙব্রা ইবেম্মা নঙবুদি ফুদবনিনা নঙদি নারম্মোইয়ে ঐদি নাইএ।

শকহেনবী – অদো নঙ শাউরনোইবা। নখোয় ইমাগা ঐখোয় ইমাগা লৈত্রিবৈংসিদা ইবানী তুমিন্না য়েংহৌরসে লাকও হায়বা। সে লাকও।

য়াইফবীনা—ঐবুদি য়াম লাকনীংঙে। অদুদা নহোয় ইমানা ঐ উরবদি তান্নহুনা নহালদোনা ফুরকনিয়ে কিজেনে খঙব্রা। ঐখোয় ইমানা নহোয়দা চঙবা সুয়া য়াদে হায়নে।

অন্নুয়া অঙাং মুপীমচা অনীসে শম্বল বাংমা বাংমদা লেপ্তুনা শম্বল অহোবদা য়েংন য়েংনহুনা তত্তনা বারী শানৈ। অহল লমন্দনি উনবা য়াদবা। নোংমা শকহেনবীনা শম্বল অহোবদা খোঙ্গেল বাংনা কৌই—হো য়াইফবী নহোয় ইমা কৈথেল কুম্মকঅবরাও।

য়াইফবীনা খুমলবই কুম্মক্তিয়ে।

শকহেনবীনা—ঐখোয় ইমাসু পাবুংগা লুহোংবা অমা চৎখ্রি। কনামতা লৈত্তেয়ে। টি ভিদা সিনেমা মুংঙাইবা অমা তৌরিয়ে য়েংসি লাউ হায়বা। নহোয় ইমাসু ঐখোয় ইমাসু লৈত্রিঙৈসিদা য়েংহৌসে। লাকও।

য়াইফবী—ঐ য়াম্না য়েংনীংঙে হায়বা অতুদা ইমানা নহোয়দা চঙঙ্নু হায়নে। ইমা কৈথেল কুম্মকপা মতম য়োরে। ঐ চঙগে ইমা উৱবদি চৈনিয়ে। শকহেনবী নঙ শাউনোইবা কো। ঐ চৎলে।

হায়রম্মগা চোং চোংহুনা য়াইফবী ময়ুমলোমদা চৎখ্রে। চোংজবতনি মমিংঙদি পিগী ঈরা চেল্লি। শান্নফমগা লৈতবনে তৌকম খঙদহুনা মমা মচানা লৈজরিবা শন্দোই অফৈবহুগী ঙাক্লৌ ওইরীবা য়ুম্বী অমদা য়াইফবীনা য়ান্দুনা কারা নাম্ব শান্নরি মন্নক মন্নক্তা হুরান্দুনা শকহেনবীবু য়েংলি।

অসোমদনা শকহেনবীনা মাগী মরুপ য়াইফবীনা তৌরিবহু মিং কুপ্তনা য়েংলি। শম্বল অহোবদা লাম্থোক্লগা য়াইফবীদা পীজগে হায়হুনা শকহেনবীনা অচাপোৎ ময়োম মচা অমা পুন্নকপনি। মবানি বারী শান্নরিঙৈদা কাউথোক্নুনা পীজহৌদ্রে। শকহেনবীনা অচাপোৎ ময়োমদা অমুক য়েং য়াইফবীদা অমুক য়েং লেপলি শম্বল ময়াদা।

খঙহৌদনা মথোল হৌনা শকহেনবীনা—হো য়াইফবী নঙ মুক্তা সিদা লাকখো লাউও। সে সি অমুক্তা লৌরখো হায়বা।

য়াইফবীনা—শকহেনবী নঙ ঙসিদি শাউরনোইবা। ঐ নহোয়দা চঙঙরোইরে। ইমানা য়াদে। শাউনোইবা কো হীক হীক কপ্পী মপি তৈথোকই।

শকহেনবীসু য়াইকবীনা মপি তৈথোকপস্থ উই। মাসু কপ্পি। নীংবা কায়রতুনা শম্বল ময়াদা লেপনি শকহেনবী। য়াইকবীনা শান্নরিবত্নদা অমুক য়েংভি অচাপোং ময়োম মচাত্নদা অমুক য়েংভি। মুন্না মুন্না য়েংলগা পিম্পী ঈরা শিস্থ হীক হীক কপ্পি।

---

# তেংবাংশো

থাদোই— ইমা! মীনা ইচেম্মা রাধিকাবো উরম্মী হায়নে।

যশোদা—কদাইদা?

থাদোই—ব্লোক শুফিসতা।

যশোদা—অহুদি গাই ত্রেইনীংছু লোইহুনা থোরক্লম্বা ভারেদনা।

লাংলেন—ইমা ঐথোয় নোংমা চংতুনা ইচেম্মাবু উনরুবা চুমত্রাও? ঐথোয় ইম্‌ংসে মানা শেম্মীরম্বনিদো। ঐদি ইচেম্মাদো হুংশিজত্রে লাই তিম্নরুবা হায়ত্নু শুইরমাস্লে।

থাদোই—ঐথোয় অহুমক চংথোকপদি য়াদবনিনা। ইচেনা য়ুম শংহৌরগা ইমাগা ঐগা চংলুরসি।

লাংলেন—নও হৌনবী ভৌরক্লবরা? নও য়ুম শংহো ঐগা চংকনি।

যশোদা—নচেম্মাদো ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইনা দেগীসু হেন্না হুংশিনে। মানা ঐথোয়গীদা লাকপীরমত্রগবু ঐথোয়বু শুসি শুইরি কীভমশি শুইগত্রাও? ইমানা লাইরিক লাইশু হৈবস্থ নত্রেদো কদায়দা করি লৈবা থঙদেদো। মানা নচেবু কি ভুবা লোনবম্মী ত্রেইনীং থাবিরমত্রবা নঙবু ম্যাজিক কোলেজদা ঈশে তমহলমত্রবা ঐথোয় করি শুইনি। নোংমা নিনিস্নিগী মসুংদা চংলুসি। নচেমাবু উনরুদা য়াপোং নত্তে। তৌবিমল থঙদে হায়খিনি।

লাংলেন—ইচেম্মাগীনি হায়হুনা ঐনা কনেক অমা লোনবদো লোইবা কুইরবনি। মহু পুরগা পীরম্মসি। পোৎ অমা পুদনদি কররা মী মহুম চঙলুনি।

যশোদা—হোই, হোই! ইচানা হারবিহুন্থ চুমী চুমীবনিনে।

... .... ....

রাধিকা—লাংলেন! থাদোই! ইনাওশিং কনামতা লৈত্রাও?

যশোদা—হাইমা! ইবেম্মা কৈদৌঙৈ লাকই?

রা—তয়ানিমুক শুরে। ইচেগা ইনাও অনীগা উনীংবনা। হেক থুংঙবগা নোংমতা চৎথোরক্নে থনবনি ইঙম হেক ঙনদে। থবক্দৌরা পৈত্হুনা লৈরম্মে। য়ুমদন্থ অফিসতন্থ।

যশো—ইনাওদি কুচু কুমেনকাসি য়াম কজরম্মেদা। মেমন্থ ভাইরেমি। হকচাংন্থ য়াম কনা উরেনে। দেশতা চৎপসিদি শক চুকাসি কজথোকভাং ওইরে।

রা—কদাইদগীনোদা ইচে। ইচেনা মুংশিবিহুনা পংকদা কজনা উনজাংনি। ইনাও অনির্দি?

যশো—লৈরমনি ইমুংদা। হাই মুপীমচা নথোয় অনীবু করি তৌরিবগে? নচেম্মা লেঙঙকইনে থোরকউ লাউও।

থা—হাইনা। ইচেম্মা! কজরম্মেদা। ইচেম্মা থোরকএ হায়বা তারবনে। নোংমতা চৎহুনা ইচেম্মা উনরুসি হায়হুনা ঙারাংতনিসে ইমাগা ঐথোয় ঙাঙনরম্মিবা। ও ইচে, ইচে থোরকও ইচেম্মা লাকএ।

লা—লাকএ, লাকএ। ঙরাংতনিসে ইমাগা ঐথোয় ইচেম্মা উনরুসি ঙাঙনরম্মিবা। থরবতা মঙাইরি ইচেম্মানা হান্না য়ৌবিরক্নে। তাবু তাত্রা করিনো।

রা—ঐশুনে হেক থুংঙবগা লাককে থনবনে। অতুদা থবক অমা অমা মকাং মকাং তৌদনা ঙসিতা য়ৌরকইবসিনি।

যশো—ইবেম্মগী ত্রেইনীং হায়হুবু পুমলোই লোইরক্নবাও?

রা—লোইরে ইচে। চহী অমগী ত্রেইনীংদো। মরক্তা কুমিৎ ১৫ নি ছুটি থাই। জগনাথ ক্ষেত্রদগী ঐগী মরুপ ইমান্নবী অমা রাওএ। মানা মখোয়গী মমুমদা ছুটি মমুংহ্ নৈকুরসি লম কোয়বা ওইনা হায়রে। ঐস্থ ক্ষেত্র অমুক্তা য়েংনীংবদো তানজা হেক চানরবা। সমুদ্রদা স্নান অমুক্তংস্থ তৌনীংঙিদো মপা মপা চৎথোকল্লরবা অহুদা মণিপুরদা থোরক্ক্রবা ইচে।

যশো।-ইবেম্মনা তৌবিক্করিবদো মহুনা মকরবনি ইচেম য়ানীংঙি। নহাল মপোক্তা তৌজরকপা কর্ম্মগী ফল ইবেম্মনা ফংলিবনি। ইচেমহোন্নদি ক্ষেত্র হায়বদো য়োৌবা ঙমগনি থাজত্রে হন্দক মপোকসিদা।

রা—করিনো ইচে এম্মোকপা বাঙাক্তা তাকপীরে। করি ঙমদনি হায়গে। নচা মুপী মনি ঙাক্তা অনী নৈরিসিদি।

যশো—মখোয়গী লেংনা ইবেম্মগী থাক য়োৌবদি ঙম্মরোইদা। হাই নখোয় অনীবু নচেম্মগী চা লুংকা হোৎনন্নিবরাও?

লাং—থাদোইনা লোল্লি ইমা!

রা-ইনাও অনিগী থবক্তা কমদৌরিবা?

যশো—ইবেম্মনা শীনবিদনা লাংলেনবু, ফুরিৎ তুবা লোনবগী ত্রেইনীং থাবিরম্মীদনা মদো মহাক পাস তৌজরে। ত্রেইনীং মমুংদস্থ ইবেম্মগী মপান্না থাদা লুপা ১০০।১০০ ফংখি। পাস তৌরবা মতুংদা সরকারনা লেম্মা ফি তুনবা কোল অমস্থ লেম্মা পীবিরক্লে। হৌজিক মহাক ঙহাক্তা শংত্রে ফনেক কন্না লোল্লি। মীগী থুনেক য়াম লাকখ্রে। নোংমতবু কাংদে।

রা—অহুনি ইচে। ময়াম্মা য়াম্মা লাউনরিবা মশাবু মশানা থবক পীজবা থবক পায়মু। তলব চাবা থবক ফংনবা হোৎনবদা লৌরী মুক্ম য়োনথোকত্রেলনা মসিগুম্বা খুজংগী প্রজাদা লমজীং পাউতাক পীমু হায়হুনা ঐখোয়বু সরকারনা তলব পীহুনা য়োক্তা থম্মীবনে।

যশো—ইবেম্মা নঙ নপান্দগী ইচেম মুংঙাইরে। মীওেন্দা হারোই-হারোই চৎত্রেদনা।

রা—থাদোইগীনা কমদৌরবা?

যশো—মাস্থ মহোই করি হায়রে ঈশৈগী বিশারদ হায়বদো পাস তৌজরে। ঈশৈ তম্মীওে মমুংদস্থ থা থাগী লুপা ৫০। ৫০ কংথিদনা। পুন্নমকসে ইবেম্মগী নপান্দগীনিদো। ইচেম মুঙাংইরে হৌজিক্তি। ইবেম্মগী লমন্দি পুন্সি চুপ্পা শিংবা ওম্মরোইনে।

রা—ইচে ঐখোয়গীদি মতু ইথৌনিনে। তলব চারিবসে ঐখোয়না মতুগী ইথৌ অদো পাওখোকচবতনি। থাদোই! খোয়কউনে নঙবু হৌজিক করি করি থবক পায়রিবগে?

থা—অতুবুরাও ইচেম্মা মরক মরক্তা মীগী ড্রামা নেকপা লাকএ, ঈশৈগীস্থ লাকই হন্দক্তি কোক ড্রামা কমপিটিশনগী হেরোইন শাও হায়রিয়ে। ঈশৈকাস্থ য়াওবতুদা দাইরেক্টরতুনা ঐবু শাহন্নীংবা ওইরমাল্লে অতুদা ঐখোয় ইমানা য়াওগে য়াত্রিবা।

রা—করিগী য়াত্রিবা ইচে?

যশো—ইবেম্মা ঐখোয়দি ইমা ইচাদা তরক তরক লৈজবনিদো। মুপা নগাগা লৈতবনে। লৈকাইসিগী মীনা মুপীনা ঈশৈ, ড্রামা য়াওবসে য়াম নোক্লেনে। অতুদা ·· ···।

রা—হে অতুগী ওইরে। মতুগীবুদি কৈস্থ লৈতেদা হৌজিক্তিনে ইচে লাইরিক হৈবা হৈবী গুপ্তা ঈশৈ তৌনরবনে। মাত্রা লিলা য়াওনরবনে। মতম অমদা নোক্সরবস্থ হৌজিক্তি অরেম্বশিংদা চম্নরবনি। ঈশৈ, লিলা হৈত্ৰবা মীওইদি শিংথানজবনে। য়াওহনবিয়ু। য়াওহনবিয়ু।

থা—ইচেম্মা! ইচেম্মানা ইমা য়ানবা থরা ওাওনবিরম্মো। হন্দককীসি ঐ য়াম য়াওনীংঙে। কমপিটিশননিনা।

রা—থিংবিরুম্নু ইচে য়াওহনবিয়ু। শেনস্থ ফংগনি, মিংচৎস্থ ফংগনি, মীনস্থ শকখঙ মায়খঙবিদৌরিনি।

লাং—ইচেম্মা চা সিদা লৈরে। চানবকাদি করিমত্তা য়াওদ্রে।

রা—য়ারেদা য়ারেদা। নঙদি থাদা লুপা কয়াকাদি তানবা ঙমজরে।

লাং—লং-তুগী কাইথোকপ্রগা লুপা ৩০০। ৪০০ কাদি লেম্বরা। অদুম ওইরমনি। ঐগীসিবু ত্রেইনীং-কম-প্রদকসন সেণ্টবকাদি ওম্বোকপা য়ারোইজনে ইচেম্মা?

রা—করি য়াদনি। ডি আই, সিদগী শেম্বং লৌরগা লোইরেদনা।

লাং—অদুমতগা ইচেম্মনা পাংথিরবদি। শেম্বীবগী শেম্বীবা।

রা—লেংমা ব্লোক অফিসতা লাকও। ঐ ফোম লৌবিরমগে। ঐহাক ব্লোক অসিদা পংকুই কুইনা লৈগদবা মাম্রে। ঐনা লৈরিঙৈসিদা থরা থুনা হোৎনহৌরসি।

যশো—কদাইদা চৎকদৌরবা?

রা—ফম মচা অমা কাগদোরে হাযনরিযে ইচে। মদুনা চুম্নবদি মফম অমদা হোংবা তাবা অদুর্নি ইচে। অদুবু থা ৩, ৪ দি লৈখিনিদা।

যশো—ইবেম্মনা চৎপ্রবদি ইনা ইচা ঐখোয় অদুমদি কমদোহৌবা?

রা—মখোয় ২ মক মী অমমম ওইরেদনা। অমনা ত্রেইনীং সেণ্টর লিংদুনা ওজা ওইরনি। অমনা কালাকার অমা ওইদুনা শেল তাল্লনি। মীনা শকখঙ-মায়খঙবা হায়দু ওইরনি। করিস্থ বাৎত্রেনা। সিদবু ইচেনা করি বানীংঙাই অমুক লৈরিবগে? ঙাইখো ইচেবু হৌজিকস্থ মন্দলগী সেক্রেটারী অদুম ওইরিবরাও?

যশো—ননমা চন্দ্রাবলিনা সেঃ ওইরে অদুগা ঐবুনা চেয়ারমেন হাপ্পীরে ময়াম্মা। অদুগা করি হন্দক অনৌবা থবক অমা পায়খৎলে হায়রে। ঐদি হায়ববু খোকচদেদা করিনো দ্বারকা হায়ত্রা করিনো অদুগী গ্রুপ হায়বরা করিনো অদুদা ইচেমগী মীং হাপ্পী হায়। মদুদগী সরকারগী শেম্বং থরা ফংগদবা লৈমাল্লে। মদু ফংলগা

খুৎংদা ফনেক মপান নাইবা শাগে খল্লিয়ে। মন্দলগী বা হৌদোক্লরুগা রাফম অমা ঐ নীংশিংলক্নে। হন্দককী ফাং অহিংদা খুবাক ঈশৈ লিংখৎলগা মন্দলগী ফন্দ ওইনা শেল তানশি হায়না খন্নরিনে।

রা—মত্তুদি য়াম ফবা রানিনা ইচে।

যশো—ঐখোয়না স্নুম্না খন্নে। মন্দলদা য়াওন্নিবা মুপীশিংগী মরক্তগী ঈশৈ হৈবা মখোল ফবা খল্লবা অত্তুগা য়ুথ ক্লবকি সেক্রেটারীদো পুং হৈ হায় মাবু পুং য়ৈহনসি হায়নরি। ফংলকপা শেলত্তু শরুক ৩ থোক্লা য়েল্লগা মন্দলগা ক্লবকা শরুক অমমম লৌনবা শরুক ১ না য়াওন্নিবা মীশিংগী অরামন পীসি হায়না লেপপ্রবনি। নাম শোল্লগা শেন তানবগী রানিদা ময়ামগী যন্দ ওইনবা।

রা—খুবাক ঈশৈদো ইচে ঐস্তু য়াওনিকো। মথংগী মিটিংদা ঐরু শোয়দনা তকেলকউকো।

যশো—ইবেম্মনা য়াওবিনি হায়রদি ময়ামদি হয়াওবনা লোইরনি।

রা—ওসিদি ঐ য়ৌগ্রগে।

লাং } —ইচেম্মা অস্নুরাইকাও থিন্দোকচগে।
থা }

.. ... ...

রা—নহাল মিটিং মুমিংতো ঐহাক লাকপা ঙমংহৌদ্রে। অফিসকী ষ্টাফ মিটিং থোকঅমমে। করি করি রারেপ তানগ্রবগে?

যশো—ইবেম্মনা ঈশৈ য়াওবিনি হায়ত্তু তাবদা নেশ্বর ময়াম্না হয়াওনবসিদি করি হায়রুনি। ইবেম্মনা ঈশৈ হনবা ঐনা ত্নহার, কৃষ্ণচন্দ্রনা পুংয়ৈবা।

থা—অস্ হন্দককী খুবাক ঈশৈসিদি মহা ওইনা হুংতাইদৌরিজাওনিকো। অঙম-অথৌ শেমজাও পান্নবা ময়াম্না য়াম্না কৌননি। পামদৌরি

পানদৌরি রাধিকানা ঈশৈ হনবা যশোদানা ঙ্ঘার, চন্দ্রাবলীনা খোম্বাংবা, ইচেগা ঐগনা খোমদোন, খোম্বাংতোন।

লাং—ঐদি ঈশৈ কয়া হৈতবনিনা ইমাগী মনাক্তা লেপতুনা ঙ্ঘার মথং ইমানা প্রোম তৌরক্লবা।

যশো—থীদা অক্তাওবীশিংসিদি …।

রা—অঙ্ঘ রাকম অমদি ঐখোয় ইখন থরক্লিনে। মীমাঙ খোককদৌরিনিনা চোপতনবা ১। ২ রক্তি ঈশৈসি তিঙহৌবনা চুমগ্রাও?

যশো—তিন্নগদবনি ইবেম্মা।

রা—ঈশৈ তিন্নগদবা মুমিং লেপথোক্লরসে।

যশো—কাংদি ওসি ১০ নিতা মঙায়রে।

রা—অদুদি হংচিংকা মশেমগসি চুটিনি। সেকেন্দ সেতারদে, সনদে থোংই। মসিদা তিন্নরসিনে ইচে।

যশো—ফরে ইবেম্মা।

---

# ইংখোল মচেং অমতংগী

## (১)

তিংগোংলৈমা—হে সভ্যা, ঐ শিক্ষনীংঙেদকো, ঐ হিংক্লনীংঙ্গে। ধরমরাজ যুধিষ্ঠিরবু ইপুরোইবা ওইনা লৈমিন্নদৌ শরুক শিথিবনা ফরবনে ফরবা। ইংখোল অসিদা মোংবা মহুম শাথিবা মুমিংতগী ইমুং ঈশো লাংলিবসি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদহনা হেক লৈথোকপা ঙমীদা হে ধরমরাজ। করি মুমিংতা ইমুং অসিদগী শনি চোংথোকখিগবা।

মচানীপা চন্দ্রকংনাম অসিনা ঐদি লাইরিক হৈরবনি বি, এ, নি খুজং অসিদা ঐঙোন্দগী হেল্লা লাইরিক হৈবা লৈত্রবনি কায়হনা অখঙ অহৈ শারিবা। মাইয়েপ পায়হনা মিটিং খুদিংগী ঐগী ইচাম্নী

লৈমহলগী অউনপোং তেক তেক খরা লাঙখৎচবদু মানা হেক উবিরে। নীংঙোল থাজবদা অউনপোং য়াম্না চাউনা তম্বগী চৎনবী মুথৎকদবনি। মসি লাঙ্গরা ভান্নবগী অচৌবা মরম অমনি। ঐগী ইমুং মন্নুংগী বা পুথোক পুথোক্নুনা ঙাঙলিবা। করি আইম্না য়ারবনি মচা নীংঙোলস্নু পিবাগা চপ মান্ননা স্বত ফংলগনি। ফংফম থোক্লবনি কা হায়দুনা। হে হে মানা করি খঙলদুনা। মমা শোনতপ্পবীসিগী শরুক য়াগে হায়রিমাল্লেনে।

মচান্নুপী অঙাং মীঙম্বীসিনা মরোল অমা হৈশিংবা হেক শারদনা। হুরানবীসে ঐগী সনাখুদোপ হুরানখিবা মুশিংতুদা তাম্বোক্লম্বা য়াবনি। ধরমরাজ অসিনা হেক কনখং বনখংতুনা সুম থম্বা হায়রুরবসু ইমানা শিরমদাইদা শিন্নরম্মী ইচনবু মীরাইবা য়াদেকো হেক মহায়বা।

য়ুদাংবিগী মমা মচা মখোয় অহুমসে ইংখোলসিদগী হেক তানথোকত্রিমখৈ ইমুংসে ঈশৌ লাংখিদৌরি। তিংগোংলৈমা ঐগী ইচানীপা ৫ চাউথোক চাউনা লৈরি হায়বসে খঙলবনি। খঙনা খঙনা মমা খুংহন্নবীসে থাঙবা কনবী লৈপাকলৈগুম্বী লৈপাকলৈ ঐনিদো হায়দুনা উপ্রাক্লা শিংতুনা থাঙবা ঙম্মীনে। মানা খল্লিবসি ইংখোল শরুক য়াগে শিংনে। খঙগনি হায়বা হৌজিক, তিংগোংলৈমা ঐগী ইগুণ খঙডোইদ্রদো। কৈদৌবগী ইংখোল শরুক য়াদৌরিবনো হায়বা। নীপা ময়ুমদা য়ারকপা ঙমজদ্রগা মতৈ, মনাওনীপাশিংদুনা মঙক লাক ইন্দুনা ভাম্বোকপীরক্লে মবুং ইবুংঙো ধরমরাজ অসিনা ইচনবু হায়দুনা মীগী মমাঙদা ফজদে হায়দুনা লৌশিনবিবগী বাতনি। হে হে করি থোকই হায়দুনা মীগী শাইজিন শায়াদা তাংদুনা লৈরগা। মখোয় মমা মচা অহুমসিদা তাম্বোকত্রিমখৈ ঐ ঈংলোইদৌরি।

.... .... ...

( ২ )

ইবেভোম্বী—ইমা! ত'চৌদো ঙরাং তাইবোহল প্রধান্না ঙসি ঙক্লানা চাক চারগা লাকউ ডি, সি, ওফিসতা চৎকদবনি হায়রুনা তাদা ভোমালোনা হায়রম্লে।

লৈপাকলৈ—অদুদি নঙ চাক থোংদোকন্নুরোদনা নঙগী তাচৌদি নঙ খঙলিদুনি। হেক হল্লকপগা চাক লৈরম্মগা চাবা লৈরমত্রগা তুমিন্না কোক চৎখিনি। চৎলো চৎলো চাক্ক থোংন্নুরো।

তোম্বী—করি ইনশাং থোংগনি।

লৈপা—ঙরাং ঙাকুপ থরা শিৎতদুনা-হল্লকপনি। ইমানা শেংনা চামথোক্লগা থুম তোৎতুনা থনম্বনি। মদু হেক থোংলো ইবেম্মা।

তোম্বী—থোংঙ্‌রগে ইমা। তাচৌহোন্ননা চৎকদৌরিদো ইংখোলগী ওইরম্মদি কনিদা। মীগী শাইজিন শায়াদা তাংদুনা লৈবসে প্রানসি চাকইদা ইমা। ঙরাংদো ইনেহল্লা প্রমান পাম্বে তৌদুনা য়াম ঙাঙম্রে। য়ুমদাংবিগী মমা মচা অসিনা ওৎপসি ওৎখিদৌরি। মথোয়সিদা চৎপীগ্রদি হাই শংদোবা। ইচাগুগী থাজবদস্থ মরেৎপা কা হায়দুনা। ইনম্মা লৈমহন থাজবদবু ঐথোন্ননা করিবু রেৎন্নুবা লৈবগে হায়বা ইমা।

লৈপা—ঙাংজসন্নু কেদৌবগে ননেহল্লা ঙাংববু নঙনা করিগী হায়ৌরিবনো, মনীং থুংলদুনা নথোযবুস্থ কহল্লীংদুনা তৌরি ওইব্রিনি।

তোম্বী—নত্তেদা ইমা ঐ য়াম শাউনীংঙি। বা ঙাংবদা কোচি থাংদুনা কোৎ কোৎতুনা য়াম ঙাংঙি।

লৈপা—ননেহল্লা ঙাংবা কান্দা নঙ মামহনদি লৈত্রা?

তোম্বী—লৈতে। লৈরদবু মা ঙাংবা ঙমগত্রাও? মামহনদি ঐথোয় শোক লাক য়াপোৎ নত্তে চৈহৎপনি। মামহন লৈবমত্রদবু নহান্না শা লান থোক্লরোইত্রাও?

লৈপা—ঙাংজসল্লু। কয়াবু কুইনা ঙাংগবনোদা। চৎলদৌবা ঐথোন্নবো।

তোম্বী—অহুনিংনে। মকমসিদগী খ্রাম থুনা চংখোকপা পাম্মে। নহাল রোক্তগী ঐখী খ্রোংথম কংডকপা মতাংদস্থ কল্লানো ইনেহল্লা শাউখিবা কোনফিশাবা মখোল তানিংদে, ইমুং ইশো লাংঙি কা হায়দনা। মন্দলনা য়াবিরকুনা খ্রোংথম থমকম লৈখিবনি। নত্রদবু করি থোক্লমগদগে? মাগী মচানা ওকচত্রগা, মীগী মুপী চেনবা য়াউরক্লনা থানামা কাবিবনি। অহুগবু ঐখোয়না পাক্ত তমশিল্লদনা তৌবনি হেক্তা মহায়জিনবা। মহোয় স্বা খুদোপ মাঙপ্রস্থ ঐনা হুরাজি শিংউ মহায়বা। অহুগা উচি মখুন্দা লৈরম্বা। ঐখোয়গী ইনেহনসে অকোকশানি, মহা লাইহোরীনি। ভৌ ভমপ্রভাংবনি। মাবু কিবদগী মীনা ভাই শেল ওইনীত্রগা মাদি খঙদম ল্লেনে। তৌভম্বীসে।

লৈপা—ইবেম্মা! ভুমিন লৈয়ু হায়হৈদে অহল লমন্দা। ইমা ইচা ঐখোয়গীগু মতম লাকখিনি। ঈংনা থুয়া ভুশিংনা পানবা। মীভোল্লা ঐখোয়না লাম্লুত্রগা লোইরে। থাঙবদা কল্লু ইবেম্মা। তৌনরিবা ময়ামসে অতৈ কৈম্ভ নত্তে মমানা মচাই হুকন চঙবদা খোঞ্জিবা ভাকনি। ননেহনগী মচাদি নীপা মঙানিদো। ঐখোয়না চংখোকখিদনা স্নম লৈবা ভারগদি মচা ওগী য়ুমকম লৈবা কোয়রোই থম্ফুনা তৌরিবনিনে।

তোম্বী—মচাদি থবক ভনীংদ ভাক পোক্লগা। ইনমা কৈমহনদনি মখোয়গী মরক্তা কন্নিবা। কপ্রবা ইনমসে ইনেহনগী দোম্বীদগী মীনা পায়ত্রিবনে। মগাবু মীনা পাম্বীত্রগা ঐখোয়দা মরাল শীজিল্লিনেসে তৌভম্বী অকাওবীসে।

লৈপা—হায়হৈদে, হায়হৈদে অহল লমন্দা থকসি খাসি নাইগদবনি। ননেহল্লা খল্লিবা পুয়মকসে মমা অমা ওইবগী মচাগী হুকন চঙজন্নি-বনি। হৌনশানিনে মমা ওইবীশিংগী হৌদ্দশা।

.... .... ...

( ৩ )

তোমালো—ইতাও নখোয়না ঙসাং ডি সি ওফিসতা চংলুবহ্ কমদোরে ?

অচৌবা—ঐখোয়না হন্দক তাইবোহল প্রধান থাগৎপসি কৈবো। ওয়াংসি তাইবোহলগা ডি সিগা ইংরেজী লোয়বসি কন্নি হায়রুনি। হেন্দে। আই এ এস অমোবসি খন্না চাউখোকচৈ, ডিসিপ্লিনকাহ্ পামজৈদনা। তাইবোহলস্ মানা পামলিহুগী মতীক চপ চানা তৌবী। ডি সিনস্ তাইবোহলস্ মানা পামলিহুগী মতীক চপ চানা তৌবী। ডি সিনস্ তাইবোহলবু ব্যাবহার তৌই। তাইবোহলনা মথং মথং তকখৎপসি এস ডি ও, এস ডি সি, কেরানী মমৈ মকোক খঙদবগী বানিসে। চে চাং, কাইল-মুং লোইনা পুখোকন্দুনা য়েংবদা পূমলোই লোইরগা চেসি ডি সি সাহেবতা লানখৎতবা ওইরম্মে ইতাও !

তোমা—অর্জুনে হৌজিক কালগী অফিসশিংদা চংনরিসে। চেহ্র ডি সিদা লানখংত্রিদো অচারম থিরিবা। চুক্ট উপু অমতা ওইরবস্ ঙাইরি ওইরিনি হায়বা। নঙগীবু য়াওরবরাও ?

অচৌ—য়াওরে। চয়োলসিগী মহুংদা আমিন লাকুনা ওররনি। অদুগা পাটা তারগা লোইরে।

তোমা - মুংঙাইরেদা ইতাও ! ইতাও ঐখোয়না নীংবা থুংলে। মতীক চাবা মীনা প্রধান ওইরকানমিন্দদি মখোয় মীনম্না ঙমত্রে হায়বা।

অচৌ—চুম্মী ইতাও ! হায়না ইপুল তোমচৌনা প্রধান ওইরিঙৈদা মানা ইনশিন্দুনা থাউ থাউ হায়রুনা থাখিবা দরখাস্ত ২০ মুকপু থুরম্মনি। ঐতোম্মগী তাবাগীনি হায়রুনা লৌখিবা পৈশা হাইকেৎ য়ানখ্রে ; লুপা ১০০ মুক্তী মথক ওইরম্মনি।

তোমা—ইতাও নঙোম্মগীদি তারাদবু মরৌনি। অতৌম্মগীসি লুপা লৌশিংগী মথক্তা লৌরিবনিনে। শোয়দনা ইংখোল পীগনি হায়রুনা

অদুগা হায়দোরকপা মতমদা অমতা য়াওরক্তবগী থানিসে।

মতাংদুদা নত্রাও ময়াম্না কুনি হায়বদগী মা লোৎতুনা খাঙথিবদো।

অচৌ—অদুদা ইতাও। ইপল তোমচৌনভাকস্থু লান্দেনে।

তোমা—করম্না ইতাও?

অচৌ—মখোয়না ইপল তোমচৌনা লম পীবা ওন্মীস্থু খঙদা ওমদেস্থু খঙদা পৈশা পীশিন্নরিববু করিগীনো হায়বা। পীরুরিবা মীতুনা লাত্রাও? মখোয়না পীরুত্রদবু ইপল তোমচৌনা মখোয়দগীদি নমতুনা মুন্নুরোইদনা। ঐনা শাউনীংলিবদি পীরুরিবা মীতুনিনে।

তোমা—ভাইবোহলসিদি মতুমহাইকাদি তৌদেহে। থাদি শেনজা থুমজা তৌদবনিনা নহারোল ময়ামস্থু য়াগ্রে। মথংদা এম এল এ কা লেপ্পদি শোয়দনা কাগনিবো।

অচৌ—লাইরিক লাইত খরা হৈবনা শাসনগী থবক্তা, সমাজ সেবাদা য়াওবসে মীয়াম্না পাম্নরক্লবনি। লাইরিক লাইত হৈবগী মথক্তা গুণ খরগা দরকার ওইরি।

তোমা—করি গুণনিনা?

অচৌ—পুকচেল শেংবা, মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা, শেনজা থুমজা তৌদবা, খুংঙগী প্রজা মীয়ামগী, শোৎথহোরবা কাঙবুগী থনবা।

... ... ...

(৪)

তোম্বী—ওসিসে ইমাদো কৈথেল চন্না কুম্মকঅদি কনিসে। চাকস্থু লোইরে ইনশাংস্থু ঙা থোংলে। মথেলস্থু অনী আলু অনৌবগা য়োংচাক্কা ইরোনবা অমা, ঙা থোংবা অমগা। থবায়না থবায় ফুংঙাইরিবা। ভিজবনা কুম্না থুম মাঙ্গোলদা য়োংথম তেক-তাক তোক-তাক ঐনা কি শাবা। ভাচৌনা ইংখোল কোইবা, য়েনচাক হুনবা, ভাম্নু-য়েন লোইশিনবা। ইমানা চাক থোংবা। হৃক্কে

ইনমা লাক্লগনা মানা থোংবা। লোইরগা . . ইবেম্মা চাক লোইরে চাক চারসি ঐবু কৌরকপা। ঐনা খুৎতা হান চাবা বেস ঐনা নীংবা থুংলনি। খঙগনিদনা মখোযগী মমাঙদা পোংখাইগে।

লৈ—তোম্বী! ইমাই তোম্বী নঙবু কদাইদা লৈবগে? ইমা লাকলে খোরকও। পোৎসি খরা থারোনে।

তোম্বী—চেম্মোরক্লনা। ইমা কয়া কুইরে লাকপা?

লৈ—করিনোনে মসিনা তৌরিসিবো ইফাং হেক খিংলদনা কৈদৌরগে? হেক যৌরকপগা নঙবু পোৎ থারো হায়না কৌরিসিন্নিনে।

তোম্বী—ইমা নঙ পাউ তারবরা?

লৈ—করি পাউনোনে?

তোম্বী—ঐখোয় তাচৌগা তা তোমলোগা ইম্ফাল চৎলুইদনা। মহোয় হল্লকএ। ঐখোয় যুম শানবা শেল ফংডনি। হয়েং ইনকারী লাক্লনি অহুগী মহোযনি খুন্নেদা ইংখোল য়েংবা চৎখি। ঐদি লুংঙাইবনা মহা ওইরক্লাৎনি ইমা।

লৈ—নহোয় অনীনদ হয়াওরি। ইমাদি মুংশা থীরিবনিনে।

তোম্বী কারগী মুংশা থীরিবা?

লৈ—ইমা ইচা ঐখোয় অহুমদং তরক তরক পাৎথবী লাইকোল্লুদা লৈরুদবদো লাইচুহুনা তোক্লদরা হায়রুনা মুংশা থীরিবা ইমাদি। নখোয়গী নপা নতোল খুনোদা কনা লৈতেদো। য়ুমলোন বৈরোন্দৌরি অহুসু মীতোপ মীনো ডাক্লান।

তোম্বী—হেন্না ইমা; অদো কৈসু লৈ রা নত্তেসে। ঐখোয় য়েক শালাইবু খুমন নক্রাও?

লৈ—মাম্নি অহু কৈদৌরগে?

তোম্বী—খুমন ওইরদি কিনীংঙাই কৈসু লৈতে ইমা। পাৎথবী লাই-কোলসিবু কোম্লিবদো খুমন্নি হায়নে। ঐখোয়সু খুমন ওইরদি ইবুধৌনা মচা মওবু হুংশিদবা তৌরোইদা ইমা।

লৈ—অদুদি কনানা হায়রিবা?

তোম্বী—তা তোমলোনা হায়রিবা। অদুগনে ইমা মা হু'য়রিবা ঐখোয় তাচৌনা লাইরা মচা খুমন খম্বা ওইদৌরিনি। ইম্ফালদগী মশক মতৌ ফজরবী থোইবীগুম্বী ইনাক কৈরাক খুনরবা অওম্বা কয়াইবা অমগী মচান্নুপী অমসু ননমা ওইনা লাকনি। তোম্বী নঙ বাক্লরগু মুংঙাইরনি কাসু হায়রম্মে। মখোয় অনীনা ইংখোল য়েংবা চৎলমদাইদা।

... ... ...

(৫)

অচৌবা—ইমা মুমিৎ অকবা অমা যাত্রা হুরবা পানজি য়েংবিরুরো।

লৈ—য়েংঙু তারেদনা।

তোম্বী—ওসি মুমিৎ ফৈ মঙানি পানবনি। ইনা ও'সি য়েংখোকলুরো।

অচৌ—য়ুমশাবসি ইমা অরাংগী খুরা তোলচৌসি খুং না ম্ল, চেৎলি য়ুমশারোলকাসু য়াম ফওভি চাযনে। তাদ প্রধ ম্রত্ত মাবু শাহল্লু হায়। অদুগা ইতাওনস্ত ঐখোয় খুল অসিগী য়ুম অয়াম্বা মানা শাবা ঙাক্তনি হায়। মাবু শাহনবনা ফরোইদরা। ইনাগী বা অমা তাত্রগদি ঐনা হায়রুবা ভমত্রবা। ইতাওনেদি হেক্তা মেকউরসি চায়বনি।

লৈ—কৈনে ইমাই বাদি কৈস্ত্র লৈতেদা নঙগী তাদা প্রধানখোয় মতাংখোয়না ফৈ হায়রবদি অদুমঙাই। পানজিদু ওসিমক ইমা য়েংখোকলুরগে।

তোম্বী—য়ুমদি উনা শাত্রা বানা শাত্রা? করিনা কুপকনি?

অচৌ—লোন লৌরগা শাবা য়ুমদি উনা শাদবা য়াদে অদুগা জিত্তনসু কুপকদবনি।

তোম্বী—বেস ঐনা নীংবা থুংলেদনা। জিত্তনা কুপ্পা য়ুম। মাঙোলদা

ঐনা কি শাবা। ইমা জিজ্বনা কুপ্পা য়ুম ওইরদি মীনা মৈ থাবস্থ ওম্মারোই।

লৈ—করিনোনে মুপীমচা নঙ ভাঙলিদ্রবো। লাঙ্গৈরবগী য়ুম কনানা মৈ থারদৌরিনোনে তানিংদেদা।

তোম্বী—লৈ ঐনা খঙবা। ভাঙনবা তায় হয়েং ময়ুম শাবস্থ য়াওশং মৈ থাদৌনা অহীংদা কোক থাদোক্লগা লোইরে হায়নখি অকোকশাই মচা শগুন হিদাক চাবশিংদুনা।

অচৌ - ইমা তোম্বীনা হায়রিসে থম্নবা য়াবা রাকমনি। থুকউ থরদি শেনবা কৈ। অদুদা ঐখোয়না লালদগা লোইরেদা। করিবু তৌরগবনো।

লৈ - অদুদি ইবুংঙো। ঈশ্বর লৈরিদনা।

( ৬ )

( মুমিদাংনি। ফুঙ্গা রাংনা রাংনদা ফম্নগা মমা মচা রারী শারি। )

তোম্বী —ইমা চন্দক ঐখোযগী তাচৌনা হোৎনজবগা তাদা প্রধান, তাদা তোমালো অনীনা থরায় যাওনা পাংবিবগা ইংখোল মচেৎ অমতং ফংদুনা য়ুন শাগৎপসিদা ঐনা মুংভাইবসি হায়নিংঙাই লৈতে ইমা। অদুদা ঐনা নীংজবা অমদি থুংগনি হায়বা থাজদ্রে।

লৈ—করিনিনা নঙনা নীংলিবদি?

তোম্বী—তাচৌনা য়ারকক্রা য়ারকলোইক্রা খঙদেদা।

লৈ—রাকমদুবু করিনো হায়বা? অফবা থবকপু ওইরবদি নঙ অচৌনা য়ারোইদবা লৈতে। মচনগীবু করি য়াদনি, য়ারকনি। রাদু করিনো হায়য়ুদনা।

তোম্বী—অদুবুরাও। ঐ মেত্রিক পরীক্ষাসে প্রাইভেৎ ওইনা অমুক্তং থাদুনা য়েংনীংঙে। ঐনা লাইরিক তম্বা তোকখিবা মতোক্লো ইমা ঐ থরায় য়াম মুংভাইখিদেবো। পরীক্ষা ওমদদুনা তোকপস্থ নঙেদো। ইনেহল্লগা ঈশো লাংবনে, লৈকায়গী মীনোকনে,

লৈতবনে মপা মপা ওইখিবদো খল্লুরগা প্রানসে ইমা প্রোক প্রোক চাকই। ইমা তাচৌদা য়ানবা হাথবিয়ুকো।

লৈ—ইবেম্মা নঙনা লাইরিক তম্বা তোকপদো ইগানা হেন্না মুংঙাইতবনি। মতমতুদা উপায়দি লৈখিদেদো। নবুংগা ঐগা চুংঙাইতবা পুম্নমক খা চিক্তুনা থাংখিবনি। নঙনা পরীক্ষা থাগে হায়ববু নবুংনা করিগী য়ারোইদৌরিবনো। য়াগনি অতুবু য়ুম শঙ্গারবা মতুংদা ইমা ইচা ঐখোয অহুম তং তানা ফমিন্নরগা থম্মনি। ইচাবু করিগী পরীক্ষা থাদনি।

... ... ..

(৭)

তোমা—ইতাও নহুনা থরা রাং-চাউই নং নখাদা লৈরো। ঐনা শগোলসিদা কারগে অতুগা রাচেৎসি শীজিল্লসি। মমাঙসোমদগী হেক্তা হৌরসি। লোইদৌরেদা অরাংথংবা মচেংসিনতা ঙাইরে। নত্রাও।

অচৌ—ইতাও ঐদি সরকারগী থবক তৌবসি স্নপাম হেক পামদেবো।

তোমা—অতুদি করি পামম্নিবা। তলব চাববু পামদে হাযরিসিবো। ঐদি ইতাওবু হন্দক এস ডি সিগী পরীক্ষা য়াও হায়গে খল্লি।

অচৌ—ইশাবু ইশানা থবক পীজতুনা শেল তানবা। খুঙ্গংগী চাউথংনবা হোৎনবা লরাই ইম্ফাল খেন্নহন্দনা মসিনি ইতাও ঐগী অপাম্বা।

তোমা—অতুদি হৌজিক ঐখোয় অনীনা তৌরিসিনিদনা।

অচৌ—ঐখোয়গীতা নত্তনা খুঙ্গংগী ওইনা থরস্থ তৌসি হায়বনিদা।

তোমা—করি তৌসিগে হায়বদো হায়দোকলোদনা নঙনা ঐঙোন্দগী লাইরিক হৈবস্থ থরা হেল্লি খঙবস্থ থরা হেল্লমনি।

অচৌ—খুনৌ অসিগী নহারোল থবক পায়ত্রিবা ময়ামসে খোমজিল্লগা ক্লব অমা লিংথংপা। পায়থংপা য়াবা থবক পায়থংতুনা নহারোলগী শেম্নোক লম্বী শেম্বা। খুনৌগী অকোয়বদা লৈরিবা খোং অমনবা

অসি ভেংথোক্লগা ভা য়োকপা, মরক্তা কৌনা থাবা, লোক্লগা ফক শাবা। মৈতৈগী ফক অয়োনবসে মপাল্লমদা মীনা য়াম্না পাল্লবনি। ক্লবতু রেজিস্তার তৌশিল্লগা ডি আই সিদগী লৌবা য়াবা মতেং লৌরগা অতৈ অতৈ শেল থোকপা থবক কয়ামমু পায়থংপা য়াই হায়রবা ইতাও। মতুনা নহারোলগী অচৌবা শেন্দান লম্বী অমা ওইনা য়াদ্রি। হায়রিবা থবকশিংসিবু পায়থংলবদি নহারোল ময়ামসি রাখেম ভাঙবা শংলরোই অরেম্বদা লৈপুং ফমতুনা লৈথোক্লরোই।

তোমা—থেং অনবসি ভেংথোকপদি ইতাও ঐগী দাই ওইরগে। নহারোল ময়ামসি ঐনা পোনফও হায়রদি লোইনা য়ানি। কৈস্তু লৈ রা নত্তেসে। ঐ শীংগে ইতাও।

অচৌ—অদুম্না চোংথোরকউ হায়রবনি। অদুগা ইতাও মসিনা নহারোল লুপাগী রানি। লুপীশিংগীদমক্তা সুম তৌনীংঙি ইতাও। খুনজাওগীদি মহিলা মন্দল হাংগী অমা লৈরেদনা। খুন্নৌগীনা লৈশাবী মচা মখৈ থোনজিল্লগা অনৌবা মন্দল অমা শেম্লবা অদুগা ফিশা লোনশাগী, লোনদা তুংগী থবক পায়থংহল্লবা। থরা অহল ওইরবী লুপী মখৈনা য়াইঙং মকুপ ওহনবা। খুনজাওদসু খুন্নৌদসু য়াইঙং অতেকপা মরাঙ কায়না যংঙি ইতাওসু থওলি নত্রাও। অরেম্বদা পং পুমহুনা নাঙখিগদবা অদো শেল ওন্নহনসি হায়রবনিদা।

তোমা—অদুদি য়াম ফংনা রানিনা ইতাও। ঐদি থোইনবু থল্লুদে। নঙদি য়াম থম্বরম্লিনা। শেন্দোংবু ফংলবদি মী পুম্নমক হৌ হৌ চোংহুনা হেক্তা য়ারক্লনি।

অচৌ—পায়থংসি হায়রিবা বাকমসে তাদ প্রধানগা ঐগা তানহুন লোইরবনে। সেক্রেটারী প্রেসিদেন্ট ফাওবা থল্লবনি। ইতাওনা নহারোল ক্লবকি প্রেসিদেন্ট।

তোমা—মুন্নীশিংগী দি নখোয় ইবেতোম্বীবু থবক পুহনসি। মানা মখিং মনা শিংবা থবা হেল্লি ময়ামদগী।

অচৌ—ইতাও মাদি মতম থরদি মেম্বরতমক ওইহনখিসি।

তোমা—করিগী ?

অচৌ—ঐনা য়াম মুংভাইতবা অমা লৈরিনে। নোংমা মুনিদাং অমা ঐদি মতমমতুদা তুমগে হায়রতুনা কমুং চঙলবনি। ইমাগা তোম্বীগা ফুংনাক্লা কমতুনা বারী শাই। ঐ তাবদা কয়া থবায় শোকপ্রে অহীংদো ঐ তুম্বা য়াখিদে। মহাক মেত্রিক পরীক্ষাসে অমুক্তং থাহনগে খল্লিনে ইতাও।

তোমা—অদুদি য়াম ফবা বানি থাহল্লু কৈদৌগে।

অচৌ—বারী শানা শানা ফকলাং থাবসে লোন্দশিনখিবা থাডহৌদেহৈ।

তোমা—বারী শাতুনা চংলগা লম্বেল ডেল্লী হায়রবদো চুনপ্রবা প্রনাম্মি ইতাও।

... ... ...

(৮)

তোম্বী—ইমা নঙসে ভাংতা অমনি। হৌজিক্তি ঐখোয় মুংভাইরে মীগী খাদাং মখা থাদ্রে। য়ুমস্থ নোং য়ুদ্রে। নোংস্থ পাম্বাদা ইমুংদা য়েম্পাক তুমতুস্থ তুমরোই। সিংদগী হেল্লা মুংভাইবা লৈত্রবনী। ইমাদি নোংমতস্থ মুংভাইনা উদে করিগীনো ইমা ?

লৈ—ইবেম্মা। ইমাগী তোম্বী! ইমানা মুংভাইত্রিবগী মরম য়াম্মা লৈনে। করিবু তৌরুগবনো হায়তুনা ইমানা নচিন নপুবাদা হায়দবনিনে। হৌপ্রবা থৌদোকশিংদো ইমানা নীংশিংলরোই খনবনি অদুবু মিংতা শং-শং হেক্তা উরকই অতুনা ইমা নোকপা ঙমদবনিনে।

তোম্বী—ইমা হৌজিক্তি ঐখোয়গী ইরবাই লৌরী য়ুম্ফম লৈজরে। ইনেহনহোয়না লাকচবস্থ ঙম্মরোই চৈবস্থ তাদ্রে। তাচৌ বি এনি

ঐনা মেত্রিক থাবনি। ইমাবু লাকচখিবা মীশিংদো সত্য তাচৌগা ঐগনা লমন থুমগে ইমা। য়াম্নীত্থ খিক্তংদি কাংথোকপীয়ুদনা।

লৈ—ইবেম্মা তাইবং শেম্বা মপু ঈশ্বর লৈরি। মীনা মীদা লমন থুম্বা হৌনদে। ঈশ্বরনা মরাইনা থুমজনি। নপাদো ধর্ম্ম কৌবদা কায়জরোই হায়ত্তুনা লৌপুগী লৌ উরগা মচা মশু থাকদৌরিনি মীগী লৌবু মরম লৈতনা শিংহনবা হৌনবরা হায়ত্তুনা থুনগী মায়োক্তা লৌ থোইরুবদৈ মথরায় মাঙত্রিবনি। ঈথেংনা পুমলুপ লুপ রা ঙ'ঙথোকপদি ঙমল্লক্তা লৈপাকলৈ নচা অনীসিদি হায়রয়গা রা লোইশিলমদা অত্তুন ·· ···। পেনখিত্রেদা ইবেম্মা নীংঙমখিত্রেদা ইমাদি। ইমাবু অপংবিনি হায়ত্তুনা নপনথৌ, নথুরাশিং অত্তুনা নমত্তুনা দলিল সোই তৌহল্লগা নচিন নপুবাগী ইংখোল মুলহৌব-নিদো। নবুংদা মাগী মমাম্নবশিংনা সোতো তাল্লু হায়বনি। নবুংনা য়াদে। থংন-চৈনত্তুনা ইংখোলত্থ লৌরগা মত্তুদা লৈরুবা মুংঙাইরোই হায়। ইমা ইশানা নোমজত্তুনা ইশাগী হুমাংমম্না তাল্লগা ইংখোল লৈগনি য়ুম শাগনি। মত্থ পূম্নমক ঙসিদি থবক ঙইনা পাঙথোকলেদনা। ইমা পেল্লবনি। নপনথৌ, নথুরাশিং, ননেহনথোয়না তৌখিবশিংদো মুম্না থম্বরুরবদি মথোয়স্থ লান্দেনে। মচা মচাগী লৈফম কোম্নরোই থন্দুনা তৌরিবা ঙাক্তনি। পুম্ননকসে ইংখোল মচেৎ অমতংগীনি। থৌদৌ খিক্তং ফজদবগী য়ানিদা। হৌজিক্তি নখোয় অনীগীস্থ লৈজরেদনা।

নপাদো হৌজিক কাও হিংজরম্নদি মচা অনীগী কুম্মৈসে পেম্না য়েংজবা ফংলমগদবনি। ইমানা মুংঙাইতবদি সিতগীনি।

# লাঙ্গৈরা মচা লাইহোরী

( নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা অমম অঙান শিন্নরকপা মতমনি। ফাক্না লানবাউ শীল্লক্লে। অপীকপা উচেক রায়ানা মপুগী মিংথৈ শোল্লক্লে। য়েন্না লাবা মহাকন্না কে-ক্রে-কে হায়না ইমুং য়াকাইরক্লে। )

চাউতোন—( শুমাংদগী ) ইবেম্মা ইবেচাউবীঃ হৌগৎলবরা নথোয়বো।

ইবেচাউবী—( চাকথুমদা রাই তৈরিবী ইবেচাউবীনা ) হৌগৎলে পাবা।

চাউ—ইপাগী মোন ময়াদা বেড়ীগা মৈথেৎকা লৈহৌবনি থরা পুথোরকউ ইবেম্মা। থেঙত্রেনহে মী পুম্নমক লৌবুক পাংনথ্রেনে।

ইবে—সে পাবা ( বেড়ী মৈথেৎ শী )

চাউ—ননাও অনীদি হৌগৎত্রিবরাও? নোংম্ন চুথরক্লেনসিদি। য়েম্পাক্লো শঙ্গোলদরা য়েনখাদরা লৈরমনি। মহুগা থরা পুরকউ।

ইবে—য়েম্পাকসিদা লৈরে পাবা।

চাউতোন—ইহে! থাঙজো অচৌবদো অহুগা থরা পায়থোরকউ; লুখুনগী ময়োমদা ঙাহৌবনি।

( থাংজো পীরম্নগা ইবেচাউবী ইমুংদা চঙলকই )

ইবে—ইবেয়াই। তোম্বী। নখোয় অনীবু তুপা ওকত্রিরবাও? মী পুম্নমক হৌগৎনথ্রে। হৌজিক মুক থেঙলফাও নখোয় অনীবু কৈদৌরিগে। হৌগৎলো হৌগৎলো লৈকায় মমাঙদা য়া-য়া হৌদোক্লরগা মী তাথ্রগা ইকায়কো। হৌগৎলো।

ইবেয়াই—( কম্মুংদগী হকাম চন্দুনা ) ইচে। নঙনা ঙম্বা হৌগৎলগা মুক য়াম লাঙলিসিবু করিগীনো? ঐ মিকপ অমতা তুমখিগে। লাঙখিম্ন। ঐ তুমশিং কাত্রি।

ইবে—মসি ঙাউরেদনা। নঙবু থকসি থাসি কাইসিবু কন্নিমতা য়াংথ্রেনে।

ভোম্বী—( মচে অনীনা ঙাঙনবা তাবদা হৌগৎলকই ) ঐখোয় ইচেম্নাই তুমশিং কাস্ত্রি হায়রিসি ঐদি মরম খঙজিদো ইচে।

ইবে—কন্নিনো ? করি মরম লৈরদনা হৌজিকফাও ম্নাঙৌঞ্জিবা।

ভোম্বী—হায়দোক্কে।

বেয়াই—হায় ভোম্বী! অঙাং মীঙম্বী নচিন থীম্নুকো নঙ।

ভোম্বী—হায়দোক্কনি।

বেয়াই—অঙাং মচিন থীম্নুকো। নচিন থীরদিনে ঐদি নচিঙ্গো উৎবাই নোইদৌনি।

ভোম্বী—( মচেচৌগী মনাক্তা লেপ্লগা ) অহুবুরাও ইচে ঙরাংনে ইচেম্নাইসে পাংগং অমনা স্কুটরদা থিল্লকপ'নি। পাথংহুনা চিঠিবা কৈনো খঙদে অমা পীরম্নি। মচুদো শংবনি।

ইবেয়াই—নচিন থীহুকো অঙাং নঙ।

ভোম্বী—নদো মানা ঙরাং পোদোন অমা থাল্লগা কাচিন্দা পাবনি। নঙনা চাক থোংজিদৈদা। অদগনে অথেঙবদা ঐবু লাইব্রিক ঔরাইবা লোইরবরা পালং মচাদো পীনকউ হায়দুনা লৌগ্রগা টেবলদা করি কন্নিনো য়াম ইহৌবনি। ঐদি অহুম তুম্ম।

ইবেচাউ—বেয়াই নঙ ঙাংশিল্লদুকো। ঐখোয়গী ইমান্নবী এজো নুপীশিংনা তম্নকপদগী নঙগী মরমদা ঐ লোইনা তারবনিকো। হায়বিদে হায়নি নঙ। পাবা তারদিনে মথোঙ কয়া চাম্নোই। হৌগৎলো হৌগৎলো। পরীক্ষা থিস্তা ঙাইরে হায়দাই। অঙাংশিং প্রাইভেৎ তম্বা ম্নোরক্লনি। মখোয় লাক্লদি ঐ শংলরোই। ঐনা লোই-শিল্লমদবা থবকশিংদো নঙ থম্না লোইশিল্লম্মু।

ইবেয়াই—অঙাং নঙ পাউ তম্বা হৈমল্লিকো।

ভোম্বী—নঙ ভৌবতা হায়বনি। কৈদৌরগেসিবো। পাবদা তম্মীজ্রিসে নরায়বক্কু শাবরা ঈংবরা য়েংজো। পাবা তারদি ম্নমসিদা লৈবা ম্নাজরোই নঙ।

ইবেয়াই—মতুনহুম হেল্লা করবনে ঐগীদি। কেসে থোক হেক চেন্থোকপ্রগা লোইরেদনা নতৈ ওইদৌরিদো মশকদি য়াম কজবনি। উহৌব্রাও নঙবো ঙরাং ঐবু থিল্লকপদো।

ইবেচাউ—খেয়াই নঙ হৌজিককাও হৌগৎত্রি। মী মচাদি য়েংঙ্গে লোইনা য়ৌরক্লে। ঐ মখোয়শিংসে লাইরিক তাকপীরুখিগে। ঙসিদি চাকসে নঙ থরা থোংঙ্কো। ঐ মখোয় ময়ামসে থাদোকপ্রগা মরুপকী শেল খোম্মুদৌরিনি।

ইবেয়াই—তোম্বী। ইচেনা চাক থোংঙ্ হায়রিসে ঙসিদি ঐ ঙম্মরোই থবক অরুবা অমা লৈরে। নঙ থরা থোংঙ্কো তোম্বী। নঙগী শমকাবী নঙনা পাম্মী হায়বদো লৈবিরক্লে।

তোম্বী—ঙম্মোই-ঙম্মোই। ঐ লাইরিক তম্বরাইদৌরি। অহুদগীনে মোনথুম লোনদৌরিনি। মপুনা হয়েং লোইবিদবা য়াদে হংচিং লুহোংবা অমগী পোৎপাং পাংদৌরিনি হায়রম্মী। ঙসিদি নঙ থোংঙো হয়েং ঐ থোংবিগে। থোংবিগে।

ইবেয়াই—তোম্বী। ঐদি ঙসি চাক থোংবা ঙম্মোই হায়রিসিনি। পাবগা ইচেগা হল্লত্রিঙৈদা ঐ চৎপ্রদবনি খঙহেদনা। ঙসি কলেজ য়ৌদবা য়াদে লুরবা থবক অনা লৈ।

( ইবেচাউবী অঙাংশিং লাইরিক তম্বীবা লোইহুনা ঈমুং চংঙকই )

ইবে—বেয়াই তোম্বী নখোয় অনী চৎথোক্কমুকো। পাবা লৌকারকপা নংনবা চাক্কো থোংঙ্কো। ঐদিনে খোমজিনদৌরি শেলসে থরা য়াম্মে। থেঙলগনা অত্তম স্কুল য়ৌপ্রগে। ঙল্লগদি হল্লকখিগে।

তোম্বী—ইনশাংকাদি থনস্বরাও করি করি থোংগদগে?

ইবে—ইচে চৎলে থেঙপ্রে। নচিন ননাওনা য়েংহুনা থোকপা তৌহৌরো।

ইবেয়াই—ইচেদি চৎপ্রবরা?

তোম্বী—চৎপ্রে।

ইবেয়াই—মানা মরম্নাই হেক ওইনা মরুপকী শেনখায়বা কোয়চং চৎলিসিবু লৈশাবী মানা তৌরিসিবু করিনো হায়মিবা।

তোম্বী—চেয়াই নঙদি করিমতা খঙদেসে। ইচেচৌনবে শেন খায়বদি মাগী শেঙ্খাং শরুক্তো কোকএ শেনথায়মন ওইনা। অতুগীনে অতুগী খঙঙব্রাও।

ইবেয়াই—তাবা য়াদবা য়ানিসে। শেঙ্খাং শরুক্তো থোক হেক খায়দোক্লগা লোইরেদনা। লৈরক কোনশাং খুদিং লৈশাবী মানা চৎতৌ শরুক।

তোম্বী—ইচে নঙসে মাথা ক্রেক চৎলে হায়। নঙনা পাথং খঙনদবা মতু লৈস্রু খঙদবা, মচা লৈস্রু খঙদবা অমগী স্কুটর মনীং নপতুনা লৈশাবী নঙনা চৎলিহৃদি কজরেনে। ইচেচৌনা লৈশাবী অমা ওইবগী ইকায় হুঁকি হুদোক্লনা তৌরিসে কনাগীনো করিনো হায়বা নঙ খঙদেনে।

ইবেয়াই—হায় অঙাং মীঙম্বী বা খঙবী তুমিন লৈয়ু। অঙাং নঙনা ভাব তাবা ঙম্মোই লৈশাবীদনে পাথংগা কোয়হুনা লৈদোবা। তানজা নম্বোকথি য়াপোৎ নত্তে। খোইমুগা লৈরাংগা ঙাম্নগা খেংবালগা খঙভেদনা। চাক নঙনা থোংদৌনিকো। ঐদি চৎলনি। পুংশিং শোয়নবা য়াদে চিংনখিনি। সিনেমা প্রোগ্রাম। টিকেট-কাদি ঙারাংনা ককহৌরবনে।

তোম্বী—কনানা ককহৌরিবা? নম্মানবীনরাও?

ইবেয়াই—অপংবীসিদি। নতৈনা নতৈনা। ঙরাংগী স্কুটর তোংবদো। কক্তদরাও মশঙ্কো।

তোম্বী—চেয়াই নঙসে হাইকেৎ তৌঙমজাৎনিকো। ইকায়না খঙম্রিবা নমায়দো শউন তোপ্লে হায়বা।

ইবেয়াই—মায়দবুদি শউন তোপতদি। চে তোপকদরাও। অতু অদা খঙদে পাবগা ইচেগা হল্লকত্রিঙেদা ঐ চৎলদৌনি। ইমুংগী থবক্তিনে

তোম্বী ৰঙগী খুদী। শমফাবী লৈবিরক্তে সত্যা। অচাপোৎ অথুম অহাও কাম্ন লৈবিরক্লিদো। তোম্বী। ইবেম্মা ইনাওগীনে মোনথুম লোনবগী পৈশাকা লৈবরা থরা পুগে হায়বা। হোরেল হল্লক্লগা শিংবিগে বিগাসাথী শেন্দোইকা কাবিদৌরিনি। লৈরদি পিরো হায়মি ইবেম্মা।

তোম্বী—ঐদি মীডোন্দা পুথোক্লবা পৈশাকা লৈজদে।

( বেয়াই ইমুংদা চঙথি অতুগা থোরকই )

ইবেয়াই—নঙনা পীজস্ন ষংঙে তো। মদিনা হোটেলদগী ভলনা খেচরীরা লৈরগা পুক থন্না হাওনা কোক চাথোক্লগা লোইবেদনা। ঐগী চাক্ত হাপল্লুংন্নুকো।

ইবেচাউবী—( ইবেচাউবী শেন থায়বা চংলুবদগী হল্লকপা ) বেয়াই, তোম্বী, নখোয় অনীবু কদায়দা লৈবগে ? চাক লোইর- বারাও কনানা থোংডি ?

তোম্বী—ইচে। চেয়াইদি কেনা মনায়দো যাম্না তৈ থোংতুনা পাউদব কাসে হনজিন হনজিন থারগা পিগুম, চিনংান ডাঙবী ভিংখংতুনা য়েক্লগা চংগ্রে। ঐডোন্দা পৈশা পুগেকস্ন হায়রম্মী। লৈতে হায়বদগী ইংগী ফম্মুং পাবগী ফম্মুং মথক মথা ওল্লগা পৈশা থরা পুত্রনা চংগ্রবনি। মাই চাক হাপ্লুরম্ন হোটেলদা চারুনি অতুগা সিনেমা য়েংগনি: খাইরম্বন্দগী হোলদি ইরাঙ লাঙডি বারি শাবা য়াদে লমফেলদা লৈবা শঙ্কর হোলদা য়েংগনি হায়ম্মে।

ইবেচাউবী—অতুগা চাকনা কমদৌরবা থোংব্রবা। পাবনা শমপোৎ কারক্লগা চাক লাম্মে হায়রনি। কমদৌনি ভসিদি। নঙস্ন অঙাংবীতুনা চংগ্রস্ন নঙনা থোংবা য়াই হায়বা।

তোম্বী—য়াইয়ে। অতুদনে ইচে মোনথুমসে মপুনা হক্লেং পীদবা য়াদে। অরোনমনকা শোংলোই হায়বত্রদা লৈরোংসিমতং লোইথোক্লগা

মখোংগে হায়রুনা ঐস্নু হেক ফমথরুরে ইচে। ঐ খোংঙুরগে পাখা কাররুপা নংনবা।

ইবেচাউবী—ফবে ফরে। ইচে খোংবীরুরগে। ঙসিদি স্কুলদো থর খেঙনা কারবা হায়রুনি। নঙগীহু লোইখোকচরো (ইমুং চঙখি) তোম্বী নঙনা হায়বা চুপ্লেদনা। ঐনা চৎলমদাইদা মোন মথাদা ইনে তোম্বীমচাগী ভাগীগা হন্নাইগা শোৎপগী শিংগে থনম্বা লুপা ৫ হুদি লৈরমদ্রেদনা। ওঙোকপনিদকো ঐগী ইনাও য়াইমসিদি। অরা অনং করিমতা হেক থঙদেদা। ইনাও অনীসে ইমানা পীক্লা রুন্দোকলগী ইনা মশক মুম্না থঙহৌদেকো হায়রুনা ঐনা তাস্নুক য়ানা হোৎনরকপরু ওঙোক্লা য়াখল থেল্লিদা। মহৈ মশিং য়ানা ওরহনলুবগী মহয়বু চারোইদৌবিন্না করিনো?

.... .... ...

(চাউ:তান শংপোং লাংগোন পুহুনা লৌকাররুপা। তোম্বীনা খোজালদা মপা চঙলকপা উবদা চেনখিহুনা পুখ্রিদা চোংথখিবা ইচোং চোংনা কাররুপা)

চাউতোন—তোম্বী নচে অনীদি?

তোম্বী—অমতা লৈতে পাবা।

চাউতোন—নচে অহন্না স্কুল চৎপ্রমু নচেল্লাইদি লৈফম খোকইনা।

তোম্বী—চেয়াইসু চৎখ্রে। নোংহেক ঙানবদগী মকে শেমখৈ শেমগা কোয়খ্রিবা।

চাউ—কদায়দা চৎখ্রিবা। মখোয়গী কলেজ ছুটি থাবি মেট্রিক পরিক্ষা তৌরি হাইদাইনে।

তোম্বী—কলেজ কাব; নস্তে পাবা। কলেজদি পরীক্ষা খিত্ত ঙাইরে হায়রুনা ছুটি থাপ্রবদি। সিনেমা য়েংবা চৎখ্রিবা।

চাউ—চাক্তি কনানা খোংলে।

তোম্বী—ইচেচৌনা থোংঙমমে পাবা লোইকাংত্রি ঐহূ লোইশিল্লো পাবা লৌকায়কপা নংনবা হায়রম্বনে। ইগেচৌজিনে অমুক অঙমবদা অঙাং মচাম অমা থ্রাইডেং ওম্বীরমলে অহুদগী মরূপকী শেল থোবা অমুক কোয়চং চংলুরে অহুনৈ হল্লকলগা চাক অমুক থোংগংলম্মে। চাবসু নংথিজ্রে মূলদা অহুম চংগ্রবনি। ঐ চাকথুম চঙগে হায়রহনা ইরুজরিসিনী।

চাউ—অহুদি নচেদি চয়া হেন্দুনা মূল কাগ্রেনে।

তোম্বী—চাক্তি লোইদনা কদাই চারুনি।

চাউ—নচেম্মাইমহুহ চাদনা চংত্রিবা মত্রাও?

তোম্বী—মাদি চজীক লৈবরা কা হায়রহনা য়াম থিরম্মী। অহুদগী পাবাগী কমুং ইচেগী কমুং মথক মথা ওন্দুনা পৈশা থিরগা পুথিবনি হোটেলদা চারুনিকা হায়বনী।

চাউ—অমহুনা চংগ্রসু নঙনা চাকতু থোংলগা নচেহ্ন পীজরগা মূল কাহনথিবদি য়াইদনা।

তোম্বী—য়াবনি পাবা। অহুদা মহু ভৌহৌত্রবা। মোনথুম অমা লোনবদো মপুনা পীরো হায়তুনা তকশিল্লক্রে। অরোনমন শেল থরসু ফংগদবহুদা পাবা ইচেগী মতেং থিত্তং ওইগদরা হায়রহুনা মহুগী হোৎনরিভৈদা ... ... ।

চাউ—ফরে ফরে চাক্ক লোইশিনুরো। বেড়ীসিমতং থরুগা ইপাক্কু ইরুজক্করগে।

তোম্বী—পাবা ইচেনা ইরোম্নবা। হঙাম অকংবা থরগা আজু ২/৩ গা কূৎলগে; অমুদা পাবা ভার্সীপু লৈরমদে থুমগু লৈরমদরে। কমদৌনি পাবা।

চাউ—ঙরাং মাইরেম্বমগী লৌবংপা অমা ইপা চংলুইদনা মহুদা দক্ষিনা তৌরকপা লুপা ২' চংপীলো কমজিন্দা থনম্বনি। মহু পূরগা নবে তোম্বীগচাদগী থর হেক লৈফলো ওয়ানি।

( তোম্বী ইঁমুংদা চেনশিনখি অমুক চেষ্বোর্বকই )

তোম্বী—পাবা, লৈরমদে। ঙসাই চৈয়হিনা কম্ফু মথক মখা ওনবত্থদা থেংনত্থনা পুরম্মনি। মাংনা পুঙ্খিসি পাকপী লুপা ২ ইচেচৌগী লুপা ৫ পুম্না লুপা ৭ ডায়েনে। অত্থগা ঐখোয়না ভারী থাক্তনা থুম থাক্তনা ইরোনবা চাদৌরিবা মানা হোটৈনদা অহাওবা। মহা অকাওবীনি তৌভমগ্রজাংনিকো চৈয়হিসে।

চাউ—হৌজিকপু ইপা ইচাবু কমদৌতারিগে।

তোম্বী—খুদি অমা লৈয়ে পাবা। ঐ ইনে তোম্বীনচাদগী পুম্না পীরগে হায়ত্থনা শোংলুরগে। মরূপ ফাওগদৌরে কা হায়জিন্দুনা ঐনা ওয়বা হোংনকরগে।

( চাউতোন মপা মচা চাক চারি )

চাউ—ইচা তোম্বীগী ইরোনবসি হাওইহে।

তোম্বী—হাওত্তদি। হাওনি ইনে তোম্বীমচাদগী ডাক্তা মচা থরস্থ শোংচিন্নকপা। ডাক্তা মচা ১/২ লৌরগা ইরোনবদা হাপচিনবা। অত্থদবু হাওত্তদি।

চাউ—চাক তোক্লগা ওসিদি ইপা ইচা বাবী শাসি।

তোম্বী—হোয় পাবা ঐ কোললিককাসে লোইশিন্নমংখগে।

( ৫ )

চাউতোন—তোম্বী লাউ ওসিদি ইপা বাবী অমা লীগে। নচেচৌনা করিওম্বা কান্দা নত্তোন্দা করি করি হায়, করি বারীকী শায় করিওবী কান্দা বারী শীবদা নমানা থা ও দা হন্দোক্লবনি মানা য়োক্লকপনি কা হায়রাও?

তোম্বী—হায়রে।

চাউ—নমানা নওবু থা ওদা হন্দোকলম্মী। নচে অহনসিনা নওবু পো পমহুনী নাওকোল্লকপনি। ইপানী লাঙ্গবনিনা শক্তোম্নে লৈহুনা পীথকপত্থ ওমদা কয়া বাখিবা। নচেনা লৈফাইগী থোমনোবী

নমা নন্দোনশিংগী ময়ুমদা চৎ-চৎতুনা খোম ইলহন্দুনা চাউর-কপনিদো। নচেনা নঙবু য়াম রানা য়োল্লকপনিনে তোম্বী। ইসিতা নত্তেদো নচেনা চারা হেল্লিবসে। স্কুল তমকপা মতমদসু মাগীদি চাবা মচেৎনিদো। থাউ লৈতত্তুনা মৈ থান্দবা, পরীক্ষা ময়াদি ওইশিল্লক লাইরিক ঔরাইদবদি য়াদ চক্ক মৈ য়াঙত্তুনা লাইরিক পারকইদো। নংগা নংশিল্লে খুঙ্গদগা লৈশিল্লে উপাইদি লৈতবনিনা লৈকাইগী মচেম মনেমশিংগী ইনজাৎ লোংখোনবা মতুং ইন্দুনা অহীং তুমদনা য়াওরগা ফারকপা ঙাশিংত্তু য়োল্লগা ইমুংগী অহোবা মেল্লকইবনি। রানা হোৎনত্তুনা উচিন নাতিল্লা মেত্রিক পাস তৌজরবা মতুংদা ইন্টরভিয়ু অমা য়াউরুই। মতুদা য়াওরম্বা সাহেবশিংদো নচেনা ঐখোয় ইমুংগী রারী লীরুই হায়। অতুগা রারী লীনা লীনা কপসু কপথোকল্লুরে হায়। মতুদা সাহেবশিংত্তুনা মুংশিবিরুরমাল্লে নচেবু ওজা হাপ্পীরকপনি।

তোম্বী—ইচেচৌগী রারীসি মোইরাংগী থমুত্তুম মানশিল্লরে পাবা।

চাউ—মানি থমুমকনি হায়বা রাই। নচেনা হায় পাবা ঐনা অহলনিদো। থবক মচা অমসু ফংজরে। ইনাও অনীসিদদি য়ামত্রবদা বি: এঃ ফাওবতদি তমহনসি খরচ পুন্নমক ঐ হোৎনজগে পাবগী নাখোঙ শাহল্লোই হায়। লাঙ্গরবা ইমুংগা ওইশিল্লে মীনকা উশিৎতবনে পাবা মুংঙাইতে অমুক্তদি লৈকায় মমাঙসিদা নীংঙোল পোকপা মপাসু মুংঙাইবা য়াই খঙহনসি হায়বনিনে ইপানা হায়বদি।

তোম্বী—পাবা, পাবা ইমানা ইচিন ইনাও ৩ তমক পোকলম্বরাও?

চাউ—য়াম্মী নমানা নখোয় ৯ পোকলম্বনি। অহানবদা নীপা ঙাক্তা ৪ পোকই মখোয় ঙল্লা অঙাং ওইনা শিখি। মথংদা নচেচৌসে পোকই। মাগী মথাদা মুপী ২ অমসু পোকই মখোয়সু চহী ওন্দ ওন্দ শিখ্রে। অতুদগী বেয়াইগা নঙগা পোকইবনি। নঙ পোকঅবা মতুং থা ৩ লৈরগা নমাদো ডাক্তরখানাদা লৈখিদবনি।

ইপানা লাইরবনিনা ১তা লাইরোংবা ঙমহৌদবা। উপায় লৈখিদে খল্লুবদা ইপাগী থেম্বোয়সে পুবা ঙমদে।

তোম্বী—পাবা লৈকাইসিমা ভাঙনরিবা চাউতোনবী ইমুংদি ধারা মুৎলনি। মচা মীংভোল ভাক্তা পোকই। অপং অসে ছুপী অমা থিরগা ধারা মুৎতনবা হোৎনগে হায়দে কাইনা হায়রীবা পাবা ইমা অমা থিবদি য়াগ্রাও।

চাউ—অভাওবীসিদি। কনায়দগী নমা অমা লাক্লগা নখোয়বু মুংভাই-গদরাও। মাগীসু মচা পোকশিল্লকনি। মমা তিরদবনে লাইনবনে চাবা থৎকপগী নীংভাই শাংদানরকনি। ইমুং মহী লাভকনি। ইপা পামদে ইবেম্মা। নখোয় নচিন ননাও অহুম্না নী অমমক ওইরকপা অতুতনি ইপাগী লাইনিং হায়থবু। শগেদি মুৎচসন্থু। মচানীপা কোকথোং অমা পোল্লগা লোইনা শিখিত্নুনা ইংখোল কাংজেবুং ওইহৌবা য়াওরিবনিনে।

( ইবেচাউবী স্কুলদগী কুমলকপা )

ইবেচাউবী—তোম্বী চাক চারবরা? পাবদি।

তোম্বী—পাবাসু ঐসু চারে। নঙনীসু থিত্নুনা থনম্লবনি।

ইবে—ঐদিনে হাথু হাথু তৌবত্নদা হায়রমত্রে। থুংসু ভারীসু লৈহৌদধনি কমহাই ইরোল্লি।

তোম্বী—অতুবুরাও। অমা অফাওবীত্নুনা লুপা ১/২ লৈজবতু তক্লনা পুথিগ্রবনিমা চাদবদি য়াদ ইনেতোম্বীমচাদগী থৱক তৌত্নুনা থুম কিলো অমা ভারী পোৱা মথাই অমা, অতুগা ভাক্ৰা মচা খরসু শোৎলুই অতুগা হাওনা ইরোল্লগা চাথোকপনিদনা পাবগা ঐগা। নঙসু চাথোকউরো।

চাউ—চৎলো চৎলো ইবেম্মা চাক্লু হান্না চারুখো। নঙনা চরা ছেন হেন্দুনা চৎপসে ইপা মুংভাইতে। নমা অতুদা লৈজরম্লবদি সুম থোকওইদবনিদো।

ইবে—ঐ চাক চাথোকউখিগে। ইহে ঐদি ইকাউ কাউথোকলুই য়াম্না ঘুংঙাইবা পাউ অমবু তমখ্রিনে। পাবা মক্লপতো হন্দক্তি ঐতোম্না কাওরে।

তোম্বী—লুপা কয়ানো ইচে।

ইবে—য়ামদেদা। লুপা লীশীং ৩ তনি।

তোম্বী—অহুদি ইচে হন্দক্তি রেডিও অমা লৈংহৌসিকো।

চাউ—নচেদো চাক্তদি চাখিসন্নুদনা। চাক তোক্লগা নে না তানা ঙাওনসি কৈদোগে। নচেগী মপাম্না ঐথোয়গী ইমুংসে হিংলিবনি। মত্রবদি নহাম্না লাইরবগী নোংলৈ মুংখিংনা হুনদোকখিত্রুনা মুৎলগদবা ইমুংনি।

... ... ..

ইবে—পাবা লুপা লীশীং ৬ সে করি করিদা শীজিন্নসিগে?

চাউ—অরাংপগী অম্বাংপা ঙাক্তা হায়কনবু খঙদ্রেদা ইপাদি। ইচানা ইপাগী মতেং পাংলিবসে উবদা মচানীপা মতুম মতুম পোকপা নিশা চাবগী মমা মপা ওইবশিংনদি কল্লকপনা মহা ওইরবনিদা।

তোম্বী—লৈকাইনা নীংতোল ঙাক্তা পোকই। কৈদৌননি হায়গে লোইনা চংখিদৌসিবু শাগে মুৎলনি কাইনা ঙাওনরিসিগী মনাওদা অমুক্তদি সভ্যা।

চাউ—.তাম্বীগী হৌনবী তৌরক্লেদো।

তোম্বী—হুপীবু উশিং থোওইনা তৌদবহুদা শাউনীংলকপাইনিমা।

চাউ—ইবেম্মা ইপাগী হৌজিক কৌগী দরকার ওইরিসে কৌদি মরু অকবা লৈবা, মথারোমগী শাবল ময়াগী লৌফমতুন্ন লৌ লিংবা য়ানা শেম্নবনি লৌহোল লৈনিংঙাই লৈক্তহুনা তৌবনি। লৈরবদি লিন্নবা য়ায়বনি। হোংনজমনগী মহৈ থরদি কংনবা হারনচিংবা থরন্থ লৈনীংঙি ইপাদি কৌথোক চাথোক হেনগৎলবদি কৈদনা। লৌহোল

লৈরকরগা লৗংবিনবা থূলংস্থ অমুক নেকপা ভাবনি। পূরমক শেলগী মথৌনিনে।

ইবে—অতুদি পাবনা লুপা লৗশীং ২ শীজিন্নবিরো। লৗশীং ১ সিনা রেডিও অমা লৈরগে অরেস্কনা অঙাং অনৗনী মফি অহনবা অমমতং লৈবিসিনা থল্লি। হৌখিবা য়াউশংদস্থ অহনবা অমতা লৈখিরে। মমাল্লবগী মমাঙদা মুংঙাইরম্মোই।

চাউ—থঙত্রেদা ইবেম্মা নঙনা ভৌরিসে ইপাদি।

ইবে—কৈস্থ লৈতেদা পাবা। ঈনাকথুনবা ইমুংঙনা রেডিও লোইগনি হায়বা বা লৈতে পাবা থুঙ্গংদা পোকপা থুঙ্গংদা লৈবা লৌমী শিননীশিংনা হেন্না দরকার ওইরিবনি। থুঙ্গংগী থোরন হায়রুনা মিঃ ৪২ থম্নস্বদগী পুং ১ কাররকইবসি লৌউ-পাউজেল, য়ুস্থানলোন-নচিংবনা হেন্না মরু ওই থঙনরকপদগীনি। লৌউ-শিংউবগী য়াম্না কান্নরবা পাউজেল ময়াম পীরিবসে পাবনা ভানবগী লৌদৌরিবা রেডিওনি।

তোম্বী—ঐনা পাম্বদি ঈশৈ ভাগে হায়বনি। ঐনা নহাল ঐথোয় স্কুলগী চহীগী funotion দা ঈশৈদা Best Prize ফংলকইদনা। থরা হৈরিসদা মপুং ফানবা Radio তারগা থরগমুক তমশিনগে ভৌবনিদা।

.... .... ...

ইবেয়াই—তোম্বী তোম্বী কদাই লৈ? হৌজিক কাওবা মৈ থানজ্রিসি করিগীনো?

তোম্বী—থাজ্ঞ লৈজেয়ে। পাবগা ইচেগনা পৈশা খিজং থমজবহুন্নু Juliet শাবী ইচেনা ইতৈ Romio থিবদা থরচ ভৌথোকম্রে। ভসাই অমুকস্থ ভারীগা থুমগা থাজ্ঞনা ইরোম্নবা চায়।

ইবেয়াই—থুঙ্গংদা পোকপা জীবদি অত্নুঙাইদনা। নবেম্মা ঐথোয়নি হাওনা হোটৈজদা। অপংবগী মরল অশিংবনা চাবা হায়সে মশানা

তাবনি। ওসিগী সিনেমাদো হুংতাইগ্রে। English Picture নে। Hero হুনা কল্পরিবা।

তোম্বী—কল্পবা হেরোহু উরদি চাক পূক থল্লম্মনিনে। ঐখোয় মহাও থরা কংবা য়াবরা য়েংগে ওসি হুংদাংদি নওনা চাক খোংঙুকো ইচে।

ইবেয়াই—তোম্বী ইচেগী ইবেম্মা, ইনাওদি মরম ওকপ্রপোংনি। ওসিদদি নও খোংঙো হায়বা। হুয়েংদগীদি নীতিগী ঐ খোংগে। ওসিদি ঐ য়াম বারে। বসতো য়াম ইমৈ মীনা ক্রীক ক্রীক। ইম্ফালদগী সিফাও লেপতুনা লাকপদা ইচে য়াম্না বাগ্রে। কোকম্ভু ভাওবন মহা ওইরে। সে নওগী শমফাবী হায়দো। ঐ কম্মুং চংঙে।

তোম্বী—স্কুটর ইতৈহুনা থিল্লক্লবোইরে।

( ইবেচাউবী চঙকই )

ইবে—ঐখোয়গী হেরোইন অফাওবীহুবু লেঙঅবরাও ?

তোম্বী—লেঙঙকএ। চেপত্রে কম্মুংদা। বারে হায়য়ে।

ইবে—বারম্মনি। বারম্মনি।

তোম্বী—চেয়াই তুম্মবরাও ?

ইবেয়াই—তুমদে, পোংথাবনিদা। করিনো ?

তোম্বী—ইচেগীনে মরুপতো মঙোন্দা কাওরে হায়য়ে। লীশীং অহুমমে। পাবদা লীশীং অনি পীগ্রে। লীশিং অমা লৈহৌরিহুনা রেডিও অমা অহুগা ঐখোয় অনীগী চৈরাওবগী ফি লৈবীনি হায়বনি।

ইবেয়াই—রেডিওদি কৈদৌনবা ?

তোম্বী—পাবনা লৌউ-পাউজেল তানবা। ঐনা ঈশৈ তাবগা তাবা।

ইবেয়াই—কাম্নদবা বানিসে। খুঙ্গংগী থৌরমদা লৌউ পাউজেল তাবা পাবদি তাব তারোইয়ে। শরুক ও খোকপগী অনীনা ইংরেজীদা তাঙলগা পাবনা কমহাইনা তাব তাগদৌরিবা। রেডিওকা তারুহু।

ইবে—তাইখো বেয়াই নওনা তৌরিসি করিনো ? নওনা চংলি শাজংসিবু করিনো হায়বা হুপাহু নত্তনা। নও হাকমন্নিকো ইবেম্মা। লৈশাবীনা

কলেজ কাবগ্ নত্তু, কারণা খবক চংপত্ নত্তু নোং হুং ঙানবদগী থোকত্রগা নোংমাই ইতুদা ঙল্লকইসিবু নমায়দ্ পাম্রাও। নঙগী মানা নত্তা শল্লেনে। নাকোংনে শিংজা য়ৈনে। পাবগী মমায়সি কপাইদা থমদৌরিনো হায়বা।

ইবেয়াই – খুজংগী চাংথংতবা ফাঙবুনা ঙাঙবত্তু ঙাঙজসত্তু। পৌওইনা তাবিত্রগা হেক লোইয়ে। নাকোং নাপ্পদা চঙক্রবত্তু নাম্বদা হেক থোকছনখিবো।

ইবে—করিনোনহৈ অফাওবীসিনা ঙাঙজিসিবো। মসি দি ঙাওয়েদনা নমজাংদা চংভে হায়বদা মঙায়বে।

... ... ...

ইবেয়াই—অভৈদি লাঙ্গৈমি রেডিওদো খন্না হুনা লৈরসি। ঐ Western Music থর তানীংঙি। Disco, Ball Dance কা খন্না তমগে। য়াম হৈরজাংনি।

তোম্বী—ঐনা রেডিও লৈদি হায়দ্রিদি অধুনিক ঈশৈ তারগা তমগে তৌবনি।

ইবে—ঐনা রেডিও লৈগে হায়রিদি মথোয় অনীগী মঙোয় পাবগী লৌউ-শিংউবগী মারী বাতাই তাহনগে তৌবনি।

ইবেয়াই—ঙাইথোনে মুন্না অমুক্তা খরথিসি হায়বা। খুজংগী থোয়মমি হায়জনা কগ্নিনো মা ঙাঙবদা Power Tiller না থোইজনা Butter নত্রগা Mustard-oil ½ Pawu, শুগা মরিচ গ্রাম ও Sance Pan ১দা try তৌরগা। Cubboard, Sofa, foot glass, Sarf, washlng soap, plow, litre, metre, spray খুনজাশিংমা কয়া থঙমদৌরিবা। সিবু খুনজা লৌমী কনানা ভাব তাগদৌরিনো হায়বা।

ইবে—অহুদি রেডিওনা নত্তে। ইয়কইবা, পাথোকলিবা মীশিংহুনদে।

ইরকপা মখোয়না খুজংগী খোয়মনি খুনজাশিংনা তাদৌরিনী হায়র-বদি মণিপুরগী লোন্দা ইরদি মদোৱা। রেডিওগী কর্মচারীশিংনা ইরকলিবা খুদিংমক চুমখোক্লুনা লৈবদি কদাইদগী ওথগদগে। মখোয় নত্তে। অইবশিংনা তাব তাদবননে।

ইবেয়াই—অত্তুননে ঐনা তানীংদে হায়রিসে। তাব তাবা অইবনা পাখোয়রুবা মতমদা লৈরসে রেডিওদো। অদুবু ঐগীদমক্তদি থুনা লৈবা পাম্মী। মরমদি Western Music তো।

ইবে—হোইনে লৈরগেনে। অদুগনে হয়েংদগীদি নত্ত চংখোল্লমুকো। ইচিন ইনাও ঐখোয় অহুম চত্তুনা পাবগী মহেং থর, পাংশিনসি। নীংতোল তাক্তা পোকচরম্ পাবসে নীংবা থর মথুংজসমু।

... ... ...

চাউতোন—নখোয়বু তুমজিবরাও? করিগীনো অমুক থেক্তল কাও লাত্তুনা লৈরিসিবো।

ইবে—পাবা হৌজিককাও বেয়াই হল্লক্ত্রে।

চাউ—হাঃ করি হায়বা। বেয়াই হল্লক্ত্রে হায়বা? মাবু কদায় চংকনি হায়রম্বগে? তন্নিউদ তসাইনা হায়বা য়াগ্রাও?

তোম্বী—ঐদি চিংনবা কুইরবনি। চেল্লমনি। চেয়াইনা ঐদি চেল্লনি হায়বা কুইরবনি।

চাউ—বিষ্ণু-বিষ্ণু হৌজিকপু। ঐনা মাবু থিরুগদবসে কদাইদনো?

ইবে—ঐখোয়মু হল্লকদরা হল্লকদরা হায়তুনা হুম তাইবদগী থেক্তদোকপ্রবা মাবু য়ুমদগী বরম কান্দা খোকথি হা তোম্বী?

তোম্বী—ওসিদি করি করিনো য়াম তাত্তলমী। নপা নচা নখোয় অহুমদি কেমিলি য়ামীং তৌতুনা লৈহৌরো। পাবম্ তম্রা পাগ্রা ওইহৌই মীনা হুপী অমা থিমু তরুবম্ ইচাশিংগী য়েংলিবনি হায়তুনা থিদে। পাগ্রানা য়ুমুরেন ওইতুনা পানবা য়ুমু মখোক্ত হকপা হৌনবরাও অরাংপগী মরাংপা তাক্তা। ইচেনা খুজংগী থিদম চমু ওইতুনা

লৈজসনু। নঙনু খুত্থং ইন্দুনা চৎপা শাজৎনি। কৈদৌজরনি হায়গে ইস্কালদগী নীপা অমদা ঐদি থোক চেনথোকপ্রগা লোইরেকা হায়রম্মীপোৎনি।

ইবে—করম্বা কান্দা মাবু য়ুমদগী থোকখিবগে? ঐনু ঙসিদো মুলগী function অমা লৈবত্থদা থর হেক থেঙনা হল্লকে।

তোম্বী—অত্থবুরাও মুমিদাংবাইরমদো ঙসিদি মা য়াম কে হায়বা। উপুকানু ঙহাক লৈতনা কাকলমে। ঐদি মোনথুম লোম্দুনা মাজোলদা লৈয়ে। মানা ঐবু কৈথেল মচাদগী বোরা শিংজু লৈরুচো হায়ত্থনা লুপা ৫ চৎপী অমা পী। অত্থগা অরেম্বা মথৈনু ঐবু লৌজৌ হায়ৎত্থদা বোরা শিংজু লৈবা চৎলুই। ঐনা হল্লকপদা মাদি লৈরমদরে থোঙদি ঙাশিন্দুনা লৈরম্মী। মাদি মরক মরক্তা ইচে ললিতাবীথোয়দা চৎপত্থদা মথোয়দা চৎখিবোই নীংঙি।

ইবে—ঐনু ললিতাবীথোয়দা লৈরমগদরা খন্দুনা লৈথোকলুরে। মাদি মুম্না হল্লকলো? হায়দি খল্লুদবা।

চাউ—মুমিদাং অথেঙবা অসিদদি ইপা টচা ঐথোয় অহুমগী কম্নি উপায় লৈরি। চৎকমনু খঙদবনিনা হংকমনু খঙলোই। মশা বি এ কাও ভমত্থনা পরীক্ষা কাৎবা থাগ্রবনি। অঙাং মত্রে জ্ঞান তারবনি হায়বা। ইপানা লাঈরবনিনা ইপাগী নাক্তা লৈনীংদত্থনা চৎগ্রবনি। চৎগ্রসনু চো চো নচিন ননাও নথোয় অনীত্থম ভুম্মুরো।

ইবে—মাগীদমক্তা ঐনু ক্ষনা হোৎনবনিকো। লৈজক্রনু মাগীদক্তদি কলেজ কাজরিকো হায়ত্থনা ইনফি অহনবা অমা লৈরকপদা মাবুতা ইনগুলবনিকো। ইনাওদো মচেম ঐনা হোৎনজবনে পেল্লমত্রবোইনা (ঙাংনা ঙাংনা তোম্বীনা উপু হাংবা য়েংবা)।

তোম্বী—ইচে ইচে নঙনা হন্দক ভলব ফংবদা লৈবিবা ঐগী কুরিং খুদাং চোনবী অঙৌবা কজবদো লৈরমত্রে। ফিরোল পুন্নমক

চাইখাইরম্মেদনা। কঙ্কি মচুগী ফুরিংতুমসু লৈরমগ্রে, নায়ানবীসু, ঐখোয় অহুমগী কনেক পুল্লপ সঙ্গাগী লৈচিল মচু, মুংশি থোরী, লমূ মখোঙ ভাইনসি মচুদো লৈরমগ্রে, মৈচাক, ভেরী কসমসু অমত্তা লৈরমগ্রেদনা।

ইবে—লোইরেদনা লোইরে লোইরে। ইস ইমাইপেম্মা হুম্মা হেক পুখিদা। শ্রিং নালগৌরে।

চাউ—করে করে তুম্মুরো; বেয়াইদি চৎগ্রেদনা চৎচগ্রসসু। লাঙ্গৈবা মপা লোমীগী মচা ওইনাংগ্রহুনা চৎগ্রবনি মাগী মরমদা নখোয় খল্লুরসু ইপাসু খল্লরোই।

... ... ..

তোম্বী—ইচে ইচে ইচেয়াই-খাইগী বি এ পরিক্ষা হায়-দাগ্রে। মাগী রোল কয়ানো? ইচেন। পীবা চামনা লৈরুচো হায়বা পৈশাদো খবর ওইনা লৈখোল্লবা পরীক্ষাগী ফল খঙনাংমনগ্রহুনা।

ইবে—কদাই ঐ য়েংগে। মাগী রোল সিনী। পাস তৌরেদনা।

তোম্বী—পাবা চেয়াই বি এ পাস তৌরে।

( ঙহাক তুমিন লৈরগা )

চাউ—কৈদৌকরুনি। মশাদি লৈত্রবদা।

( তোম্বী চা মনা লৈবা অমুক থোকখি অহুপা চামনা পুহুবা চঙঙকই )

তোম্বী—সে ইচে চামনা হায়বদো। কৈথেল মচাদনে মুপা অহল ৪/৫ কার অমদা লাকই। ঐখোয়গী মুম হংনহৌই। ঐনা তুমিন্না খঙশিল্লদা ভারকপা ওুপী চেনবগী হায়দোকপা লাকলিবনি হায়না-হৌই। ঐখোয়দা লাকদবা মাল্লি শোয়দনা ইচেয়াইগী ওইরম্মনি। অহুগনে পাবা, মাইবুংভো এম এল এদো অহুসু জিব অমা তোংহুনা হাইখরকএ ঐবু কৌরগা নপাদা পীসু হায়হুনা চে অমা পীরুমী হাইগৎলকপদা চঙঙকে হায়রম্মী।

ইবে—পাবা অসিদি মাইবুংডো এম এল এনা বেয়াই ফং হাপ্নীনি হায়ছুগী চেনি। এদহোক্তা ইবেয়াইবু ফম হাপ্নগী ছকুনগী চেনি পাবা। ঐগী ইনাওদো বাখল ওন্থোক্লা থেনগ্রেদকো মানা খজিক্তং খন্থরম্লবদি কৈদৌগে মানা ময়ুম মকৈ পান্নীংবা লৈরবস্থু তলব চারবা মতুং থা ৩/৪ তদি পাবগী সেবা তৌরম্নগা চংচগ্ৰবস্থু মচেম ঐনা পেনজগবা। ইচেমগী ইবেম্মা বেয়াই নঙ, বাখল থেনগ্রেদকো নঙনা বাখল থিজং তৌরম্লবদিনে।

চাউত্তোন—হে ইচাসিদি। নখোয় অনী লৈম্নিদনা ইপাগী করি বাংকনি। করিগী অত্থক মুংনাংলিবনো। খুঙ্গংদা পোকপা লাঙ্গৈরবা লৌমী ঐনা পোকচবা ইচানি ; বি এ ফাওবা তমহল্লে পাস তৌরে থবক ফংলে। মচে মনাওগী অরৈবা ফিরোল লিককোল পুম্নমক অউনপোৎ ওইনা পুত্থনা ইম্ফালদা লৈরুম্ননি নখোয়দি চাউখৎতে লৈমিনম্নীংদে হায়না চংগ্রবা মীত্থগী ঐখোয়না মুংঙাইতফম থোকপ্রাও। লোইনা পুগ্রবনিনা পুমকোক কোকহৌবেদনা। মাগীদমক্তা অবা কোঙ্গায় থাঙলক্লবী মচেম অমা লৈম্নিকো হায়বা বাখল তৌদনা বগল লৌথম্নে। লাঙ্গৈরবা লৌমী ঐগী ইচা মুপী অহুম য়োকচবদা লাইহোৱী অমা মাওরম্বনিদা।

---